# ꯍꯧꯈ꯭ꯔ ꯃꯇꯝ ꯅꯤꯡꯁꯤꯡꯂꯨꯕꯗꯥ

# হৌখ্র মতম নীংশিংলুবদা



খাইদেম প্রমোদিনী খাঙানবা

# হৌখ্র মতম নীংশিংলুবদা

খাইদেম প্রমোদিনী খাঙানবা



পোক্লফম পব্লিকেসন্স

**HOUKHRA MATAM NINGSHINGLUBADA**
a collection of Manipuri Essays
by KHAIDEM PRAMODINI KHA NGANBA
Published by Poknapham Publications, 2006

অহানবা ফোঙবা : এপ্রিল, ২০০৬

অফোঙবা : পোক্লফম পব্লিকেসন্স
পাওনা বাজাব ইম্ফাল

মখুমগী লাই : নাওবেম অহঞাও

নস্ফম : পদ্মা প্রিন্টর্স পাওনা বাজাব, ইম্ফাল

মমল : লুপা ৬০/-

# ৱাহৈ খবদং

মণিপুরগী শক্লাইররী অইবী খাইদেম প্রমোদিনীনা ইবা হৌগ্র মতম নীংশিংলুবদা হায়বসি পোক্লফম পাউচেদা শগোলশেন নুমিৎ খুদিংগী শোক ২০০২ দগী ২০০৪ গী ফাওবগী মনুংদা ইখিবা ৱারেংশিং অদুদগী খনগৎচবগা লাইরিক ওইনা পোক্লফম পব্লিকেসন্সনা পুথোকচরনি। য়াম্না এক্সপরিয়েন্স লৈরবী অইবী অসিগী পুন্সিদা থেংনবকপা ৱাবী কয়া অসি খোমজিল্লগা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপদা মুৎশিল্লক্লবা ৱাবী থৌদোক কয়াবু নৌহৌনা অমুক নীংশিংহনবা ঙমগদ্রা হায়বসিসু পব্লিকেসন্সকী থাজবনি। অইবীনা ইবীখিবা ৱারেংদি ওন্থোক্লা য়ামদ্রে অদুবু খরা খনগৎলগা লাইরিক অসি পুথোকচরনি। ৱারেংশিং অসিগা চানবা লাই কযাবু য়েকপীবকখিবা নাওবেম অহঞ্জাওবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। প্রুফ পারিখিবী প্রমো থাংজম ওংবীবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংবীখিবা শরৎচন্দ থিয়ামগী মফমদসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অরোইবদা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা অয়াবা পীবিবগা লোয়নননা পোক্লফম পব্লিকেসন্সতা লাইরিক অসিগী কোপীরাইট শিন্নবীবকপগীদমক শক্লাইররী অইবী খাইদেম প্রমোদিনীবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা অমদি নুংঙাইবা ফোঙদোকচরি।

ইম্ফাল

এপ্রিল ৭, ২০০৬

এসঐচ, গোপাল শর্মা

## যাওবিবশিং

# লীদুনা থম্বা য়াবা চান-থক্নবা পোৎ খবা

চেকশিল্লগা চেক যুম শাই ফাদোক্লগা ফাবা শাই হাযবা থাযনগী অহল লমন ইপা ইপুগী পাউরৌ অসি কাউফদে। পোৎনা হোঙলিঙৈ মবাং কাযনা ফংলিঙৈ পংচা চা পংথক থক অবেম্বা মখৈ হুন্দোকপা অসি তৌবোইদবনি। অরেম্বদা পোৎ মাঙহনফদে হুন্দোবফদে। চাবা ঙমগদবতা থোং থাক্লনি। অদুগা চাগনি। অবেম্বা মখৈ লীদুনা থম্বা য়াই। নোংজু থা লাকপা অমদি এঞ্জাং নাপী মবাং কাযনা ফংদবা মতমদা পুথোক্লনা লীবিবা পোৎ অদু চাবা যাই। পোৎ লিদুনা থম্বা হাযবা অসি চিববা কান্দা শিজিন্নবনি। নমাংঙৈগী ঐখোযগী অহল লমন্দি য়ুম্বানলোন যাম্না কুপ্না মুন্না খঙই। মখোযনা কবম্না খোংদুম, মাইবেল, তোর্বোৎনচিংবা লীবম্বগে হাযবদু যেংসি।

পোৎ লীদুনা থম্বা তাববদি লীগদৌবিবা অদু কবি পোৎনো হাযবা মুন্না খঙদোকপা তই মবী চক্লনা পানবা পোৎ ওইববদি মবী অদু কংদ্রিবা ফাওবা লিহনগনি। মপুং ফানা নিংথি ঙদা খক হেক্তোকলোইদবনি। মবী চৎপা পাম্বীদি লৈবাক্তা মবী চৎ তুনসু পাল্লি, শগাই শাবিলগা শগাইদসু পাল্লি। মপুং ফানা লিববা, মবী কংলবদি লীদুনা থম্নবৈদমক হেকপা যাবে। লৈবাক্তা পানবদে শগাই মথক্তা নৎত্রগা যুমথক্তা পানবনা লীবদা হেন্না ফৈ। লৈবাক্তা পানবদি থুনা পুমগল্লি। লীগদৌবিবা খোংক্রম, মাইবেলনচিংবদু মখোক খক থুদেকলোইদবনি।

তোর্বোৎকা মাইবেলগদি চাননবা লীবা যাই। খোংক্রমদি যাদে। মবমদি লীববদি খোংক্রমদি চাবা যাদে। অদুবু খোংক্রম লীবদি লীনৈ চানবৈ নত্তে। তুম্বা লৌননবনি। খোংক্রম লীহন্দ্রবদি তুম্বা লৌবা যাদে। খোংক্রম লিহল্লবা মতুংদা ঈশিংদা থাদনবা যাওই। মদু মনুংগী মপুক অদু পুমহল্লগা লৌথোকপা নুংঙাইনবগীদমকনি। খোংক্রম অচৌবা লিহনবদি সিতাব তালপুবানচিংবগী মনীং ওইনবনি। খোংক্রম অখাবৈ তুম্না মচানা যু, ঈশিংনচিংবা থকপদা শিজিন্নৈ।

কবম্না মফম কদাইদা থম্লগা লীগনি ঃ

অহল লমন্না থমদুনা লীনবম্বা মফমদি যুমজাও লাইখন তাবগী যেনখাদা অমা নৎত্রগা শঙ্গোই কোৎনচিংবগী নাকন্দা, যেনখাদা নুংশা ফংবা মফমদা থমনৈ। নুংশাসু ফংবা নোংসু চোৎলোইদবা মফমদা থম্লগা লোইবে। থম্বা মফমদি উপাক নৎত্রগা রা অকংবা ১/২ গী মথক্তা থাঙ্গৎতুনা থম্লগা ফক্লাংদা ঙাদুনা থম্মৈ। লৈবাক্তগী লৈনিল

কাবকপদা শোক্তনবনি। পুমদনবনি।

খোংক্রম, মাইবেল, তোর্কোৎতা নত্তনা হব্রাই মপুম মঙ্গল, চাক-হব্রাই, পান লীদুনা থম্বা য়াই। খুদমদি চফু মখুম পানবা খিল্লিবা অসিনি। হৈবী পবেং অমা অনি উবিবা অসিসু নুংশাদা ফৌবিবনি লীবিবনি।

মথক্তা পনখ্রিবশিং অসি নত্তনা মোবোক্লচিংবসু লীদুনা থম্লে। থাযনগী ঐখোযগী অহল লমন্না মোবোক লীনবমবৈ মওংদি পোল্লাং মবেপ ব্রাংনা শাবগা মদুদা মোবোক অকংবদু থম্না হাপ্পী। হাপ্পবা মতুংদা মযাম অদু শনথিচে অথাবনা নৎত্রগা ব্রাকত্রাকনা মেনশিনগনি। অদুগা তাবক্তনবা ব্রাচেৎ মচা অহুম মবী ফৈনা ফৈনা পোল্লাংদুদা লেংশিন্দুনা হাপকনি। মোবোক পোল্লাং অদু মনিং মমাঙ ওম্লোক্লগা নীংখল মযাযদা থৌবি কিদুনা পুন্নগা ইমুংগী চাকখুম কাগী খাঙেন নৎত্রগা হুমদাংদা য়াম্লগা থম্লে। মোবোক লৌথোক্লে হাযববা মতমদা লৌথোক লৌশিন যানবা হাযদুনা মখুম মচা মযাম মেনখিবা অদুদা হাপ্পী। ইম্বোক ইনশিন য়ানবা অকনবা টিন মপাক মচা অমা হাপ্পী মদুদা ইম্বোক ইনশিন তৌদুনা মোবোক খাইদোকই। অসুমনা য়াম্না চেকশিন্না ঐখোযগী অহল লমন্না শেম্নম্মী।

কালেন থাদা ঐখোযনা ঈশিং অইংবা থক্লিংই।অইংবা ঈশিং থক্লবা পুলদা ঈশিং খিন্দুনা যোক্লে। খিনবা মওংদি ব্রাগী থোলা মচা অমা শাবগা মথক্তা ঈশিংপুল অদ খিল্লি। মখুম নিংথিনা খুম্মী।পুলদা যোক্তুনা থম্বা ঈশিংদি ঈংই। মসি নত্তবা পোৎ-চে লীবগী মওং কযা অমসু লৈবি। ব্রাগী উতোং অমসুং চফু মচা মচাদা লীনবা অমা বা হাযবসি ঈখোলদা হৌবনি। যাম্লগা শেমদোক শাদোক্তুনা শিজিন্নগদবনি। শেল ভিংনা লৈকগদবা নত্তে। ব্রা অচৌবগী মতাংদি শাঙই চাউই। মদু মতাঙ মতাঙ কক্লগা খেৎ তুনা উতোং শেম্লে। উতোং অদু শেম্নগা থুম হাপ্লে। উতোং নত্তবা চফু মচা মচাদসু হাপ্লে।

হব্রাইজাব অকংবা লীবা মওংদি হব্রাইজাব অবোনবদু চোইনা কংহল্লগসু লীনৈ। অদুগা হব্রাইজাব অবোনবদু শুবগা বোবী মচা মচা শাদুনসু নুংশাদা ফৌদুনা কংহল্লি। ফজনা কংহল্লবা মতুংদা উতোংদা নৎত্রগা চফুদা হাপ্তুনা থম্মী। মদু এঞ্জাংদা থাক্লেনসু চাই। মোবোক মেৎপদা হাপ্লগসু অমেৎপা ওইনা চাই।

থাযনগী ঐখোযগী ইবেমপোক ইপুবোকখোযদি নোম্বা কল্লি, চেকশিল্লি। পোৎ-চৈ অবেম্বদা খক মাঙহন্দে। চাক তোক্লগসু নুংথিল থৌবি তায, থুমোক শাই পোলাং শাই। অদুদগী ফমেনগী উখোকতেন ফক্রাংলোম থংবা নাকন্দা শাইবোং অমা য়ান্দুনা থম্মী। শাইবোং অদু উচেক ব্রায়া ঙাক্লবনি। মবমদি মতম অদুদদি উচেক ব্রাযা অসি কল্লম্মী। শুমাঙদা ফৌ চেং ফৌবদা মখোযনা চাথোকই। চাথোকপতা নত্তনা চাইখাই। মদু ঙাক্লবা থম্বা শাইবোংনি।

থুম হায়বা অসি ঈংবা যাদে। হৌগল্লি মহী চেনগল্লি। অদুনা ইমাখোয় ইচেখোযনা চাক থোংবা লোইবগা চাকথোংখিবৈ মৈফম অশাবা লৈবং মনুং অদুদা থুম হাপ্লা উতোং, থুম চফু অদু খিন্দুনা থম্নে। মসি হাপ্লিবা পাত্র অদু শানা অমদি কংনা লৈনবনি।

থাযনা ইবেমপোক ইপুবোকখোযনা পাল্লম্বা যুম্বান চংলম্বা ইল্লম্বা য়ুম্বানল্লোনদি লৈঙোই মকুপ্তগীসু হেন্না কুপ্পি হাযনবিবনি। ›

# মমাংঙৈদা ফিশূ ফিচাম্বদা চৎনবয়া খবা

লম-হৈবীঃ

মমাংঙৈদা লমহৈবী হায়দুনা চাবা য়াদবা হৈবী জাৎ অমা হৌবন্মী। হৌজিক্তি ঐখোযগী অনকপা স্বাইদ হৌবা উখিদ্রে। অবাপ্পা খুঙ্গংদা, চীং-মান্দা, অশোঙবা নাবক্তা, উমংনচিংবদা হৌবমখিবসু হাবি। হায়বিবা লমহৈবীসি হেক্রগা মৈদা লৌদুনা নংত্রগা যূৎতুনা মুলহল্লগা ফি অথাবা অচৌবা লৈকম, ঙবোং, মোম্পাকফিদক অথাবা ওইশিলি। অদুদা কোঙ্গোল ফজনা কাহল্লগা ফি দু মদুনা শূই। ফি পাল্লি, অমোৎপা কোকই হায়দুনা লমহৈবা শীজিন্নদুনা ফি শনবন্মী। অদুগা তোর্বোৎ মবূক্সু ফি শূবন্মী।

শন্থী তানবা হায়দুনা ফি মশু অমসুং লৈবি। ফি মশু অসি মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনবকই। মতম মাঙডি হায়দুনা কয়া তৌনখিদ্রবনি। অদুবু ফি শাবনা মখৈ শিনফম ওইবা খবদদি শন্থী তান্দ্রবদি ফি ঙৌদ হায়দুনা হৌজিক ফাওবা শন্থী তানদুনা ফিশুর্নবি। ফি অহনবা অঙৌবা শাবদা ইনফি য়পাবা অসিনচিংবা শন্থী তান্দুনা শূনৈ। শন্থী তানবৈ মওংদি - শন্থী অদু খুদেংদা ঈশিংগা হাপ্পগা ফজনা মমূৎ তানা নৈখাযগনি। মপুং ওইনা ফত্তবনচিংবা অদু শেংনা লৌথোক্কনি। নৈখাযববা শন্থী মইদুদা শন্থী তানগদৌবিবা ফিদু লাকশীনগনি অদুগা নূমিৎ চুপ্পা খমগনি। নোংঙাপ্রবা মতংদা ঈশিং চাই চাইদুনা ফৌবগা নুংশা চাহনগনি। অদুদগীদি উতি লোকপা হাযদুনা উতি মইদা অমুক লাকই অদুগা নুংশাদা ফৌ-ফৌদুনা ঈশিং চাইগনি। অসুম তৌনা ফি অদু শন্থী ২ / ৩ লক লাক্কুনা ঙৌদ্রিবা ফাওবা শূগনি। মণি মতম যাম্না চঙবা ফি মশূনি। অদুবু ফি শাবনা শিনফম ওইবা কাঙবূদি ঙসি ফাওবা ফি মশূ অসি থাদোকউ যাদ্রি।

ফি মশূ অসি সাবন মতম তানী, সুধা, সাবন মকুপনচিংবা, ফিশূ হাঁদাক মখল কয়া থোক্লক্লিঙৈদা তৌনবঙ্গনি। হৌজিক্তি অযাম্বনা তৌনখিদ্রে। অবায়বা মতম চঙদবী ঙাক্তা শীজিন্নখ্রে।

উতি চুম্বা ঃ উতি কবন্না চুম্মী ? কবি মবমগীদমক উতি চুম্নবমগে?

অযাকপা উৎ থোক্কদবা চক-বাইক, হরাই মবী, লফূচনাম, লাখোক অকংবা, লৈফু মক অকঙবা অসিনচিংবা মৈ থাদোক্কুনা উৎ ওলহনগনি। উৎ ওইববা মতুংদা উৎ অদু থুমোক মচা অমদা কীৎ কীৎ কন্না নমশীল্লগা ময়ায় অদু খবা কৎতক তৌহনগনি। মদুদা চক থেকচীন্দুনা নংত্রগা লা, উনা অপাবা থাবগা ঈশিং খজিক খজিক লিবি - লিবি

হৈগনি। ঊৎ অদু খুদেংগুম্বা অমদা মচুম তাহনগনি। তাবক্লিবা ঈশিং মহী অদুনি ঐখোয়না ঊতি হায়নরিবসি। ফি শূনবা ঊতি ওইরগা খুদেংগুম্বা খবা চাউবা পাত্র অমদা চুমনৈ। চাননবা ঊতি থোংবদা শীজিন্নগদবা ওইববদি কোম্পাক নৎত্রগা পৃখম অচৌবা অপাকপা অমদা চুম্নৈ। চানবৈদমক ঊতি চুম্বা তাববদি থুমোক মচা হায়বদি চেঙজামুক মেকক্কুম্বদা চুম্নৈ। ঊতি মহী চুন্নগা মহী অদুদা থোংবা ঊতিদি হাউই ওইনম্মী, সোদা বাইকপ, খবীনচিংবা থাক্কুনা থোংবদগী হেল্লি হায়নৈ।

ঊতি মহীগী শীজিন্নফম অমা ঃ

কোক্তা পকপা অমোৎপা কোক্রবসু ঊতি লূনৈ। ঊতি লুববদি শমদু খেংঙ্তি খ্যাও খ্যাও লাউই। থাউ অহীংবা হাযদুনা কোক্তে থাউ মখল অমা লৈবম্মী। থোইদীং অমুবদৈ শুম্বা থাউনি লৈশাবী মচাশিংনদি শম ফৈ হাযদুনা তৈনৈ। ঊতি লূদুনা খেংলবা শম অদু থোৎননবা থাউ তৈববা মতুংদা চীংহী অফুৎপা লূনৈ।

চীংহী ফূৎপা ঃ

চীংহী ফূৎপা হায়বা অসি লৈশাবীশিংতনা অযাম্বা তৌনবম্মী।মসিগী থবক অসি মখোয়না শ্বাইদৈ পামজবা অমনি। চীংহী ময়ান থিবা হাযদুনা মখোয ২/৩ হৌনদুনা চৎলি। থিবিবা মযান্দি শংব্রে মনা, য়েনশীন, খোংজাই নাপী,চবোৎ অঙৌবা মবা, থোইদীং মনা, কমলা, চমপ্রাগী মনা,মকু অসিনচিংবসি পুল্লপ অনৌবা চীংহীদা হাপ্পুনা ফূৎলি। ফূৎলবা মতুংদা লৈশা ময়াম হৌনদুনা লুমিন্নৈ।

চীংহী অফূৎপগী মনমদি নুংশিবদা মপা লৈতে হাযনৈ। হৌজিক মতমগী লৈশাশিংনা অমোৎ-অকায় কোক্রবা লুনবিবা সমপু সাবনগী মনম অসিদি য়ৌদে। কেমিকেলদৈ শেমদুনা হাপ্নকপা মনমনি। চীংহী অফূৎপা লুবগী মনমদি পাক কোক্তে। নুমিৎ ৩/৪ চৎলি। চীংহীগী মনমদি খূৎশেম মশাদৈ থোকচবকপা মহৌশাগী মনমনি অদুনা নুংশিবা হেল্লিবনি।

হৈবী তৈবা ঃ

হৈবী হায়বসি ঊহৈ মখল অমনি। ইঙ্খোল অমগী মনুংদা যামত্রবদা হৈবী পাম্বী অমা অনীদি হৌনবম্মী। হৈবী পাম্বী অমদা মকম কাবা কাদবা অনীমক পাল্লি।হায়বদি মনাশিং দু মকম কাবসু কাদবসু যাওই হায়বনি। হৈবী মনা মকম কাবনা কাদবদৈ শিংজুদা হাউবা হেল্লিসু হায়নৈ।অদুনা লৈশাবী মচাশিংনা শিংজু চাবদা মকম কাবা ঙাক্তা খন্দুনা শিংজু চানৈ। শিংজু শুবা মগুদি থুম, ঙাবী, মোবোক ফজনা মুন্না তোৎলগা মেৎকনি। মথংদা কৃপ্পা খূৎনা সেগায়দুনা থন্নবা হৈবী মনাশিং অদু তোৎশীনগনি। অদৈদি শিংজু ওইবে চাবে। য়াম্না হাউত্তবা শিংজু মখলনি।

*হৈবীগী চাবা মখল অমনাঃ*

উহৈ অপানবা হৈজিং ফাবগা মুনদুনা মথন্নতা কেঞ্জবকই। কেন্নবা হৈবীসিংদু অঙাং *নুপামচা-নুপীমচাশিংনা খুন্নগা পয়াদা পবেং লেঙঙি অদুগা য়ুমথক্তা*, শঙ্গোই মথক্তা লংখৎতুনা কংননবা নুংশাদা ফোই। থাযনদি য়ুম শঙ্গোই ঈনা কুপ্নবম্মী জিন্নঘনা কুপ্ন বমদে। অদুনা হৈবী পবেংশিং অদু ইবায় লাযনা পল্লি নান্থবক্তে। কংলবা মতুংদা হৈসিং অদু অঙাং শিংনা হাউববা ঙামোক অমা ওইনা চানবম্মী। অহলশিংসু চায়।

অমনা কেনবা কুইদ্রিবা খুন্নগা শুমদুনা মহী লৌই। মহী লৌববা মতুংদা খোঙ-খুৎ কাযবা ফনবা তৈনৈ। মসি হৌজিক তৈনবিবা গ্রিসবিনগী মহুৎতা তৈনবম্বনি। চাওখৎত্রিবঙৈ মমাঙঙৈগী ৱানি। ()

# অঙাংদগী লৈশাবী-পাখঙ ফাবকপা

অঙাং ওইবয়দগী অসুম-অসুম চাউবক্তুনা লৈশাবী, পাখঙ ফাবকই।

**অঙাং মরূ কোকপাঃ**

যজ্ঞ লিংখৎতুনা না হূৎপদি নোংমা ব্রাংলিগৈদগী মমাঙগী নুমিৎকী নুমিদাংদা আধিবাস হৌই। যজ্ঞগী হৌনবী মতুং ইন্না না হূৎকদৌবিবা অঙাংদু মশম-মনা শেংনা কোকথোকই। অদুগা অঙাংদু ফমহল্লগা কুমাবী নুপীমচাশিংনা হিদেন তবেৎকী চফু অহাংবা শোক্রবা ঈশিং অদু অঙাংগী মকোক্তা ফি খল্লগা হৈথৈ। অঙাং অদুগী মশাগা অমোৎঅকায পূম্নমক চামথোকই। অদুগী মতুংদা অঙাং অদু না হূৎলি। অসুম্না তৌবিবসি নুংঙাই-যাইফবা ইমুংগী ব্রানি।

লৈজদবা লাযববা ইমুংগী অঙাংদি যজ্ঞ তৌদুনা অঙাং মনা হূৎপা ঙমদে মীগী মনা হূৎপদা ঈশৈ-নোংমাইনচিংবা শক্তুনা তৌবা যাওনৈ। চাক তৌবসু য়াওই, শঙ্গোম ক্ষীব, তল, খেচূবীনচিংবা তৌবসু যাওই। অসুম্না অঙাং মনা হূৎপগী থৌবম পাঙথোক্লে।

**শমজী মমৈ খাকপী ঃ**

অঙাং নুপীমচানা তুংগী শম খবা খাক্তুনা থম্লগা অতৈনা শীৎ নাম্না কোকথোকপী অমসু চৎনবম্মী। মতাঙ অসিপূংকক চাউবক্লবী নুপীমচানা শান্ন-খোৎনবা যাম্না পাম্বা মতাঙনি। ঐ ইশামক শমকক অসি কক্লকই। শমজী মমৈ খাকপসি ঐগী ইমানসু যাম্না পামজবা অমসু ওইবম্মী। শমজী মমৈ খাকপী নুপীমচাশিংনা মখোয-মখোযগী শমজীশিংদু চীংহী উতী লৃদুনা শাংবা তান্নবম্মী। মসি মখোয়গী পামজবী হবাওজবী অমনি।

**শম্লাং কোযকক্লবী লৈশাবী ঃ**

মথং-মথং চাউবক্তুনা লৈশাবী মপূং ফাবক্লবাদি মশাগী মশমদু কোযনা ককপা হৌবক্লে। মশা মশাগী শমকক কাভি থম্নবে। অমনা অমগী মশম কক্লে মখোয মশেল। ফজৈ ফজদে, শাই কোই কৌদে, মকোয মান্নে মান্নদে হায়বদু য়েংননবা শকযেং মিংশেল অচৌবা অমা মাঙদা খিয়ৈ। চৎনবী অসি হৌজিক্তি লৈত্রে। হৌজিক মতমগী লৈশাবীদি মরূ কোকপসু য়াওবে, নুপাগুম্না ধাকা ককপসু যাওবে। শেম্বা মহূমগুম তেনবসু চৎনবে, মচী মচী ককথৎতুনা শমগী মওং শেম্বসু কোঙ্গায। শমকক মওং-মতাশিনা নুপানি নুপীনি হাযবা পাক খঙবা ঙম্রদ্রে। অবাবা অমা ওইবে।

থায়নদি শম্লাং কোইকক্লবগা লৈশাবী ওইবি লৈশাবীনি হায়বা খঙনবম্মী। মযূম

পাল্লবদি মশাইঅদু হাইগৎতুনা মশমদু খোমগৎখ্রে। লৈশাবী শিংদা চনদ্রে মৌগী শীংদা চনখ্রে। মমাঙঙৈদদি মোলৈশাবী অসূম্না খায়দেক্রেম্মী।লায়না মৌনি লৈশাবীনি হায়ব। খঙবা ঙম্নম্মী।

মমাঙঙৈগী পাখঙ ঃ

পাখঙনা সনাখোংনাং মনানা শেম্বা তুপী অমা উপ্তুনা ঐ পাখংনি হায়দুনা লৈশাবী মমাঙদা উৎপসি চৎনবম্মী। হৌজিক্তি মসিগুম্বা অসি চৎনদ্রে। জাৎ জাৎকী,মওং-মওংগী তুপী উপ্লরে। খোংনাং মনাগী তুপী উপ্লা পাখঙনা মক ওইনা উৎনীংলিবসি লমহাংগী পুম্রী অচৌবা মপান্দা ফি সৃদুনা লৈবিবা লৈশাবী ময়ামদনি। ○

# এল পি স্কুল

হৌশ্রবা মতম অমগী ব্রাবীনি। ঐখোয়না ইহান হানবা স্কুল কাদুনা লাইবিক তম্বা হৌবসি এল পি স্কুলদগীনি। এল পি স্কুল অযুক কাবা স্কুলনি। মতম অদুদা স্কুল অসিবু পাঠশালা হায়নসু কৌনৈ।এল পি হাযনসু কৌই। মপী লাইবিক তম্ফম স্কুল হাযনসু খঙনৈ।

ঐখোযনা প্রাইমারী স্কুলদা তম্লকপা মতমদদি ফিজেৎ লু নান্দে অবৈ অবৈবা ফিবোল শেৎ চাদুনা, ইন্দুনা স্কুল কানৈ। অযুক্তা কাবা স্কুলনি। নিংথম থাদা অইংবা মতমদা অঙাংশিংনা শেৎ ইন্দুনা কাবকইবদি ঙবোং অমোৎপা খে থাংবা অমনবা, কাংখল শেগাযবা মচেৎ অমা অনি লোনশিন্দুনা শেম্বা ফিবাঙ অসিনচিংবনি. মমাংঙৈদদি মণিপুব অসি যামা ইংলম্মী। উন্না মপাক মপাক মতুম মতুম তাবম্মী। স্কুল সঙ মনুংদা ফমদুনা লাইবিক তম্লবদি ইংবনা অঙাংশিংদ লাইবিক তম্বা ঙমদে। মদু উবদা ওঝাদুনা অঙাংশিং অদুব স্কুলদগী মপান্দা থোক্লুনা নুংশা যাইদুনা লম্পাক্তা তমসি হাযবদা অঙাংশিংনা কযাগী মতিক হবাওই। মাগী মাগী ফমনবা বোবাদু শেগাদা যেপ্লুনা চেম্থোক্লুখি।

নিংথম থাদদি এল পি স্কুল অযাম্বা মপান থোক্লুনা লম্পাক্তা নুংশা যাইদুনা লাইবিক তম্নৈ। স্কুলনি হায় তৌবিবদু অঙাংশিং ফম্বা ওক্রবা ফাল মশিং শুনা লৈতে। ব্লেক বোর্দ মথোঙ চানা লৈতে। অঙাংশিংনা ফমজনবা মযুম মযুমদৈ বোবা শোগাযবা যেপ যেপ্লুনা পুনবকই।

লম্ফাংদা থোক্লুনা, নুংশা যাইদুনা বোবা মচেৎতা ফমদুনা লাইবিক তম্লকপতা নত্তে। স্কুল অকা অকুম নক্রবসু লাপ্লবসু মখোঙনা চৎপা ঙাক্তনি। মখোঙদা খোঙউপনচিংবা অমত্তা তোংদে। নিংথমথাদদি ঈংনবনিনা ঈংবা খাঙননবা উনা শাবা খুকম, তৈয়াবনা শাবা ফেনাটনচিংবা তোংনবদি অমা অনি য়াওই। অয়াম্বনদি তোংনদে। অসুম্না লাইবিক তম্বা হৌনবকই।

হৌজিক চাওখ ৎলে হাযবিবা মতম অসিদা কবম্বা মওংদা কবম্না তম্লিবা ?

শেল যাম্না চঙনা ফিজেৎ চাকশেৎ লূনা নান্না যুনির্ফোম শেৎ ঙক্তা তাই কি, লাইবিক মখুম ফজনা পান, খাউ ফজবদা হাপ লেংবান্দা নঙ্গন্দা য়ান, টিফিন বোক্স ফজবদা অহাওবা অচাপোৎ হাপ, নিংথম থাদা শামতুগী ফুবিৎ অথাবা লিৎ, শঙা খোঙউপ লংনা কাপ থাবা তোং, খোঙমোজা উপ, জীপনা, কাবনা স্কুটবনা স্কুল

তম্না অকা অকুম থিন্দোক থিনজিন তৌদুনা তম্বা। অসিগুম্বা স্কুলদা তম্বা অঙাংশিংদি মখোঙনা চত্তুনা খক স্কুল কাদে।

থাইনা ঐখোয়না খুঙ্গংদা অমদি খুল্লক্তা লৈবা এল পি স্কুলদা তম্নকপা মতমদদি টিফিন বোক্স মশক খঙলক্তে মমিং তাবক্তে। অচাপোৎ খব খবদি পুনবকই লোন্না লোন্না যেপ্তুনা স্কুল কাবকপদা। মসি নুপীমচাসিংতগী ব্রানি। নুপামচাশিংগী ব্রাদি থোইনা মুন্না খঙদে। মবমদি ঐনা মখোযগী কাংলূপ্তা তিল্লুদবনিনা। অদুবু মবক মবক্তা চু তেমো মকক অমা অনি পুবক্তুনা মখোয মশেল চামিন্নবদি উই। নুপী মচাশিংগীদি কনা অমনা মমানা ঙবাং নুংদাং লৈবকপা তল শামুদু মখোঙ, মমৈ, মনাতোন থুদেক্তুনা চাথোক্লগা মশা অদু মমান্নগা চামিন্নকনি হাযদুনা পুবকপসু যাওই। পুনবকইবা ময়ামদো কোয়না ফম্মিন্নবগা য়েন্দুনা চাথোকই ওঝা লাক্ত্রিঙে মমাঙদা। খুল্লক্তা লৈবা এল পি স্কুলদা তম্বা অঙাংশিংগী টিফিন্দি মসিনা লোইবে।

মতম অদুদা পাযনবগ্না শিজিন্নবম্বা মুক্তাবী কলম, কলম অচম্বা, মুক মহি শেমদ্রিবা মপং, কাঙ্গোই অমদি মুকফূনচিংবা মখল কয়ানি।

১। মুকফুদগী মুক লুপতুনা ইনবম্মী

২। মুক মহি হাপতুনা ইনবা কলমবু কলম মুকতাবী কৌনৈ।

৩। কলম মচিন অদুবু ক্লাক মচি হায়না খঙনৈ।

### খুল্লক্কী এল পিদগী হৌবকপা অঙাংগা অতৈগা খেন্নবা ঃ

খুল্লক্কী এল পিদগী হৌবকপা অঙাংশিংদি ব্যবহাব ফজে। ওজা গুক মশক খঙই। মসি মমা মপা অমদি ওঝাশিং অদুনা তম্বীবকপনা ওইবমগনি। ঐখোযগী ইমা ইপানা, ওজাসিংনা ঐখোযনা পীক্রিঙৈদা তাকপীবকই। অহল লমন্দা, ইপা ইতোলদা অমদি খুৎ পাযদুনা তম্বীবকপা ওজাশিংদা ভক্তি লৈগদবনি। স্কুল তমদবা মতমদা লম্বী, যুমদা. অতৈ অতোপ্পা মফমদা ওঝা উনবা থোক্রবদি নকোক লৈবাক তানা খুবমগদবনি। মদু মতম অদুগী অঙাংশিংনা ইন্দুনা চৎলি। হৌজিক ফাওবদসু ছাত্রনা ওঝা খুকম্নবগী চৎনবী অসি খব খরদি লৈবি যাম্নমক নত্রবসু। হৌজিক ওঝানি সেবকনি হাযবা মফম খঙনদ্রে ওঝা খুকম্নগী চৎনবী অসি মাঙখ্রে হাযবা। চৎনবী অসি লৈখিদবদৈ থকসি খাশি ব্রাৎলক্রিবা অসিনি। থায়নদি সেবক্রা ওঝাবু যাম্না কিনা নুংশিনা লোয়নবম্মী।

ঐথোয়না হৌজিক নোংমা কাংদনা তাবি- স্কুল অদুদদি ওঝা অমতা লৈত্রে,সবকাবনা ওঝা লৌথোকস্ত্রগা মহুৎ থাবিবক্তে, স্কুল অমদি ছাত্রগী মশিংদৈ ওঝানা হেল্লে, স্কুল অদুমদি ফক্লাং অকোযবদু অমতা য়াওদ্রে পুমহো হোবে,স্কুলদুদি তেকখিবা কুইবে অসিনচিংবা মসি থোক্রিবসি সবকাবনা চলাইবা স্কুলদা ঙাক্তনি।

খুঙ্গংদা, খুল্লক্তা লৈবিবা স্কুলশিংদা তন্নিবা অঙাংশিংগা শেঞ্জাও পায়বা কববাবন্নালা ঠিকাদাব, ওফিস্সাব ফমজাওপাযবশিংগী মন্ত্রি মচা মশুশিংনা তন্নিবা মতম অসিনা অসূক থিনা খেন্নবিবা অসি কবিগীনো? ইনাক খুনবশিংগী মচা মশুশিংনা তন্নিবা লাইবিক মতম অসিবা ক্কালিটি এদুকেসন হায়বদো ? ০

# পাখঙ লৈশানা পামজবশ্বা হবাও-কুম্মৈ

থাবল চোংবা ঃ

পাখঙ লৈশা মখুৎ মখুৎ শম্নদুনা পায়নদুনা পরেং কোয়না লেংলগা ময়াযদা ধুলোক যৈবা অমগা পুং পায়রগা ঈশৈ হনবা অমনা ঈশৈ হন্দুনা চোংঙি। লৈকায় অদৃদা লৈবা শুমাঙ অচৌবা অমদা থৌরম অসি পাঙথোক্লে। পাখঙ লৈশা পুন্না জগোয় শামিন্নবসি কুম্মৈ মখল অমনি।লমদা থাগী পুর্ণিমা নুমিৎতৈ থাবল চোংবা হৌনৈ। য়াওসঙ মৈ থাদ্রিঙৈদা মমাংদা খক থাবল চোংনদে। মৈ থাববা মতুংদগীদি চোংগদবনি। থাবল চোংবা হায়বসি নুমিদাং থাবল থোক্লগা ঙাক চোংনৈ। অদুদগী জগোয় মখল অসিবু থাবল চোংবা হাযনা খঙনখ্রিবনি। ঈশৈহল্লিবা অদুনা মকোক চিংদুনা লাইবেল মথেক শানা চৎলি। অদুবু লাইবেল মথেক শানা চোংবা হাযনা খঙনৈ। যাওশঙ মৈ থাখ্রবা মতুংদৈ নুমিৎ মঙানি শুবা ফাওবা চোংনে, মঙানি শুববা মতুংদগীদি কনামতা থাবল চোংনদে। অবোইবা নুমিত্তা মিকোন থাগোনবা হাযদুনা থবাযমি কোনর্শিল্লি। থবাযমি কোনবদা শকপা ঈশৈদু ইপা ইপু অহল লমন লাই ওইখ্রবশিং অদুনা লেংলর্ইনি। লাইলোন ঙাক্কনি। থাবলবু চোংলবদি মিকোন থাগোন্দবা যাদে হায়নৈ। য়ান্না শূনা লৌনৈ। হৌজিক্তিমদু পুম্নমক অমত্তা লৌনখিদ্রে। নুমিৎ থা হায়বা য়েংনখিদ্রে। চোংনিংবা নুমিত্তা হেক্তমক চোংনবে।

লিকোল শান্নবা ঃ

লিকোল শান্নগদবা নুমিৎতি কৃষ্ণ জন্ম, থৌবানি জন্ম, বামন জন্ম, মেবা রা খিনবা, মেবা রা ফুকপা, শিববাত্রি অসিনচিংবদনি। জন্ম থোক্তবা নুমিত্তদি খক শান্নদে। অহল লমন্না যাদে।লিকোল শান্নগদবা মফমদি যুমগীমাঙ্গোলদনি।থৌবমদু পাঙথোকপনা নুমিদাংগী মতমদনি। লৈকায অদুদা লৈবা মাঙ্গোল অচৌবা অমা খল্লগা শান্নৈ। লৈশাশিংনা মাঙ্গোল অদু ফজনবা ৗল শুনচিংবনা লৈতেংই । মদু পুন্নমক লৈশাশিং অদুনা তৌই। পাখঙ লৈশা পুন্না শান্নমিন্নবসি ফম্মিন্নদুনা পাখঙ অমগা লৈশা অমগা থংন-থংননা কোযনা ফমগনি। শান্নবা মশান্নদি লিকোল লাইয়ুম মযাযদা থমগনি। পো চৎপগীদি অমা হাপ্তুনা পো চৎহনগনি।

লিকোল তকক্লা শান্নগনি। লিকোল তককঅদু খুত্তা ক্রোক ক্রোক ওৎলগা লাইয়ুমদা হন্দুনা চাইথোক্কদবনি।লিকোল মঙা লোংলগা অমা উপ্লবদি মদু পনশা থোকপা হাযনৈ।

পনশা থোক্রবদি পো কাঙবা হৌবে। পনশা থোক্লিমখৈ পো কাংনদে। দশু থোক্রবসু পো কাঙনবা য়াওই। দশু হায়বদি লিকোল মঙা উপ্পগা অমা লোংবা অদুবুনি। লিকোল শান্নবা হায়বসি নুমিদাং শান্নবনিনা মৈ অঙানবা চংই। বিজলি থাউমৈ,হাফ লেনর্টন, পেট্রোমেক্সনচিংবা লৈত্রিঙৈগী মমাংদদি সিক, বিঠবনচিংবা শিজিন্নবম্মী। মৈগী জাৎ অসিমখৈদি পাখঙনা ঙাক ব্রাযনৈ পুথোক্লে। মৈ য়াম্না থাল্লগা লেম্লে। মৈ অঙানবা থাউমৈ য়াম্না ব্রায়বকপা পাখঙদুনা পোঙজে চাউথোকচৈ থোইদোক্না মানা কোয়জবা লৈশাবীদুগী মমাংদা।

নিঙোল পোকপী পলেম্না মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙা, হিদাকফু খুদোং ফান, হিদাক কাংদ্রম, তিকি, হাপ্পা কপ্পী মাঙদা থম হিদাক ঙান্থক অদু হাল্ল হৈদোক্র হাল্ল হৈদোক্র তৌদুনা থক্রগা মচা নুপী লৈশাবী লিকোল শান্নবা যাওবিবীদুবু চেপথ চেপথ য়েংজৈ, হবাওজৈ, পেনজৈ, নুংঙাইজৈ থোইকম, মোমোন নোকচৈ।

*থবো চাবা ঃ*

কৃষ্ণ জন্ম, থৌবানী জন্ম, মেবা ব্রাখিনবা ব্রাফুকপা থবো চাবা হায়দুনা পাখঙ লৈশা হৌনবগা পুন্না চৎমিন্নে। লৈশাবী অদু পাখঙ অদুনা পুদুনা পাৎতা হি তোংদুনা থবো চাবা চৎখি হাযদুনা নিঙোল পোকপী পলেম্না হবাওজবিবনি চাওথোকচবিবনি। চৎলিবা মফম *। খুঙ্গংদগী মনাক নকপা মফমদা লৈবা পাৎ থবো থম্বাল মবাং কায়না হৌবা সাৎপা* মফমদা চৎনৈ। থবো চাবা হাযবসি চাবগী ঙাক নত্তে হি তোংদুনা পাখঙ লৈশা পুন্না চৎমিন্নবগী নুংঙাইবা অদুনি।থবো চাবা চৎপদা পাখঙ লৈশাশিংনা মনিং তম্না নুংশি নুংওলগী ব্রাবী কয়া শানৈ। পাখঙ লৈশা উনদুনা পুসি লৈপুল শেম্নবগী খুদোং চাবা কুক্কে মখল অমনি।

কিহোম চাবা ঃ

মসিমসু জন্ম থোক্লকপদা হেক হেক পাঙথোক্লে। থবো চাবা চৎপগা অক্মানি। কিহোম লৌ লৈবা চীংদোংদা চীংমাযদা চৎনৈ। পাখঙ লৈশা হৌনদুনা পুন্না পুন্না চৎমিন্নবনি। পাখঙ মখৈনা অথৌবা থাঙ খবা চাউবা তখেলথাঙ, থাঙজৌ পুনবক্কনি কিহোম য়ান্নবা, হৈজ্রাংসু পুবক্কনি কিহোম থোক্লবা। কিহোম য়ানবা পাখঙগী মথৌনি। মকুখোকপনা লৈশাশিংগীনি। অসুম্না থোক্লগা কিহোমশিংদু পাখঙ লৈশা কোযনা ফম্মিন্নদুনা চামিন্নে।মদুদা হবাও তযাম্না ব্রাবী শিংবুল কয়া প্রমান পাম্লে কযা তৌনৈ।

*অবাপ্পদা মহাদেব খুকম্বা চৎনবম্বা হৌজিকসু চৎনবিবাঃ*

বাকনি, ইঙৌবোক, ক্লাবোক, থোঙাম মোন্দুম,কৌব্রুনচিংবা মফমদা মহাদেব লৈ হাযনা থাজনবী অমা লৈ। হাযবিবা মফমশিং অসিদা মহাদেব খুকম্বা চৎনৈ। চৎলিবসি মক ওইনা পাখঙ লৈশা নহানা নম্না চৎনৈ। অহল লমনসু চৎলি মশিং কয়া

যামদনা উই। ইচৎ চৎনদে হাযফাও যাই। চৎনবিবসি জন্ম থোকপা নুমিৎ, নোংমাইজিং নুমিৎনচিংবদা চৎনৈ। হৌজিক্তি থাযনা মমাংঙৈগুম অদুক হাক্লা চৎনদ্রমাল্লে খল্লি।

কৌব্রু চীংদা মহাদেব খুকম্বা চৎনবদি থায়নদগী হৌজিক্লা হেল্লে। বারুনি কাদুনা বাকনি মহাদেব খুরুম্বগী মহুত্তা কৌব্রু চীং কানবসু য়াওবক্লে। মখল অমগী য়েংবা য়াবা কুম্মে অমা ওইবক্লে।

বাকনি কাবসি লমতা থাগী ২৮ নি পানবদনি। চৈবাওচীং কাবদি চৈবাওবা নুমিত্তনি। বাকনি কাবদি নহাবোলগীনি। চৈবাওচীং কাবদি নহা অহল খাক্তে, অহল-লমন, নহা পাখঙ লৈশা, অঙাং খাক্তনা চীং কানৈ। চৈবাও চাক চাবা লোইবতুং নুংথিলদা কানৈ। ভুবেল অনীগী ইতিনফমদা চৈবাওবা নুমিৎ ঈকপ্পদি তিনকোক লাইকোকই, লাইথুং ফৈসু হায়নৈ। লুপনৈ।

অদুবু হৌজিক্তি চৈবাওবা অনি থোক্লে অনি শুবে। মৈতৈগী চৈবাওবা হায়বা অমা চোংথোবক্লে। মসি মৈতৈ ঐখোযগী শক্তিবুগী নোংমা পানবা নুমিত্তগী চহী হৌই হায়দুনা নুমিৎ অসিদা চৈবাওই। অমনা এপ্রিল তাং ১৩ নৎত্রগা ১৪ দা হেক হেক লাউই। মসি গৌব ধর্ম্ম চৎপা হিন্দুশিংগী চৈবাওবনি।

হবিউঠান সনাবৈগী কুম্মে ঃ

মবম্লা লমলেন লমনুংশি পোইবৈনা লমদম লমনুংশি মেক্সিকো লমলেন লমনুংশি মেক্সিকো লমদমদা মক ওইনা তমখিবী মালেম লৈকোন থুংনা হৌ পোইবৈ লৈবাক শিন্নবু লৈবাং লৈশাৎ তগ্রিবী থাবুম মবী চুপ্পবু খোমলেম ভুমখুন তানখিবা ভগবান শ্রীহবিবু য়াকাইহনবা লৈবাংনি।

শক্তা চুদা চঙখোনবী মেক্সিকো মমোম লাংলেন সনাবৈ।

"মেবা থাগী সনাবৈ" হাযনা মযাম্লা শকুবিবা শোন্নবিবা সনাবৈগী চাউববা কুম্মে অমনি হবিউঠান। কুম্মে অসিগীদমক থা অমা অনি ব্রাৎলিঙৈদগী হৌনা খুঙ্গং লাননা লৈকাই লাননা লৈ থিবা চৎনৈ। থা মখাই অমবোমগী মমাংদৈ পাখঙ লৈশা চংদুনা লৈ লেংবা তৌববনি। কুম্মে নোংমা নিনি ব্রাৎলিঙৈদা লৈ লেংবা লোইববনি।দোলাই ময়াম অমা লৈ পবেংশিংদুনা ফজনা লৈতেংলগা মনুংদা শ্রীহবি লেঙশিল্লে। অদুগা পাখঙ-লৈশা মযাম্লা শিন্না শিন্না পুদুনা খুঙ্গং থুংনা লৈকাই থুংনা হবি সংকৃতন চৎলি। মদুদা শকপা ঈশৈদি-জয় বাধে গোবিন্দ বাধে। কুঞ্জে কুঞ্জে বিলাসিনি। জয় বাধে গোবিন্দ বাধে। মসিমখৈনি নিংশিংলিবা হায়বু।

চৎমখৈ চৎলুবে হাযবগা দোলাই পুম্নমক তেবাকৈথেলদা হল্লকই। দোলাইশিংদু কোযনা থম্মী।লম অতৈদৈসু দোলাই পুদুনা ঈশৈ শক শক্তনা লাক্লে। মফমদুদা দোলাই ময়াম পুনবদা যাওবৈ। মযামদুদা অহল লমন ময়াম্লা সংকৃতন শকই। ব্রাহ্মনশিংনা

শ্রীহৰিদা আবতি কৎলি।

হৌজিক্তি মসিগুম্বা কুম্মে লৈখিদ্রে মমিংফাওবা তাখিদ্রে। চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না মতম মতমগী হোংলক্লি। খবনা অকাউবৈ ঈবোলনুংদা লৈখা তানা লুপখ্রে। থাযনগী লৈবম্বা চৎনবীগা হৌজিক মতমগী চৎনবীগা ওম্বোক্লা থিনা খেন্নখ্রেদা।

# ইচে পেম্মগী নুংশি চিঠি

ঙসিদা নীংশিংলক্লি। মতম অদো পাখঙনা খূদৈ সেৎলগা খূদৈ অমনা মকোক্তা কিবগা নৎত্রগা মখ্বাঙদা লাক্রগা চৎনৈ। লৈশাবী মনাক্তা কোয়বা ফন্নগনা খূদৈদুনা মখূউ অনী অদু পুন্নগা ফম্নবিঙে মতমগী রাবীনি। পাখঙনা লৈশাবী কোযবা মতমদা হীদাক ঙান্থক্তা হান্নগা লাবৈ কোন্দনা মৈখু পাঁথক্লবা মতমনি।লৈশাবীশিং অদুগী ফিজেৎ চাকশেৎনা কবম তৌই হাযবদা ফনেক্লা ফিদোম চিংখৎতুনা শেৎলি। হায়বদি থবাক্তা চিংখৎতুনা শেৎপা মতমদগী চৎনবী ফিজেৎনি। হৌজিক মতমগুম্না ফবিৎ লীৎনবমদে। ইনফিতমক ইন্নবম্মী। হৌজিক মতমগী লৈশাবীগুম মক কোক্লরমদে, লূখমদা শম খাক্র বমদে, নুপাগী মতৌগুম ধাকাসু কক্লবমদে। শম্নাং কোয়কক্লবম্মী শাই কক্লবম্মী। শাইদু শম যান্নবদি জূম জূম লাউনা উই। মদুনা শাইদা ফজৈ জূম জূম লাউই হাযনৈ.

হাযবিবা মতম অসি ইং ১৯৪০-৪১ গী রাবীনি। নীজবিবা অসি ঙসিদগী চহী ৬৪/৬৫ বোমগী মমাঙগী রাবীনি। মতম অদুদা ঐহাক ক্লাস নাইন পাস তৌবদুদা ক্লাস তেন তম্না হৌগৎলকপা মতাঙনি: ঐগা পোকমিন্নবা ইচেতোন অমগী মমান্নবনি মরূপনি ইচেপেম্মা। ঐখোযগী মনীং হেক থংবদা লৈবক মচা অমখক্তং থন্নগা লৈবা ইচেপেম্মনি। মমা মপানা মখোয অনীতমক পোকই। অমনা পিবানি অমনা নিঙোলনি। পিবানা অহলনি। পেম্মগী মবুং অদু নহা ওইনা শিখি নুপী-নহা থিদ্রিঙৈদা। মবুং অদু মশক উহোই। মপু-মবেনসু ভমক্তা লৈতে। ইচেবু পোকপা খুবা অদুগা ইচেপেম্মগতা লৈ ইমুং অদুদা। অদুবু মপা মচামতক পানবা ইমুং অদু তনান-তনান লূনা পানজৈ। লৈকাযগী ইমা ইন্দোনশিংনা হাযনৈ মচানুপীশিংদা-নখোযবু ইকাযদবাও পেম্মগী মমাঙদা? মবম ওকউনে পেম্মগী মতৌ তমজৌনে হাযনা মমা ওইবী মখৈনা মচা নিঙোলশিংবু বাবক্লে।

নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎনি। নুমিৎ অদুগী নুংথিল পোবোবনি। ঐগী থংনবা ইচেতোন অদুনা হায-ঙসিদি ঐখোযগী লৈকাযগী লৈশাবী ময়াম হৈবী মনা শিংজু চানসি হাযবি। থবোশংখোয়গী ঈঙ্খোলদা হৈবী পাম্বী ৪/৫ হৌবি। হৈবী মনা অপূম্বা লোইনা মকম কায হায। মকম কাবা মনাদি শিংজু হাউই হায়নৈ। হাউব্রা হাউতব্রা হাযবদু চাদুনা মযেংলসি হায়নৈ। ইমাসু ইচেহনসু মখোয অনীমক কৈথেল কাখ্রি। ঐ হায়বা শিংজু চানবা যাওকদৌবি। অদুনা ঐখোযনা হল্লক্লিফাও য়ূম অসি নঙনা শঙবা তাবিকো।

লাইবিক ওবাইগে পাগে হাযরসু ইমুংদা পাবা য়াদে। মী-পোং লাকপা উবোই। মাঙোন্দা দাবীবান ময়াদা ফক অমা থাবগা মদুদা লাইবিক পাউ হায়বম্লগা ইচেতোন থোকখ্রে থবোশংখোয়দা শিংজু চানবা। ইচেতোন্না হায়বম্বা মতুং ইন্না ফক্তা খুক খুদক কুদুনা মেগাজিন অমা পাদুনা লৈ।

ঙাইহাক লু লূকথদুনা মেগাজিন পাকবগা হঙ্গৎনা যেংথোবকপদা ইচেপেম্মা জুবীদা লেপ্পুম্বদু উকই খংবোই-লাকপাই ইচেপেম্মা' হাযনা কৌই। লাকও চঙকও ফর্কাসিদা ফম্মিন্নসি লাকও হাযনা কৌশিন্দুনা ফম্মিন্নে। মহাক মযোম মচা অমসু পায়বকই। ম'যামদু কবি যাওবিবনো হাযনা হংবদা শিংজুগা বোবাগনি ঐনা চানবা পুবিবকইবনি হায।

ঐনা পেম্মানা লাকইবা অদুদা ঙক্তুনা-ইচে! লৈশাবী মযাম শিংজু চাননি হাযবিবসি ইচেদি যাওবোইদবাও?

- য়াওবোই! ঙসিদি অকবা থবক অমা লৈবে ঐ যাওববোই হাযনা হাযদোকখ্রবনি। ঐনা ঙক্তুনা- কবি অকবা থবক লৈগেনে ইচেবো'?

- ইচেম্না নঙোন্দা ঙাইহাক্তং য়েৎপা তাবেনে লাইবিক ঔবাইবিব্রাও নঙবো?

তৌদেদা। লাইবিক ঔবাইবা নত্তেযে। ঐখোযগী স্কুলগী মেগাজিন ঙবাংতা ফোঙবা। মদু প' শান্নবনি যুম শঙবা ওইনা।

- কনামত্তা লৈত্ত্রাও হাযবিসিবো?

- লৈত্তে। কনা লৈকনি হাযগে '; ইমাগা ইচেহনগনা কৈথেল কাখি। ইচোতোননা ইচেথবোশংখোযদা শিংজু চানবা চংখি। ঐ ইথত্তা ঙাযবেদনা।

- ইমাইপেমো ওঙ্গোক্রা তান চবেদকো লাইনা উবিববা হাযবদুনি। ঐনা ঙসি ইনাওদা হায়গদৌবিবা ব্রাফমসে মীগী মমাঙদা হায'দাকপা ইকাযবা রানে।

খবসি হাযবগা ইচেপেম্মগী থবক্তো চেৎনা যেপ্পুনা পুবকপা যাম্নাপীক্লা থুপচীল্লবা চিঠি অমা লৌথোক্তুনা ঐঙোন্দা পী মসিমত্তা খবা পাবিযু হাযদুনা। ঐনা চিঠিদু ফাত্তোক্তুনা পাবে। মসিদি তাবোকুলনা পীবকপা চিঠিনিনা। ইচেপেম্মা খুন্নকই- অং মান্নি। মখা তাথবকই- তাবোকুলসি ঐবুদি যৌনা নুংশিজবা জাংনি।

ঐনা ইচেপেম্মাদা হংঙি- চিঠিসি কবম্না ইচেগী খুৎ যৌবকইবা'? ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম ওইনা ইচেনা মথং মথং লীথবকই . . .

অদুবুবো ঙসি নুমিৎ ৪ / ৫ নিগী মমাঙদা ঐখোয়গী পাজিদু সোবোৎ অমা যাওকনি হাযদুনা ঙত্তানা চাক-ঈশিং চাবগা চংখি। নুমিৎ অদো ঙত্তানা চাবা-থকপা লোইববনিনা থবক খবা কোম্নেদো। থবক শংলবা অদুদা ফি-বোল যাম্না মোৎলে খবা শুদোক-চামথোক্কে হায়দুনা কনাগী মোম্পাক ফিদক, মোনখুম, পাজিগী ফিজম

ফুবিৎ, লাংঙবানচিংবা পুথোক্লে ঐগী ফি-বোলসু য়াওনা। য়াঙোন অমনিনে নুমিৎতুদা ঐনা ফি শুবদো। ফি শুফম্না ঐখোযগী পুম্রী মপান্দা হৌবা থোংনাং পাম্বী অচৌবদুগী মনাক্তা উকম খবা ফংনবা হাযদুনা। অদুগা তাবোকুলনা ঐনা অদুক য়াম্বা ফি শুবিবদো ফমদুনা যেং লৈবিবা মমীৎ হেক কৃপ্তমখৈ। ফম্ববু ওম্লোক্ল কনগ্রে হায়মী। চৎলা নুংশিৎকুম্বা ফন্না নুংগুম্বা হাযদুনি তাবোকুলসি। তাবোকুলনা ফন্নিবা মফম্না ইপন চাউথোইগী বোকুল মখোঙদা!

ইপন চাউথোইখোযগা ঐখোযগা পুম্রী তিন্নৈদনা নঙসু খঙভিবা নৎত্রা? ঐখোযগী ইখোলসু পীকই, ইপন চাউথোইখোযগী ইখোলসু পীকই। পুম্রী অমমম তৌববদি লম অবেম্বদা মাঙলগনি। অবেম্বদা মাঙগদৌগী শকক ইনশাং-নাপী, মনা মশীং থানসি পুম্রী অমতমক থন্নগা ঈশিং পূন্না চামিন্নসি হাযদুনা পাজিগা ইপনগা য়ানদুনা লম তম্খায তম্খায পুথোক্লবগা তৌম্রিবা পুম্রীনি হায়নে। অদুনা পুম্রীসি মবাক্লা শাংলগা ময়ূংনা তেল্লিবনি। বোকুল মখোঙদা নুমিৎতুদা তাবোকুলনা মখু পুল্লগা নুংঙাইনা ফমদুনা ঐনা ফি সূবদো হৌবদৈ লোইদ্রিফাওবা যেংবা ঙম্মিনে। কবম্বা নুপানো খঙদে। মহাদেবদৌনা লেঙ-খোৎপা তৌদনা ফম্বসু ঙম্মিনে।

ঐনা ফি শুবা লোইবদুনা খুদেংদা ফি অশৃবমখৈ হাপ্লগা কোক্তা থোঙ্গৎলে। বালতিন্দু ঈশিং শোক্রগা খৃৎ নাম্মনা পায। খৃৎ নাম্মনা কোক্তা থোনগৎলিবা খুদেংদু পাই চৎকে হেক তৌবদা সে সিমতা পুখো হাযবকই। ঙম্মোই, ঐনা খৃৎ শংদে হাযবদা তাবোকুলনা লৌদবা যাবোই হাযদুনা চে অমা শম্বল অহোবদা লাম্লোবকইনিনে। ঐসু বালতিন্দু থন্নগা লৌবে। তাবোকুলসে অনর্মদি কনখ্রবা মীভানি। অদুগা সুম্নকাসু হায়বম্মিপোৎনি চয়োল অমগী মনুংদা জবাব পীবক্কদর্বনি শোযবা য়াদে। পীবিবদো ঐগী চিঠিনে নঙোন্দা ইবিবা। মদুদা ঐগী রা লোইনা হাযববনি। নঙ নত্তনা ঐনা নুংশিজবা লৈশাবী অমত্তা লৈতে। জবাব হন্নক্তদি নঙনা ঐবু নুংশিদ্রে হাযনা লৌগনিসু হাযবম্মী। অদুগা থৌবী যান্দুনা শিদোকপা ঙম্বা বোকুলনি কাসু হাযবম্মিপোৎনি।

ইবেম্মা নঙ নত্তনা ইচেগী চিঠিগী জবাব ইবিনবা কনাসু লৈতে। পাবিনবসু লৈতে। অদুনা নঙগী ননাক্তা লাক্লিসিনি হাযবগা ইচেপেম্মগী থবক্তা যেপ্লিবা চিঠিদু লৌথোকলগা ঐঙোন্দা পী। অদুগা ইচেনা মখা তাথবকই-চিঠিসু পাবিয়ু। অদুগা মবোল অমা হনখিদবা য়াদে অদুসু ইবিয়ু। ঐনা - ফবে ইচেনা হায়ববু ইন্দবা য়াত্রা? চিঠিসি পাউ হাযববনিনা পাবগে তাবো মবোলদু তাবগা ইচেনা হায়বকই- তাবোকুলনা ঐবুদি য়ৌনা নুংশিজবা জাৎনিকো সিদবু মাবু নুংশিদবা যাবিত্রা হায়বা?

— অদুদি জবাব ইবসিকো। ইচেনা হায়নীংলিবা মরোলদু হায়রক্লো ইবগে?

— হাইমা কদায়দৈ খঙগদগে? খঙদনা নঙোন্দা ইবিয়ু হায়রিসিনি। নঙনা থোকপা

অদুম ইবিবো? ঐ খঙদে।

— মদু য়াদেনে ইচে। মীগী চিঠিবু ঐনা হায়নীংবা হায়দুনা হেক্তা ইবা যাযেব্রাও?

— য়াদবোবেকো। অদু-অদা খঙদে ইবিদবা য়াদে।মানা হাযবকইদো অদুগা চান-চাননা হেক্তা ইবিবগা লোইবদুবো।

— ঙাইখো ইচে তাবোকুলদি লাইবিক হৈব্রাও?

— কদাযদগীনোদা। অঞ্জি ক, খ, খঙবা নত্তেদা। মাসু ঐগুম্বা জাৎনি। মী নেক্রগা ইহল্লকপা ওইবমনি। কনানা ঈনশিনবিদুনা তৌবক্রিনো খঙদে।

— অদুদি ইচেগা অমহানিনে।

— অমহানি অমহা? অদুনবু ঐখোয় অনী নুংশিনবিবনি ইবেমশা কৈনো।

— অদুবু তাবোকুলগী চিঠি চে অসিদি ফাজবো। মমল য়াম পীবমনি। চেশিগী ওয়থংবা মাযকৈগী লাতোন চিথেকসিদা য়েংঙুনে। লৈবোং অমা যাওবিসে।লৈগী মসা অমদা উচেক মচা অমা তোংলি। উচেক্কী চীনসিদা চে মচা অমসু মচীন মচা অসিনা চীক্রি। অদুগা লাইবিক মযেক্কসু ইবি।

— কবি হায়না ইবিবা?

—জাও পাখি, তাব কাছে, মোব প্রানেব কথা নিযে।

— কবি হাযবিনো অদুদে”

- ঐসু খঙদেবা 'মযাঙলোন ওইবম'ল্লে।

তাদ বোকুলনা ইবকপা চান-চাননা ঐনা থোকপা খবা ইশিল্লে। ইবা লোইবগা পাদুনা ইচেপেম্মবু তাহল্লে।

- ইবেম্মদি ওন্থোক্লা হৈনবু ইখ্রেনে। ফবে ফবে চিঠি হাযবু অদুনিদনা। কদায় খবা ফজনা থূপচীনবিবো? হিংচাবা অদুনা থানখিবা নুমিৎ হেন্দোকখ্রে হাযদুনা শাউবক্লনি।শাউসু শাউগনখ্রপোৎনি পেৎ তৌবা যাদে।

অদুবু ইবেম্মা মাগা ঐগসি থুংনগদবু মাল্লেক্রেনে। মাবু পাজিনা য়াম্না যাদেনে। ইচাসু নত্তোমতা ঙাযবে। নঙ ন্তনা ঐগী কনাসু লৈতে। ঐগী লৌ-ইশ্লোল, য়ূম-কৈ, সম্পাত্তি পূম্নমকসে ফংহৌগদৌবিবসি নঙনিদো। অদুনা ভফবা ইস্কাক ওইবা যাবা অমবু যাওং ইদুনা লৈহন্নীংঙিনে ইপাদি।

মীনা ঙাঙনবিবা কবি হায়যে ঐখোযগী মখা থংবদা লৈবিবা ইনাকখুনবা ইমুংসিদা লৈবা, থবক-ইনখাঙ নোম্নবা লৈবিবা মীনায বোকুল হায়বিবা নুপা অসি আ লরাযদগীনিদো। লরাযমচানি হায়বিবা। পু-পাং সুদবা লায়বগ্রবা ইমুংদগীনি। অদুনা মাগী রাবল থুনা থাদোকউ। ইপানা হাযবা ইল্লু।

অসুম্না ঐখোয়গী পাজিনা হায়বি। অমবোমদনা তাবোকুলনা চেল্লসি হায়না গৃ গৃ

তকশীল্লক্রি। ঐ তৌফম-লাকফম অমত্তা খঙলক্তে।

ব্রাহৈ অসি হাযবগা তাদ বোকুলনা পীবকপা চিঠিদুনে ঐনা ইবিখিবা ইচেপেম্মগা চিঠিদুনে অনী অদু পীক্রা থৃপচীল্লগা থবাক্তা য়েপশীনখ্রে ঙসাই লাকপদা পুবকপদৌনা চৎলগে হাযবল্লগা তপ্না তপ্না মরু লৃকথদুনা থোঙ্গাললোমদা থোকখি। ঐনা ঐখোয়গী অব্রাংথংবা নাকলগী দাবীবান্দা লেপ্তুনা ইচেপেম্মনা থোর্কাখবা অদু যেংদুনা লৈহৌই। ১

## লংথবান লৈহাউ লৈবেল
## ‘‘পুন্নারী লংথবান কোনুং,হৈবোকচীং , দা. কমলগী কাঞ্চীপুব’’

ইং ১৯৪০-৪১ গী ৱানি মতমদো ঐ ক্লাস নাইন কাবকপদা ঙায়বি।ক্লাস অনৌবা কাবা হায়বসি অনৌবা অহন-অহনবা লাইবিক লৈনৈ। অনৌবা অহনবা লাইবিক পানীংবা হৌনশানি। অনৌবা লৈবদা মৈতৈলোনগী লাইবিক দা. কমলনা ইবা উপন্যাস ‘মাধবী’ য়াওবি। মৈতৈলোনদা ইবগা ওইবে, নুংশি-নুংওনগী মবমদা ইবা ওইশিল্লে অদুদদি নুমিদাং অমদা মাধবী উপন্যাস অদু লোইনা পাথোক্লে। দা. কমলনা ইবম্বা ‘লৈ পবেং’ হায়বা শৈরেং লাইবিক অদুমসু ক্লাস সেবেন্দা টেক্স বুক ওইনা তমখি।শৈবেং লাইবিক অদু হন্না হন্না পাখি। হৌজিকসু চীনফা পুবি, শৈবেংশিংদু চীনদা পক্রি। লাইবিক অনীমক্তা লংথবান লৈহাউ লৈবেল ওম্লোক্লা ফজনা থাদুনা ইখ্রে। যৌনীংখি লৈহাউ লৈবেল পাম্বী হৌবা লংথবান। লৈহাউ লৈরেল পাম্বীদু উনীংবনা লাঙতক্লখি।

লংথবান চৎতুনা লংথবান কোনুং অমনবা,কমলগী কাঞ্চীপুব য়ৌকসিহাযদুনা ইমান্নবী হৌকই। কনামক্তা য়াবকতে। মমা-মপানা যাবক্লেই খুম্মকই। ইমান্নবী ছাত্রীসিংনা কনা অমত্তা য়াবক্তবদা কনা হৌদুনা চৎসিগে খল্লি। নোংমা ঐগী মরূপ ছাত্র অমদা ঐনা লংথবান লৈহাউ লৈবেল যেংনীংবগী ৱাফমদু হৌদোক্লুই।ছাত্র অদু চুবাচান্দ হায স্কুলদা তম্মী। মহাক সেগা লম্বীগী মনাক্তা লৈবনি। হোদাম লৈবক মপাদৈ খজিক্তং হেন্দোক্লগা মখা পাংনা চৎখিবা ঙানম্বীখোং তাবা লম্বীদুগী মচিন্দা সোবোক্লা থংননা লৈবা ইখোলদুদা লৈবনি। ঐগী য়ুমনা ক্লাকৈথেলদনি। ঐনা তম্ফাসনা স্কুলদা তম্বনি মহাক্লা চুবাচান্দ স্কুলদা তম্বনি। ফনা শাংনা ঐখোয় অনী লম্বী তিন্নৈ। লংথবান চৎপগী ৱাবী শাবিবসি স্কুল কুমলকপদনি লম্বীদনি।

ঐগী মরূপ ছাত্রদুগী মমিং গৌবমণি কৌই। গৌবমণিগী শক তাকপদা খ্বাইদগী লাযবদি মহাক সাহিত্যকাব পাচা মৈতে হাযবদুগী হেক পোকমিন্নবা মযাম্বা অহলনি। মা ঐঙোন্দা ইচে কৌই। মহাক্লা হায়বকই—

‘‘ইচে! ঐসু লংথবান চৎনীংবা কুইববনি। ইচেনা হৌদোবকপা তান যাম্না চাবে। নোংমা হেক্তা চৎসিনে।’’

মাগী ৱাফমদু তাবদা ঐনা ‘‘ অদু ওইববদি লাক্লিবা থাংজ নুমিৎ অসিদা হেক্তা চৎলসি থাংজদি ছুতি তম্বায থাবনিনা ছুতি হেক থাবগা অদুম য়ূম য়ূম য়ৌনকবা তৌদনা

*অদুম লংথবান তম্না হাইথবসি"।*

ঐখোয অসুম্না ঙাঙনবগা থাংজ নুমিৎতা লংথবান তম্না চৎলে। গৌবমনি মী পীকই। মাগী সাইকলদি নেম্মী মচানি মহাকপু খ্বাই মমান্নবনা সাইকল মচা থৌবা লমথুংবা হায়না লক্লে। সাইকল মচাদু তোংদুনা চৎপদা মানা য়ৌকদবা লম লৈতে। লমকোযবসু যাম্না পামজবা মীতানি। গৌবমণি পীকপা অদুনা শিকি চৎপী হায়নসু খঙনৈ।মতম অদুদা চৎনবঙ্বা শেল শিকি চৎপী হায়বদু যাম্না পীকই। পৈশা ৬৪ না লুপা শাবঙ্বা মতমগী ৱানি। শিকি হাযবসি লুপা অমগী ৪ থোকপনি হাযবদি পৈশা ১৬ না শাবনি।

গৌবমণি মাগী সাইকল অপিকপদুদা মাগী মকপ অমগা পূন্না দবল তোংমিন্নৈ. ঐনা ঐগী একাগাবীদা তোংঙি। ঐখোয অহুম লংথবান চীংখোঙ যৌবে। মহোয়গীসু ঐগীসু গাবী অনীদু খিন্দুনা থন্নগা চীংখোঙদুগী নাপী মথক্তা হুমাং হন্দোকপা ওইনা ফমদুনা পোৎথাবি। ঐখোয়না ফন্নিবা মফম অদু তম্নদুনা অহল অমা চঙশিল্লকই। অহল অদু খূদৈ অমা শেৎলি। মশাদী ফি অতৈ অমা থোংদে। মহাক্তা ঐখোযদা হংলকই—

*'ইচাশা' নখোযবু মসিদা কৈদৌবা লাকপনো?*

— ঐখোয় লংথবান লৈহাউ লৈবেল যেংবা লাকপনি। ঐখোয ইম্ফালদগীনি। ছাত্র-ছাত্রী ঙাক্তনি। ৱাদুনা মফমসিদা পোৎথাবঙ্নি। লৈহাউ লৈবেল পাম্বীদু কদায়ৱাইদা *হৌবিবগে'? দা.* কমলনদি মানা ইবঙ্বা 'মাধবী' হাযবা লাইবিক্তুদা ওপ্লোক্লা ফজনা থাবমপ্রে। মদুদা ঐখোয যেংনীংদুনা লাকচবনি। ইপলনা লৈহাউ পাম্বীদু হৌবিবা মফমদু ফাওবদং খবা পুবিবম্মুবা থবক শংলবদি অচীনবা লৈত্রবদি।

*— ঐ শল হোইশিনগে লাকপনি।* অদুবু নখোযনা যেংনীংলবদি লৈহাউ হৌফমদু ফাওবা চৎসি। লৈহাউ পাম্বীদি হৌদ্রে। মতম কুইবক্লদনা মতোমতা মপাল-মউ ফূক্লা তুপ্রবনিনে।

—তুপ্রবসু হৌফম মফমদুদা য়েংজনীংঙে ইপল।

— অদুদি লাকউ ঐগী তুং ইল্লকউ লাকউ চৎসি।

— একাগাডী অনীসিদি কমদৌবা?

— মাঙঙোই মাঙঙোই।অদুম খিন্দুনা থনম্মু।

ঐখোয়গী লংথবান চীঙোল অসিদা হূবানবা লৈতে। কবিমতা মাঙলে ই নুংশা থীনু। *অসুম্না ইপল অদুগী তুং ইন্দুনা লংথবান চীং কাখৎলে।* উবা ফংলে লংথবান কোনুং অমনবা, সনখোঙ লৈবঙ্বা মফমগী অতেক-অকায় মতম অমদা ফজনা লৈবঙ্বসু, কোনুং ওইবঙ্বসু হৌজিক্তি মপ্লে লোইনমক নীংখায়বে। মতম অমদা লৈবম্মী, লৈবঙ্বনি হায়বতা মঙায়বে। অতেক-অকায় ময়ামদু উবদা কমলনা হায়রঙ্বা ওইবা তাই, *"শেঙ্বা হৌগৎলকপা নুংঙাইবগী মশক্কি, নীংখায়রকপা মনথবকপা অৱাবগী মশক্কি।"*

হায়বদো।

—ইপল! চন্দ্রনদী তুরেল হায়বদু কদায়রাইদা চেন্নি? মদুমসু য়েংনীংঙিনে।

— আদু আদগী খোয়দ্রিং-খোয়দ্রাং খোং অমা লৈবিসে মসিনি চন্দ্রনদী হায়দো। ইপলনা খুদোম্বী থিন্দুনা ঐখোয়দা তাকই।

—অসি ওইবে চন্দ্রনদী হায়দো। ঐদি খোংবাল অমনবা ওইববোই নীংলুবা।

গৌবমণিনা পাংশিল্লকই "খোংবান অমনবা অসিবু দা: কমলনদি কয়াদা ফজনা থাবমখ্রবা। ঐখোয়না অসুক ব্রানা লাক্রিসি খোংবাল মচাসি লংথবান চীংথক্তগী যেংনবা লাকপা ওইবেনে।"

—অদুবুদি কবিগী কল্পনাদৈ থাবনিদনা।

ইপলনা খুল্লকই — "নত্তে নত্তে ইবুংঙো। নোংজু মতমদদি ইপান থাদদি চন্দ্রনদী তুবেল ওম্মোক্লা ফজে। তুরেলগী তোর্বান অনীমক্তা অশংবা মনা- মশীং উপাল মচা মচা ইশং শংনা হৌই। লম্লক্কী লৈ-শু কয়াসু মবক মবক্তা হৌবা, শাংপা তুবেলনা ঈমাই চোন্না ঈশিং চেনবা মতমদদি ফজখ্রপোৎনি। হৌজিক্তি নিংথমথা ওইবনা কংবগী তৌবনি।

ঐনা হায় — ইপল' লৈহাও লৈবেল হৌফমদু অমুক য়েংলুবসি।

ইপল, গৌবমণি, গৌবমণিগী মকপ ঐ ঐখোয়হম্না তুং ইল্লগা ইপলনা মাঙ থাদুনা ঐখোয মবি মথং-মথং চংলে। লৈহাউ লৈবেল হৌবম্বা মফমদু যৌবে। ইপলনা হংলুবা তৌদনা ব্রাবী লীথবকই লৈহাউগী মবমদা।

- ঐখোযনা খঙলকপদদি লৈহাও শাংলমদ্রে। উ পাম্বীগী মপুসি চহী যাম্মক্তুনা লোইশিল্লকঅম্মে কংলি কংলি তৌবম্মে। খবা লৈবগা নোং নুংশিৎ অকনবা অমা লাকখি মতমদো। নোংমা অহীং অমদি নুংশিৎ ওম্মোক্লা কন্না শীৎলি। নুমিৎ অদুগী অহীংদা লৈহাউ পাম্বীদো তুবম্বনি হায়নখি। তুবকপগী শব্দ মখোলদো ওম্মোক্লা হৌগ্রে কনগ্রে হাযনৈ। লংথবাল হৈবোক চীঙোল থক থক নিকখি হায। লৈহাউ পাম্বী তুববা মতুংদা মীনা কিনদুনা শোক্রুরমদে। লাইওইববা উপালনিসু হাযনৈ। চহী অনী অহুম লৈবগদি হায়নবম্বা ব্রাফমশিংদু ঙম্না কাউনখবে। লোন্না লোন্না সীঙজং থাঙজৌ পুনবক্তুনা মশা- মবেং কক্তুনা শীং থানবা খবা খবা লৌনবকই। অসুম্না তত্তনা তৌবকপদৈ চাউখ্রবা লৈহাউ পাম্বীদু লোইশিনখি। মক অচৌবা, মউ অচৌবদুদি লোইশিনবা ঙমখিদে। লোন্না থুপ্না লৌনবা অদুনা লোইশিনবা ঙম্নমদবা য়াই। ফোংনা লৌজরো হাযবম্নগদি মচেৎ অমা ফাও তাহৌরোইদবনি। পাম্বীগী লেমহৌবিবা শকক অয়াম্বা চীংগী লৈবাক্লা ফুমজিনখ্রবনি। নোংজু পাম্না খুদীংগী ঈচেলনা চেম্থরকপা চীংলৈবাক্লা কুপশিনখ্রবনি।

ঐখোয়না অহল-লমন ইপা-ইপুনা তম্নম্বদগী তাবদি লৈ শাংপা মতমদদি হৈবোক চীঙোলসি লৈনম্না লৈবা য়াদে। পাম্বীনগা চাউবে ব্রাংবনগা সোবাবেন পক্লা ব্রাংলে অদুগী

মথত্তা চীংথত্তা হৌবে নুংশিং শীংলকপদা কনানা থিংবা ঙম্মনি। মতম অমদা লংথবান মণিপুর শাংনা ফাওরম্বনি। ফজে হায়দুনা কোনুং ওইরম্লিবনি।

ইপলদা ঐখোয়না হায়রে ইপল ঐখোয়দি ঙসিদি হনগ্রগে ? ঐখোয় মুল কুম্নকপদগী য়ৌনীংমনম্রদুনা সোমদা সুম হাইথরক্লবনি। য়ুম য়ৌরক্লি। অমুক হন্না ঐখোয় লাকখিনি। য়েংনীং য়েংনীংবা মাম লৈরি। অমুক লাকপদসু ইপলনা ঐখোয়বু খবা লমজিংবিয়ুকো।

-- কবিগী চিংদনি। ইচাশিংনবু য়েংনীংঙি হায়ববদি।

– অদো ইপল য়ুম কদাইদনো ? ইপলগী মিংনা করি কৌবগে ? নচাশিংনা ইপলবু থিরক্লবা।

– ঐগী মিং তোমচৌ। ঐগী য়ুমনা ত আদা উবিবা চীংখাগী চীংখোঙ অসিদা থোঙ্গাল অমা লৈবিবসে অসিদা থিরকউ। ইপলসু শামোক থাদোকখিবদু লোইশিনগে লাকপনি। অদুগা নখোয়গা থেংনবনি ঐ শল হোইগৎলুখিগে। অদুনা নখোযসু চৎলো য়ৌম্লো। নখোয়গী অহল-লমম্না হল্লক্লে হায়দুনা নুংশা থীনবম্নি। চীংখোঙদা থম্নম্বা গাড়ীদু থৌনদুনা ঐখোয় হাইগাৎলক্লে। ঐনা ভু ইথং থংনা চৎলি। লংথবাল চীংখোঙদে সোবোক অচৌবা তাবা লম্বীদু লাম্লোক্লে। সোবোক অচৌবা অপাকপদু তাবে। খবা চৎলবা ভূন্দা গৌবমণিখোয়না তোংবা গাড়ী অদুগী মনীংগী চাকাদা বিলাতি বোল নুংশিং অকাম্বীদো অমা যানবা উবকই। মদু উবদা ঐনা ফাগি তৌই – গৌবমণি! গৌবমণি! নখোযগী গাড়ীগী চাকাদা বিলাতি বোল অমা যান্দুনা পুরিদি কৈগীনো " য়াওশঙ হৌদোক্লিব্রাও "

ঐগী ব্রাদু তাবদা গৌবমণি হন্না য়েংথোনকই। উবে মখোযগী গাড়ীদা য়াম্লিবা বোল অদু। মখোয় অনী গাড়ীদে কুমথবে। গৌবমণিনা মখুৎ অনীনা বোলদু পায়শিল্লগা লাউবকই, "নুংশিং থাদোকও, নুংশিং থুনা থাদোকউ যাম্না থুনা থুনা।" মাগী মকপুনা একাগাড়ীদুগী নুংশিং থাদোকই।

– "শ্বায়সি পায়খানা লৈব্রাও ?" গৌরমণিনা হংলকই।

মাগী মকপনা খুম্মী, "নখোঙ হাম্নীংলব্রাও ? শ্বাই ভূবেল লৈতবনিনা তো আদৈ লৈপুং অসিগী মক্রমদা হেক ফম্লবো।"

মকপকী ব্রাহৈশিংদু তাবদা গৌবমণি খংশাউ শাউগৎলকই। শাউনা – "ঐনা খোঙ হাম্নীংঙে নঙোন্দা হাযখিব্রাও। ঐনা নঙোন্দা হংখিবদি মফম অসুব্রাইদা কাবখানা গাড়ী শেন্ফম লৈবমগদ্রা হংবনি।"

মকপকা ঐগনা হাযবে নঙনা হৌজিক্তা পায়খানা লৈব্রা হায়খিবদুদি। মদুগী ঐখোয় অহম্মক ব্রান্থ-ব্রাম্থা নোক্লে। নোকমখৈ নোক্লগা গাড়ী শেন্ফম থিবদা অমত্তা ফংদ্রে। ককব্রা বাজাব তান্না খোঙনা গাড়ী ঈন্দুনা চৎলগা তয়ার শেগায়বদা তিপ লীথোবকপা ওইবদ্রে।

সাইকল ফোৎলবা মতুংদা য়ূম য়ূমদা য়ৌনরক্রে। সন্ধ্যা মগ্রি তৌবা মতমনি ঐখোয়না য়ূমদা থুংবদো।

পুব্রারীগীনা লংথবান, কোনুং অমনবা হৈবোক চীংগী মহাদেব, লিল্লাখোং মবীল। দাঃ কমলগীনা কাঞ্চীপুর, চন্দ্রনদী।

ইং ১৯৪২ গী হৌগৎলকপা মতমনি। ঐহাক মেট্রিক পরীক্ষা থাবগী তেষ্ট পরীক্ষা ওগ্রে। র্ফোম ফিল অপ তৌবা, স্কুলগী ফীস, পরীক্ষাগী ফীসনচিংবা থীদোক্তুনা লোইবে। মেট্রিক পরীক্ষানা মার্চ থাদনি। স্কুলগী ওজাশিংদা অমদি ইমান্নবী ছাত্রীশিংদা বিদাই পীবগ্রে। হয়েংদগীদি স্কুলসে অমুক হন্না কাবক্রবোইদো হায়দুনা স্কুলসঙবু হন্না হন্না যেংদুনা লাকই। খবা চৎলগদি স্কুলশঙদো উখিদ্রে। উদ্রবা অদূদা লূ লূকথা পি চদুম চদুম শীস্থদুনা য়ূম তম্না হল্লকখি। লম্বীদা খন্না খন্না লাকই লাংথবান্দো অমুক্তংগা যৌনীংঙিদা হযেংদগীদি স্কুল কাববোইদবনিনা লম্বীসিদা অমুক চৎপসু চৎলবোইদো লংথবানগী ইপলগী মফমদসু হায়বস্বনিকো ঐখোয় অমুক হল্লকখিনি লংথবান য়েংবা লোইদ্রি যেংলখিনি হায়না। নুমিৎ অদো গৌবমণিসু থেংনদে। হয়েং অয়ুক ঙন্তানা গৌবমণিগী ময়ূমদা চৎতুনা লংথবান অমুক্কা হন্না চৎলুখিসি হায় হৌকগে লেপ্লে।

গৌবমণিগা ঐগা উনবে লেপ্লবে লাক্রিবা নোংমাইজিং অসিদা চৎলসি হায়না। লেপ্লখিবা নুমিৎতা চাকঙন চাবগা চৎলে ঐখোয অহুম, অহানবা লংথবান খোংচৎকী খোঙবু গৌবমণি, মাগী মকপ অমসুং ঐ। য়ৌবে লংথবান চীংখোঙ। ইপল তোমচৌগী খোঙ্গান্দা ঐখোয়না তোংলকপা একাগাডী খিন্দনা থনগ্রে। ইপল চাক তোক্রবা মতুংনি। ফমেনগী ফম্ফম ফক্তা হীদাকফূ অমা পায়বদুনা হীদাক থক লৈবম্মী। ঐখোয অহুম্বু হেক উবমক্তদা ইপলনা—

"ইচাশা। নহোয় অমুক লাক্রে। লাউ চঙলকউ ফম্মো লাউ" হায়না ঐখোয় অহুম্বু ইপলনা তবাম্না ওকপী।

গৌবমণিনা "ইপল ঐখোযগী ইচে অসি কুমশি মেট্রিক পরীক্ষা থাগদৌবিবা। স্কুলকাগদবা মতম লোইবে। লমজাওদসু তোযনা চৎপা ফংলবোই। অদুনা ইপলবুসু উনদবা কুইবে উনকসি। লংথবান কোনুং অমনবসু মপুং ফানা লোইনা যেংলুসি হায় লাকচবিনি ইপল।"

"ফৈনে। কৈদৌগে য়েংখোক্রগা লোইবদুবো। যেংলুসি যেংলুসি ঐসু নোংমাইজিংনি থবক খবা কোম্মে। ইশুশিংনা ইপুবোক ঙসিদি নোংমাইজিংনিনা ঐখোয় স্কুল কাবোই শনঙাক শনশেন ঙম্না ঐখোযনা তৌগনি। ইপুবোক ঙসিদি পোৎথাবো হাযনে অদুনা ঙসিদি তান ওস্থোক্রা চাবে। চৎসি লাকও।"

ইপলনা মাঙ থাবগা ঐখোয অহুম্না তুং ইন্দুনা লংথবান চীংদুম মচাদু কাখৎলি।

চৎনা চৎনা ইপলদা ঐনা ‘‘ইপল! লংথবান কোনুং অমনবসিগী মবমদা ইপলনা অখঙবা হ্রাবী মখৈসু লীবিযুকো ইপল। অমত্তা চীথদনা লীবিগদবনি কো, কো ইপল।’’

‘‘হোয়দা, হোয়দা। ইচাশিংনা খঙনীংবমখৈ ইপলনা লোইনা লীথোক্লগা লোইবেদনা হাঃ কবি হায়গে?’’

‘‘মদুদি ঐখোয় লাইবক ফবনে’’

লংথবান কোনুং অমনবা লৈবম্বা, শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরনচিংবা লৈবম্বা মফমদু য়ৌবে।

ইপলনা হাযবকই–

‘‘লাকও লাকও ইচাশা য়েংঙবো। কোনুংগী শঙ্গাই মহাবাজনা লেঙশিল্লমবা পূম্ন মক ঙম্না তেকখবে। কীম্নখবে, মাঙখ্রে। শ্রীগোবিন্দনা লেঙশিন্দুনা লৈবম্বা মন্দিব অসিতনি মল্লবসু মন্না লৈরিবা হায়ববু। লাইনা লেঙশিল্লম্বা মফম ওইবনা পাক থুগাইবা মাঙহনবা ঙমদবৈ হ্রানি। খঙঙেদনা ইচাশা লাইদি মীবায়বা ম্নাদবনিকো। য়েংঙোলাউ সিদৈ খবা কৃৎথবা মপা অসিদা লেপ্লগা। মফম অসিদনি লংথবান কোনুংদা শুকং অমা লৈ হাযনবদো। হৌজিক্তী চঙফম অসি লমহূই মখূল মুক্তা লাওবে হায়বা। ঐখোযনা অঙাং নুপামচা ওইরিঙৈ মতমদদি মী চঙবা চল্লম্বনি। হৌজিক্তি লোইনা ফুনখ্রে চেকতেক, চেক্লুপ, লৈবাক্লা ঙম্না ফুজিনখ্রে। মতম অমদা লৈবম্মী হায়বতা মঙাযববনি। সে মসিনা মন্দিব কোনুংদৈ শ্রীগোবিন্দ খুকম্নবা মহাবাজনা লেঙথোবকপদা সনথোঙ অসিদা লেঙশিনগদবনি।

অব্রাং পাংববোমদা খবা লাপতক্লা সনথোঙ অচৌবা অমা উবিবসে মসিনা মী চৎথোক-চৎশিন তৌনবা কোনুং অপূম্বগী সনথোঙনি। সোমদা লাকও অদুগা য়েংঙু মসিনা কোনুংগী বাসমন্দল পুখ্রী হায়বদো। মতম অমদা কোনুং ওইবিঙৈদদি ওম্থোক্লা ফজবম্মী হাযনৈদা। খুৎলায়পায়বকানসু ঙাক-শেল্লম্মী হাযনৈনে। পুখ্রী অসিদা নত্তনা অকোয়র্বসিদা লৈবা পুখ্রী মবিখকনি। ওম্থোক্লা পাক-চাউখ্রবা পুখ্রী ঙাক্তনি। হৌজিক্তি শেম্বিবা কনা লৈত্রবনিনা জঙ্গলগী পুখ্রী ওল্লেদো। পুখ্রী মবি অসিদৈ খ্বাইদৈ চাউবা পুখ্রীদু অসিনি। মসিমদিলাইবেল লৈ হাযনা কিনদুনা কনামত্তা চঙনদে। হূপ-তৌবাংনা পাক শন্না হৌজিনখিদুনসু মী কুম্বা যাদ্রে। মতম অমদা কোনুং ওইবম্মী। হায়বতা মঙাযবে হৌজিক্তি অতেক-অকায় ঙাক্তনা লংথবান কোনুংগী লৈতেং ওইবেদো।’’

ইপলনা খুদোম্বী থিন্দুনা তাকই‘‘ মসিনা লিল্লাখোং হায়বদুনি’’।

‘‘অদুদি ইপল খোংমচা অসিনা লিল্লাখোং কৌববদি চন্দ্রনদীনা কদায়দা কবম্বা মফমদা চেল্লিবা?’’ ঐনা ইপলদা হংঙি।

ইপলনা ‘‘লিল্লাখোং চন্দ্রনদী তুবেল অমতনি। মমিং অনী থোনবনি। মদু নখোয়

খঙনীংব্রাও ? খঙনীংবসি ইচানুপা অনীসিদৈ ইচানুপী অসিনা হেলমাল্লেদা।''

*গৌরমণিগা মখোয় অনীনা খুন্নকই ''কদায়দে। ইচেনা মচীন খবা পাদুনা ঐখোয় অনীনা হংগে হায়দুনা য়া হেক কাথোবকপদা ইচেনা হেক্তা হানদোকখিদুনা মানা হংখিবে ব্রানিদা। ইচৈদে ঐখোয়না খঙনীংবা হেল্লিদবো।'*

পাউখুমদু তাবদা ঐখোয় মবি নোকমিন্নে।

নাপী মথক অসিদা ঙহাক পোৎথাবা ওইনা ব্রাবী খবা শুরসিকো হায়বদুনা নাপী মথক্তা ঐখোয় মবিমক ফমখরে। হেক ফমথবগা ইপলগী ব্রারী হৌবকই।

''খোং অসিগী মমিং অশেংবা লিল্লাখোং কোই। লংথবান্দা কোনুং ওইবিঙে মতমদা পাল্লম্বা নিংথৌ অমনা খোং অসি তৌহল্লম্বনি লমাংদোং য়ৌফাও। তুবেল অসি তৌবদা থা মবি চঙঙি হায়। মতম অদুদদি তুবেল অসি পাক-চাউবম্মী। ঈচেলসু ফজনা কন্না চেল্লম্মী হাযনৈ। হৌজিক্তি কনানসু য়েংশিনবিদ্রবনিনা চহী খুদীংগী নোংজু পাম্বাদা লৈবায়নচিংবা কীন্থবক্তুনা , উ-ব্রা তেকশীল্লক্তুনা ইফুল ফুল্লে ইচেলসু পীকশিল্লক্রে।

দা. কমলগা ইপলগদি থেংনহৌদে। মমাল্লবনা তম্বদৈ তাবনি। লাইবিক ইবা মী অসি তিনপু লাইপুবদৌনা ভৌব্রা খঙদে। কমলদি তোই হায়। মহাক লংথবান মচানি। *লংথবান্দা পোক্লগা লংথবান্দা চাউখিবনি। থাবল ফবা অহীংদা মতোমদা লংথবানগী* অকোয়বদা লৈবিবা ফজবা দৃশ্য ময়াম য়েংবা চৎলি। হৈবোক চীং কায লংথবান চীং কায ব্রাবক উবক্তা শম শমদুনা চৎলি। মদুদা মহাক মশাদা অকিবা অমত্তা ফাওদে। অসুম্না নোংমা থাবল ফববা অহীং অমদা নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা লংথবান চীংথক্তা ফমদুনা থাবলগী ফজবদু য়েংদুনা লৈ হায়। মদুদা লিল্লাখোংগী মমিং মহাক্লা 'চন্দ্রনদী' থোনখি হায। চন্দ্রনদী হায়বা ব্রাহৈ অসি ঐখোযগী মৈতৈগী অশেংবা লোন নত্তেদনা। মীবমগী লোন্নি হায়বা নৎত্রদো। চন্দ্র হাযবদি থা হায়বনি নদী হায়বদি তুবেল হায়বনি। চুমদ্রববাও ইপলনা হায়বিসিবো? হা?''

''চুম্মী চুম্মী ইপল'' ঐখোয় অহুম চপ মান্নন খুম্মী। ইপলনা মখা তাথবকই — ''নুমিৎ অদুগী অহীংদা লিল্লাখোংদা ফজনা চেনখিবা ঈচেল অদু উবদা কমলগী পুক্লিংদা খল্লকপা মতুং ইন্না থোনখিবা মমিংনি। হৌজিক্তি মীয়াম্না লিল্লাখোং হাযবা অশেংবা মমিংসি পনবু পন্নখিদ্রে। চন্দ্রনদী হাযবগা খঙনখ্রে। মসি লংথবানগী অকোযবা অমদি হৈবোক চীংগী চীংযা অমদি হৈবোক চীংশাং লোইবা ফাওবগী লমদা চন্দ্রনদী হায়নববসু মখাদি অদুম লিল্লাখোং হায়নবি লিল্লাখোং কৌনবি। মতমগী মতুং ইন্না তুবেলসিগী ইচৈলদি অসুম অসুম পীকশল্লক্রে হাযনৈ।''

ইপলগী ঙসিগী ব্রাবী অসি তাবা ফংজবসি ঐখোয় ওম্লোক্লা নুংঙাইজখ্রে। মথংসিদি লৈহাউ লৈবেল পাম্বী হৌফম মফমদুদা অমুক্তং অবোইবা ওইনা য়েংজনীংঙিনে ইপল।

ইপলনা হায় – "নখোয় চহী অনীরোমগী মমাঙদা মসিদা অমূক লাকঅম্মিদনা। মতম অদুদদি উপাল মশা মবেং খবা য়াওনা উখিদনা। হৌজিক্তি কৈমতা উবা ফংখিদ্রে। মফম অদুদা মতম অমদা চাউম্রবা উপাল হৌবম্মী। হায়বৈ খূদম অমত্তা উবা ফংখিদ্রে। মমি তাখিদ্রে। অদুবু মফম অদু নহোয়না য়ৌনীংঙি উনীংঙি হায়ববদি ইপলগীদি কৈগু হায়বা লৈতে। য়ৌকসি চৎলসি লাকও"।

ঐখোয় চৎলে মফম অদু য়ৌবে। চহী অনীগী মমাঙদা উবম্বা তুদুনা লৈহৌবা লৈহাউ লৈবেল অকঙবা উজাও অনী অদু উপালদি লায়বদনা মশা মতেক অমফাও তাবমদ্রে। ইপলনা হায়বদো চুম্রম্রে। লম ১/২ বোম ইপলনা চৎলগা উবী-উনা শেৎতোকই, লৈবাক কোৎখোকই। ঐখোযসু মনাক্তা চঙশিন্দুনা ইপলগী মত্তেঙ পাঙঙি। ঙহাক লৈবগা ইপলনা হৌনা লাউবকই "ইচাশা লৈবে লৈবে। য়েংঙবো।"

ইপলনা হাযবকপা অদুদা মনাক্তা চঙশিল্লে। য়েংবদা উবে লৈনুংদা ফুমদুনা লৈবিবা লৈহাও-লৈবেল পাম্বীদুগী শককখবা। ইপলনা হায – "লাইওইববা পাম্বীনে, মশা মাঙবা য়াদবা পোৎশক ওইবনা লৈনুংদা লোৎতুনা লৈবিবনি। ঐখোযনা হোৎতোক্লিবা অসি খে ৎচীনসি। মফমসি উদনবা ফুমজিল্লমসি। নৎত্রবদি পাখঙ মচা অঙাংশিংনা হোৎতোক্তনা মচেৎ মচেৎ শীংজঙনা ফক্তোক্লগা লৌথোকখিবা যাই।"

ইপলনা তাকপিবা মতুং ইন্না লৈবাক খোৎচীল্লম্মী অদুগা হোৎতোক্লম্বা মানদনবা উবী-ব্রাবী ব্রানা-উনানা ফজনা কূপশিল্লম্মী।

হৈবোক চীং লংথবান চীং অমমমনি। তোঙান-তোঙান লৈবনি। মদু ইচাশিংদা তাকপিবমগে হাযদুনা ঐখোযবু পুদুনা চৎলি। ঐখোয মাগী তুং ইল্লি। লংথবান চীং হৈবোকচীং অনীগী ভাইনফম য়ৌবে। চীংলক অদুদা লম্বী অমা লৈ। লম্বী অদু যাম্না নমথবদি নত্তে চীং খবা পীক্তক তৌবা চীংখৈ পাংনা শন্দোকখ্রিবা মন্দিব লৈবম্বা অসিনি লংথবান চীং হায়বদো। অদুগা খা পাংবদা লৈবিবা চীংজাউ অসিনা হৈবোক চীং হাযবদো। হৈবোক চীং ওখাক চাউবনি। মনীং থংবা শকক অসিনা খা পাংনা শন্দোকম্লগা হিয়াংথাং য়ৌবনি। হিয়াংথাং য়ৌবগা অমুক নোংপোক পাংনা শন্দোকম্লগা চজীং য়ৌবমদাইদা লোই।

"তো অসিগী লম্বী অসি হিয়াংথাং য়ৌনা চৎনবা লম্বীনি। লম্বী অসিগী মযায য়ৌবকপা মতমদা চীংমাযদা মায়নোংচুপ ওন্দুনা লৈবমগনি মহাদেবগী খুবম অদো। মদো হৈবোক মহাদেবগী খুবমনি। মহাদেবা অসি চহীগী চৈবাউবা নুমিৎতা খুকমনৈ।লাই খুকম্বা অনকপদৈসু লাক্লে অবাপ-অবাপ্পা মফমদৈসু লাক্তনা খুকমনৈ। ইবুংঙো মহাদেবগী সেবা চৎনীংবা মীওই খবনা ইমুংগী নুপী অঙাং পুবক্তুনা চীংখোঙদা চীংযাদা নপুনা যূম শাবগা লৈবি। অহানবদা য়ূম ৫/৬ তমক ঙায়বম্মী। হৌজিক্তি ২০ মুক শুবম্বা

য়াবে। য়ুম য়ামদবা খুল মচা অসিবু ঐখোয়না মহাদেবগী মনাই কোই।''

''ইপল ব্রারম্মনি ঙহাক্তং মফম চবা অমদা পোংথাখিসিরা?

''ফেনে। পোংথাখিসি।''

ইপলনে ঐখোয় অহুমনে চীংমায় লৈতেম মান্নবা নাপী হৌবা মফম অমদা থিবগা ফমদুনা হুমাং হন্দোক্লি। গৌবমণিনা হায়রকই—''ইপল! হেবোক চীংসিগী ময়ায়ব্রাইদা লৈবিবা খুল অসিদসু মৈতৈ তাববাও?''

''এ খুল অসিদদি মৈতৈ তাদে। কবুই খুলনি কবুই তাই।''

''খুল অসিবু শিদৈ উবদদি পঙচাউ চাউবা মান্দে। মী কয়া যাম্না তাবমগদগে খুলসিদবো?''

''চুম্মী উবিবা খুল অসি কয়া চাউদে। মমিং 'লংথবান খৌপুম' কৌই হৈবোক চীংদা লৈজরবসু। খুল অসিগী নুংঙাইশ্রবা ব্রাবী অমা লৈনে। ব্রাবীদু নহোয় তানীংব্রাও?''

''ইপল তানীংঙি লীবিয়ু'' হায়না ঐখোয় অহুম চপ মান্নবা অমত্তা ওইনা খুম্মী।

''খুলসি পঙচাউদি চাউদে অদুবু মীদি কূংনা তাখ্রে। অদুবুদি কবুই খুলনিদনা। মসিদা মৈতৈ নুপা মাইবা শাবা অমা লৈ।''

''কবম্না মৈতৈনবো কবুই খুন্দা লৈবিবা?''

''মদুনিনে নহোয়না তাবা নুংঙাইদৌবিসে। সে সুম তৌবা জাৎনিদা। খুল অসিদা অনা-অয়েক থোক্লকপমখৈ মাইবা অসিনা লায়েংঙি। মহাক মাইবা শাবদা মযাম্না হৈ হায়নৈ। খয়োম লাকপা, চবান থাবা, থৌ তৌবা মহাক লোইনা ঙম্মী। পূক শূদনা অনা-লায়েংবসু হৈ। শম্না হাযরবদা মহাক শীন শুনা হৈবা মাইবনি। মাবু থাজবদৈ খৌপুমগী কবুইশিংনা মা নত্তনা কনা অমত্তদা লায়েংদে। ওজা মাইবদো মশকসু ফজে, মীওই মতৌসু চঙখোল্লি, লেমজে, মগুণ লৈ। খৌপুমগী মী মখৈনদি মা নৎত্রবদি অতৈবু লায়েংহন্দবনিনা খুল অদুদা তোয়না লাকপা তাবনি। সুম তোযনা লাকমন্দুনা কবুই নিঙোল অমগা ওঝা মাইবদুগা নুংশিনদুনা লৌনা লৈনবে। মমাঙঙৈদদি জাৎ তিন্নদবা মশেল লৌন-লৈনবসি কয়া চৎনবমদেদো। হৌজিকুশ্বা নত্তেনে। মতম অদুদা অমাং-অশেংসু ওম্বোক্লা কনত্রবা মতমনিদো। মাংলে হাযনা ঈম্বোক্লবদি ব্রহ্মসভাদা শেল পীবগা শেংদোক্লবম্মী। মসি চৎনবী ওইনা লৈবন্রিবনি।

ওজা মাইবা অদুগী ইমুং-মনুং মমা মপানা নঙদি কবুই নুপী লৌবে মাংলে হায়না ঈম্বোকপিবে ময়ূমদা চঙহন্দ্রে। লৈকায়নসু ঈম্বোকপিবে। মহাক কবুই নিঙোলদুবুসু থাইনবা ঙমদ্রে। অদুদদি ওঝা মাইবদো খৌপুম খুন্দা অদুম লৈবেদনা। ওঝা মাইবনা খুল অসিদা লৈবক্লিবসি চহী ৪০/৫০ বোম হেন্লক্লম্বা য়াবে। মহাক শাখিনা মবীল খাব্রবা মীওই অমনি। মহাক্লা খৌপুমদা লৈখিবা নুমিৎতৈ হৌনা ঙসি ফাওবদা মৈতৈলোন

ঙাঙদে কবুই মবোল নত্তনা। ঐখোয় অহল মতম ওইরক্কবা থবা নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তনা মাবু মৈতৈনি হায়বা খঙদে। মাগী মচা-মত্ত ঙম্না কবুই মমিং থোল্লি। কবুইগী চৎনবী ইলহল্লি। নখোয়না কবিগুম্বা মনাক্তা চৎতুনা উনববসু মহাক মৈতৈনি হায়বক্লোই। মৈতৈলোন লোল্লক্লোই। মহাক হৌজিক শিদ্রি হিংলি। চহীদি ওখাক লৈশীল্লবনি। মশাসু যাম নানবনি। মহৈসু য়াম হৈবনি। অদুবু মহাক কবুই ওনখ্রে। ওন্থোক্লা পাম্মুখ্রেদা।''

''ইপল! ওজা মাইবদু মবীল খাখ্রবা জাৎনিদা''

গৌবমণি ''ওজা মাইবদুনা মৈতৈগী অহল-লমন, মমা-মপা য়াওনা ঈন্থোক্লিবনিদনা। লমন খুন্নিবা খুমসনু ইপল মাবু কবি লৈকায়দগীনো ?

''পিশুম চীংগী মনীং মপাদা নম্বুলতুরেলগী নোংচুপ থংবদা লৈবা লৈকায় খাগেমপল্লি হায়ব্রা কবিনো লৈকায় অদুদৈনি হায়নে। অদুবু ইবুংঙোনা লমন খুন্নিবনি হায়বিবদো অমবোমদদি চুম্মী। অদুবু চৎনবী হায়বা অমা লৈরিদো। সমাজগী চৎনবীনা য়াদেনে কবমদি তৌনি।''

ঙহাক ব্রারীদু তাববা মতুংদা ইপলসু ঐখোয়সু তূমিন তূমিন ফমদুনা লৈনৈ। অদৈ ইপলনা ব্রা মখা তাথবকই। ''ইচাশা ! নখোয়সু ব্রাবম্লনি। ইপলসু ব্রাবে। ঙসিগীদি নহোয় হল্লো লোইশিল্লসি। নহোযগী অহল লমন্না হল্লক্লে হায়দুনা নুংশা থীনবমনি। নখোয়নে হন্দক লাক্লিবা চৈবাউবা নুমিৎ অসিদা হৈবোক মহাদেব খুকম্বা লাকউকো। চৈবাউবা নুমিৎ অ অনকপদা লৈবসু অবাপ্পদা লৈবসু মহাদেবসি খুকম্না লাক্রবনি। নহোয়না অমুক লাকপদা ইপলগা উনবর্বদি ইপলনা খঙবা হৈবোক চীংগী, লংথবান চীংগী মবমদা ব্রাবী লীগনি।

নখোয়না হংখিদবা ব্রাফম খবা তাকপিগে। মাঙদা লৈবিবা খুলসি চাউইদনা। মসি লংথবান কুঞ্জ কৌবনি। খুঞ্জাও হায়বগসু খঙনৈ। লংথবান চীংদা তাবিবা কবুইশিংনা লৈবিবা খুলবু লংথবান খৌপুম হাযনা খঙনবনি। হৌজিক্তা ঐখোয় মবি খৌপুম খুলগী মবমদা ব্রাবী শানখ্রেদনা। লাংথবান খৌবুমগী কবুই অয়াম্বদি চীংখাদনা লম্বী-থোং খুদোংচাবা হেল্লি হায়দুনা হোংথনবক্তুনা লৈনবে। লংথবান কুঞ্জদৈ মৈতৈসু শীং-যানবগী তাংজয ম লৈ হয়দুনা চীংখোঙ চীংযাদা লম খোপ্তুনা লৈনবা য়াওরে।

মহাদেব মনাইগী খুল মচাদুগী মবমদসু হায়খ্রেদনা হৌজিক্তি যুম মশীংবু ফনা যামল মাল্লে। অদুদৈ হৈবোক চীংগী মোইবাং লাইজী পাংবদৈ মৈরম পাংনা চীংয়াদা নপ নপ্তুনা খুল অমসু তাখ্রি। খুল অদুগী মমিং কোঞ্জীন কৌবনি।

হৈবোক্কী লংথবানগী অকোয়বদা তারিবা খুলশিং অসিবু কোনবা লাইদি হৈবোক মহাদেবনিকো যৌবো য়ৌবো থেঙখ্রনি।''

চৎলো চৎলো ইপলনা হায়বদুদা ঐখোয় ইপলদা বিদাই পীরম্লগা যুম পাংনা গাবী

থৌবক্রে। ইপলনা ঐখোয় অহুম্বু যেংদুনা লৈহৌই। চীংথক্তা লেপ।

ঐনা লংথবান চৎপসি ভসিগীসিগা থাববদি অহুমশুবা খোঙচৎনি। মমাঙৈদা স্কুল তম্লিঙৈ মতমদা ইং ১৯৪২ দা চৎখিবনি অহানবা অমসুং অনীশুবা খোঙচৎ। চহী ৩৫ / ৩৬ কী মতুংদা। ঐনা ওফিসর ওইনা থবক পুবিবনা নুপী অঙাং চাওখৎনবা থৌবমনি। থৌবম অসিগী পোৎলূম অমা পুবদুনা চৎলিবনি ঐ লংথবান অসি ব্রাঙ্গোয ব্রোক্কী মনুং চন্না লৈ। ঐনা চৎপা অদুদা ব্রাঙ্গোয় ব্রোক্তা তাবা গ্রাম সেবিকা, পিওন, ড্রাইভর লোয়নৈ। ঐখোয মবি চৎপা খোঙচৎনি। ঐখোয়না য়ৌগদবা খুল অহুমনি। লংথবান খৌপুম কবুই খুল, মহাদেবগী লাই মনাই খুল। অহুমশুবা খুলদি মমিং নাবকোঞ্জিন কৌই হায। মফম অদুদা নুপীশিংগীতা ওইনা ত্রেনীং কেম্প অমা তৌবি হায়। ত্রেনীং অদুদা ঐ ক্লাস লৌকগদৌবিবনি।

ঐখোয় ইম্ফালদগী খোঙশাল্লে। লংথবান চীংখোঙ যৌবে। ইপল তোমচৌ উনগে হায়দুনা ইপলগী থোঙ্গান্দা গাডী উবদা চেপ্লোবকপা নুপীমচা অদুনা "ঐখোয ইপুবোক তোমচৌদী হাকুম শিখ্রে।" হাযবকই।

নুপীমচা অদুগী মতুং ইল্লকপী নুপী মীযায চল্লবী অদুনা হংলকই- ময়াম লেঙবিবকইসিবু ঐখোয়গী ইকুবোক তোমচৌ উনবিগে হাযব্রা" ইকুবোক্তি হাকুম লৈখিদ্রে। ফীবোযনচিংবদি শোঞ্জদ্রি।"

নুপী অদুনা হাযবকপা তাবদি ইপল তোমচৌ শিখ্রে হাযবদু তশেংলে। শিখ্রে হাযবদদি উপায় লৈত্রবনিনা নীংবা কাযনা ঐখোয় জীপ অমুক কাখৎলে। খৌপুম খুল তম্না গাডীদ্ থৌবে। খৌপুম খুল মপা চীংখোঙদা গাডী খাদ্রে। গ্রাম সেবিকা, পিওন, ঐখোয অহুম গাডীদে কুমথদুনা চী° অঙম্বদু কাবা হৌবে। ড্রাইভরদি গাডীগা চীংখোঙদা লৈহৌই। ঐখোযনা কাখৎখিবদু উবদা পাখঙ মচা ৫ / ৬ না চেনখৎলক্তুনা ঐখোয়বু কাখৎখ্রনু হায খাম্মী। মহোযনা হায় মেদাম লাক্কনি হাযবা তাদুনা আ চীংখাদা য়ুথ ক্লবকী শঙদা ফম্নবা থৌবাঙ তৌদনা থদ্রে। মেদামদি চীংথক কাবা রানি হাযদুনা ঐখোযনা শীনবিবনিনে। মখাদা কুমথবসি হাযবে।

ঐনা ঐদি খুল য়ে°নীংঙি। মথক কাদুনা খুল মনুং চঙদুনা হান্না যেংথোক্লুখিসি। মদুদগী হল্লক্লগা নখোয়গী ক্লবতা ফম্মিন্নদুনা রাবী-রাতায শাশি। খন্নবা যাবা হীবম মখৈ খন্নসি হাযবে। ঐনা যাদ্রবা অদুদা ক্লবগী মেম্বরশিং অদুনা ঐবু খৎ পাযনা শম্বিদুনা চীংদা কাখৎলে। খৌপুম খুল মনুংদা চঙবা য়াবমখৈ চঙদুনা য়েংথোক্রে। কবুই নুপী খবনা ফৌস্ত লঙনদুনা চেঙ চোইহৌই। খর অমনা খ্বাঙগী ফনেক ভবোংনচিংবা শাহৌই। খব অহল ওইববা নুপাসিংনা পযা শিবা, পোল্লাং, ঙাকবাক শাদুনা লৈহৌবা উবকই। শীং খায়বসু য়াওহৌই ওকসু লোই, য়েনসু লোই। কবুই খুল অমা ওইবৈ শক্তমদু তশেং-

তশেংনা উই।

থুল থুংনা চৎতুনা পূন্নমতু য়েংলুরে। য়ুথ ক্রবকী মেম্বরশিং অদুনা য়ুম অমদা চঙদুনা ঙহাক পোৎথাখিসি হায়বে। মহোয়না ঐখোয়বু পুসিল্লি য়ুম অমখক্তা। য়ুম অদু হেক উবমক্তদা থনখি কবুই য়ুম অমতা অসুক লূনা-নান্না লৈরম্বা থেংনদ্রি হায়না। য়ুম অদুগী মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাদুনা হনুবী অমা লেপ্লম্মী। মেম্বর অমনা ইবেন মেদামহোয়না ফম্নবা ফক অমতা থাবিয়ু। মদু তাবদৈ কবুই হনুবীদু ইমুংদা প্রপ প্রপ চঙখ্রগা ফক অমা পুথোবক্তুনা ঐখোয়গী ফম্নবা থাবৈ। ফক্তুদা ঐখোয় ফম্রে। খঙহৌদে হনুবী অদু থম্মোয় শোক্লা তেংথাদুনা ব্রা ব্রা কপথোক্লক্লে।

ঙহাক কপ্পুবে হায়রগা মমীৎতগী মপি তৈথোক-তৈথোক মাগী নীংঙমদবৈ ব্রাবী মতেক মতেক ওইবা ব্রাহৈনা লীথবকই মথং-মথং , হাযবকই- ‘‘ইবেনদিনে জাৎ তিন্নদবা নুপা অমদা ওঙলদুনা ওপ্লোক্রা নীংঙমখিদ্রেদকো! নপু মাইবা ঐগী ইপুবোইবদো মৈতৈনিদো। কবুই নিঙোল ঐবু লৌই হায়দুনা মমা-মপানা ইপ্লোকপিদুনা মানা শিববা যাওবা চঙবিখিদে। লৈকাযনসু মাবু মাঙঙি হায়দুনা ঈপ্লোকপিখি। লৈকায়দদফাও মাবু চঙহনবিখিদে। অদুবু মানদি ঐগীদমক মপুন্সি চূপ্পা পাম্বোম তিংনা লেপ্পিখি। মহাক কবুইগী য়ুমদা শিখি। মপোক ৭ লক্তা লমনদি ঐনা শিংবা ঙম্রবোইনে। অদনা নখোয মৈতৈ নুপীবু হেক উবদা ঐগী মীৎতগী পি তাথিবনিনে নপু নীংশিংলক্তুনা। নীংঙমখিদ্রেদা ইত্তশা!’’

‘‘ইবেন অদুম্না হায়হৈদে। ইবেন্না ইপুগী লমন কৈমতা তোন্দে। ইপু মাইবা অদুদি নুপা থোকপা নুপাদা নুপা হায়বদুনি। মীগা মীগগী মবক্তা খেন্নবা লৈফম থোক্তে। কবুই ওইববসু, মৈতৈ ওইবসু, পাঙল ওইবসু মহাক মীনি। ধর্ম্মনা, জাৎ-বীজাৎ খায়বনা,লৌনবা য়াই য়াদে হাযবা মীনা শেম্বা সমাজসিগী চৎনবী আইন্না মীবু খেন্নহনবনি। ইপুনা পাঙথোক্লমবদো নুপা থোকপা থবক্রি। নুপী অমবু মাগী নুপী ওইনা লৌবীবগা জাৎ তিন্নদে হায়না হেক্তা হন্দোকপিবম্মী। জাৎ তাদুনা লৈহৌই অব্রাবা ঈপাক্তা লংশেকপিবম্মী। মপুন্সি মাঙজে। ইপু মাইবনা পাম্বোম তিংনা শিদ্রিফাও ইবেনগীদমক লেপ্পিখি। মদু নুপীগী হক কল্লমলিবনি নুপীগী ফংফম থোকপা অধিকাব ফংহল্লম্বনি। ইবেনদি ইপুনা পামজবম্বা থবক খুদীংমক ইপুনা লৈখিদবদা পাঙথোকপিখিববা?

‘‘পাঙথোকখি পাঙথোকখি। নপুনা পামজবম্বা কবুইগী হৌনবী মতুং ইন্না অমতা চীৎথদনা পাঙথোকখি।’’

‘‘ইপুনা পান্নম্বা পূন্নমক তৌগ্রবনিনা ইবেন্না ইপুগী লমন কবিমতা তোন্দ্রে। পাঙথোকপিখ্রিবা ময়ামদো অদুনা লমন শিংবা ওইরবনি। ঐমক্তি ইপুগী মশক অদো অমুক্তং যেংজহৌগে হায়দুনা লাকপনি। লাইবক থীবা মরমনা উবা ফংহৌদ্রে। অদুবু

ইবেন থেংনবা অসিনা থোইনা হেন্না পেনখ্রে। অদো ইবেন ঐখোয় অমুক হন্নবা তৌরগে।'' হায়বগ্নগা ইবেনবু বিদাই পীবগ্রে। ইবেনদি মাঙ্গোল উখোকতেন কোন্দুনা মপি চদূম চদূম শীন্থা ঐখোয়বু য়েং লৈহৌই।

অদুদৈ য়ূথ ক্লবকী নহাবোল ময়ামগা লোয়নদুনা ক্লবগী শঙ তান্না লাক্লে। ঐখোয় ময়াম পূন্না ফম্মিন্নদুনা ব্রা কয়া খন্নবে। খৌপুম খুন্দা নুপীগী ওইবা সংস্থান অমতা লৈতে হায়বদৈ গ্রাম সেবীকা অমদি ক্লবগী মেম্বরশিংগা তান্নবগা খৌপুম নুপীশিংগী ওইনা মহিলা মন্দল অমা থুনা শেম্মো। নুপীগী শেন্দান লম্বী অমা শেমদবা য়াদে হায়দুনা গ্রাম্ সেবিকাদা শিন্নবগ্রে। অসুম্না লংথবান খৌপুম কবুই খুন্দো থাদোক্লগ্রে। ☽

# খুবাতোনগী মচা ঃ সনখ্যাহনগী কোনুং

## সনখ্যাহনগী কোনুং

ইমা, খুবাতোন, ইন্দোমচা হোযদি সনখ্যাহনগী কোল্লুপ্পু কোনুং কৌই। অদুগা সনখ্যাহনবুনা ময়াম্বুংহন হায। বৃন্দাবনচন্দ্রবুনা বৃনামচন্দ্র হায়।

খুবাতোন অমসুং ইন্দোনগীদি মচানুপী অমখক্তা লৈ। মচা অতৈ পোক্তে। অঙাং নুপীমচাদু পীক্লি। চহী ৩/৪ কাদি শুবম্বা যাবে মতমদুদা। অদুনা ইন্দোন্না খুবাতোনগী মনাক্তা চৎপা খুদীং ঐবু পুদুনা চৎলি। ঐবু পুদুনা চৎপৈ মরমদি কোনুং মনুংদা খুবাতোনগী মনাক্তা চঙদুনা ঐখোয় লাক্লে হায়বা তাক্লুনবনি। ইন্দোনদি কোনুং মনুংদা খক চঙদে। সনখোঙ যৌদ্রিডে উখোঙ মচী অমদা ফমদুনা হেক্তা লৈহৌই। ঐনা খুবাতোনগী মনাক্তা চঙলগা ইন্দোনগা ঐগা লাক্লে হাযবা তাক্লবনি।

ঐনা হেক যৌবগা খুবাতোন্না বৃনামচন্দ্র লাইগী প্রসাদী অদু পীজে। ঐনা চাক চাবিঙৈদা খুবাতোননা মাগী উপু শবঙ অদু শো হাংদোক্লগা কবি কবিনো লৌথোক্লগা ময়োম য়োমদুনা লৈ। খুবাতোনসু ময়োম যোম্বা লোইববা ঐসু চাক চাবা লোইববা মতমদা খুবাতোন্না মানা য়োম্বা ময়োমদু পুবগা ঐগা থোকমিন্নবকই। সনখোঙদু লাম্হোবক্লগা মতুংদা ইন্দোনগা ঐখোয় খেংনৈ। খুবাতোন্না ময়োমদু ঈন্দোন্দা শিন্নবল্লগা কোনুং মনুংদা অমুক চঙখি। ইন্দোন্না মায়োমদু পুদুনা ঐগা য়ুমদা হল্লকই। অসুম্না ময়োম লৌবা চৎপসি নুমিৎ খুদিংগী চৎতে। মবক - মবক্তদনি। নোংমাইজিংগুম্বা স্কুল ছুতি থোকপদা হেক হেক চৎলি। মবমদি ছুতি নুমিৎতা ঐ শংবননি। পোৎ ময়োম পুবকপদু যুম যৌবগা থোক্লুনা যেংবদা চেঙ, হৱাই, আলু, বেশন, থুম, মোবোকনচিংবা য়াওবম্মী। মদু খুবাতোন্না দুহোন ওইবিবনিনা লাইগী ব্রালহৌখিবৈ অবেম-অপা খুনজিল্লগা তুংশিন্দুনা থম্বা ওইবমনি। মতৌ অসুম্না খুবাতোনগী ইমুংদু পাল্লকপনি।

ঐ খবা চাউবে। ইতোমতা ইন্দোন যাওদনা মযাম্বুংহনগী কোনুংদা চৎপা ঙম্রক্লে। নোংমদি ইন্দোন মশা ঙমদদুনা চৎত্রে নঙনা অঙম্বা পুবকউ হায়দুনা ঐ ইতোমতা চৎলি।

খুবাতোনগী মনাক যৌবা চঙফমদি হেক অচৌবা সনখোঙ অদু লানশিল্লগা খজিক্তং চৎলগা বৃনামচন্দ্রগী মাগুপ চঙনবা লম্বীগী নোংচুপ পাংবদা গেত অমা লৈ। গেত অদু অনী ফাংবনি। অমনা অবনবনি অমনা অহোবা লৈতবা গেতনি। ঐ ইতোমতা চৎপা নুমিৎ অদুদা গেত অনীমক লোল্লম্রে। ঐনা মহৌশাগী চঙবদি গেতকী অহোবা অদুদা

লীৎলগা মন্দিব ফাওদুনা চৎলগা খুবাতোন উনবনি। নুমিৎ অদুদী লীৎশিনবা যাদ্রবনিনা চঙবা ঙমদ্রে। লম্বী অতৈসু খঙদে। তৌফম খঙদদুনা লম্বীগী মতাই ওইবপ্পা লেপ্তুনা লৈবে।

লেপ্তুনা লৈরিঙৈ তাঙ্গা অদুদা সনখ্যাহননা লেঙখোবকপগা কোক হেক খেংনবে। ঐবু উবদা সনখ্যাহন্না-

—হায়, নুপীমচা মফম অদুদা লেপ্তুনা লৈবি কবিগীনো?

— লম্বী খঙদ্রবা

— নঙবু কনাগী মচানোনে?

— খুবাতোনগী মচা।

-- কদায় চৎকে তৌবনো?

— খুবাতোন উনবা ।

— খুবাতোনগী মচা ওইববদি খুবাতোনসি নঙগীদি নপানিনে হা। নপাদবু মমিং কৌবা হৌনব্রাও?

— খুবাতোনদি ইপা নত্তেয়ে খুবাতোননে।

—খুবাতোনগী মমিংদি কবি কৌই ? নঙ খঙব্রা?

— খঙদি। তোনদোন কৌই।

-- নঙগী খুবাতোন উনবা সিদা লাক্লিনিনে।

—অং। ঐননে খুবাতোনগী মনাক লাকপা খুদিং তো যেংঙো শিদৈ গেত অসিগী অহোবদা লীৎশিন্দুনা হেক হেক চঙঙে হায়বা। ঙসিদিনে ফাওফম লীৎশিনফম লৈবমদ্রেবা। গেত লোল্লমদুনা। অদুদা খুবাতোনগী মনাক য়ৌনবা লম্বী অতৈদি খঙদবা। অদুদা লেপ লৈবনে।

— লম্বীদো ঐ তাকপীগে? ঐগী তুং ইল্লকউ।

হাযবগা ঐগী মাঙ থানা সনখ্যাহন লেঙলে। ঐনা মতুং ইন্দুনা চৎলি। খবা চৎলগা সনখ্যাহনগী শঙ্গায তাবা গেত অমসু লৈ। গেত অদুগী মনাক্তা লৈশাবী মচা ১/২ লেপ্তুনা লৈবম্মী। মখোযদু ঐখোযগী কৃষ্মেদু যেংবা ওইবমাল্লে। মখোয অদুদা সনখ্যানা 'সে নুপীমচাসিগী মমিং খুবাতোনগী মচা কৌবনি। তোন্দোন উনবা লাকপা ওইবমাল্লে। লম্বী খঙদদুনা লেপ লৈবম্মী। তোন্দোন্দা খবা শিন্নবিক।'' তাকপিবল্লগা লেঙখ্রে।

লৈশাবীশিং অদুনা ঐবু খুবাতোনগী মনাক্তা থিনজিনবিবল্লে। ঐ লৈহৌবে। মহোয হনখ্রে। কোল্লা খুবাতোনগী মচীনদৈ তাবদা লৈশাবীশিং অদো সনখ্যাহনগী মজাইবেম্মা ঙাক্লি হাযবা খঙখি। অদুদা খুবাতোনা ঐঙোন্দা হংঙি সনখ্যাহন থুকম্না হায়না। থুকমদবনিনা থুকমদে হায। অদু ওইববদি হোরেল সনখ্যানা লেঙশিল্লক্লগা অমুক্তা

খুকম্মুদবা যাদ্রে হাযবে।

সনখ্যাহন লেঙশিল্লবা মতমদা খুবাতোনগা চঙমিন্নদুনা খুরুম্মুই। সনখ্যানা তাকপিবকই "হায় খুবাতোনগী মচা! নঙনা ঙশাই ঐবু উবদা কিদুনা নীকপদো হৌজিক্তি ফবত্রা? হায় কনা কনা লৈ? খুবাতোনগী মচা নুপীমচা অসিদা অচাপোৎ অবৈবা খবা পীখোনে মযুমদা চাজকনবা।"

অসুম্না সনখ্যাহনগী কোল্লুপ্তা চঙলকখি; কোনুং তত্তনা কাবকখি। মজাইবেম্মশিংনা লাইগী লৈ লেংবদা য়াওহল্লি। জন্ম, কর্ম উসবনচিংবা থোবকপদসু কৌ কৌদুনা য়াওহল্লকই।

ময়াম্না ঐগী মিং খুবাতোনগী মচা হায়না কৌবী।

**ময়াম্বুংহনগী কোনুংদা চাক চানবাঃ**

সনখ্যাহনগী কোল্লুপ্তা চাক চান্নবা অমসু মবক মবক্তা পাঙথোকই। চাক চানবা মওংদি সনখ্যাগী ইখ্োলদা লৈবিবা পুত্রীশিং অদু নৈবগা ঙা ফাদুনা চানবনি। ঙা ফাবা অদুদা মজাইবুংঙো, মজাইবেম্মশিং লোইনা য়াওই। সনখ্যাগী মনাই-মশল মযামসু লোইনা হুপ্না য়াওবনি; অহানবদা ঙা ফাদৌবিবা পুত্রীদু শেংদোকই। কঙ, চবাং লৈবহ্না পুম্বা কোৎথোকই। হুপ্নচিংবসু লোইনা ফোয়দুনা শেংঙি। লোংউপ তানবনা লোংউপ তাল্লগা ঙা ফায। ঈন চিংবনা ঈন চিংদুনা ফায়।

অসুম্না ঙা ফাবে হাযবগা চানবা চাকনি। মীতোপ অমত্তা চাক চানবা অদুদা যাওদে কোনুং মনুং কোল্লপ্তুদা লৈবিবা মজা ইবুংঙো, ইবেম্মশিংনে অদুগা সনখ্যাগী মনাই মশল লৈবিবা অদুদগীনি। মীতোপ হায়বু খালি ঐর্তনি। মজাইবেম্মা সনাইবেম্মশিং অদুনা খুবাতোনগী মচাদি য়াওদবা যাদে হাযনা তাকপিদুনা যাওবনি।

**কোনুং অনী শুবৈ ব্রাফমঃ**

ঐনা নোংমা ইমাদা হংখি — ইমা ' খুবাতোনহোয়গী ইমুং, ইন্দোনহোযনা সনখ্যাহনগী কোল্লুপ্ল কোনুং কোনুং হায় অদুগা অতৈনদি হাযনদে। মী অতৈনা হায়বদি শ্রীগোবিন্দ লাৎলিবা মফম মহাবাজগী শঙ্গায়বুতা কোনুং হায়নৈ। কোনুংবু অনী শুববা '

ইমানা খুম্মকই— মফম অনীমক কোনুং হায়বা য়াই। নুংঙাই- যাইফ কোনবু কোনুং কৌনৈ। শ্রীগোবিন্দ লাৎতুনা লৈবিবা মহাবাজগী শঙ্গায়বু কোনুংনি। হৌজিক মযাম্বুংহন্না লৈবাক অসিগী সেনাপতি ওইবি। অদুগা বৃন্দাবনচন্দ্র নিংথৌগী লাই অদুসু লাৎলি। অদুনা ময়াম্বুংহন্না লৈবিবা মফমসু কোনুংনি। অনীমক কোনুং ঙাক্তনি অনীমক কোনুং কৌবদা লান্দে কৌবা য়াই। অসুম্না ইমানা তাকপীবম্মী।

**সনখ্যাহনগী ইখ্োলদা ব্রাহোং ঃ**

সনখ্যাহনগী ইখ্োল অচৌবা অদুদা ব্রাহোং য়োকই ব্রাহোং লোই। ব্রাহোং হায়বা

উচেক অসি উচেকলক্তে খ্বাইদে ফজবা উচেক্লি হায়নরি। মসি লম্লক্কী উচেক্লি। অদুবু লোইবা য়াই লোইনে। মণিপুরদা অহানবা ওইনা ব্রাহোংবু ঐখোয়না উখিবসি সনখ্যাহনগী ইখোলদনি। মহাবাজগী কোনুংদসু লোইরি হায়নে। উকদবনিনা মদুদি মুন্না খগুদ্রে। ব্রাহোং হায়বা উচেক মখল অসি মণিপুরদা হান্না লৈবমদে হায়নে। জঙ্গল অশোঙবা, চীং-মানগী ব্রাদি খগুদ্রে অদুক হাক্লা, লৈবম্নসু য়াই লৈবমদবসু য়াই। সনখ্যাহন্না দেশতগী পুরক্লগা মণিপুবদা য়োকখিবা অদুমদি অচুম্বনি।

ব্রাহোং লাবনা অমোমদগী ফজবা হেন্নী। লাবদি মমৈ য়াম্না শাংঙি। মবক-মবক্তা মমৈ অশাংবদু ফন্দোক্লগা জগোয় শাই। ফন্দোক্লিবা অদু কৃষ্ণ চুড়া মান্না কোয়বক কোয়। ব্রাহোং লাবনা খোংলবা মমৈ ফন্দোক্তুনা জগোয় শাববা অদু ওইববদি নোং কৌথবিবনি হায়নৈ। ব্রাহোং লাবগী কৃষ্ণ চুড়া মান্না ফন্দোক্লিবা অদু য়াংকোকমুক পাক্লনি। ব্রাহোং অমোমদি মমৈ শাংদে।

অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও জাপানগী লান হায়না খগুনবা অদুগী মতুংদগীদি ব্রাহোং হায়বা উচেক অসি মশক উখিদ্রে। সনখ্যাহনগী ইখোলদসু মহাবাজগী কোনুংদসু অমত্তা লৈখিদ্রে হায়নৈ। হৌজিক ব্রাহোং হায়বা উচেক অদু মণিপুবদা লৈখিদ্রে।

লাইগী সেবা চৎপদা সনখ্যাহন ঃ

সনখ্যাহন লাই নীংবদা, লাইগী সেবা চৎপদা ময়ামগা মান্নদবা মওং খবা উবকই। বৃন্দাবনচন্দ্রগী সেবা তৌবদা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না ধুপ আবাতি, শিঙ্গাব, অয়ুক্কী লুক কৎপা, সন্ধ্যা আবাতি নোংমগী কাংদনা পুংফম চানা চানা কৎলি। সনখ্যাহনদি বৃন্দাবনচন্দ্র খুকম্না চাকচামাঙদা হেক হেক লেংথোবকই।

চহী খুদীং থোক্লিবা কৃষ্ণ জন্ম, থৌবাণী জন্ম হায়বসি মৈতৈগীদি অচৌবা লাইগী নুমিৎ অমনি। অচৌবা কুম্মৈ অমসুনি। জন্ম নুমিৎকী নোংঙানবা হাযবদি জন্মগী মতুংগী নুমিৎতা লাই পোৎযেংবা হায়দুনা সনখ্যাহনগী বৃন্দাবনচন্দ্রগী মান্দবতা হেক হেক পাঙথোকই। থৌবম অসি সনখ্যাহনগীদা নত্তনা অতৈ লাইফমদা পাঙথোক্তে। পোৎয়েংবসি অযুক্তা পাঙথোকপনি। পোৎযেংবা লাকপৈ পোৎ পুবী নুপীশিং মশীং য়াম্মী। পবেং শাংঙি, লাকপৈ লোইবা নাইদে। বামোন লৈকাযবোমদৈ লাক্লগা সনখ্যাহনগী সনথোঙদা চঙম্লগা বৃন্দাবনচন্দ্রগী মান্দবতা পোৎশিংদু থাই।

বৃন্দবনচন্দ্রগী লাইবোম থংবদা মান্দব অচৌবদৈ তপথবকইবা বৈথপ মচাদু পোৎয়ামদু থমবদা থনকোক তৌই। সনখ্যানা লেঙথোবক্তুনা পোৎযামদু মীৎয়েং তাবৈ। পোৎয়ামদু লাইদা কৎলি। য়াওবিবা হৈ-বা অথুম-অহাও ময়ামদু হান্না লৈবম্নিবা অদুগা পোৎয়েংবা লাক্লিবা কাঙবুগদা য়েল্লোক্তুনা পীজে। পোৎ পুদুনা লাক্লিবা নুপীশিং অদুদা দক্ষিনা চাউনা কৎলি।

থৌবম অসিবু ঐখোয়না লাই পোৎয়েংবা হায়না খঙনৈ। কৃষ্ণ জন্ম, থৌরাণী জন্ম, জন্ম অনীসিমক্তা থৌবম অসি পাঙথোকই।

কাং চিংবা ঃ

কোনুংগী শ্রীগোবিন্দগী কাং নুংথিলগী পূং ১ তাবদৈ চিংবা হৌই। অতৈ অতৈগী খুল্লক্তা চিংবা কাংমথৈসু নুংথিল নুমিদাংব্রাইবমদা ঙাক চিংনৈ। সনখ্যাহনগী কাংদি নুংথিল চিংদে। অয়ুক চিংঙি। অয়ুক পূং ৮ তাবদৈ চিংবা হৌবগা পূং ১১ তবা মতমদা লোইশিল্লি। কাং চিংলিঙৈদা কাং মথক্তে, হৈনৌ, থবী, কীহোম, চুজাক, অতৈ অতৈ হৈ-বা মযাম মপুম মপুম হাপ্লগা পোলাং পোলাং ওইনা হাযবদি হৈ হাপ্লিবা পোলাং অদু য়াওনা লংথবকই। জগবন্ধুগী ভক্ত ময়াম্না লাক্লে খুল্লি জগবন্ধুগী প্রসাদীনি হায়দুনা। লাক্লদুনা খুনবা অদুদা অঙাংশিংনা থোইদোক্লা থব্রায় য়াওই। হবাওজৈ। থোইদোক্লা সনখ্যানা মীৎয়েং তাবিবসি মসিনি।

অয়ুক্কী কাং চিংব্রবা মতুংদা কাংগী কুম্মৈ লোইদে। নুমিদাংদা নুপাগী খূবাক ঈশৈ, নুপীগী খূবাক ঈশৈ শকই। ঈশৈ লোইবা মতুংদা জয়দেব চোংঙি। ফি থায় পালাদা ভবোং, ফিবাঙ, খুদৈনচিংবা হৈবানচিংবসু যেল্লি। জয়দেব চোংবা লোইবগা খেচুরী চায় চাকলুক থাদুনা। অদুনা ময়াম্না সনখ্যাহনগী কাং মনুংগী জয়দেব যাওনবা কন্না হোৎনৈ।

পীজ-পীথক্তা সনখ্যাহন ঃ

পীজ-পীথক্তা হালেঙবা লৈতবা সনখ্যাহননি। কীর্ত্তন লেপ্তুনা তৌই। চহী খুদীংগী তৌব্রা নৎত্রগা চহী ৩/৪ কান্নবগা তৌব্রা হায়বা অদুমদি মুন্না খঙদ্রে। অদুগা কীর্ত্তন অদু নুমিৎ কয়ানি তৌবনো হায়বদুমসু খঙদ্রে। নোংমদগী হেন্না তৌখি হাযবদুমদি খঙঙি। কীর্ত্তন মনুংদা খুবাতোনগী মনাক্তা চৎপসি ২/৩ লক্তি হন্না চৎখি। কীর্ত্তন মনুংদা ঐনা উখিবা ময়ামদুনি তমজগদৌবিবা অসি।

মথক্তা পঞ্জপ্লে। বৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দিবগী মনীং অমসুং মখা থংবা মায়কৈদা শঙশাং অনী লৈ হায়না। শঙশাং অনী অদুগী মখোঙ য়ুম্বীদু চেকনা হৌই চাউনা। শঙ অমমমদা কা ৫/৫ বোম ওইবম্বা য়াই। মথক জীখ্নুনা কুপ্পী। শঙশাং অদু চাকলূকপবেং ৬ থাবা চল্লি। পবেং অমমমদা চাকলুক ৫০ থাই হায। কীর্ত্তন মনুংদা মী লীশীং লীশীং চাবনিনা চাক থোংবা অদু লাইগী ব্রালহৌভম চল্লোইদবনিনা সঙ অমা খল্লগা থোঙঙি। বামোন কয়ানা থোংবনো খঙদে। বামোন দুহোন মশীং খঙদে। য়ামপ্লে।

অয়ুক পূং ৯/১০ তাবদৈ পীজবা হৌই। অদুগা লোইশিনবনা পূং ৪ তাবদা লোইশিল্লি। নোংমগী মনুংদা অহমলক হন্না পীজবনি। কাঙবু অমা চাবা হেক লোইখিবগা লুখাক অদু থুনা শেংদোকহল্লগা চাকলুক অমুক তস্না থাবনি। মথংগী কাঙবু চানবা। অসুম্না নোংমদা অহমলক হন্না পীজৈ মথং-মনাও নাইনা।

কীর্ত্তন তৌগদবা থামুক ৱাৎলিঙৈদৈ হৌনা মণিপুবগী মাযকৈ মবি থুংনা পাউ চেনবনি, কীর্ত্তন তৌগদৌবি চাবো লাউ হায়দুনা। অদুনা চাববিবা মীশক অদু খুঙ্গং অরাপ্পদৈসু য়াওই। লাক্লিবশিংদু লৈত লায়বনা অযাম্বা ওইনা উই। ময়াম্না চাবিঙৈ অদুদা সনখ্যাহন্না লেঙথোবক্তুনা মীৎয়েং তাবৈ। ময়ামগী অৱাৎ-অপা হংবি। মদুদা চাবিবা ময়ামদুনা কয়াদ হরাওজবা।

সনখ্যাহনদি মী ১/২ তদা হংলগা তোক্তে। চাবিবা পবেংশিংদু থুংনবা চৎতুনা কোয়হং হংবি। মীচঙ-মীখায নাইদবা সনখ্যাগী থৌদৌ অদু উবদা প্রসাদী খুল্লিবশিং অদু নুংঙাইবৈ ঙমখৈ লৈখিদে। ○

# খুবাতোনগী মচা

[ সনাইবেম্মা এম কে বিনোদিনীনা ইবা ৱারেং 'চুরাচান্দ মহারাজগী ইমুং' হায়না মিংথোনবা পোক্রফম পাউচেদা অনীরকশুবা ওইনা ফোঙখিবা অদুদা য়াওখিবা সনখ্যাহন হায়বা মযাম্না খঙনবা রাজা দুম্ব্রসিংহগী মিং। রাজা দুম্ব্রসিং হায়বা মিং অসি হেক থেংনকবদা নীংশিংলকখি হৌখ্র মতম অঙাং ওইবিডে থোকখিবা থৌদোক, উরকখিবা কয়া মথং-মথং। ইনীংলকখি লোইনমক ইবা ঙমদ্রগসু মতেক খবদং ইদুনাময়ামদা খঙহঞ্জনীংখি। ঐহাক সনখ্যাহনগী শিংবা ঙম্ররোইদবা লমন কয়া তোল্লি। ৱাবেং মতেক অসি ইবনা সনখ্যাগী লমনশিংবা শকচবগে খন ইজবনি। ]

## সনখ্যাহনগী ইশ্মোল ঃ

সনখ্যাহনগী ইশ্মোল অদো চাউই। শঙ্গেনথোংদৈ নানবম চিথেক তাবা লম্বীগী অৱাং থংবা শকক, ৱাংখৈদৈ লাকপা লম্বী মিনুথোং তানা চৎখিবা লম্বী অদুগী নোংপোক থংবা শকক, নানবম চিথেকগী শোইবম লৈকাই তানা চৎখিবা লম্বীগী নোংচুপ থংবা শকক, অদুগা শোইবম লৈকাইদগী নোংচুপ পাংনা চৎখিবা লম্বী খা থংবা শকক। লম্বী মতেক ময়ামসিনা কোনবা লমদু সনখ্যাহনগী ইশ্মোলনি। ইশ্মোলগী অকোয়বদা থাঙ্গপাং লৈ।

শোইবম লৈকাইবোমদৈ নোংচুপ পাংনা চৎখিবা লম্বীদু তুবেল অচৌবা ফাওবা লৈ। লম্বীদুগী মপাদা তুবেল অচৌবা লাম্বোক্লবগী থোং অমা লৈবম্মী। উগী থোংনি। থোংদু কংলা যৌফাও চৎপদা লাল্লনবা থোংনি। থোংদু খবা মল্লে ফৎত্রে। থোং মল্লে ফৎত্রে হাযদুনা মী লানবা থিংলে। থোংদুগী মমিং নোংপোক থোং কৌই।

সনখ্যাহনগী চাউখ্রবা ইশ্মোলদুগী খা থংবা শকক্তা বৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দিব লৈ, মান্দব অচৌবা অমসু লৈ।মান্দবতুগী অৱাং থংবদা লাইগী পুখ্রী অচৌবা অমা লৈ। অদুগা মন্দিবগী খা অমসুং নোংচুপ থংবদা শঙ্গোযগী মওংদা শঙশাং অনী লৈ। অৱাং থংবা লাইগী ৱালহৌশঙ, গুদাউন লৈ। মথংদনা পুজাবী বামোন, দুহোন, পুংয়েবা, ঈশৈ শকপা, অতৈ অতৈ সেবাবীশিংগী লৈফম শঙ লৈ।

লাইগী মন্দিব, মান্দব, ফজনা চঙখোল্লা শাবগুম সনা শঙ্গায়দি ফজনা উদে। ইচম চম্বা য়ুমগী মওং ওইনা উই। মনুংদদি য়াম্না ফজৈ হায়নৈ। চঙলুদবনিনা মদুমদি মুন্না

খঙন্রে। মাঙোলগী শাইজিন পরেংদা পাল্লিবা অঙ্গুব চরোং ফজে।

ইখোল ফজনা শেমগৎ-শাগৎপা পান্বা, ইখোল কোইবা পান্বা, পোৎশক খুদিংমকপু মুন্না খঙবা সনখ্যাহননী। মীনা কয়া তৌনদবা, থবক অফবদি ওইবা, অদুগুম্বা থবক পাঙথোকপা পান্বা মীদা ওইনা উখি ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈ। চউশ্রবা সনখ্যাহনগী ইখোলদুদা উহৈ পান্নী মখল গুনা হৌবা উবকই। চহী চুপ্পা উহৈ লেপ্পনা ফংঙি। চানীংবা হৈ মতম মতমগী ওইনা অদুম মফংঙি, অৱাংপা অমতা লৈতে।

ঙায়োক পুস্তি কয়া অমসু লৈ। অচৌ-অচৌবা পুস্ত্রী ঙাক্তনি। খ্বাইদগী চাউবা হূপ য়াম্না হৌবা পুস্ত্রী অদুমদি লাইবেল লৈ হায়দুনা মীনা কিনৈ। পুস্ত্রী অদুদা মী অমত্তা কুম্ন দে। মীনা ফংনদবা ঙা জাৎ কয়া সনখ্যাহনগীদি ফংঙি হায়নৈ। অদুগা ঙমুপোবোম অসি হান্নদি মণিপুবদা লৈবমদে। হান্না মহৌশাদৈ লৈরক্লবা ঙাগী মবত্তা য়াওদে। সনখ্যানা দেশতগী মচা পুবক্লনা মাগী ইখোলদা হান্না য়োকখিবনি। মদুদৈ মথং-মথং মণিপুব শীনথুংনা শন্দোকখিবনি হায়। অদুগা সনখ্যাগী ঙা পুস্ত্রী ময়ামদুদা য়োক্লিবা ঙাশিংদু পুস্ত্রী অমদা য়োকপগা মান্নদে। মাগী মাগী জাৎ তোঙান-তোঙান য়োকই। পেঙবাগী পুস্ত্রী, থবাক্কী, ঙাতোনগী, ঙাতেনগী, ঙাভীনগী, শরেঙগী অসিনচিংবা ঙাশিং অসি তোঙান-তোঙান্না পুস্ত্রী অমমমদা য়োকই। ঙাক্রা ঙমুগীসু অদু মঙায। চানীং চানীংবা ঙাদু অয়োক-অযোকপা পুস্ত্রী অদুদৈ ফাবগা চায় হায়।

অমনা সনখ্যাহন অসি ইখোল শেমগৎ-শাগৎপা পান্বা মীদা অমা ওইনা ঐখোয়না উখি। হৌজিক হৌজিক লিতল ফ্লবাব স্কুল লৈবিবা, অকোয়বদা তাবিবা য়ুমশিং অসিগী লমসি ঐখোয়না অঙাং ওইবিঙৈ মতমদা নিংথেম ইখোল হায়না খঙনবম্মী। খোংনাং অমসু হৌবি সোবোক মনাক্তা। অদুনা মফমসি গৌবশিং খোংনাংখোঙ ময়াদা লৈবা নিংথেম ইখোল হাযনৈ।

নিংথেম ইখোল হাযবসি সনখ্যাহনগী ইখোলনি। মসি কবম তৌনা ওইবকখিবনো হায়বা অদুগী মবমদা খবদং পঞ্জনীংই মতাঙ অসিদা। ঐগী ইমানা ঐনা পীক্লিঙৈদা লীবিখিবা ৱাবীনি।

মফমসিদা খাইদেম শাগৈ লৈবম্মী। ইমাদি সনখ্যাহন খক হাযদে মযাম্বুংহন্তা হায। ময়াম্বুংহন্না খাইদেম শাগৈগী মী পুম্নমক হোংদোকহনখি। হোংদোকহনখিবা মী খুদীংদা মানা মানা পান্বা লমদা ইখোল অমমম লৈবা ওক্লবা অনৌবা য়ুম শাবা ওক্লবা শেল মতীক চানা পী হায়। খাইদেম শাগৈগী মী খবনা বমদিযাবদা লৈখি। খবনা ৱাবগাইদা লম লৈদুনা হোংখি। খাইদেম শাগৈ হোংশ্রবা মতুংদগী ইখোল অসি ময়াম্বুংহনগী ওইহৌবে। ওইহৌরবা মতুংদগীদি লম অসি নিংথেম ইখোল হাযনা খঙনপ্রে।

ঐখোয ইপুবোক্কী মচীন-মনাও অহুম শুই। অহল অসুং যাইমগী মমিংদি খঙদ্রে

মশকসু উহৌদ্রে। ইপুবোক অতোম্বদি মমিং তোনু কৌই। মশকসু উহৌই মশাসু থেংনহৌই। অহল যাম্না ওইবগ্রে ঐনা থেংনবা মতমদা ইপুবোক্তো। ঐদি অঙাং ওইবি চহী ৮/৯ শুবম্মনি খল্লি। ঐনা ইমানা লীবা রাবীসি অচুম্ববা হায়না হংবদা ইপুবোক্না চুম্মী হায়। অদুগা মমীৎতগী মপি তৈথোকই অদুগা হায়— "মফমদো ঐখোয়গী খোইবী নাউফম তাহৌবা মফমনিনা নুংশিখ্রেদা। থাদোক্লীংদা থাদোক্লীংদা থাদোক্রম্বনি সনা য়াথংনিদো। ইন্দবা যাদবনিদো। অদুনা লাক্তুনা সিদা লৈখিবনিদো।"

"অদুগা ইপুবোক গৌবসিং খোংনাংসি ঐখোযগী ইবুধৌ পুবেন্না থাবম্বনি হাযনা ইমানা হায। মসিমসু অচুম্ববা ?"

"চুম্মী। ঐখোয ইচিন-ইনাও অহুম পোক্রম্বা নবুধৌ পুবেনদো মমিং গৌবসিং কৌবনি। গৌনসিংনা থাবম্বা খোংনাংনি হাযদুনা মাগী মমিং লৌদুনা থোনখিবনি। অচুম্বা ঙাক্তনি।"

ইমানা মখা লীথবকই— নখোযগী নপুবোক অহুম শুইদনা। মখোয খ্বাইদগী অহলদো অদুগী ধাবা নালা ঙাক্তনিদনা নখোয ক্বাকৈথেলদা লৈবিবা থাইদেমসে। নখোযগী নপুবোক অদুনা নখোয অবাপ্পা থুঙ্গংদা লৈকগে হাযববসু লৈক। ঐদি থাপ্পা চৎনীংদে স্বাইদা লম অমা লৈবগা লৈহৌবগে হাযদুনা ক্বকৈথেলদা লৈহৌবনি।

রাবীসি ইমাগা ইপুবোক তোনুগনা লীবিবম্বনি। ঐদি চুম্নতা ঐঙোন্দা লীবিবম্বশিং অদু পাউ তমজবতনি।

মযাম্বুংহন্না মাগী ইস্কোল ওইখ্রবা মতুংদগীদি মী থমদুনা ইস্কোল ফজনা কোইবে। মবক-মবক্তা মযাম্বুং লেঙঙক্তুনা যেংলৈ। কবিগুম্না নুমিৎতসু অযুক অঙনবদা লেঙঙক্লগা বোন ভুজোনগী মওংদা পোং-থাক্তুনা লুক হাই। লুক হাববা মতুংদা নুংথিলদুমা পোৎথাদুনা লৈবগা নুমিদাংরাইবমদা হনখিবসু যাওই।

হৌজিক্তি লমদম অসি গৌবসিং খোংনাংখোঙ নিংথেম ইস্কোল হাযনখিদ্রে। লিতল ফ্লরাব স্কুল মপা, এফ সি এসকী শঙাইপ্রৌ ওফিস হাইজিনফম হায়না খঙনখ্রে। মতম মতমগী মতুং ইন্না হোংলকপা মিং ঙাক্তনি। ❩

# পুন্সিগী মহাও খঙহল্লম্বী মিস বর্নহাম

"মতমগী অৱাংবা চীংদোন্দা লেপ্তুনা, যেংথবকপা, হৌখ্রবগী দৃশ্যাবলি মধুব ওইখ্রেদা ওয়্বোক্রসু।"

ইং ১৯৪৭-৪৯ ফাওবা ঐহাক গুৱাহাতিদা লৈবম্মী। গুৱাহাতিগী ছাত্রীবাডী হোস্তেলদালৈবগা কট্টন কলেজদা বি এ তম্লকই। চহী অহুম খবা হেন্না ছাত্রীবাডীদা লৈবিঙে মতমদা মিস বর্নহাম হায়বী অমেবিকান মেম অমনা হোস্তেলগী সুপাবিন্তেন্দেন্ত ওই। মতম অদুদা মহাক অহল হাইফেৎ ওইবে। চহী ৬০ বোমগী ঙকযা অদুম ওইবমনি। মহাক ওল অসাম বেপতিষ্ট মিসনগী কেসিযাব ওইনা থবক পুবিসু হায়।

মিস বর্নহাম যাহৌ ঙনবীনি। মশাগী ওইবা অযুক্কী থবক পুমমক পুং ৬ তাদ্রিঙৈদা লোইথোকই। পুং ৭ তাবৈ অদুৱাইদৈ হৌনা হোস্তেল থুংনা বাউন্দ চৎলি। অহল মতম ওইববসু মসা খীংঙি। চৎপা মতমদা তপ্না খক চৎতে। থুনা মখোঙ গপ গপ থাংদুনা চৎলি।

নুপীমচা ছাত্রীশিং অদু অযুক পুং ৬ তাবদৈ তকক মখায ফাওবৈ মনুংদা অয়ুক্কী চা থকপা লোই। চা থকপা লোইববা মতুংদা মাগী মাগী কাদা চঙদুনা লাইবিক পানখি। মিস বর্নহামনা চৎলিবদু ছাত্রী খুদিংমক্রা মাগী মাগী কাদা চঙদুনা লাইবিক ঔবাইবিব্রা নৎত্রগা মমান্নবী মশেল বাবী শুদুনা লৈবা য়াওবিব্রা হাযবা যেংবা চৎলিবনি কা খুদিং থুংনা।

মথংদা চঙঙি চাক চাফম কা। চাক চাফম কাদু লুনা-নান্না লৈবিব্রা হায়বা যেংশিল্লি।মথংদা চাকথোংফম কাদা চঙঙি। পুজাবীশিং মথৌ নিংথিনা পাঙথোক্লিব্রা ' থোং-থাকপা মওং তাবমদ্রবদি মওং তানবা তাকপীবম্মী। চাকশঙদৈ থোব্ক্লগা ঈকজফম, থোঙহাম্ফম পাযখানানচিংবদা চঙ চঙদুনা যেংই। ঈকজফমদা চঙদুনা যেংবদা মী য়াওদনা তোতি কোঞ্জীন্দগী ঈশিং ওবো ওবো তাদুনা লৈবন্না থেংনৈ। তোতি কোঞ্জীন লৈশিন্দুনা ঈশিং থিংলম্মী। ঈশিংদু থাদোক্কে হাযবা অমা যাওনা থাদোকপদি ওইবগ্রোই। কোঞ্জীন অদু লৈথোক্লুবদা ঈশিং লাক্তবা মতম থোক্তুনা ঈশিং তাবক্তবদৈ থিংজিল্লমদবা ওইবন্না য়াই।

তোতি কোঞ্জীন মপাদা চে মচেৎ অমদা ইদুনা থেৎলম্মী মিস বর্নহামনা। অসুম্না ইবম্মী—"তোতি কোঞ্জীন লৈথোক্লুবদা ঈশিং তাবক্তবদি ঈশিং লাক্তবা মতম ওইদুনা তৌবিবনি। ঈশিং তাবক্তবসু কোঞ্জীন অদু লৈশীল্লম্মু। নৎত্রবদি হোবেল ঈশিং লাক্রবা

মতমদা ঈশিং অরেম্বদা মাঙগনি। মসে নখোয় থক কাওগনু।”

অমনা পায়খানাদা মখোঙ হামজিল্লগা তেঙ্কিদা ঈশিং লৈতে হায়দুনা অমোংপদু থাদোক্রমদনা থনম্বা য়াওই। তেঙ্কিদা ঈশিং লৈবমদবা খোক্রবদি তোতিদৈ ঈশিং বালতিন অমা অনী য়াবগা হৈজিন্দুনা থাদোক্রমগদবনি। কোমোং অদু তরু তরুনা থনমগনি। মসিগুম্বা অমোংপা থেংনবা থোক্রবদি মিস বর্নহামদি মশানা হেক্তা থাদোক্রম্মী। অদুগা পায়খানা মপাদা চে মচেং অমদা ইদুনা থেংলম্মী অসুম্না—“পায়খানাগী ফ্লাস তেঙ্কিদা ঈশিং লৈবমদ্রবদি অমাংবা পোং অদু তোতিদৈ বালতিন ঈশিং য়ারগা কোমোদতা হৈজীন্দুনা থাদোকঅম্মু। অদুনা হাইজিনিক ওইবা হেনগনি।”

ঈরুজফমদা, চীন শেঙফমদা পায়খানাদা সাবন য়োম্বা চে, তুত পেস্ত হাপ্পা চেথুম, অতৈ অতৈ চেথী-চেগুম চাইথোক্তুনা থম্বিগনু। তিন অসিদা থাদবিয়ু হায়না তিন, নত্রগা উপু মচা অমদা ইদুনা থম্মী বাথকমগী কাচিন অমদা। মিস বর্নহামগী থৌওং-থৌশিল অসিনা হোস্তেল অদো তরু-তনাম্না লৈ।

মথক্তা পল্লিবা মফমসি নত্তবদা কা খুদিংগী থুমোক মচা নৎত্রগা উপু মচা, তিন অহাঙবা মচা থম্মী অমোং-অকায়, চেথী-চেকুম, কমলা মকু, লফোই মকুনচিংবা থাদনবা কা অদু চাইদনবা। অসিগুম্বা থবক মচা মচা অসি চিন্না ব্রাহৈনা হায়দুনা তাকপা নত্তনা থবক্তা উৎতুনা মিস বর্নহাম ঐখোয়দা তম্বিবমই।

ইলেক্ট্রিক্কী মৈ থানবদসু অদু মওায় মৈ ঙানবা পামদুনা ঐখোযনা সুই নম্লুই। নম্লুবা মতমদা মৈ ঙাল্লক্রবদি সুই অদু ওফ তৌবমগদবনি। ওফ তৌরমদনা মৈ লাক্লে হায়দুনা অদুম থনম্লবদি করেন্ত লাকপা মতমদা মশা মথম্নতা ঙানজবকপা তাবনি মৈঙাল দবকাব লৈতবা মতমদসু। মৈ লাক্রবদি মিতব কাবক্কনি মৈগী বিল য়াম্না তাবক্কনি। মসিদৈ কন্ননবা উপায়দি সুই ওফ তৌরম্বনি। অদুনা ইলেক্ট্রিক্কী সুই মপাদসু চেজেং অমা থেৎতুনা খঙহল্লি দবকাব লৈত্রবদি মৈ মুৎথৎলম্মু হায়না।

অসুম্না পোং মচা মচাদৈ চেকশিনবা তমগদবনি। চেকশিনবা ফৈ অদুনা চেকশীনগদবনি হায়বসি মিস বর্নহামনা তম্বিবকই। শম্না হায়ববদা কলেজদনা লাইবিক তম্লকই হোস্তেলদনা য়ুম্বাল্লোন তম্লকই।

মিস বর্নহাম মাগী মিসনগী ওফিস কাই নুমিৎ খুদিংগী কাব মচা তোংই। ঐখোয়না খোঙনা চৎতুনা কলেজ কায়। মাসু ঐখোয়সু পুং ১০ তাবৈ অদুব্রাইদা চৎনৈ। তান চানকববদি মাগী কাবদা হাপ্তুনা পুবী ছাত্রী অমা অনী নোংমা ফাদোক। মাসু ঐখোয়সু হল্লক্লে পুং ৪ তাবৈ অদুব্রাইদা। ছাত্রীবাডী হোস্তেল দুই মুলানি। মথক্তনা ছাত্রী ময়ামগী লৈফম কা লৈ। মখাদনা মিস বর্নহামগী কা, ভিজিতব লাকপৈ ফম্ফম কা, চাক চাফম কা, চাক থোংফম কা, গোদাউন্দনচিংবা লৈ। হোল অচৌবা অমসু লৈ।

নুংথিল পুং ৪ তাবৈ অদুৱাইদা ছাত্রীশিং চা পীথকই। পুং ৪ দৈ ৬ ফাওবদি ফ্রীনি। খবর পানীংবা কাওবুনা খবর পাই। শান্নবা পাম্বমখৈনা শান্নৈ। মনুংদা শান্নবা যাওই। মপান্দা গ্রাউন্দদা শান্ননীংবা মখৈসু থোক্কুনা শান্নৈ। মানা মানা পাম্বা মতুং ইন্না থবক চৎথনৈ।

ছাত্রীবাডী হোস্তেলগী হোল অচৌবা ঃ

পুং ৬ তাবদা এসেমব্লী ফম্মী। এসেমব্লী মতম পুংখায় অমনি। মদুদা হোস্তেলদুদা লৈবা ছাত্রী পুম্নমক তিল্লি অমত্তা চীংথবা যাদে। এসেমব্লীগী অহৌবদা বাইবলদৈ ঈশৈ অমমম নুমিৎ খুদিংগী শকই। ঈশৈদু লোইবগা খন্ন নৈনবা অমা পাওথোকই। চয়োল অমগী মনুংদা ইবাই নুমিৎ খুদিংগী ছাত্রী অমমম্তু পালি নাইনা ব্রা ভাওহল্লি। ব্রাদুদি চযোল অদুগী মনুংদা থোকখিবা থৌদোক-ব্রাথোক পুম্নমক্কী শন্নপ্পা ব্রাবোল মযাম পাউদমহনবনি। সিম্পোসিযমসু থা অমগী মনুংদা তৌই অমুক। অসুম্না মীয়াম মমাঙদা থোক্কুনা ব্রা ভাওবা তম্বিবকই।

এসেমব্লী লোইববা মতুংদা পুং ৬ মখাযদৈ ৮ মখায ফাওবা স্তদী আৱবনি। পুং ২ লাইবিক পানবগী মতমসিদা মাগী মাগী কাদা পাবা যাদে। হোল মনুং অদুদা থাবিবা তেবল চেযব অদুদা অপাম-অপাম্বা ফম্ফম লৌদুনা ফন্নগা তুমিন তুমিন পাগদবনি। মযাম পূন্না পামিন্নগদবনি। স্তদী আৱব পুং ৮ মখাযদা লোইবে। অদুদৈ নুমিদাংগী চবা চাগনি। পুং ১০ দা থাউমৈ মুৎকনি। পূম্নমক নিয়ম অমগী মখাদা তৌবিবা ভাক্লি।

হোল অসিগী মনুংদা মতাই খবা ওইবপ্পা ফক্লাং মনাক নক্লা ফি তূনবা কোল অমা থম্মী। মসি ছাত্রী নূপীমচাশিং অদুনা ফুৰীৎ মচা-মগু ভূজনবনি। ফি-বোল তাইজনবনি। তৌবতদি তাইনবা, তূনবদা চঙগদবা কোলগী লংদি মশা মশানা পুথোকচগদবনি।

অদুগা অমনা ইলেক্ত্রিক্কী সুই লৈবা মপা অমদা তেবল অমা থাদুনা থম্মী। মদুগী মথক্তা ইস্ত্রি অমা থম্মী। ইস্ত্রি অদু ছাত্রী নূপীমচাশিংনা শীজিন্ননবনি। ফি মচা-মগু, ফুৰীৎনচিংবা ধোবীদা থাদবমখৈ ইস্ত্রি অসিদা তক্লৈ। ইস্ত্রি অসি মিতব পাল্লি। অদুনা কয়াম কূইনা তক্লবগে হাযবদু লাযনা খঙবা ঙম্মী। মৈগী খাজনা থীবদা মতেঙ ওইনবা পৈশা খবা খবদি পীবা তাই। মদুগীদমক পৈশা থাদনবা কৌতা মচা অমা খিল্লি। শীজিন্নবৈ মতুং ইন্না পৈশা ৪, আনা ১, শিকি ১ দৈ হেন্না তাবা যাওদে। কূইনা খক তক্লদে।

কোলদা ফি তূনবা, ইস্ত্রি তক্কদবা মতমদি নুমিৎ খুদিংগী ফ্রীদা লৈবা নুংথিল পুং ৪ দগী ৬ ফাওবগী মনুংদা অমদি ছুতি নুমিৎতদনি।

অদুনা হোল অসিদা পাঙথোক্লিবা থবক্তি এসেমব্লী ফম্বা, মযাম পুন্না লাইবিক ওবাইবা, ফি ভূবা, ইস্ত্রি তকপা অসিনা মক ওইবনি। ছাত্রী নূপীমচাশিংনা খুদোংচাবা পুম্নমক ফংহন্নবা মিস বর্নহামনা শীল্লি। শম্না হায়ববদা খুদোংচাবা পুম্নমক ফংহল্লি।

*ফি মচেৎকী ব্রাফম অমা ঃ*

*মিস বর্নহামগী ফি মচেৎকী ব্রাফমসি পল্লমদ্রবদি ব্রাবেং অসি মপুং ফাবরোই।* নোংমা ছুতি নুমিৎনি। ময়াম পুম্নমক চাক তোক্রদুনা ব্রাবেম ভাঙ পোৎথাদুনা ফম্নবা মতমনি। মিস বর্নহাম ময়োম অচৌবা অমা পুদুনা থোবকই। ঐখোয় ময়াম্বু তুং ইল্লকউ হায়দুনা মানা মযোমদু পাযবগা মাঙ থানা চৎ ঐখোয় ময়াম্না তুং ইন হোল মনুংদা চঙভি।

মিস বর্নহামনা পুবকপা মযোম অদু থোক্লে। ময়োম মনুংদা য়াওবল্লিবা অদু ফি মচেৎ ভাক্তা ওইবগ্রে। ফিজেৎশিং অদু ফি অহনবৈ ফিজেৎ ভাক্তনি। ফি অমনবৈ মচেৎ অমত্তা য়াওদে। ফিজেৎশিং অদো মযুংদা ইঞ্চি ৮ লোম শাঙভি মবাক্লা ইঞ্চি ৫ বোম পাকই। ফি মচেৎশিংদো পাকপা চাউবা চপ মান্নে। অমগা অমগা খেন্নবা লৈতে। মচু জাৎ শুই। অঙাংবা, লৈবোং শাৎপা, ফজবসু য়াম য়াওই। পুম্নমক অদো অমেৰিকাদে পুবকপা ভাক্তনি।

মিস বর্নহামনা ঐখোয় ময়ামদা হায– ফি মচেৎ অসিদৈ নহোয় নহোযনা অপাম্বা খন্দুনা লৌ। মচেৎশিং অসিনা তাইশিল্লগা বেদ কোবব অমমম শেম্মু। বেদ কোবব অমা শেম্বা ওক্রবা লৌগদবনি। মোন খাউ তুগে হাযববসু য়াই। তৌবতদি লাইবিক-লাইশু তৌবা কাযদনবা নোংমগী মনুংদা ফ্রী লৈবা পুং ৪ দৈ ৬ ফাওবদা অদুগা ছুতি থোকপা নুমিৎতা শেম-শাবা তুবা যাগনি। অতৈ মতমদি যাদে।

ফি মচেৎ তাইদুনা বেদ কোবব মোন খাউ শেম্বদা চহী অমবোমগী ছুতি নোংম-নোংমগী লৈবিবা ফ্রীগী মতম হৌখিবা খঙহৌদে। চহী ১ বোম চঙনা ছাত্রীশিং অদুনা মাগী মাগী বেদ কোবব অমমম তাইদুনা শেম্নখি। জুৎ চানা মচু থোক্লা ফজনা শেমখিবসু য়াওই। চৎনবা য়ানা অদুম যেংবা যাই ফজৈ শীজিন্নবা যাই। মদু শেম্বদৈ ঐখোয় অনৌবা বেদ কোবব লৈখিদ্রে। মসিনি মিস বর্নহামনা ঐখোযদা তম্বিবকপা। ফিজেৎ অবেম্বদা মাংহন্দনা মফম চানা শীজিন্নববদা কয়াদা কান্নবা পোৎশক অমা ওইবকখিবা হায়বদো। মতম অদুদা ফিজেৎনা তাইদুনা শেম্নকপা বেদ কোবব অমা ঐনা পুবকই। নুংশিদুনা থমজিল্লি হৌজিকফাও লৈবি।

জাৎ তোঙান-তোঙানবৈ তুংনফম পুন্নফম ছাত্রীবাডী ঃ

মিসনগী হোস্তেলনি ছাত্রীবাডী। মিসনগী হোস্তেলনিনা খৃষ্টমাস কুম্বা ফঙ্কসন্দি চহী খুদিংগী চাউনা চাউনা পাঙথোকই। ছাত্রী অয়াম্বদি খৃষ্টাননি। অৱাং-নোংপোক্কী বাজ্যশিংদা লৈবিবা জাৎ অয়াম্বগী ছাত্রী শুনা লৈ। খাসি, আও, অঙ্গামী, গাবো, অবোব, লুসাই, বেঙ্গোলী, অসামী, ত্রীপুৰী, মণিপুৰী নত্তনা অতৈদি খৃষ্টান ধৰ্ম্ম চৎপা ভাক্তনি। অদুবু খৃষ্টান নত্তবা ঐহাকপু মিস বর্নহামনা থংন-থংননা চহী অহম খৃষ্টমাস ফাদব শাহনখি।

কবি মবমদগীনো হায়বা ঐ খঙখিদে। মিস বর্নহামদা হংলুবসু তৌখিদে। খঙদনা অদুম তোকখি। ময়াম্নদি ঐনা খৃষ্টমাস ফাদব শাবদো পেন্নখি হাবাওনখি। খৃষ্টান অমনা তৌবগুম লাইশোনবদা লুচিংখি। লোইশিল্লকপদা 'অমেন' কা হায়দুনা লোইশিল্লি। ময়াম্না খুবাক খুখি হৌনা হৌনা। চঙলক্কুনা ঐগী খুৎ শোক্রে।

মবক্তা অমত্তা হাযহৌখিগে হৌবকপদা ঐ ছাত্রীবাডীদা ১৯৪৬ দগী ১৯৪৯ ফাওবা লৈ হায়খিবদু লীশাং শীৎনা লৈবে রানি। ইং ১৯৪৯ দা ঐ বি এ অহানবা পবীক্ষা থাবনি। পবীক্ষা ফেল ওইদুনা অমুক হন্না মখা তমথদুনা থাখি। অদুনা থা অমবোমগী মতুংদা হাযবদি পবীক্ষা হায়দোক্রবা মতুংদা ১৯৫০ দসু ছাত্রীবাডীদা লৈবনি। অদুনা ছাত্রীবাডীদা চহী ৪ পুবা লৈ হায়বনি। মিস বর্নহাম অমেবিকান বেপতিস মিসনগী কনফবেন্স যাওবা চহী খুদীংগী নুমিৎ হুম্নি মবিনিগুম্বা মপান্দা হেক হেক চৎলি। মহাক্তা লংফৈ চৎখ্রিঙৈদা হোস্তেলগী চার্জ ঐঙোন্দা হেক হেক শিন্নবম্মী। মাগী কাগী শো, চাকশঙগী শো, শো পুম্নমক ঐঙোন্দা শিন্নবম্বনি। হোস্তেলগী ভাব মাগী মহুৎ শিন্দুনা ঐনা পুহৌবনি। ছাত্রীশিংনা মওং চাদবা থবক তৌবকপা য়াওববদি মিস বর্নহাম হল্লক্রগা তাক্কনি হাযনা কিহনবদৈ লমহেনবা থবক কনামত্তনা তৌখিবা লৈতে। মতৌ অসুম্না মিস বর্নহামগী মখাদা চহী ৪ চুপ্পা গুবাহাতিদা লৈবকই। চাউখ্রবা হোস্তেল অমগী অশীন-অবাঙগী থবক অবায়বা নত্তে। অদুমকপু নোংমা নীনিতা ওইববসু ইশামক্লা হকথেঙননা তৌবকপনিনা অচৌবা হোস্তেল অমা কবম্না চলাইগদগে হায়বদো খজিক্তংদা ওইববসু খঙলকই।

ঐগী কাদা মিস বর্নহাম ঃ

মিস বর্নহাম অমেবিকাদৈ লাকপনি অমেবিকাননি। মশা নাল্লি, মশক ফজৈ হনুজববসু মশা খীংঙি। নোংমা নুমিৎতো নোংমাইজিংনি। হুতিনি হাযদুনা ঐ ঐগী ফমুংদা হীপ্তুনা লৈ। থোঙদা কনানো অমা তেক তেক কাপ্লকই। মনুংদা চঙলক্কে হাযনা খঙহল্লকপনি। মতমদো অযুক্কী পুং ৯.৩০ তাবা মতমনি। ঐনা যানি হায়দুনা 'য়েস কম ইন' হায। অদুগা চঙলক্রিদু মিস বর্নহাম ওইবম্রে। ঐ খংপ্রেক খংঙি। হৌগৎতুনা ফমুংদা ফম লৈবে।

মানা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙবা তৌদনা কা মনুংদা থেৎলিবা লাই, যাল্লিবা বিজুলী থাউমৈগী বত্ব, সেদনচিংবদা পক্লিবা উফুল মিবাংনচিংবদু শেংনা তৈথোকই। তৈথোকপা লোইবগা মফম চানা চানা অমুক হাপচীল্লম্মী। থেৎচীল্লম্মী। অদুগা ৱা অমত্তা হাযবমদনা তুমিন থোকখি।

মিস বর্নহামনা তৌবম্লিবা অদু থবক্তা খুদম ওইনা উৎতুনা তাক্রম্বনি। চীন্না ঙাঙদুনা হায়দুনা তাক্রম্বা তম্বিবম্বা নত্তে। ভাব তাবক্রদুনা মতুংদা মিস বর্নহামদো অমুক হন্না চঙলক্তনবা ঐসু তৌবে ইকাইবদৈ। থোঙ, থোঙনাও, থেৎলিবা লাই, থাউমৈগী বত্ব,

সেদনচিংবদু মতম চানা চানা নাম্থোক্নুনা কম্থোক্নুনা লুনা-নান্না লৈবে।

হোস্তেল কম্পাউন্দ ঃ

হোস্তেল কম্পাউন্দ অকোয়বদু চাউই। চাওরবসু ইখোলদু লুনা-নান্না লৈবা উই। তনান-তনাল্লি ব্রাই চাইদে মোংতে। হৈপাল-লৈপাল মফম চানা চানা থাই হৌই। মথল-মথলগী লৈবাংনা লৈতেংলবা গন্না খিন খিন্দুনা লৈ। মদু পুম্নমক ঙাক-শেন্নবা মালিনচিংবা থব্বদি উদে। থমসু থমদে। থাবা মতমদা মী খবা নেক্নুনা শীজিন্নবন্বদি য়াই। অদুগী মতুং তাবা থবক মখৈদি মিস বর্নহাম মশানা তৌজে। নুমিৎ খুদীংগী অয়ুক্তা অমদি নুমিদাংব্রাইবমদা লৈপাল মখোঙদা অমদি গন্না মনাক্তা চঙভি। চঙবা মতমদা কাতি অমা, খুবপী মচা অমা, ঈশিং চাইনবা পেবে অমগা লোযনৈ। অদুগা লৈ মখোঙ শোম্বা, লৈ মশা মোম্থোকপা, লৈ ঈশিং চাইবা উই। মযামসি উবদৈ থবক শূ-নোম্বা হায়বসি য়াম্না লেম্বা অমনি হায়বদু খঙখি।

হবাও-কুম্মৈ ঃ

নিয়ম, দিসিপ্লিন্দা মখঙবা হবাও-কুম্মৈ মশাদা ঈযাও যাওদববদি নত্তে মিস বর্নহাম। মবক-মবক্তা ফিলম অফবা, নুংঙাইবা লাক্রে অমদি তৌবি হাযবা তাববদি ছাত্রী ময়ামদু হৌদুনা যেংবা চৎলি। মশা যাওনা য়েংঙি ' দিসিপ্লিন ঙাক্না চৎলিবনি হাযদুনা হবাও-কুম্মৈগী শকক ইযাও য়াওহন্দবসু তৌদে। চহী অমগী মনুংদা অমুক যান্নবদা অনীবক হোস্তেলগী মপান্দা পিকনিক হেক হেক চৎহল্লি। বস গাড়ী ব্রাযবী, পিকনিক মফমদা থোং থাক্লনবা হোস্তেলগী পুজাবী,এতেন্দেন্ত পুদুনা চৎহল্লি।শম্না হায়ববদা মিস বর্নহামগী থৌশীলদা পেন্নদবা ছাত্রী অমত্তা য়াওদে।

মঙোন্দৈ ঐখোযনা তমহৌবশিংদি ঃ

নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চৎপা, চাং নাইবা মতম মাঙহন্দবা, মতমগী মমল খঙনা চৎপা, থকশি খাশি ঙাকপা, পোৎচৈ অবেম্বদা মাঙহন্দবা মফম চানা চানা শীজিন্নবা, শূ-নোম্বনা ঈশ্বর ফংনবা লম্বীনি হায়বা অসিনি।

মতৌ অসুম্না মিস বর্নহামনা ঐখোযবু পুন্সিগী মহাও খঙহল্লমখি। ◌

# পুন্সিগী মহাও খণ্ডহল্লগী ভাংবী মহাবাণী

অনীশুবা পৃথিবী লাঞ্জাও জাপানগী লান হাযনা খণ্ডনবা অদুনা মণিপুরদা যৌবকখিবা মতম অদুদা ঐহাক মেট্রিক পরীক্ষা থাগ্রে। পরীক্ষা হাযদোক্লক্লে। ডগ্রে। লান মনুং অদুদা সনখ্যা ইবেম্মা ভাংবী মহাবাণীগী যৌগল ইন্দুনা ঐ নবদ্বীপতা লান চেল্লি। ঐনা চৎলমদাইগী মতমদা লৈকাযগী ইচেম-ইনেম মশাম্মা ঐবু নবদ্বীপ চৎহনদনবা খাগ্রে। হাযবৈ মযাম্মা— ইনে শঙ্গাই, ইন্দোন শঙ্গাই, ইচে শঙ্গাই নচাসে নুপীনি নবদ্বীপতা চৎহনখিনু শ্রীধাম ওইবসু। ভাংবী মহাবাণীগী মতুং ইলহনখিনু। নুপীগা ওইবে মা হযেং য়াম রাকনি। ভাংবীদো তিন্নবা খবা রায হাযনৈনে। রা মযাম অদু তাবদা ইমা করিগুম্বা অমত্তা খুমদে। তুমিন্না অদুম লৈ। তাবদা ঐদি যাম শাউনীংখি। মতম অদুদা ঐদি অঙাং ওইবিবনিনা লংফৈ চৎপা হাযবদো যাম পামজৈ যাম চৎনীংঙি। মযাম অদুনা হাযবিবদু ইমানা যাথোকখ্রবদি ঐ লংফৈ চৎপা ফংলবোই হায শঙশাউদা শাউনীংখিবনি। অদুবু ঐঙোন্দা চৎখিনু হাযনা খামখিদে। ইমানা যাদুনা সনখ্যা ইবেম্মগী যৌগল ইন্দুনা নবদ্বীপ যৌখি। লংফৈ চৎনীংবা থুগখি।

অদুগা নবদ্বীপ য়ৌববা মতমদদি ঐনা চৎলমদাইগী মতমদা মযাম্মা হাযখিবশিং অদুগী ওন্ন-তৈনবদা ফংলকখিবা ময়াম অদুনি ঐনা ঙসি থমজগদৌবিবা অসি।

লাইবিক-লাইশু তম্বগী মবমদা ঃ

নবদ্বীপ যৌববা মতুং খবা লৈবগা কলেজ তম্বা হৌবে। সনাইবেম্মা (এম কে বিনোদিনী) গা ঐগা কলেজ কাবে। কলেজ লৈবিবা অদু ঐখোযনা লৈবিবা অদুদৈ পঙথাপ থাপ্লদি নত্তে। অদুবু সনখ্যা ইবেম্মনা তাকপিবে— ''নখোযনা খোঙনা কলেজ কাবদি খবা বাগনি। অদুগা শগোল গাডী তোংদুনা চৎপস্ খুদোং কযা চাবোই। অদুনা নখোয একাগাডী তোংদুনা কাবো'' হাযদুনা সনাইবেম্মগা ঐগগী একাগাডী অমমম লৈবীখি। ঐখোয একাগাডী তোংদুনা কলেজ কা লাইবিক তম্লকখি।

অদুদৈ সনখ্যা ইবেম্মনা তাকপিখি— ''নখোয অনী পুন্না লাইবিক কা অমত্তদা তৌমিন্নবা য়াবোই রাবী শাদুনা তোক্কনি।'' অসি হাযবগা ঐগীদমক সনখ্যা ইবেম্মনা কা অমা তেঙান্না লাইবিক ঔবাইফম শেম্বীখি। যাত্রীক তীর্থ লাকপা মযামগী মীথুংশঙ ধর্মশালা কাখল মচা ৭/৮ লৈবা শঙশাং অনি লৈ। কা অমা অনি লৈবা শঙসু লৈ। অদু নত্তবা ইমুং মনুং মচা মশৄ য়াওনা থুংদুনা লৈবা যাবা কাসু যাওই। সনখ্যানা লৈবিবা শঙ্গাই

অদুগী মন্যাক নক্না কা অমা অনী লৈবা শঙসু লৈ। কাশিং অদুগী মবক্তে লাইবিক-লাইশু তৌবদা খুদোংচাগদবা অমা খল্লগা ঐগী লাইবিক ঔবাইফম ওইনা শেম্মীখি।

মসিনি ইহান হানবা সনখ্যাবু নবদ্বীপতা থেংনবা। মতুং তাবদদি মথং-মথং থেংনবকখি সনখ্যা ইবেম্মসি নোম্বা কনবী, থৌনা ফবী, হৌনা-লোনচৎ খঙবী, থকশি-খাশি নাইবী, মতম মাঙহন্দবী, য়ুম্লাল্লোনবু চেকশীন্না মুন্না কৃপ্না খঙবী, পোৎচৈ খুদীংমকপু মফম চানা চানা শীজিন্নবা হৈবী, শেন-থুম কান্নবোইদবদা ফাদোক্তবী, ইঙ্গোল কোইবা হৈবী, শক্রোন কয়া পুবা হৈবী, মমা পুকুংদৈ পীথোবকপা লমজীং-লমতাকপা হৈবী গুণ কয়ামকম অসিনা লৈতেংবনি।

থৌগল্লোন ব্যবহাব ঃ

ঐহাক অহানবদা সনা কোনুং অমদি লেমা-নিংথৌকোলগী চৎন-লোনচৎ থৌগল্লোন ব্যবহাব খঙলমদে। অদুবু সনখ্যা ইবেম্মগী থৌগল তৌদুনা লৈবদে খঙলকখি। সনাকোনুংগী থৌগল্লোন ব্যবহাবতা নত্তনা ব্রাহ্মন, বৈষ্ণব, অহল-লমনদা ঙাঙগদবা ব্রাঙাঙ, চৎকদবা লীচৎ-শাজৎ, থকশি-খাশি শুনা খঙলকই। মসিমক ঐগী পুন্সিদা অচৌবা লমজীং মৈবা অমা ওইবকখি। নীংশিংলকই মতম অমদা শুকময়ুম ঐজ্ঞা চন্দ্রকুমাব শর্ম্মনা হাযখিবা ব্রাফম অমা। ঐনা সবকাবগী থবক তৌববা মতমদা ঐজ্ঞাগা ঐগা দিবলপমেন্ত দিপাটমেন্ততা ওফিসাব ওইনা থবক তৌমিন্নবকই। ঐজ্ঞানা নোংমা হায়খি ঐঙোন্দা—"এ দি সি সাহেবপুদি সনখ্যা বিকম্না (বাঃ কুঃ সনাহল) ওন্থোক্না থাগৎখ্রে। লাইবিক হৈবা মবক্তা ইবেম্মা প্রমোদিনীগুম্না থৌগল্লোন ব্যবহাব ফজবা যাওদে।" হাযনা। ব্রাফমদু তাবদা ঐ হবাওই, ঐ নুংঙাই, ইতোমতা চাউথোকচৈ। মসি ঐনা নবদ্বীপতা সনখ্যা ইবেম্মগী থৌগল তৌদুনা লৈবমদ্রবদি থাগৎ-বাহৈশিংসে তাবা ফংলম্রোই।

ফিশু-ফিচাম্বা ঃ

সনখ্যা ইবেম্মা ফিশু-ফিচাম্বদসু চঙখোল্লি য়াম্না হৈ। ফি-বোল অয়াম্বদি খোবীদা থাদুনা শূই। অদুবু সনখ্যানা লাৎলিবা লাই শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজীগী খ্বাঙজেৎ নমখাঙ, কোকথোলনচিংবদি অপাবা ফি ঙাক্তনিনা খোবীদা থাদুনা শূদে। সনখ্যা মশানা শূই। শূবা মতমদা ঐখোযবু কৌশিন্দুনা যেংহল্লি। চনাং থাবা মথা, ফি অপাবা তিংখং খেৎপনচিংবা। তিংখং খেৎপা মতমদা সনইবেম্মগা ঐগা ফিদু পায়হল্লি। ফি পাযবা মতমদা কবম্না পাযগনি, তিংনা পায়গনি, ফীবান খবা থাবপ তৌবা মফমদা নাম্থোকখিদনবা কন্না পায়গদবনি হায়বনচিংবা তাকপী।তিংখং খেৎপদি সনখ্যাগা ইচে তোম্বীগনা খেৎলি।

ফি অপাবদি ইক্নি তক্রোইদবনিনা তাক্লি তাক্লি কংলকপা মতমদা থুপচিন্নগা থুবাক্না

পোপ-পোপ ফুদুনা ফিদুপ নাইহল্লগা অমুক তিংথোক্লগা ফৌগনি। মদুম তৌববদি ফিদুপ নাইদুনা ফজবা হেনগনি হায়বনচিংবসু তাকপী।

ব্রাই তৈবা ঃ

লৈমায় ব্রাই তৈবা হাযবা অসি কৈসু লৈতে যাম্না লায হাযনা খ্বাইনা খন্নে। পাক্লাগী লৈমায় ব্রাই তৈবদি পঙলায লায়দে। চুম্মী লৈবাক্কী লৈমায় বাই তৈবদি লায লৈবাক্তে পাক্লা লৈমায় ব্রাই তৈবনা ঈশিং চঙবা হেল্লি। লৈবাক তৈবদা ঈশিং বালতিন অমা চঙবদু পাক্লাদদি ঈশিং বালতিন ৫-৬ চঙডি। সনখ্যাদি পাক্লা ব্রাই তৈবদা মমি তাহনবা যাদে, মমি তাদনবা ব্রাই তৈবদা, শীজিন্নবিবা ফি অদু ঙহাক লৈতনা ঈশিং অফবা অক্নবদা থাদোক্লগা কংনা কংনা সুমদোক্লগা তক্লদবনি নানগদবনি অদুম তৌববদি মমি লৈবোই তাবোই হাযনা তাকপী।

অমনা অপাকপা শুমাঙ-থেল্লোং ব্রাই তৈবা তাববদি নুমিৎ খুদীংগী তৈবা ঙম্লোইদবনিনা চযোল অমগী মনুংদা অমুক্লস্না তৈবা যাই। অদুনা লনা উনবা নুংতিগী মপান্দা ব্রাই খবা খবা তৈশীল্লবদি যেংবদসু ফজগনি অদুগা লূবসু মানগনি।

অসুম্না মখল কযাগী বাই থৃৎতৈ সনখ্যানা তম্বিবকই।

ব্রাইশীৎ লমশেংবা শুমজিৎ শেম্বা ঃ

সনখ্যা ইবেম্মগী নবদ্বীপতা লৈবিবা ইস্থোল দু ওখাক চাওই। চাউন্নবা ইস্থোল অদুদা খৈবোঙ, হৈনৌ, যুবী, ক্লা, কোনা, বোবোই, নিম, চম্প্রানচিংবা হৌই। উই পম্বী অযাম্বা মখল শুনা হৌই। মতম-মতমগী ওইবা উহৈ বাৎপা লেতে, উহৈ পাম্বীশিং অদুদগী মনা কেল্লকপদনা ব্রাইদি খবা চাই। অদগা পাম্বীশিং অদুগা মশা মবেঙনা উকম লাংহন্দুনা নুংশা মৈশাগী ওল্লাংবদি খবগীমখৈ শাফে। কোনা পাম্বী অমা হৌবিবদুদি কোনবা থুংদমখৈ চাউই। ব্রাংবসু ব্রাংঙি। মীৎনা মতোল লোম্না য়েংখৎলুববদি ঙক্লা নাই।

মখা থাবা অবিবা কোনা মনাশিং অদু মথোক্ত থাল্লগা মশা থাদোকই। থাম্লোক্লবশিং অদু নুংশাদা কংহল্লি। কংলবা মতুংদা অমমম ওইনা মনাশিং অদু পুনশিল্লি। অসুম্না শেম্নবা মতুংদদি কোনা মখোক অশাংবা অদুদা পায়বগা লেপ্পা শীৎপা যাবা শুমজিৎ শেম্মী।

অমনা য়ুবীসু মখা থংবা মনা মখৈ য়াম্লোকই। য়াম্লোক্লবা যুবী মনাশিং অদু মচি অমদা পুনশিন্দুনা পৈবগা থম্মী। সনখ্যা ইবেম্মদি অয়ুক্কী লূক হাবা লোইবগা নুংথিল থক চেপ্তে। নুংথিল নুমিৎ চুপ্পা অদুমা উখোঙ উকম অমদা লেঙশিল্লগা মোবা অমদা ফম হৈজ্রাং মচা অমা পায যুবী মনাশিং অদু মশিং শীৎলি। মশিংশিং অদুনা শুমজিৎ মচা মচা শেম্মী। মতৌ অসুম্না শুমজিৎ মখল-মখল শেম্মী। কৈথেলদৈ শুমজিৎ অমত্তা

লৈদুনা সনখ্যাদি শীজিন্নবমদে।

কোনা মনাদৈ শেম্বা শুমজিৎ অচৌবা অদু পায়দুনা কেন্দুনা তাবিবা উনা ময়ামদু শীৎতোক্কদৌবিবনি সনখ্যা ইবেম্মা মশামক্তা। নুংথিল লাই থুকম্বা ময়াঙশিংনা লাক্লিন্ডৈদা খ্বাঙজেৎ অপাবা অয়াংবা অমা থোন, কোকশেৎ মচা অমা শেৎচীন, কোনাগী শুমজিৎ অশাংবদ্র পায় ব্রাই শীৎলিবনি পাকত্রবা শঙ্গায় শুমাঙ অদু থুংনা । ব্রাই চাইবিবদু হৈনৌ মনা থৈবোঙ মনা ঙাক্লনি।

ব্রাখোঙদা মৈহৌফম লৈবঙ অমা লৈ। লৈবঙ অদুগী মযা নক্লা মফম অমদা উনাশিং অদু পৈদুনা থম্মী। লৈবঙ অদু থওইনা ঈশিং মাইশিং লুম্নবা শেম্বা লৈবঙনি। লৈবঙ অদু নুমিৎ খুদীংগী নৎত্রবসু ভোযনা ব্রাই তৈবা মবম্না লূই তনান-তনান লৈ। ঈশিং লুম্বা মতমদা উনাশিং অদু থাদুনা লম্মা। শী' অফবা থক শীজিন্নদে। মতৌ অসুম্না পোৎ অমত্তা মাঙহন্দে মফম চানা চানা অযা-অয়াবা য়েংদুনা শীজিন্নৈ।

সনখ্যানা ব্রাই শীৎলিন্ডৈদা কবি কবিগুম্বা মতমদা মযাঙশিং সনখ্যা উনবা লাকপা যাওই। মখোয়না সনখ্যা মশামক্তা বাণীমা লৈব্রা অমুক্তা উনগে হাযনা হংলৈ। মদুদা সনখ্যানা মপান্দা লেঙথোকখি লৈতে হোবেল মশা হনজিল্লক্লগা উনবো হাযনা হেক্ত্রা খমদোকখি। অদুগা ব্রাইশিংপা লোইববা তুংদা থোঙ-খূৎ ফজনা শেংদাক্লগা অফবা ফীজোল খ্বাঙজেৎ নমখাঙ থোন্দুনা ফম্ফম ফকতা ফিডৌ ফজববা অমা থাবগা লেঙশিন্দুনা ফম্মী। চীং লেমনা ফমদুনা তোংঙ্গৈ অমনা তৌবগা খূদোং ফান্দুনা লৈ। মতম অদুদা মীতোপ অতৈ অতৈ মযাঙনচিংবা লাক্লবদি উনৈ ব্রাবী ব্রাতায়নচিংবা শানৈ।

মসিনি সনখ্যা ইবেম্মনা শানবিবা লীলা। অদুনা সনখ্যা ইবেম্মাবূ শক্লোন কথা পুবা হৈবী, মীত্রং হৈবী, চেকশীনবী অমনি হাযনা ঐনা লৌদবা ঙমদে।

ইঙ্খোল কোইবা ঃ

হৈপাল লৈপাল যাম্না হৌববসু ইঙ্খোল চাউবনিনা মনা-মশীং, ইনশাং নাপী থানবা লম মবাঙ কাযনা অদুম্মক লৈ। অচৌবা অশাংবা ফৈদোম ৭ / ৮ চম্না থাবা য়াবা মফমনি। যাইঙং, শিং, পাঙ্খোক, য়েন্দেম, কোবীলৈ, কোবী মতূম তাবী, ওল কোবী অসিনচিংবগী ভোঙান ভোঙানবা ফৈদোম লৈ। মবোয নাপাকপী, নাকুপ্পী, ফদীগোম্নচিংবগী হুন্নবা মফমসু খাক্তুনা লৈ। পূন্নমক ফজনা লূনা থাই লুনা হৌই। মোবোকসু থাই। অব্রাৎপা অমত্তা লৈতে।

ইঙ্খোল কোইবিবদু থুংনবা ঈশিং চাইবদি অতৈনা তৌববসু ইনশাং নাপী মখোঙ পেংবনচিংবদি সনখ্যানা তৌই। অবাকপা মখৈনা মওং তানা ইঙ্খোল অদুদা মনা-মশীং হৌবিবদু উবগা অঙকপা অমগা লোযননা য়েংনৈ। ইঙ্খোল অদুদৈ পুথোকপা মনা-মশীং অদু অযাম্বা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রদা কৎননবা মথেল-লুকোয় ওইনৈ। কৈথেলদগীদি মবক-

মরক্তা অরাংপা শম্লবা লৈবা নত্তনা ইবৈবু লৈদে হায়বা য়াই।

**লাইগী লৈ লেংবা ঃ**

নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক চাইথদুনা স্নান তৌরবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজীগী লাইমাঙদা লৈ হেক হেক লেংঙি। লৈগী অরাংপা সনখ্যাগী ইখোলমনুংদুদা লৈতে। লৈ পাম্বী উতোং লৈ, জুবা কুশুমগুম্বা, কবিবৈগুম্বা কয়া অমা চেকপল অকোয়বদা লৈবিবা অদুগী রাখোঙ নপ্ন নপ্ন হৌদুনা লৈ। অদু নত্তবা লৈকোল মচা অমা লৈবিবদুদসু লৈ মখল কয়া শাংলি। অদুনা লৈগী অরাংপা লৈতবনি।

সনখ্যা লৈ লেংবদসু চঙখোল্লি, ফজে। লৈ মরাঙ কায়না লৈববদি ফজনা লেংবা য়াবে। নত্তদুনা লৈ য়ামদ্রবা পবেং ফানা লেংবা ওক্রোইদবা লৈববদি সনখ্যানা বুদ্ধি অমা তৌদুনা লৈবিবা লৈ খরা অদুগী লৈচল চানবা মনানচিংবা মফম চানা মওং অমা হোপচীন্দুনা লৈ পবেং ফানবা লেংঙি। য়েংবদসু অদুম ফজনা উই। সনখ্যানা লেংবা লৈ পবেং অউবা খুদীংনা ফজে হাযনৈ।

মমাঙদা পঞ্জখ্রিবা অসি নত্তবা সনখ্যাদৈ তমজনীংঙাই ওইবা থবক মচা মচা কয়ামসু লৈবি। ঐখোয়না অয়ুক্কী নুংদাংগী মায়-মীৎ তাবদা খোঙ-খুৎ হাম্বদা শীজিন্নবিবা ফিবু ফদি হায়। সনখ্যাদি মসি য়াদে। ফদি হায়বদি য়াম্না মোংপা মাপ্লি খুদৈ হায়গদবনি। ফদি হায়বা য়াদে হায়না তাকপী। নবদ্বীপতা শীজিন্নদুনা সুম হৈনবকপদৈ সুম হৌজিক ফাওবা খুদৈ হায়বি। নোংমতা ফদি হাযদে।

অমনা থাউমৈ লালতেনগী চিম্নী শেংদোকপৈ মতাঙদনি। চিম্নীদা পকপা তেঙ্গালি, থাউথীনচিংবদু উৎ অকংবনা শেংনা ফেঙদোক্লগা ঈশিংদা চামখোকই। মচুম তাহল্লি। চিম্নী অদু লৈবাক্তা খিল্লগা। মচুম তাবা লোইববদা লালতেন্দা অমুক হাপচীল্লি। মৈ চুখৎলগা নুমিৎ মমদ্রিঙৈদদি মৈবিদু পীক্লা লৈথদুনা থম্মী। সনখ্যানা মৈ লৈথবদি কয়ামুক যাম্না পীক্লা লৈথবগে হায়বদু মৈগী মশক্তু উগুম-উদগুম তৌই। অদুবু মূৎপদি থক মূৎলমদে। সনখ্যানা লৈথবা মতৌ তমদুনা ঐখোযনা লৈথকববদি হেক্তা মূৎথোকখি। সনখ্যানা লৈথবা অদুগুম্না লৈথবা ঐখোয়দি হৈখিদে।

সনখ্যানা শেংবা চিম্নী মশেং অদুদি চিম্নীদু তক-তকনা মমি অমত্তা লৈতনা উই। মসিনি সনখ্যানা ঐখোয়দা তম্বিবম্বা।

অমনা পোৎ অবেম্বদা মাঙ্ঘন্দনা শীজিন্নবৈ ব্রাফমনি। উনা থাদুনা ঈশিং লুম্নখিবা উৎ মখৈসু অমতা অবেম্বদা মাঙহনখিদে। উৎশিংদু চফু অচৌবা অমদা নৎত্রগা থুমোক অমদা কীৎ কীৎ নমশীন্দুনা যেনখাদা থম্মী। মদুদৈ উৎ লৌবগা বামোন পূজাবীবু ব্রালহৌশঙদা শেংনা উতি চুমহল্লি। অদুগা উতি মহী অদুদা ইখোলদৈ তানবা পানগা শগোল হরাইগা উতি হৌহল্লগা লাই লৃক্কী মথেল অমা ওইনা কৎলি। উতি খোংনবৈদমক

খবী নংত্রগা সোদা বাইগপ খক লৈদে। অসুম্না সনখ্যা ইবেম্মদি পোৎ অমত্তা মাঙহন্দে মফম চানা চানা শীজিন্নৈ। হাযনৈ ঙাংবী মহাবাণী মবল য়াম লৈ। ইনাক খুল্লি। অচুম্বনি শেল-থুম শীজিন্নবদা চেকশীল্লি। সনখ্যানা মবল লৈবী ওইদনা কনানা ওইগনি।

ঙাংবী মহাবাণীসি শবৈ য়াম্না কল্লি হায়বসি খ্বাই খবনা য়াম্না কননা ঙাঙনৈ। অদুবু ঐঙোন্দদি শবৈদু যৌরকখিদে। চহী ৪/৫ সনা থৌগল তৌদুনা লৈবকপা অদুদা ঐঙোন্দা নোংমতা থৌদাবকখিদে, পাখোল শীবকখিদে, চৈবকখিদে। সনখ্যানা হাইফেৎ য়েংলকপদা সনখ্যাগী অপাম্বদু খঙদুনা হায়বক্তিঙৈদা তৌথোকই। ঐদি থবক তৌবদা মখাক খক থমদে হৈসু হৈনদে। অদুনা সনখ্যানা মী অতোপ্পদা তাকপিবম্মী "নুপীমচাসি মীৎলম-নাবম খঙগল্লি। থবক তৌবদা মমুৎ তাই লেম্না মাঙলোই। মী শোয়দনা ওইগনি।" হায়না। ইশাদদি নৱাংখিনি হাযদুনা তাকপিবমদে। মীগী মচীন্দগী তাবনি। তাবদা ঐহাক চাউথোকচে।

লৈবাক অমগী নিংথৌবেলগী মহাবাণী ওইবম্বী অমনা থবক খুদীংমক কুপ্না মমুৎ তানা খঙলম্বা অসিদা অঙকপা অমা পোকখি। হৌজিক্তদা ভাব তাবকই ঐ। পুক্রীংদা তত্তনা হংলকখি। খিজিন্নীংখি অকুপ্পা থবা। হংনীংখি অহল-লমনশিংদা সনখ্যা ইবেম্মগী পাবী-পুবী হৌবকফম।

সনখ্যাবু পোকপা অহল অদুগী মমিং যুগোলসিং কৌই। য়ুম্নাক্না ঙাংবমনি। মার্জিৎ মহারাজগী মশুশিং থোকই। নিঙোল মবীদৈ থোক্লম্বা ওইবমনি খল্লি। য়াইস্কুল মোইবুং লোকপম লৈকাযদা লৈবম্বনি। মমা ইবেম্মা অপোকপীগী মিংনা অমুবৈমা। য়ুম্নাম নিঙোলনি।

ইং ১৮৯১ লান অমা থোকখি। মদুদা সনখ্যাগী অহল-লমন খ্রামন হায়বা খুল অদুদা লান চেনখি। খ্রামন খুন্দা সনখ্যাখোযগী অহল-লমনগী লৌ-শীং লৈবম্বা য়াই। অদুনা মফম অদুগা লাঞ্জেনবা ওইবম্নি। খুল অদুদা সনখ্যা পোকখি হায।

সনখ্যা ইবেম্মগী মপা ইবুংঙো যুগোলসিং মশা-মঔ ফবা মীনি হায়। কছাবদা লাঞ্জেনবা অমদা মাগী মাম্মা থোকপা অমবু পোদুনা ভোংজৈ মরীন্দা পুখি হাযনৈ। মদুদা মাগী মাম্মা অদুনা পেম্লদুনা ইবোই শামুক অমোম অমা পীবম্মী। অদুগা মাম্মা অদুনা "ইবোই শামুক অসিগী মপান্দৈ নঙ নুংঙাইবা ইনাক খুনবা হাযবদু ওইয়ুকো" হায়না বব পীরম্মিসু হায়।

অদুদৈ ইবোই শামুক অদুনা মথং-মথং মচা পোক্লক্তুনা পাক্লা-শননা থাবা শনে দাবকখি হায়। মমৈথংদদি ইবোই শমুক্লা শঙোল থনখি। ইবোই শঙোম মবাঙ কায়না পুথোকপা ঙমখি। শঙোমতা য়োন্দুনা শেল য়াম্না ফংখি। ইনাক খুনবা হায়বদু ওইখি হায।

সনখ্যা ইবেম্মগী অহল-লমন্না খোনবা মিংদি ইবেমচা। লূচীঙবী লমজীং লমতাকনী হাযবা অসিগী থবকসি সনখ্যাগী মপোক্কী লোয়নবকপা গুণ অমনি। ইঙ্খোলদা মনা-মশীং ইনশাং নাপীমকতা থাবে কদায়দা থাগদগে, ফদীগোমসিনা কদাযদা হুনগনি হাযনা যুগোলসিংদা অহলনি হায়দুনা হংলুবদা ইবেমচাদা হংলগা থাউ হাযনা খুম্মকই হায। মসি নত্তবা হাযকবা থবক খুদীংমক ইবেমচাদা হংঙু, ইবেমচাগা তানবগা তৌ হাযনা হেক্তা হাযবকই হায়। মসিনা তাক্লিবদি সনখ্যাদি লূচিংবী, লমজীং-লমতাকপা হৈবী অমা ওইনা হৌরকই হায়বা অসিনি।

খ্রামনদৈ হোংগৎলক্লগা হৌজিক য়াইস্কুলদা ঙাংবম কোল্লুপ হাযনা খঙনবিবা মফম অসিদা লৈখিবনি হায় সনখ্যানা মশাগী চহী ৭/৮ শুবৈ অদুরাইদা লাকখিবনি। অদুনা অঙাং ওইবিঙৈগী মতমদা খুঙ্গংগী পুস্নিবু মশক মুন্না খঙলকখিবীনি।

সনখ্যা ইবেম্মগী অহল-লমন্না খোনবা মিংনা ইবেমচা। মহাবাণী ওইববা মতমদনা ধনমঞ্জুবী মহারাণী, প্রজা মীয়াম্না খঙনবনা ঙাংবী মহাবাণী। মিংথোল অহুম অসিদৈ প্রজা মীযাম্না 'ঙাংবী মহাবাণী' হায়না খঙবিবা মিংথোল অসিনা খ্বাইদৈ পামজে। পামজমন্দুনা ব্রাবেং অসিগী মমিং ঙাংবী মহাবাণী হায়না কৌখিবনি।

লৈবাক অমগী মহাবাণী ওইদুনা সনা কোনুংগী নুংঙাইবা মহাও শুনা তংলকখিবী, খুঙ্গংগী পুস্নিবু মশকমুন্না খঙলকখিবী, পোকপদৈ লোয়নবক্রবা লূচিংবী, লমজীং-লমতাকপৈ গুণ চেল্লকখিবী ওইবনা মখল নাইনা মণিপুব সনা লৈবাক্তা পানখিবী মহাবাণীনি। সনখ্যাদৈ থক্তোবকপা মশেক-মঙাল খবা ফংজখিবা অদুনা ঐগী পুস্নিগী লমজীং মৈবা ওইববিনি।

সনখ্যা ইবেম্মবু ইকোক নোন্না হন্না হন্না খুকমজবি। ()

# পুন্সিগী মহাও খণ্ডহল্লগী মায়ো বৈষ্ণবী

ঐগী শাংলবা পুন্সি খোঙচংতা থেংনরকখিবা অহল মতম ওইববী হনু মাগ্নে চন্নবী ইবেন অনীখক্তি। অমনা শ্রীধাম নবদ্বীপতা থেংনবনি। অমনা জীবিবামগী লাতিংখান হাযবা খুল অদুদা থেংনবনি। লাতিংখান জীরিবামগী খুল অমনি। ইবেন হনুবী অদুগী মমিং মাযো কৌই। মমিংতা মান্নবা নত্তে শকসু মান্নে। ময়াং কংঙি মশা পায় ময়া ঙন্না কেন্নখ্রে। মখদাঙ ইকোপ কোম্লী। লাতিংখানগী ইবেন মায়োগী মরমদদি লাইবিক অমা ইদুনা ফোঙপ্রবনি অদুনা মাগী মরমদদি পল্লুদ্রবসু য়াবে।

নবদ্বীপতা থেংনবকখিবা ইবেন মায়োদি মায়ো বৈষ্ণবী হায়না খ্বাইনা খঙনৈ। ইং ১৯৪২ দা থেংনখিবনি। মতম অদুদা মহাক চহী ৬০ রোম খবা হেল্লগ্না য়াবে।

মাযো বৈষ্ণবী নিংথৌখোংদৈনি হায়না তাখি। মহাক নৌনা লুপ্রা ওইহৌই। মচা-মশু, নক্লবা শগৈ-নাতৈ মাগীনি হাযবা কনামতা লৈজদে। মবল-মথুম ওখাব পাযজবী লুপ্রাবী শামু লোইবী হাযবা অদুনি। মীগী মীনোক-মৈশা থাঙবা ঙমদবদৈ অমদি মাগী অততাই ওই না মী লৈতবনা শ্রীধামদা বাস তৌকবগে হাযনা লেপখি। লৈজবা মবল-মথুম মখৈ পুদুনা নবদ্বীপতা লাকখি।

মাযো বৈষ্ণবী মশা নাল্লি, তুখোঙ লংঙি, মশা খীংঙি, নোম্বা কল্লি, শেল তানবা হৈ। যাত্রীক তীর্থ চৎপা লাকপশিংদা য়োন্ননবা চন্দোন শাদুনা থম্মী। মাযো বৈষ্ণবীনা শাবা চন্দোন্দি ফজে মীনা পামনৈ। হেক উবদা লৈনীংঙি। হায়নৈ। চন্দোনতা নত্তনা গঙ্গাজল হাপ্পুনা কোল মচা মচা মখুম চেৎনা মচা মচা হৈদুনা খুন্নগসু থম্মী। মদু যাত্রীকশিংদা যোন্ননবনি। যোল্লগা শেল তাল্লিবনি। মসি মায়ো বৈষ্ণবীগী অচৌবা শেন্দাল লম্বী অমনি। লাইফম খুদীং মানা লমজীংদুনা লাই খুকম্না যাত্রীক পুদুনা টৎলি। লমজীংবগীসু শেল ফংলিবনি। অসুম্না শেল তান্দুনা মায়ো বৈষ্ণবী শ্রীধাম নবদ্বীপতা লৈবকখিবনি।

মায়ো ঐনা নবদ্বীপতা লাকপা কুইদ্রিতৈ নৌবিতৈ অদুদদি মহাক নহা য়াম্না ওইবি। শকসু ওখাক য়ৌনা ফজে হায়নৈ। মশন-মনাসু ফৈ মুসুক মুবদুনা লেক-লেক হেক লাওবদনা। মীনা ঙাঙনৈ শোন্নে-পান্মুইদা মায়োসে শক্লা ফজবিবা, মশম্না ফবিবা। মশাসু নহা ওইবিনে। অদুবু মবায়বক থীবা মবম্না ঙস্তানা হেক লুপ্রা ওইহৌইদা।

অমনা হাযবকই অতৈদি কল্লক্তেনে। মাগী চীংহী মনমদো ওম্মোক্লা নুংশিখবেইমী।

ঐনা মায়োগী মশাদা কল্লকপা হায়বু চীংহী মনম অদুভনি। অতৈদি কৈমতা কল্লক্তে।

অমনা অমুক হায়রকই- শক ফজদুনবু কৈদৌকনি? লুপ্রা ওইরবনিনা উপায় লৈরক্তদুনা শ্রীধাম নবদ্বীপ অসিদা লাকুনা বাস তৌববিসিনি।

লাই নীংবা লম্বোইবা নত্তনা কবিদি তৌনিদো।থাঙ্গেশেংবমক মায়োনা নহা ওইবা মবমনা লুপ্রা ওইনা নাইতোম লৈবদু খাঙবা ওম্রক্তবদে নবদ্বীপতা বাস তৌরুবগে হায়না চেল্লকপনি হায়।

মায়ো চঙখোনবী নুপী ওইবীগী গুণ চেনবী নুপীনি। লাই-তীনগী ওইবা থবক তৌবদা হেন্না হে-শীংঙি। উসবকী ইনশাং-নাপী শেম্বদা, হৈকপ-তাঙ্গা, পানা তাঙ্গা শেম্বদা, লাইগী লৈ পবেং লেংবদা থোইদোক্না চঙখোল্লি হায়নৈ। মায়ো বৈষ্ণবীনা শেম্বা হৈরূপ-তাঙ্গাদি অঙকপনি মওং অমা ওইনা ফজে। লৈ পরেং লেংবদা লৈখল, লৈচু শুই। লৈচন ফজে অসিনচিংবা।

মায়োগী তোপ-তোপ্পা লমচৎঅমনা মহাক্না ওঙদুনা লৈকবা নুপা অদু নিংথেমচানি। অদুনা মহাক সিজ কাববনি ময়ামদৈ হেল্লবনি মথন্তা খঞ্জে। অদুগীদমক মহাক চাউথোকচৈ। উসব চাবা খুদীং মহাক শীজনিনা মকোক ফমগে হেক্তা হায়বকই। ময়ামসু অদুম য়াবিদুনা মকোক হেক হেক ফমহল্লি। ভুংদদি মায়ো বৈষ্ণবী উসবকী মকোক ফম্বীহায়না খঙনবকখি।

মথক্তা লীজন্ত্রিবশিং অসি মাযো বৈষ্ণবীগী হৌপ্রবা মতমগী ব্রারীনি। মাবু ঐনা থেংনকবা মতমদদি মহাক চহী ৬০ হেল্লম্রে। লম্বোইবম্রে। বৈষ্ণবী মিংথোল ফংলম্রে। মশাসু শোল্লম্রে। মক কোক্রম্রে। মাগী লৈনবা য়ুমদি পাকখন খনবা কা অমথক্কী য়ুমনি। মাগী খাং পোকশঙ অদু চেকপল অব্রাংবা অমগী নাকল অমদা খম্বনি। চেকপল অদু ফুত ৮ ব্রাংবা চেকপলনি। চেকপল মখোঙ থেংনা উখোঙ অনী য়ুংলগা মথক্তা খাঙেন অমা হাপ্তুনা চেকপলদৈ ফুত ২ বোম হেন্না ব্রাংহল্লগা খম্বুবা শঙনি। পাকখন শঙ অদু খোঙ অমা খোঙনাও অমা পাল্লি। পাকখন ওইববসু মওং তাবা কা অমগী শঙনি।

কা মনুং অদুদা মায়োগী ফমুং অমা,উপু মচা অমা, ফিশা ফানগুম্বা ফান অনী, চাকথোংনবা লৈবঙ অমা, ঈশিং খিন্নবা পুলনচিংবা লৈ। তক-তক নাল্লা লৈবা ইমুংনি। ব্রাই চাইদে পোৎ খবতা ওইববসু মফম চানা চানা থম্মী।

মবক-মবক্তা ঐখোয় অনী অহুম হৌনদুনা মাযোগীদা হেক হেক কোয়বা চৎলি। য়ুমদু পাকখন ওইদুনা খরা নেমজববসু ইমুং অদু তঈং তঈংঙি। ব্রাই তোযনা তৈবা মবম্ন। বৈষ্ণবগীথোইদোকপা মগুণ অমসু লৈবি। মহাক মী মখল খুদীংমক তিন্নবা হৈ। অঙাং অহল,পাখঙ-লৈশাবী লম্বোইবা লম্বোইবী জাৎ শুনা তিন্নৈ।মানা খ্বাইদৈয়াম্না তিন্নজবসি লৈশাবী মচাশিংনা খবা হৈল্লি। নুপীমচাশিংনবু কোয়বক্রবদি মহাক য়াম্না হবাওই। ব্রাবী

জাৎ জাৎ লী। ইবেন্না লৈশাবীগী মতমগী ৱাবীসু লী। কৃষ্ণ জন্ম, থৌবাগী জন্মনচিংবদা লাই খুবম্বা চৎপৈ ৱাবী। যোন্দুম, ক্লাবোক, ইঙৌবোক, বাকনীনচিংবা অথাম্না লমদা লৈবা মহাদেব খুকম্বা চৎপদা পাখণ্ড লৈশা পূন্না চৎমিন্নবা ৱাবী মতাং চীৎথদনা নুপীমচাশিংদা লীবী। নুপীমচাসিংসু মথৱায় য়াওনা তায়। বাধা-কৃষ্ণ, মহাপ্রভুনচিংবৈ ৱাবীদি নোংমতা লীদে।

ৱাবী-ৱাতায শানবতা নত্তনা নুপীমচাশিং অদু শিংজু, ইবেন্না হৌবা বোবা হাউই হায়দুনা ময়ামদুনা থাগৎপদা মা কয়াম হবাওই। অদুগা তূমিন্না হায়-"নখোয় ঐঙোন্দা ইবেন খক কৌগনু। বৈষ্ণবী হায়না কৌ। ইবেন হায়ববদি মীনা লম্বোইবী নত্তবোই খনম্নি। মতুংদদি বৈষ্ণবী হায়না হেক হেক কৌকো।"

নুপীমচাশিংনা ইবেন মায়োগীদা হেক হেক লাক্লুনা পুম্নবগী মবমদি মায়ো বৈষ্ণবীদি ৱাবী শাবদাপাউ তম্বদাফমদুনা খক তমদে। হৌগৎতুনা মোত খোক্লগা মথুৎমশা লোয়ননা তম্বনি। খুদম ওইনা খুবাক ঈশৈগী মবমদা তম্নবদী মশানা ঈশৈ হনবী অমুক শাই দুহাব অমুক শাই অওক-অখোং তৌই। মাযো খোঞ্জেলসু চৎনবা য়ানা ফৈ. শকই ফজনা ঈশৈদু। তাবগা নুপীমচাশিং নুংঙাইদুনা ৱা-ৱা নোকই থৱায় তানা ইবেনগী মতৌদু উবদা অদু পুম্নমক্কী মখত্তা মাযোনা লীবিবা তন্নিবা অয়াম্বা পাখণ্ড-লৈশাবী নহাবোললনা তানীংবা হৈনজবা ঙাক্তা ওইবনা অঙাংশিংনা মাগীদা পুম্নবগী অচৌবা মবমনি। মীবমদা লৈবগা মৈতৈগী মণিপুবগী নাৎকী ওইবা হীবম থৌদোক খঙনীংবা তানীংবা মশানা ভাবনি।

মাযো বৈষ্ণবীনা তীর্থনি হাযদুনা মশানা পামজনা লাক্লুনা লৈববিবা শ্রীধাম নবদ্বীপকী ৱারীদি নোংমতা লীখিদে। নুংথিল চুপ্পা অদুমা মখল-মখলগী ৱাবী লীদুনা ময়াম ৱা ৱা নোকমিন্নে। অদুগা চা পীথক্লগা থাদোবকই ঐখোয়বু। ইবেনগী চাদো কয়াগী মতীক হাউই। মহাওদো হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি।

অহল ওইশিল্লকলবা মতমদদি মায়ো বৈষ্ণবী যাত্রীক ওকপা নবদ্বীপ ঘাট তান্না চৎপা ঙমশিল্লক্তে। যাত্রীকশিংবু মহৌশাগুম লাইফমদা পুদুনা চৎত্রে। কৈথেল কামিন্নদ্রে মাগী শেম্লোক লম্বী লৈত্রে। অবৈবা খবা অদুসু নোংমা নোংমগী কায়থোক-কায়থোক্লুনা চাশিল্লকপা মবম্ন লৈশিল্লক্তে। মায়ো বৈষ্ণবী বাধেশ্যাম লাউবা চৎপদা তাম্রে। অদু নত্তনা মাগী হিংননবগী অতৈ লম্বী লৈখিদে।

*বাধেশ্যাম লাউবা হায়বসিদি কবি শিনফম্নো? কমদৌবো জাৎনো?*

রাধেশ্যাম লাউবা হায়বা অসি "হবে কৃষ্ণ হবে কৃষ্ণ হবে হবে। হরে রাম হরে বাম বাম বাম হরে হবে।" হায়বা ৱাহৈশিং অসি বাম কর্তাল মচা অমা খীংদুনা চোংদুনা লেম্পা লৈতনা ঈশৈ ওইনা শকপনি। মসি নবদ্বীপ বাজাবগী অদুৱাইদা য়াম্না ইনাক খুনবা গোসাই অমগী আখাবা অচৌবা অমা লৈ। মাগী চাউনা শাবা মান্দপ অদুদা লম্বোইবা

লম্বোইবী ময়াম বাধেশ্যাম লাউহনবনি। অয়ুক পুং ৮ দগী পুং ১১ তাবা ফাওবা লেপ্তুনা চোংদুনা লাউগদবনি। লাউবা লোইববা মতুংদা রাধেশ্যাম লাউবদা য়াওবিবা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী পুম্নমক্তা চেঙ চাবা অমমম পী। চেঙ লৌজরোই হাযবা মখেবুনা উসবকী প্রসাদী খুলহল্লি। নুমিৎ খুদীংগী লাইফম অদুদা মদুগীদমক উসবসু কৎলিবনি। মায়ো বৈষ্ণবী নুমিৎ খুদীংগী গঙ্গা মপাল্লোমদা লৈবা খোঙ লম্বী অদুদা হেক হেক অয়ুক্তা চৎপা থেংনৈ। মখুৎতা থাউ মচা অমা পায়। থাউ অদুগী মনুংদা বাম কর্তান মচা অমা অদুগা বৈষ্ণবীগী মালা থাউগা য়াওবি। নহানমখে বৈষ্ণবী অসিনা লম্বী অসিদতা চৎলিবসি কবিগীনো হায়না খল্লি। গঙ্গা মপানগী লম্বীদা চৎলবসু বাজাব তাই, গঙ্গা মপানগী লম্বীদি খোঙ লম্বী মচানিনা মী কুংনা চৎতে অদুগী মথক্তা লম্বী শম্বসু লম্বী অচৌবদগীদি য়াম্না হেন্না শম্মী। বৈষ্ণবীনা মবমসিদৈ গঙ্গা মপানগী লম্বী মচাদা চৎপনি।

অসুম্না চৎতুনা মায়ো বৈষ্ণবী বাধেশ্যাম লাউবা য়াওবকইবা চহী ৪ / ৫ শুজিল্লক্রে। মায়োদি বাধেশ্যাম লাওফমদা নোংমতা প্রসাদি খুনবা য়াওবক্তে। চেঙ ওইনা হেক হেক য়াবকই। মবমদি চেঙ ওইনা য়াবক্রবদি অয়ুকসু নুংদাংগীসু চবা অনী চাবা যাগনি অসিনি। প্রসাদি ওইনা খুল্লক্রবদি অয়ুক্কী চবাদুনা লোইবে।

বৈষ্ণবী বাধেশ্যাম লাউবা চৎতবা নুমিৎসু যাওই। মণিপুরদৈ লাকপা যাত্রীকশিংনা উসব কৎপা নুমিৎতদি মহাক চৎতে মবমদি তৌগদৌবিবা উসব অদুগী অশীন-অবাঙ মানা তৌই অদুগা উসব খুনবসু যাওই। উসবকী মকোক ফম্বদি মাগীনি মহৌশাদৈ তৌবকপা মবম্না। অমনা দোনা অচৌবা অমা শাবগা নৎত্রগনা তেঙ্গোৎ অচৌবা অমা মানা ফমগদৌবিবা চাক্লক অদুগী মনাক্তা হেক হেক পুশিল্লি। চাক চাবা হৌদ্রিঙৈ চাক খবগা, মহী য়াওদবা বোবাগুম্বা, কাংঊৌগুম্বা খবগা শেংনা লুখাক ওইদ্রিঙৈ হাপ্লগা চাক্লক্তা শম্ন দনা মনাক্তা থম্মী। চাবা তোক্লবা মতুংদা মদু পুখি মাগী নুংদাংগী চবা ওইননবনি।

মসিনি মাযো বৈষ্ণবীনা লেল্লিবা পুঙ্গি মবেঙ্গ হিংলিবা মহীং। শ্রীধাম নবদ্বীপতা বাস তৌদুনা লৈবিবা মবে।

মায়ো বৈষ্ণবী অহল য়াম্না ওইবে। থায়না নহা ওইবিঙৈ মতমগী ফজবা শকফম মাঙপ্রে। ময়া লোইনা কেনপ্রে। মখদাঙ অদো ইকোপ কোপ্রে। ময়াঙসু শাথীনা কংলে। মশম তেম্না ককথৎলে মক কোক্রে। মহৌশাগী শকফম অমত্তা য়াওদ্রে। অদুবু মশম অতেনবা অদুদি হৌবকপদা অদুম মুগুক মুবি।

বৈষ্ণবী নোংমা-নোংমগী শোনবা অসুম হেনজিল্লক্রে। হন্দক্তি বৈষ্ণবী কন্না নাবে। মপান-ইপান থোকপা ভ্রম শিল্লক্ত্রে। লৈমিন্নবিবা নবদ্বীপবাশিশিং মযামদু বৈষ্ণবীগী সেবা পাল্লি নাইনদুনা তৌবিবি। বৈষ্ণবী মাগী তক-তকনা থাজবিবা কাংখোল মচাদুদা হীপ ব্রাখল তৌরি। নীংশিংবগী পরেংদা মথং-মথং লাক্লি মানা নহা ওইবিঙৈ মতমদা

খোকখিবা থৌদোক ময়াম নিংথৌখোংদা লৈবা ওক্লরেল লাইগী খুবমদা মানা সেবা চৎচখিবা মপুরোইবা অদুনা থুপশ্রবা মতমদা মহাক্লা অরৈবা মরল-মথুম মখৈ পুন্নক্লুনা নবদ্বীপতা বাস তৌবা লাকখিবা। শেন-থুম খরা পায়রিঙৈ অদুদা মানা তৌখিবা গপ মী উশিৎখিদবা মতৌ। তীর্থ লাকপা যাত্রীকশিংনা কৎচবা উসবতা মহাক শীজনি মানা চাউবা হেল্লি হায়দুনা চোংশিন-চোংশিন মকোক ফমখিবা। যাত্রীকশিংদা গঙ্গাজল য়োন্দুনা, চন্দোল য়োন্দুনা, লাইফমদা পুদুনা, কৈথেল কামিন্নদুনা শেল তানখিবা। শোল্লক্রবা উপায় লৈরক্ত্র মতমদা চরা অনী চাবা ফংননবা উসবগী চাক্লুক্তগী খাইদোক্লগা নুমিদাং চানবা য়োমদুনা পুবকখিবা নীংশিংলকখি মথং-মথং।

হৌশ্রবা মতমদা নুংঙাইরম্বা পূম্নমক অমুক হন্না ফংলবোইদো হায়না মপি চদুম চদুম শীন্থদুনা বৈষ্ণবী মাগী ফমুংদা ভূমিন হীপ্লি। মতম অমদনা নিংথৌখোংগী শীজ মায়ো। হৌজিক্লা নবদ্বীপকী মায়ো বৈষ্ণবী। কৈদৌকনি হৌজিক্তি শিবা মতম ঙাইদুনা লৈবা নত্তনা। খল্লি মায়ো অসিনিদনা পূন্সি হায়বদো, মীওইবৈ মপোক হায়বদো, ব্রহ্মামক্র া ফংঙমদ্রবা মীওইবৈ মপোক হায়বদো।

ঐদি-ইমা নাবে হায়দুনা ঐহাকপু মণিপুবদৈ কৌবকই। হয়েংমক থোক্তবা য়াদে হায়দুনা মণিপুরদা থোক্লবা পোৎ-চৈ লোইশিল্লি। পুগদবা কবি কবি চীৎথ-নাম্ববা লৈবি হায়না নীংশিংলি। মবক অদুদা খংনীং নীংশিংলকখি মায়ো বৈষ্ণবী। চহী ৪ / ৫ নবদ্বীপতা লৈমিন্নবক্লবনি। অহল ওইববী লম্বোইবী বৈষ্ণবী ওইজববসু শামান-লেংমান্না ইমান্নবীগুম তিন্নবকপী বৈষ্ণবীনি। মাতদি অমুক্তং তাক্লম্বা উনবম্বা ফৈ হায়দুনা বৈষ্ণবীগী খাংপোক তম্না চেন্না চেন্না চৎলে।

বৈষ্ণবীগী য়ুম থোঙ থিংদুনা লৈবম্মী। থোঙজিন ময়াদা লেপ্তুনা কৌই। খুন্মক্তে। অনী অহুমলক হন্না হন্না কৌববা মতুংদা খোঞ্জেল য়াম্না পীক্লা-লৈয়ে লৈয়ে। থোঙদো লোন্দবনে। ঙাশিনবতনে। হাংদোক্লুনা চঙঙকও। নঙবু কনানো? হায়বকই।

থোঙ হাংদোক্লুনা ইমুংদা চঙলে। মায়ো বৈষ্ণবীনা লৈবল্লিবা মতৌ অদু উবদা ঐ মীৎতগী পী তাখিবা খঙহৌদে। মতম অমদা লম্বোইবী হনুবী ওইজবসু তীক তীক লাউনা মশা ফবম্বনি। ঙসিদি পিশকপীক্লা তাশীন উচেক মচাগুম ফমুংদা তুমিন হীপ মপি মতুম মতুম শীন্থ লৈবম্বদু উবদা কনাগী থম্মোয় শোক্লোই। ঐনা মনাক্তা চঙদুনা "বৈষ্ণবী ঐ হযেং মণিপুবদা থোকপা তাবে। ইমা নাবে লাকও হায়দুনা তেলিগ্রাম তৌবকএ। বৈষ্ণবীদদি তাকঅমগে হায়দুনা লাকপনে। বৈষ্ণবী নাই হায়বা ঐ তায় অদুবু পরীক্ষাগী চিনবনা নোংমতা লাক্লুনা সেবা তৌববা ঙমদে। ঐবু ব্রাবৌগনুকো।"

মায়ো বৈষ্ণবী ঐগী ব্রাদু তাবদা হায়নীংখিবনি— "নঙদি নরায়বক ফৈন্দকো। পোক্ল ফম ইবমদম মণিপুব য়ৌবা ফংগদৌবেদো। নমাগী সেবা ফংলুরনি। তীর্থ মফমনি পূণ্য

ফংগদৌরিবনি হায়দুনসু মীরৈবাক্তা লৈবসে কয়া নুংঙইতেনে। নারক-য়েক্রুবা মতমদা ইমা-ইচা কনা উনবা ফংদ্রেদো। পাপনিনে পাপ পূণ্য নত্তেনে ঐগীদি।’’ কয়া হায়নীংবনি অদুবু বৈষ্ণবী মশা শোয়্ন্থিবনে নুংঙাইতবা হেঙ্গৎলকপনা চবম যুন্নগৎখিবনা হায়দোকপা ঙমখিদে।

ঈঙ্গিৎ তৌরকই ঈশিং থক্কে হায়দুনা। বৈষ্ণবীগী খিল্লিবা ঈশিং পুন্স অদুদৈ ঈশিং হৈদুনা গ্লাস অমা পীথক্রে। ঈশিং থক্রুবা মতুংদা ঙাইহাক পোৎথারগা য়াম্না তপ্না মতেক মতেক ওইবা ব্রাহ্মৈনা হায়রকই– ‘‘লম্বীদা খোঙলৌ পল্লৌবা তৌদনা ইমাগী মনাক য়ৌবা ওইয়ুকো। ঙসাই নচে তোম্বীদো লাকঅম্মী। মানা ইমুং ব্রাই শীৎপিবম্মী। ব্রাই তৈবীবম্মী। থাউমৈ লালটেন শেংদোকপীবম্মী। কেরোসিন হাপ্পিবম্মী। ঙনমল্লি হায় মৈদি চুখৎলমদে। নঙনা খরা চুথৎপিরম্মু। অদুগনে নঙনা থোকখিবদা থোঙদো খবা ঙাশিল্লম্মু। ইবেনদি হৌগৎতুনা থোঙ থিংবা ঙম্মবোইনে।’’ সি হায়বগা বৈষ্ণবী তুমিন লৈদ্রে। ব্রা ঙাঙখিদ্রে। মমীৎতা পিগী ঈবাদি অতৎপা লৈতনা শীষ্করি। অসুম্না মায়োৈ বৈষ্ণবীগী য়ুমগী থোঙদু তপ্না ঙাশিল্লদ্রে। ○

# যংমাসো সৈযা

সিস্টব হাযনবা ইংবেজী ব্রাহেশি মণিপুরী লোন ঙাঙদবা মখৈনা 'ইচে' হায়না অর্থ হন্দোকই। ইথক খোংবা অহন্দসু ইখা থাবা অঙাং ওইবদসু ইচে হায়না অদুম মিঙৌই। যংমাসো সাহেবনা ঐঙোন্দগী খবা হন্নমগদ্রা খল্লি। লেঙ্গা ওইবন্নসু য়াই। হন্নবসু পঙহন হন্নবম্মোই। থাঙ্গৈশেংবদি খঙদ্রে।

যংমাসো সাহেবনা নোংমা হংখি "ইচে ! নঙ ঐখোয়গী কুমহৈ অচৌবা খৃষ্টমাস নখোযনা বোবোতিন হায়নপতো। নখোয়কী য়াওশঙকুমপনি। কুমহৈতো নঙ যেংনীংপ্রা ? য়াওনীংত্রা ?

"মদো য়েংনীংদুনা য়াওনীংদুনা লৈবা কুইববনি। অদুদা ঐবু পুবিনবা কনা মতা লৈতবা।"

অতুপুদি ঐনা পুপিবগা লোইবেতা। চৎতা চৎনীংলপতি ঐ পুপিকেতা। অতুতি লাক্লিবা খৃষ্টমাস অসিদা শোযতনা চৎসিকো। কুমশিনিকো।

ঐহাক উখ্রুলদা চৎলে খৃষ্টমাস য়াওবা বি দি ও য়ংমাসোনা মাগী ব্লোক্কী জীব গাডীদা পুবিবনি। মহাক মতম অদুদা মাওমবাম ব্লোক্কী বি দি ও ওইবি। ব্লোক অমগী গাডী অতোপ্পা ব্লোক অমা লান্না পুবা য়াদে ব্লোক অদুগী লম মনুংতদা শীজিন্নগদবনি। শীজিন্নবা অদু সবকাবগী ওইবা থবক মখৈতদা শীজিন্নগদবনি। কবিগুম্বা চৎতবা য়াদবা থবক লৈদুনা ব্লোক্কী এলাকা অদুদৈ লাম্লেক্লুনা চৎপা তাবগদি দিবলপমেন্ত কমিশনাবগী অযাবা অমা লৌবগা পুদুনা চৎকদবনি। বি দি ও যংমাসোদি দিসিগী অয়াবা লৌবা তৌদনা উখ্রুলদা মাও ব্লোক্কী গাডী পুদুনা চৎখি। দিসিনা কবিগুম্বা খঙলক্লুনা হংলক্লবদি কবি হায়না খুমগদগে হায়বদা য়ংমাসো সাহেবনা নোক্লুনা "খৃষ্টমাসকী পুতুনা চৎপনি হায়বিবগা লোইবতুপো" হায়না খুন্নকখি।

ব্রাফমদু দিসিনা খঙলবসু খঙশিন্নখিদে হংসু হংলকখিদে। যংমাসো সাহেবপু কিবদৈ ওইবন্না তাই।

য়ংমাসোনা ঐবু খৃষ্টমাসকী কুম্মৈ যেংনবা খুল অমদা পুবী। বিদিও য়ংমাসো সৈযা খৃষ্টমাস য়াওবা লাক্কনি যাওবগনি হায়বা অদুদা খোইদোক্লা চাউনা ফজনা শীল্লম্মী। ঐখোয় মফম অদুদা অহীং লেক্লুনা মপুং ফানা কুম্মৈ অদু য়াওবম্মী। লাইশোল সভা, ঈশৈ জগোয, লাইশোল ঈশৈনা মপুং ওইনা তৌই।

অচা-অথক অহাও-অহাওবা মবাঙ কাযনা শীল্লি। ময়াম পবেং শানা ফম্মিন্নদুনা তেবল অমদা চামিন্নৈ। খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুগী খৃষ্টমাস অসিদি হিন্দুগী য়াওশংগুম্বনি হায়বদু নুমিৎ অদুতদা খঙলকখি।

খৃষ্টমাস লোইরদুনা ইম্ফাল থোক্রগনি হাযবা নুমিৎ অদুগী অযুক্তনি। অযুক্কী ব্রেক ফাষ্ট চাবা লোইরে। চা থক্ন থক্না মাঙ্গোন্দা ঐখোয় ময়াম ফন্নি। সৈযা সাহেবনা হায়বকই--"ইচে! চীংগী য়াওশং অসি কমতৌই? ঐখোয চীংমীকী খৃষ্টমাস অসি নখোযগী তমকী য়াওশঙকুম্বনিনে। ঐখোযকীতি কিবি অমুক হাযকনি মসিমুক চাউবা কৃমহৈ অমা লৈতপনিকো। ধর্ম হাযপসি মানা মানা পামপা মতুং ইন্না চৎপনি ধর্ম তিন্নদ্রবসু ঐখোয পূল্লপ ফম্মিন্নদুনা চামিন্নপতি হাউপনিতা। হাওত্রনে। মীকা মীকপু শোক্রবা য়াই য়াতে, লৌনপা য়াই য়াতে হায়পা লৈফম থোক্কেতা। ইচেনা হিনতু ধর্ম চৎপা ঐনা খৃষ্টান ধর্ম চৎপনি। ঐখোয় অমত্তা ওইনা পুন্না ফম্মিন্নদুনা চামিন্নপা অসিপু নুংঙাইত্রনে। মসিনি ঐখোয় নুংশিননা চান্ননা পূন্না হিংমিন্নপা হায়পতো।

ইচেতিনেকো শোক্রবা শম্নপা যাপা য়াতপা লৈতপা, তাংখুলকী চাকখুম হেক্তা চাবা ঙমপতো অতু উপতৈ নঙবু উখ্রুলদা পুবগা খৃষ্টমাসকী কৃমহৈ য়েংহনকে খনবা কুইবপনি। হন্দক্তি তান অমা চাতুনা পুপিবকপনিতা। ইচে দ্রাইভবনা। কৌবে চৎসি লাকও। ঐখোয়গী গাডী অদু উখ্রুললোমদা লাকপা মতমদদি মী ৬ খক্তা মতোংলকই। হম্নকপা মতমদদি মী ১১ শুবা তাবে। ঐ ইম্ফাল থোক্লীংঙী হায়বা মখৈ গাডী কাখৎলকপগা সৈযা সাহেবনা হোয হোয হাযদুনা য়াখি। কাবক্কনু ফম্ফম চিল্লি হাযদে। চিনবদি খবা চিল্লিনি অদুবু চন্ন-চন্নবা ফম্মিন্নবা তাবেতমক হায।

জীপ গাডী অমদা মী ১১ তোংশিল্লবা অদুদদি মোনজা মহয় পানবগুম জীপ গাডী অদুদা পাল্লে। চিনমন্দুনা য়াম্না ব্রানা গাডী তোংলকই ইম্ফাল যৌবফাও। য়ুম যৌবগদি য়াম্না নাই হায়দুনা য়েংলুবদদি ফৈগলদগী নীংজোল ফাওবা কাপমুক শাংনা ঈশিং হান্দুনা লৈবগ্নে। মদু হুদ পুনবা য়োৎচৈ অদুগা তক্নদুনা ঈশিং হানবা ওইবমগদ্রা হায়না থল্লি। ফম্বাযাদদুনা নুমিৎ হুমনি ওফিস কাবা ঙমখিদে ছুতি লৌখি। বিদিও য়ংমাসো সৈযা অসে কবম্বা মীতা ওইবম্বগে হাযবা অদো মহাক্না পোস্তিং তা-তাদুনা লৈবম্বা ব্রোক্কী প্রজা মীয়াম্না তম্নক্তুনা তাবদৈনি। লম লমদুগী মীশিংনা হায়বকই অশেংবা বিদিও য়ংমাসো সাহেবতনি। লায়ববা খুঞ্জাশিংগী য়াইফনবা হীবম খুদীংদা থবক কয়া পায়খৎপিবম্মী। লম্বী-থোং শেম্বীদুনা খুল অমগা অমগা ফাওনহল্লম্মী। স্কুল লিংখৎতুনা অঙাং মহৈ তমহন্নবা হোৎনবম্মী। চাথোক হেঙ্গৎনবা লৌ উহল্লম্মী। অসিনচিংবা বিদিও য়ংমাসোনা তৌবম্বা পাঙথোক্রম্বা কয়া শীংথাদুনা লোইবা নত্তে। মসি পুম্নমক হান্না চীনখুম মান্নসি হায়না হায়নবগুম চপ মান্ননা হাযবকই। ব্রোক খুদিংমক্কী খুঞ্জাশিংনা।

বিদিও য়ংমাসো বিদিও ফমদে রিজাইন তৌগ্রে। সরকারগী থবক্তে তেকগ্রে। মানদি পডাও ভাওনে অমা অমা মানা তোকখিবে মরম মশাদা হকথেঙননা হংনীংখি। খুদোংচবা ইফং ফংখিদে। নোংমদি তাঙ্গা চদুনা মশাগা উনরে। হংলে মরমদো। য়ংমাসো সাহেবনা খুন্নকখি–

"ইচে বিদিও হায়বা ফমসিদি পিওনকুমপনিনে। কৈস্ তৌবা ঙমতে অদুতা তোকথোকপিপনে। প্রজা মীয়ামগী ব্রেলফিয়ারকীতমক্তা থবক খরা তৌরগে খল্লে। সরকারগী করপসন, শেনচা-থুমচা, অচুম্বা থবক অমত্তা তৌদবা, ওইত্তবা অরানপা ঙাক্তা তৌপসি ঐতি তুক্কচৈনে। বিদিও মচা অমা ওইপনতি প্রজাগী মতেঙ পাংবা ইনীং তৌনা ঙমতেতো। অদুনা পোলিতিক্স শান্নকে হায়তুনা ঐ সবকারগী থবক তোকপিপনে। হস্তক লাক্লিবা মীখল অসিতা ঐ ভোৎ লেপকে। ঐ কাকে অদুকা সি এম ওইকেকো। অদুগা প্রজা মীয়ামগী থবক তৌকে। ইচেখোয়স্ মতেঙ পাংঙো।"

সৈযা সাহেবনা হায়রম্বা ভোৎ শোয়দনা কাগনি সি এম ওইগনি হায়রম্বদো চুমখি। মহাক ভোৎ কাখি সি এম ওইখি।

য়ংমাসো সৈযা খৃষ্টান ধর্ম চৎপনি অদুবু মানা সি এম ওইবিঙে মতমদা হিন্দুশিংগীদমক্তা শীংথাবা য়াবা থবক কয়া পাঙথোকপিরম্মী। পনবা য়াবদি– সনামহীগী লাইশঙ মণিপুর রাইফলগী কম্পাউন্দদা হোংজিলহল্লম্মী, বাকনী চীং কাদুনা মহাদেব খুকম্বদা খুদোংচানবা নোংমাইজিং লম্বী শেম্বীরম্মী, মৈতৈ ময়েক চৎহন্নবা হোৎনবিবম্মী। সবকারগী থবক তৌজবা মীগী তোলোপ হেঙ্গৎহল্লম্মী। শিক্ষাবু অনৌবা থাক্তা পুখৎনবা, স্কুল কলেজ কয়া লনাই ওইবম্বদে সবকারগী ওইহনখি। তোঙান-তোঙানবা ধর্ম চৎনবা মীপুম খুদীংবু জাৎ খায়দনা চপ মান্ননা উখিবা লুচিংবনি। তোল্ল-তারবা লায়র-অনং কয়াগী চাওখৎনবা য়াইফনবা হোৎনরম্বা মীশক অমনি।

য়ংমাসো সৈযা ইং ১৯৮৪ গী জানুব্রারী থাগী অয়ুক অঙনবা অমদা শকখঙদবশিংগী নোংমৈ গুলীদা পুন্সিগী অবোইবা য়াহীপ তানখি।

মীথোই-মীহেনবা হায়বসে অতাওবনি। মহাপুরুষ অমত্তা নাদুনা খক শিখিদে। যীশু পাং তিংদুনা য়োৎপী যৈবগা হাৎখি। শ্রীকৃষ্ণ শাদানবগী তেন্দা থব্রায় থাখি। মহাত্মা গান্ধী ব্রাখল খাংতপ খনবা পাপী অমগী নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি। য়ংমাসো সৈযাসু মাবু কল্লকপা মীওই খরগী নোংমৈদা মথ্রায় থাখি।

য়ংমাসো সৈযা লমদমসিগী লুচিংবা অমনি হায়বসে অশেংবনি।

ঐনা চীংমীশিংগী মরক্তে লিদর অমগী মরমদা ইগে খল্লকপসি মতম কুইরে। ঐনা সবকাবগী থবক তৌরিঙে মতমদগী খল্লকপনি। নোংমা লৈখিদ্রবা শগোলশেম ওজা ইন্দ্রমণি থবক অমগীদমক ঐগী য়ুমদা লেঙলক্রম্মী। ওজাগা ঐগা ব্রারী শানবিঙে মরক

অমদা ওজাদা ঐনা হায়ঃ ওজা ! ঐ চীংমী লিদব অমগী মবমদা ইনীংঙি। অদুবু ঐনা কনাগী মরমদা ইগদগে খঙদদুনা লৈবি।

ঐগী ব্রা লোইফাৎত্রিঙৈ ওজানা হায়রকই— হেবা মদুগীদমক নঙ কবিগী ব্রাবি। য়ংমাসো সৈযাগী মবমদা ইযুনা। মহাক নঙগা দিপার্টমেন্ত অমত্তদা থবক তৌমিন্নবম্বা নৎত্রনে ? নঙ মাবু মশক মুন্না খঙদ্রাও ?

"খঙজে" হায়না ঐনা খুম্মী।

ওজানা মখা তাথরকই— নঙনা মাগী মবমদা অখঙবমখৈদু ইবো। মাগী মবম অতৈদি ঐনা লোইনা পীগনি। অদুগা ইং ১৯৫৩ দা পোলোগ্রাউন্দা অচৌবা মিতিং অমা তৌখিবদু নঙ ভাহৌইদনা। মিতিং অদুদা শেমখিবা পার্তি বিবোলুসনবী নেসনেলিস্ট পার্তি ওব মণিপুব হায়বদো। য়ংমাসো সৈযা পার্তি অদুগী ফাউন্দব মেম্ববনি। মহাক মরৈবাক মজাতি পোক্রফম লমদম্বু নুংশিজবা মীওই অমনি। মবীল লৈবা, থৌনা লৈবা, মপাঙ্গল মথৌনা ফবা, অচুম্বা ঙাঙবা, শিবা কিদবা মীশক অমনি। মাগী মবমদা ইদনা কনাগী মরমদা ইগনি। ইয়ু ইগদবনি হায়না ওজানা হায়বিবম্মী। অদুগুম্বা ওজাদু হৌজিক্তি থুপক্লে। ঐখোয়গী ইবক্তা লৈখিদ্রে। কনাদা হংলুগনি ? খনফম খঙখিদে ঐ।

ওজাদা হায়খি— ওজা শোয়দনা ঐ ইজগে। অদুবু ঙসি ফাওবা ইদ্রি। ওজাগী মফমদদি শোয়দনা ইগনি হায়দোকখি। হায়দোকখিবা ব্রা ঙাকপা তৌদনা লৈরি। ওফিসকী থবক চিনবনে কবিনে ইবগী ব্রাখল থোইনা লাকখিদে। ওফিসকী থবক চিনবা ইনবা মতম ফংদবনা ওইবম্বসু য়াবি। ইং ১৯৮৬ তা ঐহাক সবকাবগী থবক্তে পোৎথাবে। মতম ফংলবনিনা ঐনা পামজকবা ইবা হায়বা থবক্তু ইনীং তৌনা পায়খৎচবে। অদুবু লাইবক থীবদি ইং ১৯৮৮ গী দিসেম্বব থাদা ওপবেসন অচৌবা অমা তৌবা তাখি। মদুগী মতুংদদি য়েৎথংবা খুৎ শিথখিদুনা লাইবিক ইবদা খুৎ অনী চঙনা ইবে।

খুৎ অনী চঙনা ইববসু যংমাসো সাহেবগী মবমদতদি খবদংতা ওইববসু ইবম্মগে চপ যুংনা লেপক্লে। ওজা ইন্দ্রমণিগী মফমদা হায়দোকখিবা ব্রাদুসু ঙাক্রবা ওইনা অহল মতম ওইশিল্লক্রবনিনা ঙসি হয়েং খঙদে কোক শিদোকখ্রবদি ইবমদবা তারে। ইবমদনা শিখিবা থোক্লো লাইবৈবাক্তা ওজাগী থব্রায়গা ঐগী থব্রাযগা উনবা থোক্লো ওজানা হংলক্কনিঃ নঙ যংমাসোগী মবমদা ইবদ্রা হংলক্রবদি ঐ কবি পাউখুম পীগনি ? ওজাগী ব্রাহংগী পাউখুম খুম্নীংঙাই লৈবোই খন্দুনা ঐ হাযদোকখিবা ব্রা ঙাক্লা চৎপী অমনি হায়বা উৎননবা য়ংমাসো সৈযা সাহেব মশামক্কা থেংনজহৌবা খবা ময়ামগী মফমদা ফোঙদোকচবি।

য়ংমাসো সৈযা সাহেববু ঐনা ইহান হান্না থেংনখিবসি ওফিসকী থবক তৌববা মতমদনি। ঐখোয় অনীমক দিপার্টমেন্ত অমত্তদা থবক তৌমিন্নবা ওফিসাবনি। সৈযা

সাহেবনা বিদিও ওইনা ব্লোক্তা লৈবনি। ঐনা এসিস্তেন্ত দিবলপমেন্ত কমিশনার ওইনা হেদ ওফিসতা লৈবনি।

ঐনা এদিসি ওইবকপা মতমদা সৈযা সাহেব মাও-মবাম ব্লোক্কী বিদিও ওইবম্মী। ওফিসতা চঙবা থবক তৌবা সৈযা সাহেবনা ঐঙোনদগি হাল্লি। মাও-মবামগী বিদিও ওইদ্রিঙৈ মমাঙদা তমেংলোং ব্লোক অসি এস এম পি ব্লোক কৌরম্মী। অদুগা চীংদা লৈবা ব্লোক অতৈবুনা তি দি ব্লোক, অদুগা তম্পাক্কী লমদা লৈবা ব্লোক মখৈনা চুম্না সিদি ব্লোকতমক হায়বগা খঙনবম্মী।

এস এম পি ব্লোক হাযবদি স্পিসিযেল মল্টিপর্পস ব্লোক হায়বনি। তি দি ব্লোক হাযবনা ত্রাইবেল দিবলপমেন্ত ব্লোক হাযবনি। সি দি ব্লোক্তা শীজিন্নবা শেনফমদুগী দবল শীজিন্নগদবনি। তমেংলোং এস এম পি ব্লোক্তা পোস্তিং তনীংবা মী থোইদোক্না য়াওখিদে। মবমদি মতম অদুদা তমেংলোং ব্লোক্কী লম অসি য়াম্না শোংথনা লৈবা লম ওইনা তৌবম্মী। লম্বী-থোং শাথীনা ফৎলমদে। চৎথোক-চৎশিন্দা খ্বাইদৈ হেন্না খুদোং চাদবা লমনি। অদুনা তি দি ব্লোক অতৈগা মান্নবা থাক্তা পুখৎনবা হায়দুনা ব্লোক অনীদা শীজিন্নগদবা শেনফমদু তমেংলোং ব্লোক্তা থাদবনি।

তমেংলোং ব্লোক্তা বিদিও ওইনা কনানসু চৎনীংলমদে। খালি সৈযা সাহেবতদি মশানা য়ানা থৌনা ফনা চোংথোবক্তুনা দিবলপমেন্ত হায়বা অসি চাওখৎত্রিবা লমবু চাওখৎনবা হোৎনবা, লম্বী-থোং ফত্তববু শেম্বীবা, শিক্ষাগী মঙাল ফংহনবা, চাবা-থকপা মবাঙ কায়হনবা থবক শূ-নোমহনবনি। অদুবুনি দিবলপমেন্ত হায়বসি হায়বন্নগা তমেংলোংগী বিদিও ওইনা চৎখিবনি হায়।

বিদিওগী ফম অসি অনী শুই। সেনিয়ব বিদিও হায়বা অমা অদুগা জুনিয়ব বিদিও হায়বা অমগা। সেনিয়র বিদিওনা এস দি ওগা মান্নে, জুনিয়ব বিদিওনা এস দি সিগা মান্নে। জুনিয়ব বিদিওনা তম্পাক্কী লমদা লৈবা সিদি ব্লোক্তা পোস্তিং তৌই অদুগা সেনিযব বিদিওনা চীংদা লৈবা তিদি ব্লোক্তা তৌই।

ঐনা দিবলপমেন্ত দিপার্টমেন্তা চঙবা মতমদা য়ংমাসো সাহেব মাও-মবাম ব্লোক্কী বিদিও ওইবম্মী। চহী অমগী মনুংদা নুপী ভাক্তগী ওইবা ত্রেনীং কেম্প অমমম পাঙথোকই। মসি ব্লোক খুদীংমক্তনি। য়ংমাসো সাহেবনা হায়– "ইচে নুপীকী ত্রেনীংনিনা নঙ লাক্তবা য়াতেকো। নঙনকো নুমিৎ ২ / ৩ কুমপা কেম্পতা অহীং লেক্তুনা লৈকতপনিকো। নুপী কেম্পবশিংদা নীংথিনা তাকপীবগদবনি। দিবলপমেন্ত কমিশনাবনা কারি পীত্রপসু ঐনা ব্লোক্কী জীপ কাবি থাবক্তুনা নঙবু লৌপিবকনিতা।" অসুম্না বিদিও সাহেবনা গাড়ী থারক্তুনা ঐবু হেক হেক লৌবীবৈ। থিনবসু মাগী গাড়ীনা ইম্ফাল ফাওবা থিনবিবকই। পেত্রোলদী থবা হেন্না খবচ তৌবগনি অদুবু থবক্তি ফজনা পাঙথোক্রমগনি।

মতাঙ অসিদা থৌদোক অমা নীংশীংলক্রে। ঐহাক্না দিবলপমেন্ত দিপার্টমেন্ততা এদিসিগী ফম পায়দুনা ব্রাঞ্চ ওফিসব ওইনা হেদ ওফিসতা লৈবনি। ব্রাঞ্চ ওফিসব অমা ওইনা ঐ গাড়ীগী থবকসু পুবি সেনিয়ব বিদিওনা থা অমদা পেট্রোলগী শেল লুপা ২৫০ দগী হেন্না সেঙ্কসন তৌবা ঙমদে। অদুনা লুপা ২৫০ দগী হেনবা বিল মখৈ দিবলপমেন্ত কমিশনাবদা সেঙ্কসনগীদমক থাগৎলক্কদবনি। য়ংমাসো সাহেবকী বিল লুপা লীশিং ১১ খবা হেনবা পেট্রোলগী বিল অমা থাগৎলকই দি সি সাহেবনা য়ামল্লি হাযদুনা হন্দোবক্রে।

য়ংমাসো সাহেবনা হেদ ওফিসতা লাক্তুনা বিল অদু দি সি সাহেবনা সেঙ্কসন তৌবত্রা হায়না হংলে। শেল য়ামনখ্রে তৌবা ঙম্রোই হায়দুনা তৌবক্তে হায়না ঐনা খুম্মী। ফাইল অদু পায়দুনা দিসিগী কাদা যংমাসো সাহেব চঙখ্রে। ঐসু মতুং ইন্নদুনা চঙলে। ফাইল অদু উৎলে দিসিদা সেঙ্কসন তৌবিযু হাযবে। দিসিনা তৌবা ঙম্রোই হাযদুনা লাক-ঈম্ঘোবক্রে ফাইল অদুদৈ ফাইলদু শৃপকোন কোনশিল্লগা "নঙনা তৌ যাদ্রগা ঐগী পোকেৎতগী পীথোকখ্রগা লোইববে। নঙগী বিদিওগী ফম মচাসিদি কৈসু লৈবা নত্তে। থোক তোকথোকপিবগা লোইবসিবু। ঐনা ওইজগে হাযদুনা ওইবসু নত্তে। নখোযগী সবকাবনা ওইবীযু ওইবীযু হায়জবদুদা ওইবনি। ঐগী প্লেজব ত্রিপ্তা শীজিন্নখিবা পেট্রোল নত্তে। ব্রোক্কী থবক্কী ইন্তবেষ্ট, প্রজাগী ইন্তবেষ্ট, নখোযগী সবকাবগী ইন্তবেষ্টতা শীজিন্নখিবনিনা" মসি ইংবেজী লোন্দা ডাঙ-ডাঙদুনা যংমাসো সাহেব থোকখি। ঐ তৌফম খঙদনা তিঙক তিঙক যেং লেপ্পুনা লৈহৌবে।

মদুদা দিসিনা বিদিওবু অমুক্তা কৌশিল্লকখো হায়। কৌশিল্লে। অদুগা বিলদু সেঙ্কসন তৌখি। থৌদোক অদুদৈ য়ংমাসো সাহেব ফম পামদবনি, মী কিদবনি, মবীল লৈবনি, থৌনা ফবনি, নুপাদা নুপানি হাযবা ওজা ইন্দ্রমণিনা হাযবস্না ব্রাফমদো খংনীং নীংশিংলকখি।

হেদ ওফিসতা চহী অমগী মনুংদা সেনিয়বগুম্না দি সি, ব্রাঞ্চ ওফিসব ময়াম, বিদিও ময়াম পুন্না মিতিং অমা তৌই। মদুদা মাগী মাগী ব্রোক্কী এলাকাদা থেংনবকপা প্রোগ্রাম পাঙথোকপা য়াবা য়াদবা, খুদোংথীবা থেংনবা, পুম্নমক মমুৎ তানা খন্নে-নৈনৈ। অনৌ-অনৌবা স্কিম পাযখৎনবা খন্নে। মদো নুমিৎ হুম্নি চঙবা সেমিনাবনি। অবোইবা নুমিৎতা দিনব অমা তৌসি হায়দুনা ব্রাবেপ্রে। য়ংমাসো সাহেবনা দিনব অদু মাগী ময়ুমদা তৌসি মহাক শীঞ্জগে হাযনা চোংথোবকখি। ময়াম্নসু মাগী ব্রাফমদু য়াখি। সেমিনাব অবোইবা নুমিৎকী নুমিদাং অদুদা ওফিসাব ময়ামদু চাক্লেন অমা চানখি।

ওফিসাব ময়াম শুনা তিল্লে। দিবলপমেন্ত কমিশনাবসু য়ৌবক্রে। চন-থক্রবা লাওলম্বা ময়াম অদু ওম্মোক্না য়ামম্রে। ময়ামদু উবদা ওফিসাব ময়াম্না খাযনবা শেলগী মথক্তা

*য়ংমাসো সাহেবনা হেন্না হাপ্রমগদ্রা খল্লি। অচা- অথক পৈবিবা ময়াম অদুগী মাগী মখূৎন পায়বা ঙন্থা লীক্রী ৬/৭ পাযবগা মপাল খোকখি।*

*ময়াম্মা কদাযদা পুবিবনো ? কনাদা পীথক্লদৌবিনো ? হায়না হংনবকই। য়ংমাসো সাহেবনা খুন্নকই– "দ্রাইভরদা পীথক্লকে। মখোয়সু মীনিনা। ঐখোয়তমক চাবা-থকপতি কতায় য়ানি।"*

দ্রাইভব ময়াম্মা বিদিও য়ংমাসোনা পুখিবা লীক্রিশিংদু উবদা কয়াম হবাওই। মখোয় মশেল হায়নৈ– সত্য বিদিও য়ংমাসো সাহেবমুক কলেজা লৈবা বিদিও মবক্তা য়াওদেকো।

য়ংমাসো সাহেবনা লীক্রীশিংদু পীবগা হায় "ওকত্রকা হায়বকউ। অমুকসু পুবিবক্কে। নখোয়বু পেলহনবা নুংঙাইহনবা হায়বসে ওফিসাবশিংগী মখৌনিনে। ঐখোযকী মথব্রায় নখোয়না কাবীদা হাপ্তুনা পুপিবা নৎত্রনে ?" ৷ ১

## যামিনী সুন্দব গুহ গোল্ড মেদল

ওজা যামিনী তাঙ্গাইল হায়বা লম অদুদা পোকখিবনি। ভাবতনা স্বাধীন ফংদ্রিঙৈদা, হিন্দুস্থান পাকিস্টান খায়দোক্তিঙৈ মতমদা বাঙ্গাল লৈবাক অসি নোংপোক বাঙ্গাল নোংচুপ বাঙ্গাল হায়না অনী খোক্লম্মী। নোংপোক বাঙ্গালগী মনুংদা ময়ামনসিং হায়বা অসি জিলা অমনি। জিলা অসিগী মনুংদা তাঙ্গাইল হাযবা লমসি সব-দিবিজন অমা ওইনা লৈবম্বনি। তাঙ্গাইল হায়বা লম অসিদনি ওজা যামিনীনা পোকখিবসি তাঙ্গাইল মতম অমদা ভাবতকী মনুং চন্না লৈবম্বা লম ওইবন্নবসু হৌজিক্তি মীবম ওইখ্রে বাংলাদেশকী মনুংদা লৈবা লম ওইখ্রে।

ওজা যামিনী বাঙ্গালীনি। মমা লোন্না বেঙ্গোলীনি। মহাক জোনস্টোন স্কুলগী হেদ মাস্তব চহী ২০ চুপ্পা ওইবম্বনি। তাং ১।৭।৩৮ ইংদা ওজা হেদ মাস্তবগী ফমদগী পোৎথাখি পেন্সন ফংখি। পেন্সন ফংলবা তুংদা মণিপুবদগী হনখিদুনা ওজাগী পোক্লফম লমদম তাঙ্গাইলদা লৈখি।

তাঙ্গাইলদা ঐহাক ইশামক চহী অনীবোম কলেজ তমদুনা লৈকই। মতমদু ইং ১৯৪৬-৪৮ কী অদুবাইদনি। ঐনা তম্রিবা কলেজ অদুগী হোস্তেলদা নোংমা ওজা যামিনী ঐবু উনবা লেঙলকখি। ওজানা ঐগী ইশক হেক উবমক্তদা হায–"নঙলা মৈতৈ নুপী অমা সিদা কলেজ তম্রি হাযবদো?"

ঐনা ফনেক শেৎতুনা থোকপা অদুদা ওজানা ঐবু মৈতৈ নুপীনি হায়বা খঙবা ওইবম্মি হায়না নীংখি। ওজানা মখা তানা তার্কপিবকখি–"ঐনা মৈতৈ নুপী অমা মফম অসিদা কলেজ তমদুনা লৈ হায়বা তাবদৈ লাকপনি। ঐগী থোইদোকপা থবক লৈতে। নঙগা উনদুনা মৈতৈলোন্দা ব্রাবী শাগে ঐনা শিদ্রিঙৈ অসিদা মৈতৈলোন অমুক্তং লোন্নবমগে মৈতৈলোন্দা অমুক্তং ব্রা ঙাঙনবমগে হাযদুনা লাকপনি। ঐ মৈতৈলোনবু যাম্না নুংশিবনিকো। ঐহাক্তি মতম কুইনা মণিপুবদা লৈবম্বনিনকো মৈতৈলোনবু ইমালোনগুম্না ঙাঙবা ঙম্বনিদো। ঐনা পেন্সন ফংবসি ১৯৩৮ দনি। পেন্সন ফংলবা মতুংদা মণিপুববু থাদোক্লন্নগা তাঙ্গাইলদা হল্লকপনি পোক্লফম লমদমনিনা। ঐনা মণিপুব থাদোক্লম্বা নুমিৎতৈ হৌদুনা ঙসি ফাওবদা মৈতৈলোন লোনবা ফংলক্তি।

ঙসি নঙগা উনদুনা ঙাঙনবিবা লোন্নবিবা অসিনি। ঙসিদি ঐ নুংঙাইবে ঐ শিববসু পেল্লে মৈতৈলোন ঙাঙবা ফংলে। ঐনা নীংবা থুংলে। নুপীমচা নঙনা ঐগী অনীংবা

থুংহল্লে। নঙ লেম্না মাঙগনুকো। পুন্সিদা মায পাকপা মঙ্গল ওইবা হায়বদু ওইয়ুকো। নুপীমচা ঐদি মৈতৈলোনবু যাম্না নুংশিবনিকো।”

ওজা যামিনীদি চীনগা খৃৎকা মান্নবা মীওই অমা ওইরম্রে। চীন্দা ব্রাহৈনা খবা হায়বগা ঙাঙথোক্লগা তোকপা মীতা নৎলমদ্রে। ঙাঙথোকখিবা ব্রা অদো থবক্না উৎথোক্লম্বা নুপা অমা ওইবম্রে। ওজাগী শিনফম হায়বসে হৌগৎলক্লিবা নহাবোলশিংদা পুন্সিগী শিক্ষা পীবনি হায়বদো ওজাগী মফমদদি চুম্নম্রে।

ওজানা মমালোনসু নত্তবা অতোপ্পা জাতি অমগী লোন মৈতৈলোনবু কয়াম য়াম্না নুংশিবম্বগে হাযবদো ওজানা দান তৌবিবম্বা ‘গোল্ড মেদল’ অসিনা তশেংনা তাক্লি। সমাজ অমগী চাওখৎপৈ লমজেন্দা মক ওইবা শাদোঙদি লোননি, সাহিত্যনি। লোন অমদি সাহিত্য চাওখৎপৈ থাক্তা পুখৎকে হায়ববদি সাহিত্য হান্না চাওখৎনবা হোৎনবা তাই। মসিনি ওজানা খল্লম্বা ব্রাখল্লোন।

*মণিপুববু চাওখৎহনগে হায়ববদি মণিপুবী সাহিত্য হান্না চাওখৎনবা হোৎনগদবনি।* মণিপুবী সাহিত্যবু চাওখৎহন্নবা ওজানা তৌবিবম্বা দান ‘গোল্ড মেদল’ নি। মতম অদুদা মণিপুবদা মণিপুবী মচা ইনাক কৈবাক খুনবা শেঙ্গাও পায়বা পীক থন্না মবাঙ কায়না লৈতবা নত্তে। য়াম্না লৈবম্মী। অদুবু ওজানা খনখিবা ব্রাখল অদুগুম্বা কনা অমত্তনা খনখিদে। চীন মখৈতনা সাহিত্যবু নুংশি হাযনা শোনবতনি। কনা অমত্তনা থবক্ল উৎতুনা ইমালোনবু চাওখৎনবা সাহিত্যবু চাওখৎহন্নবা থৌগৎপিবা য়াওখিদে। ওজানা খনখি লোন চাওখৎহল্লগা সাহিত্যগী পোৎথোকপু হেন্না মবাঙ কায়না পুথোক্লবা অইবা অইবীশিংবু থৌগৎপিবা য়াম্না দবকাব ওই। অদুত্তদা সাহিত্যগী অফবা পোৎথোক থোবক্কনি হায়বসি ওজাগী থাজবনি। মসিমক্তনা মবম ওইদুনা ওজানা গোল্ড মেদল অসি পীবম্বনি। অইবা অইবীশিংবু থৌগৎপিবা ওইনা। থৌগৎপিবা, ঈনশিনবিবা, চিংথোকপীবা অমা য়াওদ্রবদি পুক্লদা লৈবিবা লৌশিং, পাঙ্গল ব্রাখল মতীং ফুদোকপা ঙমদে মথৌ সঙদে, মবীল উৎথোকপা ঙমদে হায়বসি ওজানা থাজখি।

যামীনি সুন্দব গোল্ড মেদল অসি মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা শীন্দুনা চহী ৩/৩ গী ওইনা পীবা অৱার্দনি মনানি। মেদল অসি ইং ১৯৬০ দগী পীবা হৌখি। হৌজিক ফাওবদা অৱার্দ অসি মতীক চাবা মীওই খল্লগা পীবি। তেক্তা-কাযদনা চাং নাইনা পীদুনা থৌবমসি চৎথবি।

মণিপুরগী সাহিত্য চাওখৎনবৈদমক ওজা যামীনিনা তৌবিবম্বা দানগী মনা গোল্ড মেদল অসিনা খ্বাইদে চহী য়াম্না মতম কুইনা চৎথরক্লবা মনানি। অহানবা পীবা হৌখিবা চহীনা ১৯৬০ দনি। মসিগী মতুং চহী ১২ লৈবগা ইং ১৯৭২ দগীদি মখল মখলগী অৱার্দ কয়া দান তৌনবক্রে, মনা কয়া পীনবক্রে। হৌজিক হৌজিক সাহিত্যগী মনা লৈরিবশিং

মশীং ১৩ শুবে। তবাহুমদোই অসিগী মনুংদা ওজা যামিনীনা পীবস্থা মেদল অসিনা খ্বাইদৈ কুইবে। অদুনা ওজাসি মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎ লম্বীগী লমতাকপনি লমজিংবনি লময়ানবনি হায়নীংঙি।

মৈত্রবাক অসিদা নীংশিং থৌবম কয়া পাঙথোক্লি। হা অদুগী পালন অদাগী পালন হায়দুনা কয়া কয়া তৌনরি। সাহিত্য চাওখৎ লম্বী লময়ানবা ওইখ্রবা ওজা যামিনী সুন্দব গুহগী নীংশিং থৌবম পাঙথোকখিবা তাখিদ্রি। মহাকপু ঐখোয়না কাউথোকফম থোক্তে, সাহিত্যবু পামজবা নুংশিজবা, সাহিত্য প্রেমিক প্রেমিকা, সাহিত্য সেবক সেবিকা, সাহিত্যগী সংস্থান কযাগী মমাঙদা থমজবিবসি ময়াম পুল্লপ পুল্লগা ওজা যামিনী সুন্দব গুহগী নীশিং থৌবম অমত্তং চাউনা পাঙথোকপনা চুশ্রোইদ্রা হাযবসিনি।

অওইবমক্লি ওজা যামিনী সুন্দব গুহগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎতনা কনাগী মফমদা কৎকনি। ○

## জোনস্তোন স্কুল

ইনিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাণ্ডক্তা মহাবাজগী সনা য়াথং লৌবগা ইং ১৮৮৫ দা লিংখৎখিবা জোনস্তোন স্কুলনি। অহানবদা স্কুল অসিগী ওইবা স্কুলশঙ লৈবমদে। হৌজিক গবর্ণরগী বাঙ্গালা ওইবিবা অসিদা কা অমা লৌবগা ক্লাস কম ওইদুনা লাইবিক তন্বা হৌখিবম্মী। স্কুলশঙ অসিগী অহানবা স্কুলশঙ বৃতিস সবকাবনা শেল পুথোক্তুনা শাখি। অহানবা স্কুলশঙ অর্দুদি নুপী কৈথেল হাযদুনা হৌজিক লৈবিবা অসিদা লৈবম্মী। দিষ্ট্রিক্ট হোস্পিতালগী নোংচুপ থংবা শকক হায়বদি আলু গলীদৈ বীব টিকেন্দ্রজিৎ বোদ তাবা ফাওবগী লম মতেক অসিদা লৈবম্বনি।

হৌজিক হৌজিক লৈবিবা স্কুলশঙ অসিদি বাজ্য সবকাবনা শেল পুথোক্তুনা ইং ১৯৪৯-৫০ দা শাখিবনি ভাবতনা নীং-খা তন্নবা মতুংদা। হৌজিক জোনস্তোন স্কুলগী মনুং লম্পাক্তা খিল্লিবা মেজোর জেনেবেল সাব জেমস জোনস্তোন কে সি এস আইগী মূর্ত্তি অসি হান্না লৈবম্বা স্কুল অদুগী মমাঙদা খিল্লম্বনি। মদুদগী ফক্তুনা পুবক্লগা হৌজিক লৈবিবা স্কুল অসিদা খিনখিবনি। বৃতিশ সবকাবনা স্কুল অসির্গাদমক থনম্বা লেঙদবা লন হায়ববু মুর্ত্তি অসিদা মণ্ডায়বে। মূর্ত্তি অসি কলকত্তাদগী পুবকখিবনি হায।

ইং ১৮৪১ গী ফেব্রুৱাবী তাং ৯ দা মেজোব জেনেবেল সাব জেমস জোনস্তোন পোকখি। নোঙ্গাখিবনা জুন থাগী তাং ১৩ ইং ১৮৯৫ দনি।

হেদ মাস্তব ওইবম্বা খবগী মিং মখাদা পীজবি।

| | | |
|---|---|---|
| ১। মিস্তব পেত্রিগ্রু | - | ১৮৯৪-৯৫ |
| ২। শ্রীমহেশ্বব দাস্য | - | ১৮৯৫ |
| ৩। মিঃ উইক্স | - | - |
| ৪। মিঃ পেত্রিগ্রু | - | ১৮৯৭-১৯০৪ |
| ৫। তোনু বাবু | | - |
| ৬। মিঃ উইক্স | - | ১৯১৯ |
| ৭। শ্রীযামিনী সুন্দব গুহ | - | ১৯১৯-২২ |
| ৮। মিঃ ফিলপোতস | - | - |
| ৯। শ্রীযামিনী সুন্দব গুহ | - | ১৯২৩-৩৮ |

জোনস্তোনসি অহানবদা হায স্কুলগী ওইবম্মী। ইং ১৯৬৪ গী মার্চ থাদা হাযব

সেকেন্দবী স্কুল ওনখিবনি।

যামিনী সুন্দব গুহনা ওজা ওইবগী থবক্তগী পোৎথাখিবসি তাং ১।৭।১৯৩৮ ইং দনি। খ্বাইদৈ মতম শাংনা হেদ মাস্তবগী থবক পুবস্বসি ওজা যামিনীতনি।

ঐনা ওজা যামিনী অমদি জোনস্তোন স্কুলগী মবমদা খজিক্তা ওইববসু অখংবা খবদং ইনীংলকখিবা অসি হন্দক্ত নি। ইং ২--২ গী জুলাই তাং ১৭ তা 'অইবশিংগী নুমিৎ' হায়না খৌবম অমা পাঙখোকখি। খৌবম অদু নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা শীনবনি। খৌবম অদুদা সমিতিনা ঐবু 'Writer of the year -2002 হায়না নিংথোল অমা পীবিদুনা ইকায় খুম্নবা উৎপিখি। অদুবু ঐদি হকচাং ঙমদবনা মবম ওইদুনা মনা অদু লৌবা ইশা চৎপা ঙমহৌদে। চৎনীং চৎনীং তকশি শোন্দুনা লৈহৌই। খৌবম অদুদা ইশা চৎপা ঙমহৌদ্রবসু ঐনা ইজবা লাইবিক খবা ময়ামদা খূদোল তমজখি। খৌবম অদু পাঙখোকপ্রবা মতুং নোংম-নীনী কোনবদা ইবুংঙো শবতচান্দ খিয়াম ঐগীদা লাক্রম্মী। মানা হায় - ''ওজা! ওজাগী লমকোয ব্রাবী 'ইবেন মায়োগী লৈ পবেং' হায়বা লাইবিক অদুদা 'ফকলোংনা খাবা কলেজ' হাযবা ব্রাবী অদুদা মতম অমদা জোনস্তোন স্কুলগী হেদ মাস্তব ওইবম্না যামিনী সুন্দব গুহ হায়বদুগী মবমদা ই হায়না ময়াম্না ঙাঙনবকই। ময়াম্না ঙাঙনবকপদৈ ঐসু ব্রাবী অদু পাজবে।''

ইবুংঙো শবতকী ব্রা তাবদৈ যামিনী সুন্দব গুহগী অমদি জোনস্তোন স্কুলগী মবমদা ইনীংলকখিবনি। ঐহাক ক্লাস সবেনদগী তেন ফাওবা তম্ফাসনা স্কুলদা তম্লকই। হাযবিবা মতম অসি ইং ১৯৩৮ দগী ১৯৪১ ফাওবা। মতম অদুদা তাখি-জোনস্তোনদি অফবা স্কুলনি, চেকশীল্লি, ফজনা লাইবিক তম্বী, ছাত্রশিংবু থকশি খাশি নীংথিনা ঙাক্তুনা চৎহল্লি। লাইবিক ফত্তবা ছাত্র তমহন্দে। ছাত্র ৫০ দৈ হেন্না চঙহন্দে। বৃত্তি ফংবা ছাত্রমখৈবুদি জোনস্তোন স্কুলদা তমহল্লি। অসিনচিংবা কযা মা তাখি। ফিদম্নফম ওইবা স্কুল অমনি হাযনা মতম অদুদা খনখি। হোজিকসু স্কুল অসিগী মগুণ হম্থদ্রি। মণিপুবদা লৈবিবা স্কুল ময়াম অসিগী মবক্তা খ্বাইদগী হেন্না ফবা স্কুলনি হাযনা লৌনবি।

ইং ১৯৪২ দা ঐহাক মেট্রিক পবীক্ষা পী। মেট্রিক পবীক্ষা সেন্তব জোনস্তোন স্কুলদা তাই। স্কুলদুগী অচৌবা অব্রাংবা কা অমদা ফমদুনা পবীক্ষা থাই। স্কুলদুগী কা মনুং অদুদা কৈথেল ফম্বী পোৎযোনবীশিংনা লাউ খোংবা নিনবদি অদুম তাখি কৈথেল মযাদা লৈবা স্কুল ওইবনা।

মেট্রিক পবীক্ষা হেক লোইখিবগা অনীশুবা পৃথিবী লাঞ্জাও মণিপুবদা থুংলখি। জাপান্না মণিপুবগী ইম্ফাল মযোনমক্তদা বোম থাদখি। লৈবাক কাযখি কাং-খোং চাইদুনা মায়কৈ সলাই খণ্ডদনা চেন্নখি। ঐসু লাঞ্জেননবা, লান্নংবা মতম খবা যাওবম্লগা নবদ্বীপতা অদুম চৎলে। নবদ্বিপতা লৈববনিনা মণিপুবনা মাযোক্লখিবা লানগী অব্রাবদু খেংনদ্রে।

নবদ্বীপতা লৈদুনা কলেজ তগ্রে। আই এ পরীক্ষা থাবে। ফেল ওইদুনা টাঙ্গাইলদা অমুক হন্না মখা তমথনবা চৎখি। মফম অদুদনি ঐনা হেদ মাস্তর যামিনী সুন্দর গুহা থেংনরকখিবা।

টাঙ্গাইল্দা লৈবা কুমুদিনী কলেজদা আই এ তম্বদু ইং ১৯৪৬, ১৯৪৭ কী মতমনি। নুংথিল পূং ৩ লোম তাবা মতমদা কুমুদিনী কলেজ হোস্তেলগী সুপরিন্তেন্দেন্ত মাসিমা ঐগী কাদা চঙলকই। হায়বৈ- ''নঙবু উনবা ভদ্রলোক অমা লাকই। মপান্দা ফমদুনা লৈ। অমুক্তা থোবক্তুনা উনবো।''

ঐবু উন্ননিংবা খঙনবা টাঙ্গাইলসিদবু কনা লৈবমগদগে হায়না খন্না খন্না থোবকই। মকোয় মবাঙ চোম্বা উবদা রবীঠাকুর মানবা অহল অমা চৌক্রিদা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐবু হেক উবদা অহল অদুনা

- নঙলা মৈতৈ নুপী অমা সিদা কলেজ তন্রি হায়বদো?

- মান্নি।

- নঙ ঐবুদি খঙব্রা?

- খঙজদে।

- জোনস্তোন স্কুলদা যামিনী সুন্দর গুহ হায়বা অমা হেদ মাস্তর ওইরম্মী হায়বা অদুদিনঙ তাখ্রবরা?

- তাখ্রে।

-যামীনী সুন্দর হায়বদো ঐ ইশামক্নি।

অদু তাবদৈ ঐনা অহল অদুদা নমস্তে তৌই। মহাক মখা তাথবকই।

''নঙবু উন্নবা লাকপগী মরম থোইদোকপা লৈতে। মৈতৈ নুপী অমা টাঙ্গাইলদা লৈবা কলেজদা লাইরিক তমদুনা লৈ হায়বা তাবদৈ নঙবু থিরকপনি। নঙবু থিবকপৈ মরমদি অমুক্তা মৈতৈলোন লোন্নগে, মৈতৈলোন্দা ব্রাবী শাগে হায়না তৌবনি। মীরম মচা অমা থ্বাইদৈ কুইনা মণিপুরদা ওজা ওইদুনা লৈরম্বসি ঐতনিদো। ঐ মণিপুরবু নুংশিবনিকো মৈতৈলোনবুসু নুংশিবনিকো। মতম শাংনা লৈরক্রবনিনকো মৈতৈলোনবু ইমালোনগুম ঙাঙবা ঙম্বনে।''

ব্রাহৈ খরসি হায়রগা মানা তম্বিবা ছাত্র ময়ামগী মরমদা মমিং-মথা য়ুম্নাক্তা কোম্না কোম্নানা মথং-মথং হংলকই। মহোয় মহোয়গী মরমদা কনা কনানা কবি করি তৌবি অসিনচিংবা। ঐসু ঐনা অখঙবমখৈ হায়রে। খঙদবনা খঙদে খুম্মে। মতম অদুগী সরকাবগী থবক তৌবা মখৈ ওজাগী সেবক ঙাক্তা ওইরম্রে। ব্রারী অতৈঅতৈ মণিপুরগী মরমদা কয়ামা শারে। পূং ২ বোম অদুম্না ব্রাবী শাববা মতুংদা ওজানা হংলকই-

''লাম্লক অসিদা নঙনা মতৌ করম্না টাঙ্গাইল য়ৌরকপনো?''

ওজানা হংলকপা ব্রাহংগী পাউখুম পীখি। পৃথিবীগী লাঙ্গাও জাপান লান হাযনবা অদুগী লান্নক্তা লাঙ্গেনবা ওইনা স্নাখ্যা ইবেম্মা ঙাঙবী মহাবাণীগী থৌগল ইন্দুনা নবদ্বীপতা লাকখি। সনানাক্তা লৈদুনা নবদ্বীপতা কলেজ তম্মী। নবদ্বীপতা লৈদুনা আই এ পরীক্ষা থাবদু ফেল ওইবকখি। অদুদগী নবদ্বীপতা লৈবী কলেজগী ওজা নুপী বনলতা সবকারগী মতুং ইন্দুনা আই এ অমুক হনননা তমথনবা টাঙ্গাইলদা লাকখিবনি। ব্রাফম পুম্নমক মবীক চূপ্পা শুগাইনা ওজাদা লীখি। ওজানসু থব্রায় য়াওনা পুক্নীং চঙনা ঐগী ব্রাবীশিং তবীখি।

অদুদৈ ওজানা হায়ঃ

"ঐখোয় অনী ব্রারী শাবিসি কূইবে। ঐ চৎলগে। মবক-মবক্তা ছুতি থোকপা নুমিৎতা লাক্কে। মৈতৈলোন্দা ব্রারী শাবসে নুংঙাইনে। ঐনা ওজা ওইবগী ফমদৈ পোৎথাবসে তাং ১।৭।১৯৩৮ দগীনি। ওজা ওইবা তোক্রবনিনা ঐনা মণিপুরদা লৈবগী মথৌ তাদ্রে। মবমদি মণিপুব অসি ঐগী পোক্রফম লমদম নত্তবনিনা ইমা ইচা, মবি-মতা কনা অমতা লৈতেদা। অদুনা ঐগী হৌরকফম পোক্রফম লমদম টাঙ্গাইলসিদা অমুক হল্লকপা তাবনি। ঐনা সিদা য়ৌবকপা নুমিৎতগী ঙসি ফাওবা মৈতৈলোন লোনবা ঙাঙবা ফংলক্তি। ঙসি নঙগা উনদূনা মৈতৈলোন্দা ঙাঙনবা ফংলিবনি। মতমসু থেঙজিন্নক্রে। নঙসু লাইবিক লাইশু তৌরুবো"।

অসি হায়রগা ওজাদু চৌক্রিদা ফম্নবদৈ হৌগৎতুনা লেপখৎলকই। ওজানা লেপখৎলকপা অদুদৈ ঐনা চঙশিন্দুনা ওজাগী খোঙ শোক্না খুকম্মী।

ওজানা হায় ঃ " ঐনা মণিপুরবু নুংশিবসে, মৈতৈ মচাশিংগী দিসিপ্লিন লৈবা, অহল-লমন-ওজা-গুরুদা ভক্তি লৈবা অসিনি। নুংশিপ্রেদা মণিপুবদো কাউবা য়াদেদা। হৌগৎলো হৌগৎলো । নুপীমচা ! নঙ লেম্না খক মাঙলোইকো। নঙগী পুন্সি শোয়দনা মহয় য়ানগনি। ঐনা আশীবর্বাদ পীবিবসিনি নঙগী পুন্সি মহয় য়ানবা ওইযুকো।"

হায়বগা ঐগী কোক্তা অহমলক নানবিদুনা বর পীবিখি।

ওজানা পীবিরম্বা আশীবর্বাদ মতুং ইননা ঙসিদি ঐগী পুন্সি মহয় য়াল্লে। ○

## জননেতা ইবাবতনা থৃপখিবা নুমিৎ

জননেতা ইরাবতনা থৃপখিবা নুমিৎ অদো সেপ্তেম্বরগী তাং ২৬ তনি।

জননেতাবু ঐনা খুবা ইবুংঙো হায়না মিঙ্গৌজে। মহাক্তি ঐতগী খুবাইবুংঙো নত্তে। খ্বাই ময়ামগীসুনি। ঐগী পুন্সিদা থোকখিবা কাউণ্ডমদ্রবা থৌদোক খবদং পঞ্জগে।

ইহান হান্না উখিবা ঃ

খুরাইবুংঙোবু ঐনা ইহান হানবদা উজবা ফংখিবসি এম দি য়ু হোলদনি। নুমিৎ অদুদা এম দি য়ুদা অচৌবা লৌমীশিংগী ওইবা সভা অমা ফমগদৌবি। মদুদা হিজম ইবাবতনা ব্রা ঙাঙগদৌবি হায়না তায়। মতম অদো ইবাবতকী মমিং খবা খবা তানবকপা মতমনি। ঐখোয় ইমান্নবী ৩/৪ হোনৈ ইবাবতনা ব্রা ঙাঙবা তাকসি হাযনা। ঐখোয চৎলে। এম দি য়ুগী অচৌবা হোল অদো মী চোন্না তিল্লম্মী। ঐখোয়সু চঙলে। ময়াম অদুগী মবক্তা ফস্লে।

খুবাইবুংঙো মী কযা চাউদে। যাইমবপ তৌই। কুচু পাল্লি। মশম জ্বাই জ্বাই তাই। মশক ফজে। ফৈজোম শেৎলি গেকবা মচুগী পৃমযাৎ অমা লীৎলি। মগুণ লৈবা মীনি। খুরাইবুংঙো ব্রা ঙাঙবা হৌবে। ব্রা ঙাঙবদা খুদোম্বী যাওই তান থাবগুম।ব্রা ঙাঙবদা মবীক চুম্মী মচা খায়না ঙাঙি। অতাবা পৃম্নমক ঙাঙলিবদো কবিনো হাযবা লাযনা খঙবা ঙম্মী। ঙহাক তাববা মতুংদা ইমান্নবীশিং অদুনা মানা ঙাঙলিবা অসি তাব তাদে। ঐখোযদা কান্নবা অমতসু য়াওদে চৎলসি হায়বকই। ঐনা নখোয় চৎলগে হায়ববসু চৎলো ঐদি লোইবা ফাওবা তাখিনি লৈহৌখিগে হাযদুনা লৈহৌই। ইমান্নবীশিংদু চৎখ্রে।

খুবাইবুংঙোনা ঙাঙখিবদা 'মান্নবা সমাজ অমা'' হায়বদো ঐনা য়াম্না পামজকই। লৈকায় অদুদা লৈবিবা মীশিংনা ঐখোযগী ইমুংবু তুহৎপি। লাযবৈ নুপী ঙাক্তনা পানবা ইমুংনি হাযদুনা উশিৎপিদে। য়াম্না তোন্না পাল্লকই। তোন্না চাকথুং-ফিথুংদনা হৌবকই। অদুনা মান্নবা সমাজ হাযবদো থোইদোক্লা পামজকবনি।

নুমিৎ অদুদা খুবাইবুংঙোনা ঙাঙখিবা অমদি মানা পাল্লিবা নীতি অদুদা ঐ লাইমিং লৌখিবনি।

খুবাইবুংঙোগী য়ুম অমসুং অবাপ্পা খুঙ্গংশিংদা ঃ

খুরাইবুংঙোগী য়ুমদা ঐহাক মবক-মবক্তা চৎলি। তোয়না চৎপদি নত্তে। ঐনা চৎপা খুদীং খুবাইবুংঙোদি ইদুনতা লৈবম্মী। ইবদি লাইবিক ফাল অমগী মথক্তা ইবনি ফক্তা

ফম্লগা। লাইরিক ফাল হায়বীবসি মৈতৈ লাইরিক থীবা হায়বনা লাইরিক থম্নবগীদমক শীজিন্নবা ফাল অদুগুম্বনি।

করিগুম্বা নুমিৎতা খুবাইবুংঙোনা হায়খি- কৈদৌবে নঙ ঙসিদি খেঙলকইনা। ঐদি লামায় ৪ টেনশিল ককপা লোইরে। ফবে নঙ লাকললবনিনা টেনশিলশিংসে নম্না হৌবসি হায়বগা নম্নবা যৌবাঙ তৌই। খুবাইবুংঙোগী টেনশিল ইনবা কলমগী মচীনদি চাকা অরৈবীনি। খুবাইবুংঙো নত্তুনা অতৈনদি ইবা হৈতে।

ফাল মচা অপাকপা অমগী মথক্তা নমগদৌবিবা চেদু থম্মী। হায় নঙদি মুক হাপ্লা বোলার ইনবনচিংবা হৈবোই ঐ তৌগে হায়দুনা খুবাইবুংঙোনা নম্নগী থবক তৌই। ঐবুনা অনম্বা চেশিং অদু মূক কংলগা থূপচিল্লু অদুগা লেফাফা লৈবিবশিং অদুগীমনুংদা হাপচীল্লু হায়না তাকপী। লেফাফাশিং অদুগী মথক্তা ঠিকানা হাপকদবা কপি মশীংনচিংবা ইদুনা লৈবম্মী। ইবন্নিবা অদুগী মতুং ইন্না তৌই ঐসু।

অমনা খুঙ্গং অতোপ্পদা লৌমীশিংগী মিতিংসু তৌই। খরা চাউনা খুল ৫ / ৬ পুন্না তৌগদবা মিতিং ওইববদি ঐখোয় ৭ / ৮ বু এদভান্স পার্তি ওইনা তৌগদবা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা হেক হেক থায় । ঐখোযনা তৌকগদবা থবক্তি খুঙ্গংশিংগা লোযননা পাঙথোক্কদৌবিবা মিতিং অদুগী শীন-লাঙবনি। মিতিংদি নুংথিলদা খুবাইবুংঙো যৌবক্লগা তৌই।

মিতিং লোইবগা কবিগুম্বা খুল অদুদা নুমিদাং পাঙথোক্কদবা থবক খবা লৈবি। লম অদুগী অহল-লমনগা ফম্মিন্নদুনা রাবী-রাতায় খবা শান্নখিবা তাবি হাযদুনা অহীং অদুমা লেক্তুনা লৈহৌবসু যাওই। ঐখোযবুদি হাইগৎখ্রো হায়না তাকপী। লেকওইদবা লৈববদী ঐখোযগা লোয়ননা হাইগৎমিন্নবকই।

মতম অদুদদি একা গাডী তোঙদুনা চৎপা ঙাক্তনি। খুবাইবুংঙো মশাসু একাগাডী তোংদুনা চৎপনি মতৌ অসুম্না তৌদুনা খুবাইবুংঙোগী তুং ইল্লকখিবনি।

খুবাইবুংঙোবু অবোইবা ওইনা উহৌবা ঃ

নোংমা খুবাইবুংঙোগী তুং ইন্দুনা মিতিং মফম অমদা চৎলুই। হল্লকপদা রাবে ঙহাক চা গ্লাস অমমম থক্তুনা পোৎথাখিসি হায়নদুনা হোতেল মচা অমদা চঙলে খুবাইবুংঙোগা লোয়ননা হোতেল অদুদি কৈশাম্পাৎতনি। মধুভবন স্কুল লৈবিবা অদুগী অব্রাং থংবা পুথ্রীগী সোবোক্সা তাইনবদা লৈবা হোতেলনি। হোতেল মনুংদা ঐখোয ময়াম মাঙদা চা গ্লাস অমমম থমদুনা থক্লবা হৌবক্রে। খুবাইবুংঙোদু চাদু অমুক্তং চিংবদা মঙাময়ি। অদুদৈ চা অদু থস্লগা হায়- ঐ চা অসি লোইনা থক্লবা মতম লৈত্রে। ঐ চৎভবা য়াদ্রে। মফম অসিদা পম্মবা য়াদ্রে হায়দুনা ফম্নমবদৈ ফূক হৌগৎতুনা মপান থোকখ্রে। ঐখোয় ময়ামসু ইঙক ঙক্লদুনা ঙহাক তূমিন তূমিন ফমুরগা হৌগৎতুনা মপান থোক্লবে।

কদোম চৎখিবনো হায়দুনা মযাম কোযেং যেংদুনা লেপ্লি। খুবাইবুংঙোগী মশক্তি উবা ফংখিদ্রে।

ঙহাক লৈরগা থানা সিফায় ময়াম অমা মফম অদুদা থুংলরে। মখোয়না ঙাঙবা শকপা তাবদৈ খঙবা ঙপ্রে। সিফায়শিং অদু খুবাইবুংঙোবু ফাগদবগী থিবা লাকপনি হায়বা।

নুমিৎ অদুদা থোকখিবা থৌদোক অদুদৈনি ঐনা খুবাইবুংঙোবু লাইপোক্লি হায়না খনখিবা। কবম্না খুবাইবুংঙোনা মাবু ফাবা থানা সিফায় ময়াম লাক্লদৌবে হায়বা খঙলিবা? অঙকপনি। মসি মশাদা ফাওবন্বসু য়াই। অদুবু ঐনদি মাবু লাইপোক্লি হায়দবা ঙমদে।

নুমিৎ অদুদা উখিবা অদুনা খুবাইবুংঙোবু উবা অরোইবা ওইখি। নুমিৎ অদুদৈ হৌনা খুবাইবুংঙোগী মশক অমুক উবা ফংখিদ্রে।

মীয়ামগী খোঞ্জেল ঃ

মতুংদা মীয়াম্না ঙাঙনবকখি ইবাবত লোৎখ্রে। সবকাবনদি ইবাবত ফানবা লীখুন তাকপা ঙম্বা মীদা লুপা লীশিং ১০ পীগনি হায়না লাউথোকখি। মণিপুরগী প্রজা লুপা লীশিং ১০ পামখিদে। মহাকপু নুংশিবনা শেলদৈ হেল্লি হায়দুনা খঙলবসু কনামতনা হায়দোবকখিদে। ইবাবত থিবা ফংখিদে। প্রজা মীয়ামনা লোৎখিবনি নুংশিদুনা।

হকথেঙননা তাহৌবা খবদং ময়ামদা পাউদমজবি ঃ

- নুপীশিংনা মরু ওইনা কৈথেল অকা-অকুম দা ব্রাবীনবদৈ তাবনি।

- ইবাবত অদো লাইপোক্লী হায়দা। মীত্রং হৈসু হায়নৈনে। লোৎপসু য়াম হৈ মাপ্লে।

- অদুনবু ঙসি ফাওবা ফাবা ঙমদ্রিসিনি।

- খবনদি মণিপুব ব্রাংমা লানখ্রে হায়নৈনে।

- হেবা লানখিদে হায়দা। ইবায় লায়না ইম্ফাল মনুংসিদবু লৈরি হায

- মাবু ফাগদবগী কোয়তান তান্নবিসিদা কবম্না লৈবা য়াদৌবিবা?

- হো পাঙন নুপী শাদুনা পাঙনগী ফি উপশিনবী মায়সু মীৎসু উপশিনবী অমা উপশিন্নগা নুংথিল পোবোবতা সোবোক -লমজাওদা কোয়চৎ চৎলি হায়নৈনে।

- ঐদি ইবাবত অদো নুংশিজেনে। নুপী লান হায়দুনা অমা থোকখিবদো চেঙ চানীংঙাই লৈতদুনা সবকাবগী মথক্তা লান হৌখিবদো খঙডিদনা।নুপীলান অদু মানা ঈনশিন্দুনা হৌহনবনি হায়দুনা মাবু ফাবগা জেলদা থমখিবদো। ওয়ৈক্লা চাকখ্রেদকো।

-জেলদুসু মণিপুবগী জেলদা নত্তে হায়দায়নে ?

-নত্তে নত্তে। মীরৈবাক্কীজেলদনি।

-মণিপুবগী জেলদা থম্বদি য়াদ্রা হায়বা?

- য়াদে য়াদে।মণিপুবগী জেলদা থম্রদি মাদি মীত্রং হৈবা মীনিনা লাইপোক্লিনা

নাম্বোবক্কনি সিনিদনা। মীরৈবাক্তদি মদু ঙম্রোই হায়দুনা থমখ্রিবনিদনা।

- অমসু লৈবিনে। জেলদে থোবক্কবা মতুংদসু মণিপুরদা চঙবা য়াবোই হায়দুনা চঙহনখিদে হায়।অদুবু অচুম্বা ওইরিব্রাও?

- চুম্মী, চুম্মী, অচুম্বনি। চঙহনখিদে। মহোয়গী কাছাব হায়ব্রা সিলচব হায়ব্রা লম অদুদা ভোৎ লেপ্লীসু হায়নে।

- ঙাইখো ইনমহল ইবাবততি থৌনা ফৈ মবীল লৈসু হায়নৈনে। অদুগা নিংথৌগসু মুক্কে। নিংথৌগী মায়োক্তসু থবক তৌই হায়।

-হায়ননি হায়ননি। নিংথৌগী ময়াম্বুংগী মচা নুপী লৌবিবা মমাক ইবুংঙোনি। চৈবাপ পঞ্চায়গী মেম্বরসু ওইবম্মিবনি। মদু থোক তোকথোক্লগা মৈতৈগী ফি শেৎ-চাগদবনি হায়দুনা সাহেবকী ফি-বোল শেৎ-চাবিবদু লোইনা মৈ থাদোকপা ঙম্রিবা নুপানি।

অদুতসু নত্তে লৈবাক অসিদা অমাং-অশেং হায়বা অমা চৎনবম্মিদনা মদুদা মাংঙি হায়দুনা নিংথৌনা ঈম্ভোক্লবা ইমুং অমদা মী শিবকপা মতমদা মাংঙি হায়দুনা লৈকাইগী মী অমতা চঙবিদ্রে। মদুগী ইমুংদা মানা চঙদুনা পোংলোইবা য়াওবে। অদুতা নত্তনা মানা ঈশৈ হন্দুনা শোবাৎফাও শোনবীবিবনি কৈনো? অদুদবু মবীল লৈতে, থৌনা ফত্তে কবম্না হায়দৌবিনো?

- অদুগা অমসু তায়নে। ইবাবত ঈশৈ-নোংমাইকাসু যাম হৈ হায়নৈনে।

-ঈশৈ হৈবা হায়বু কবিনো? মানা হৈদবা যাওদে। নহোয়গী ঈশৈ বেকোর্দ 'থাঙোল অদু ময়া থাংঙু' হায়বা অমগা লৈদায়নে। মদুগী ঈশৈ অদো মানা ইবগা ঈশৈ শকপী অদুদা সুব পান্দুনা তম্বিবগা লৌবা বেকোর্দ নি হায়নে।

- অদুদি ইবাবত অসি শিন-শুবা জাৎনিদনা। শিন-শুনা হৈ হায়বা নৎত্রনে?

-হৈ হৈ । মানা হৈতবা খঙদবা য়াওদে। অদুনবু ইবাবত লাইপোক্লি হায়নবিসিনি।

- অমসু হায়নৈনে।

- কবিনো হায়নবিদুবো? তাবিবা ব্রাদুবো কবিনো হায়বা?

- ইবাবতনা মীবোৎ ওইদুনা লৈব্রবা মতুংদা মখোয়গী ইমুংদা মী অমা শিখি। শিখ্রিবা মীদুগী শোবাৎ লাক্লম্মী। শোবাৎতু য়াওবম্মী হায়নে। অদুবু অচুম্বা ওইবমব্রাও?

- অচুম্বা ওইবমনি। ঐসু তায় ইরাবত লীলা পাম্মী। নুপী শাদুনা লীলা য়াওবম্মী। নুপীগী ফিজেৎ শেৎপনচিংবা হৈবা জাৎনি। অদুনা মানা নুপী শাদুনা মকোক খুম্লগা নুপী মরক্তা ফমদুনা শোবাৎতু য়াওবম্বনি। মখোয়গী ইমুংগী মী কনা অমত্তা খঙহৌদে হায় নুপী শাদুনা ইবাবত শোবাৎ লাক্লম্মী। পোপাং পীবম্মী হায়বা কাইনথংদা খঙনবকপনি ।

- অদুদি ইবাবতসি লাইনিদনা। লাই নত্তনবু তাইবঙ মীনা তৌবা ঙম্বা থবক্লা হায়বা?

*- অদুগা ইবাবত শিগ্নে হায়নবিসিবু অচুম্বা ওইরিদ্রনে?*

- ময়ুমদা হল্লক্লগা শিবা ওইরবদি খঙগদবা। শোবাৎনচিংবা শোল্লদি খঙঙেদনা। হৌনবা ময়ামদো অমতা তৌখিদবনিনা অশেংবা খঙনদবগী ব্রানিদা। অহলদো নুংদি নুংশিখ্রেদা। শোৎথহৌরবা অতোনবা মীগীদমক্তা মথ্বায় পাম্মুদবা অহলনিনে। সবকাব মাসু ফজমন্দে মীবু ময়ুমদা শিহন্দনা লমদা শিহনবা শাওনীংঙি।

**খুরাইবুংঙো থূপখ্রে হায়বগী প্রমাণ ঃ**

ইবাবত শিবে হায়দুনা কন্না ঙাঙনবকপা মতম অমা লাকখি মণিপুরদা । ববমাগী *শূক্লবা চীঙ্গোল অমদা শিখিবনি হায খুবাইবুঙো হিংলিববা নৎত্রগা শিগ্রববা হাযবদু কনাগী* মফমদা হংলুদে। কনা অমতনসু ঐঙোন্দা তাক্লবা হাযববা লৈতে। খুবাইবুংঙো থূপখ্রে তাইবঙপান থাদোকখ্রে হায়বা খূদম অমখক্তংদি ঐনা খঙজে ।

*খুবাইবুংঙো মখূৎ যাম ফজে পাবা নুংঙাই লিথোদা নঙ্গা চেজোযদা শাদোঙ ওইদুনা* মণিপুবদা প্রজা মীয়াম্বু মমীৎ-মমায় পাঙহল্লম্বনি। পুন্সি মশক খঙহল্লম্বনি। চেজায *অদো লেপথিবদগী খুবাইবুংঙো তাইবঙপান থাদোকখ্রে পুন্সিগী অবোইবা য়াহীপ তানখ্রে* হাযবা খঙখি।

অঙ্গোচীং ঃ

ববমাগী (ম্যানমাব) মনুং চন্না লৈবা অঙ্গোচীংদা খুবাইবুংঙোগী অবোইবা পুন্সি য়াতাখি। নোঙ্গাখি। অঙ্গোচীং তান্না মবোয়- মনাও ময়াম চংকদৌবি খুবাইবুংঙোগী মফমদা *তর্পন কৎপা খুবাইবুংঙোগী খোঙ্গুল লীবা। খোঙচৎ অদুদা ঐ ইশামক যাওজনীংবনি।* অদুবু হকচাংগী পাঙ্গন শোনজিল্লকপনা মবম ওইদুনা য়াওবা ফংলবোই।

*খুবাইবুংঙোগী পুন্সি অবোইবা যাহীপ তানখিবা অঙ্গোচীং। খুবাইবুংঙোগী মোংফম* অঙ্গোচীং ভুংগী মীবোলগী অশেংবা তীর্থ মফম অমা ওইহৌবনি। ○

## তম্ফাসনা গার্লস স্কুল লিংখৎলকপা অমসুং লান মমাঙদা নুপীনা লাইবিক তম্নকপা

লান মমাঙদা নুপী মচাশিংনা কবম্না লাইবিক তম্নকপনো হাযবা অদুগী মবমদা মীৎনা উহৌবা, নাকোংনা তাহৌবা, হকথেঙননা থেংনবকপা খবদং মযামদা পাউদমজগে। নীংশিংবা খবদংতনি। লোইনদি নত্তে।

লান মমাঙদা মণিপুবদা নুপীমচাশিংগী হায স্কুল অমা লৈবম্মী। লৈবম্বদু ব্রাহেংবম লৈকায়দনি। কোইজম অমুবীগী দুইমুলাদা। দলান অদুগী মথক্তসু মখাদসু ক্লাস তৌই। মতম অদুদা লেন যাওবা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা থোকখি। লেন অদো অসুক্কী মতীক যাম্না তাখি। নুমিৎ হুমনি লেনদু তাখি তুমখিদে। ময়াম্না হাযনৈ মণিপুবদা অদুক কনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমুক্তা থোকখিদ্রি হাযনা।

মতম অদুদা তাখি কোনুং মমাঙদা নুপীমচাশিংগী স্কুল অমা লৈ। অদুদা নুপী ছাত্রী যাম্না লাইবিক তম্রি হাযনা। শ্রীযুৎ চুবাচান্দ মহাবাজনা লম পীদুনা নুপীমচাশিংতগী ওইবা অচৌবা স্কুল অমা শাবিবি। শাবদু লোইবে। স্কুল অদুদা কোনুংদা তম্লিবা নুপী ছাত্রী ময়ামদু লোইনা হোংলক্লুনা তম্রে। অদুগা কোইজম অমুবীগী দলান অদু নোংলৈ-নুংশিৎ অকনবা অদুদা তেকখিদুনা নুপী ছাত্রীশিং অদু লাইবিক তম্ফম শঙ লৈখিদে। তম্ফম লৈত্রবা ছাত্রীশিং অদু মহাবাজনা লিংখৎপা অনৌবা স্কুল অদুদা পূন্না তম্মিন্নখি।

স্কুল অদুগী মমিং তম্ফাসনা গার্লস হায স্কুল থোনখি। শ্রীযুৎ চুবাচান্দ মহাবাজগী মজাইবেম্মা অহলগী মিং তম্ফাসনা কৌই। মজাইবেম্মা অসিগী মিংথোন লৌবগা শ্রীযুৎনা তম্ফাসনা গার্লস হায স্কুল হায়না থোনখি। হৌজিক তম্ফাসনা স্কুল লৈবিবা মফমসিদা লৈবমদে। হান্না লৈবম্না মফমদি পুলৈবোম্বা খোংনাখোঙদগী খিত্তং চৎলগা হান্নগী ওপন এযাব থিযেতবগী সঙ লৈবম্বা থাঙ্গাল জেনেবেলগী ফৃবা অমনবা লৈবা অদুগীনা ওই নোংচুপলোম থংবা শকক অদুদা লৈবম্মী। স্কুলদুগী কম্পাউন্দ মনুংদা থা মচেৎ শাবা পুখ্রী অমসু লৈবম্মী। পুখ্রী অদু তৌবগী লৈবাক অদুনা স্কুলগী যুমফম থোনখি হাযনৈ। স্কুলগী অকোযবদু শন-লোক চঙদনবা তিংখং তাবানা খাজিল্লি।

মতম অদুগী ছাত্রী নুপীমচা অয়াম্বা মপান নাইবা সেৎতুনা স্কুল কানবম্মী। ইনফি য়েৎ-ওয লেংবান্দা হাইগৎতুনা ইন্নৈ। চন্দন চাব্রা থিন্নৈ। কেশবী চন্দন অকেবী নুপী মহৈবোইশিংনা পাম্নরম্মী। কেশবীদি পাক পাক ফংনদবনিনা ফি শঙনবা লৈঙাঙগী

হিদাক মচুদু হাপ্লগা চন্দন থিনবসু য়াওই। মশানা মাগী লাইরিক্তু অহল অমবু পুহল্লগা তুং ইলহন্দুনা কাবসু য়াওই, মশানা ছাত্তিন তুপতুনা লেম্লা স্কুল কায়। ছাত্তিন হায়বিবসি হৌজিক কালগী নুপীমচাশিংনা তুপবিবা থেক্তোক-থেকচিন য়াবা হেন্দ বেগতসু হেক্তা থৃপচিল্লগা পুবা য়াবা জাৎ অদুগুম্বা নত্তে। ছাত্তিন অচৌবা অমুবনি। হৌজিক্কী মবাং-তুবাংবী অসিগুম্বা নত্তে। অপাকপা অচৌবা খৃৎপায়ফম ব্রা অকোনবীনা মখোক পানবীদুনি। লংনবক্কনি নৎত্রগা মশক উখিগনি খঙখিনি হায়দুনা ছাত্তিন মকমদা লোৎতুনা স্কুল কাবকপসু য়াওই। মশক লোৎতুনা চৎলিবা মখোয় অদুগী মবক্তগী অমদি নোংমা অঙকপা কৃম্মে অমা থোকখি। ছাত্তিন্না খুমজিনবদা উদবদগী শনগাডী অমগা মহৈবোয়দুগা থেঙ্গাইনখি. লৈশাবী মহৈবোয়দুগী ছাত্তিন অমা তেক্তুনা পুবকখি। অতেকপা ছাত্তিন ময়ামনা পায -পায়দুনা য়েংনরগা মহোয় মপেল পঙনোক্তা নোক্লখি।

মতম অদুদা স্কুল কাথোক-কাশিন্দা লম্বী চৎপা কয়া খুদোং চাবমদে, নুংঙাইবমদে। নুপীনা লাইবিক তম্বসি পাম্নবমদে। লৃকমায় পানবী, কৈথেল কাবী নুপীশিংনা পোৎলৃম পুদুনা চৎলিবা ইমা-ইন্দোনশিংনা অমুক্তা হেন্না পাম্নমদে। ঐখোয়না চৎপা উবগা মখোয়না মমীৎ খানা খানা যেংঙি। মতীল শীৎলম্বা ফাওবা য়াওবিবনি। মহোয়না ঙাঙ-ঙাঙলদুনা চৎখি-তৌজ শাবিসে, তৃক্কৎচৈদা হায়না। মখোয়না লাইবিক তম্নিবনি হায় তৌরিসিবু কৈদৌনদোইনো। নুপা ওইববদি ফদৌবা। নুপাফাও কান্নদ্রা মতমসিদা। লৈশাবীশিং সিগী মমা-মপাদুবা ঙাওবত্রা হায়মি। মচাশিংসি নুপীগী শিন ভমহনগেদি হায়দদনা কৈনোনে। অমনা পাংশল্লকই-চন্নদদনা মবাইনা মপামদা হঞ্জবক্কনি।

পাখঙমচা ছাত্রসু মবোল অমা লঙনদৌগী ঙাইদুনা লৈ। মতম অদুগী ছাত্রী নুপীমচাশিং মশম শিংগ্রেং খাযদোকপসু য়াওই। মশম কোয়না ককপা ছাত্রীসু য়াওই। হৌজিক ওফিসার কোলোনি মতম অদুদা শুক্লবা মোংশোং ওইনা লৈবম্মী। জঙ্গল মচাগুন্নম্মী। হুবানবৈ লোৎফম ওইবম্মী। কুষ্টি লায়না পকপা মীওইমখৈসু মদুদা থম্নমমী। হায়রিবা লম্বী পুবৈরোম্বদৈ শঞ্জেনখোং ফাওবদু অযুক-নুংখিলদসু মী খরা চীকই। নোংমদি লম্বী অসিদা অঙকপা থৌদোক অমা থোকখি। ছুতি থাবগা ছাত্রী ময়াম হল্লকপদা শন্নাং কোয়করুবী ছাত্রী অমগী মচুবাদা তাবিবা শাই অদু তুংলোমদৈ একাগাডী তোংদুনা লাকপা পাখ ঙ ছাত্র অমনা লাক্তুনা চিংলগা গাডী থৌদুনা চেনখ্রে।

থৌদোক অদু উশিৎমন্দে হায়দুনা ছাত্রী ময়ামদুনা অমুক স্কুলদা হল্লক্তুনা ওজা হেদ মাস্তরদা রিপোর্ট তৌববে। মখা তাবা থবক ছাত্র পাখঙদুগী মথক্তা লৌখৎখি। ছাত্রদু স্কুলদৈ তাম্মোকখি। স্কুলদৈ তাম্মোকপদা নত্তনা স্কুল অতৈদসু তম্বা য়াহনখিদে। নুমিৎ অদুদৈ হৌবদুনা স্কুল কুম্বা লম্বী চৎপা খবা নুংঙাইখি।

ওজা অনীখক্তি

ওজা তোম্বী ঃ

মতমদুগী অঙ্কগী ওজাদি সলাম তোম্বীনি। সলাম তোম্বী হায়ববদি ওজাবু শক খঙবদা খরা থীনগনি। ওজাগী মিংগী মমাঙদা চক্রি হাযবা ব্রাহে মচা অমতং হাপ্লদি লায়না হেক্তা খঙবা ঙম্মী। ওজা চক্রি তোম্বীদি ওজা অতৈগা মান্নদে। অশেংববু হায়দোক্লদি ওজা যাম্না ফৈ। কৈসু কিনীংঙাই লৈতে। মীনম্বা ওইদবা ঙাঙলুববদি অচুম্বা অদু হেক ফংদ্রিফাও তান্নবা মীতানি। ওজাগী ক্লাসতা ওজানা পীবা হোম তাস্ক তৌবক্তবগী ঐহাক ইশামক দন্দি ফংখি। অনীবক বেঞ্চ মথক্তা লেপহনখি। অমুক্তা পেবিয়দ অমা মপান্দা তাস্লোকখি। নোংমদি ঙনতানা স্কুল কাবক্তুনা ইমান্নবী মকোক ওইবী অদুদৈ হোম তাস্কী অঙ্কদু শিল্লি। শিনবা লোইবগা ঐগী বোয়দু ওজাগী তেবল মথক্তা ময়াম্না থম্নবিদুগী মবক্তা থমজিল্লুই। ওজা চঙলক্লগা বোয়শিংদু ফাক ফাক্তুনা য়েংঙি। ঐগী বোযদুনা লৌখৎলগা যেংঙি। য়েংঙগা হায়বকই-

*নঙগীশি নশানা তৌজববা? মীনা তৌবিববা?*

-ইশানা তৌজবসু নত্তে। মীনা তৌবিবসু নত্তে। মীঙোনদৈ শিনবনি।

-কনাদৈ শিল্লি?

-বোল নম্বব ব্রানদগী শিল্লি।

- কবিগী শিল্লিবা?

- ওজানা চৈনি কিবদৈ।অদুগা বেঞ্চ মথক্তা লেপ্পিঙৈদা ইমান্নবী মযাম্না ঐঙোন্দা পঙয়েংতা য়েংদুনা লৈবদু ইকাযবদৈ লেপ্তুনবা শিনবনি ওজা।

- নঙনা শিল্লিবা অঙ্ক অসি নঙদি ভাব তাববরা? নতোমতা তৌজবদি ঙম্মগদ্রা?

- তাজদ্রি ওজা। ইতোমতা তৌবসু ঙম্মোই।

-অদুদি ভাব তানবা ঐ তাকপিগে যেংঙো।

- অসুমনা ব্রেক বোর্দতা ওজানা অঙ্কদু হোৎতুনা ভাব তানা খ ঙনবা তাকপিখি।

নোংমা কমদৌখি। হাফ থাবিঙৈ মতমনি। ঐখোয় ৫ / ৬ ছাত্রীশিংগী কমন কমদা ফমদুনা ব্রাবী শাবি। ঐখোযগী মরক্তগী অমনা হায়বকই- ঐখোযগা যুমথংননা লৈবা খুবাদু শিবে। মদুদা ইন্দোনদুনা কপ্পা তেংথাবা অদুগা চপ মান্ননা ঐ তেংথাগে নহোয় তানীংব্রা? ময়াম্না তনীংঙি তনীংঙি হায়বক্রে। অদুদগী ছাত্রীদুনা কপ্পা হৌবকই তেংথাবকই মবোল লোল্ল-লোল্লদুনা -হা! ইবুংঙো ইবুংঙোনা ঐবু কনাদা শিন্নবম্বগে হা! হা! নঙ লৈবিঙৈদদি ঙাবৌমত্তা চাববসু মতেক মতেক চাবম্বনি। তৌজিক্তি নঙ লৈত্রবনিন্না মপূম চাবা ফংলেদো । হা.হা. হায়দুনা কপশিন্নবিঙৈ তাঞ্জা অদুদা ওঝা চক্রি তোম্বী কোক হেক চঙলক্রে। নোক্রম্বা পূম্নমক্তু খংলেপ লেপখি ফমলম্বদগী ফূক ফূকহৌগৎতুনা লেপ্পী।

কপশিন্নবন্থা ছাত্রী অদুগী মনাক্তা ওজা চঙশিনখি। ঐখোয় নুংশা থী মাবু চৈবিগদৌবি মাপ্লে খন।

ওজানা চঙঙকপদু ঐখোয়না খল্লম্বদুগী ওন্ন-তৈনবদা ওইরম্রে। মতম অদুদা তম্ফাসনা স্কুলদা ত স্থা ছাত্রীশিংগী মিংদা লাকপা চিঠি মখৈ ওজাশিংনা ফাক্তোক্লুনা হান্না পাবগা য়েংঙি। অহল লমন্না ইবকপা ওইবগদি মশা-মশাদা পী। নৎত্রবদি পীদে। শেগায়বগা হন্দোকখি। ওজাগী খূৎতা চিঠি লেফাফা অমা পায়বকই। ছাত্রীদুদা ওজানা হংঙি 'কলকত্তাদা নঙগী মকপ মপাঃ লৈব্রা? হায়না

ছাত্রীদুনা খুমখি 'ঐগা খঙনবা ছাত্র পাখঙ অমা কলকত্তাদা লৈ। পাখঙদুগা ঐগা ঐবু অসেংবদু হাযদোক্লদ্রনে?'

ওজানা হায় 'হাযদোকউহ্যাযদোকউ। অশেংবা অচুম্বা হাযগদবনি।ছাত্রীদুনা 'ওজা ঐ মাগা নুংশিনৈ। মবক মবক্তা চিঠি ইনৈ।মানসু ইবকই, ঐনসু ই। হন্দক ঐনা ইখিবা চিঠি অমগী পাউখুম মহাক পীবক্তি।'

মদু তাবদা ওজানা 'সে নঙগী চিঠিদুগী পাউখুম সিদা লৈবে।' হাযবগা চিঠিদু পীবম্লগা ওজা থোকখি।

মসিনি ওজানা পামজবন্না অশেংবা অচুম্ব হাযদোকপা ওজাগী মফমদা মীনম শোবি তৌদবা, অচুম্না ঙাঙবা, অশেংবা হাযদোকপা তমজহোউ। ওজাগী ব্লাখপ্লোন ঐখোযনা ইন্দুনা চংলি ঙসিফাও।

ওজা তোমচৌঃ

ওজা তোমচৌদি চাউ শাংঙি। মীওই মীতৌ ফৈ। কুচদি মযেক শেংনা মুই। মী ফৈ শাউগন্দে। ছাত্রীশিং অমত্তুনা মাব উশিংপিদে। কুচু মুই চাউ-শাংঙি নোয পেল্লি হাযদুনা ওজা শামু হাযনসু হেকহেক কৌবী। মশানক্তা ওজা শামু হাযনা কৌবকসু ওজা শাউদে অদুমক খুম্মী। ওজাদি মাগী ছাত্রীশিংবু মমিংতা কৌদে মিংগী মমৈদা সনা হাযবা ব্রাহৈ অমা ভাগ্লগা বৌই। ওজা শামু হাযনা কৌবকপদা ছাত্রীদা ওজানা সৈত্যবতীসনা বাসন্তীসনা ওজা-গুরুদা অদুম্না হাযবা হৌনদেকো, হাযগনু হাযগনু সিদগী হেন্না কবিগুন্না অমত্তা হাযদে। মামুক শাউগন্দবা মপুকফবা ওজা অতাঙবনি। ওজাদো নুপী অনী লোল্লি হায। ঐখোযদি মন্না খঙবা নত্তে, অহন্দুগী মমিং কুঞ্জবতী কৌই হায। নোংমদি ওজাগী ক্লাস অমদা ছাত্রী অনী হৌগৎতুনা বেঞ্চ অমমমগী মথক্তা কাখৎলগা লেপ্পী। লেপ্পগা মখূৎ মশা যাওনা মোত থোক্লুনা ঈশৈ শকই, শৈবেং থী-মবোল খবা মখাদা পীজবি।

কদাযদা লৈখ্রে কুঞ্জবতী
তোমচৌ ঐনা ঙাওখৎলকপা কান্দা
কুঞ্জবতী নঙগী মাযথোঙ য়েংদুনা

পোংথারম্বদাইনে, হো কুঞ্জবতী।

কদায়দা লৈত্রে কুঞ্জবতী

অমুক্তদি হল্লকখো গবা কুঞ্জবতী

তোমচৌ ঐগী ইনাক্তা

অমুক্তদি হল্লকখো।

মথক্তা পিজবিবা শৈবেং মতেক অসি ছাত্রী অনীদু অওক অথোঙ তৌনদুনা খূবাক ঈশৈ ওইনসু শকই, শৈবেং ওইনসু থী।

মদু উবদা ছাত্রী অভৈদুনা লাঙডি নোকই। ঐখোযনা লাঙবদু তাবদৈ ওজা হেদ মাস্তব লাকই য়েংলৈ। ওজা তোমচৌসু ঐখোযনসু কৈসু তৌদবগুম তুমিন-তুমিন ফমদুনা লৈ। তুমিন লৈবম্বদু উবদগী হেদ মাস্তবদো য়েলহ্নগা হনখি।

নোংমা অমনা ক্লাসতা ওজা তোমচৌ পরীক্ষাগী অযেংবা চে য়েম্থোবকই বিষয়দি মণিপুরী সাহিত্যনি। শ্যামা কৌবী নুপী মচা অমনা মাগী পাউখুম চেদা হংদবা অমা মাগী পাউখুম ওইনা ইশিল্লম্রে। হংদবা ইশিনবদগী শুন্য পীবে। পাউখুম চেদু পুশিন্দুনা শ্যামা ওজাগী মনাক্তা চঙখ্রে, পাউখুম চেদু ফাক্তোক্লগা যেংউ ওজা মসিদা শুন্য পীবা শুকয়া য়াবোই। মসি সাহিত্য অশেংবনি। ইবমলিবনা চন্দ্রকলাগী ঈশৈ বেকোর্দতা যাওবিবা- 'লৈবাং শাৎহৌবো থম্বাল লৈহৌবো' হাযবা অদুগী ঈশৈ লোইনা ইবম্বনি। ওজাগী তেবল মথক্তা চঙশিল্লগা পাউখুম চেদু ফাক্তোক্লগা খূবাক খূদুনা মোংখোক্লুনা ঈশৈ অদো লোইনা শক্রে। অদুগা হায-ওজা !সিদগী হেন্না ফজবা কদায়দগী লৌকদৌবিনো? নম্বব পীদবা য়াবোই মসে সাহিত্যনি সাহিত্য। অসুম্না হাযদুনা ওজাদু নম্বব পীহনখি। ছাত্রীনদি উশিৎপিদবা পূক ফবা ওজা তোমচৌদো লাইবিক তাকপা মতমদদি ওম্থোক্লা ফজনা ভাব তানা তাকপী। মানা পাবা তাকপা মতমদা ছাত্রী অমত্তা লাঙদে। ওজাদা ওজানি।

ইচেবেম্মা সবোজিনী সৌগাইজম নিঙোলনি। সৌগাইজম খূবাইবুংঙো সমবেন্দ্রগী মচানুপী অহলনি। ইচেবেম্মা লাইবিক ফবী ছাত্রীনি। ইমান্নবী ছাত্রী অভৈনা ঙাঙনৈ তম্ফমসনা স্কুলদা লাইবিক ফবা মানা ইহেন হেল্লি। মানা থোবকপগা ঐখোযনা থোঙনাওদা ঙক লীৎথোক, দাবীদা লেপ মাবু য়েংঙি। ইচেবেম্মা চীং-লেম্মী, মোং-হাদে, ব্রা কযা ঙাঙদে। ঈং তপ্পী। পূম্নমক অসিগী মথক্তা লাইবিক ফবী অমা ওইবনা ইচেবেম্মবু কিনা-হঙোইনা লোয়নৈ। ইং ১৯৩৮-৩৯ দা কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়গী মেট্রিক পরীক্ষা ঙমখি। মণিপুবগী নুপীমচা ৮ থাবগী মনুংদা ৬ খক পাস তৌখি। মদুদা ইচেবেম্মনা মকোক ওই হায়নখি।

স্কুলগী হাফ থাবা মতম ঃ

হৌজিক লিতল ফ্লারাব স্কুলদা তম্রিবী নুপীমচাশিংদি হাউব-হাউরবা অচাপোং তিফিন বোক্সতা হাপ্তুনা পুচ্চনবি। মতম অদুগী নুপীমচাশিংগীদি অসুম্না তৌনরমদে। হাফ থাবিঙৈ মতমদা শিংজু, চা, চু চায অতৈ অতৈসু। চৌকিদাবগী নুপী ইন্দোন অদু শিংজু য়োল্লি। নুমিৎ খুদিংগী যাংকোক অনী অনী থন্না সিংজু শোইদুনা থম্মী। করম্বা কান্দা শিংজুদু লৌইগদগে হায়না খল্লম্বনি। ইন্দোন্দা হংঙি- ইন্দোন অসুক য়াম্বা শিংজুসি করম কান্দা লোইদৌবিনো? ইন্দোন্না খুমকই- কোনবু কোন্নবোই হায়না। শিংজুদো য়ামখ্রে অঙকপনি নুপীমচাশিং অদু ৩/৪ পূম্নপ পূম্নপ লাক্কুনা পৈশা অমমম অনীনি লৈবগা মখোয় কোয়না ফম্নগা চামিন্নৈ। অসুম্না চাখিবনা পৃংখায অমগী মনুংদা য়াংকোক অনী থনবা শিংজুদো লোইখি। যাংকোক শ্রিৎ নানখি। খবনা চৌকিদাবগী নুপী ইন্দোন্দে মস্রা অঙানবা, লৈবাক হব্রায়, লৈবাক হব্রায হৈঙান, লদু, কবোক লৈদুনা চায়, চানবিবশিং অদু পৈসা অমা অনীতগীনি।

খবা অমনা তিংখং তাবা খাবিবা অদুগী মনাক্তা চু চাবি। শম্বল মনাক্তা চাবিবৈ মবম্ন। ওজা হেদ মাস্তবনা ব্রাই চাইথোকই হায় চৈনি হাযনা চুগুমদু মপান্দা থোক ঈগ্লোকখিবা য়ানবা। পাঙন নুপী চু কোকথোং কোকথোং পুদুনা খ্বাইবম্বন্দ কৈথেল চৎলি। মখোযদু ব্রাখ্খে লম্বীবোমদৈ হেক হেক লাকই। চু ১/২ তা চোইনা য়োম্নু য়াদে। যাম্নদি ঙাওবা ইনাক্তি খুনবা ছাত্রী অমা যাওই। মদুনা মবক মবক্তা কোকথোং ওইনা হেক হেক লৈদুনা ঐখোয মযাম চামিন্নৈ। কোকথোংদা মখাযখক্তমকপী। পৃংখায় অমখক্তংহাফথাবা মতম অদুদা ঐখোয ৫/৬ না চু কোকথোংদুমা চাথোকই।

এক্সত্রা কবিকুলাব ঃ

ঐখোযগী ওজা হেদ মাস্তব ওইবিবম্বা হাউবমগী ওজা ইবোতোম্বী, অমদি সেকেন্দ মাস্তব ওইবিবম্বা থোকচোম ওজা মধু অনী অসিনা ঐখোয়বু খঙহন হৈহন্নীংবদৈ ছাত্রীশিংবু এক্সত্রা কবিকুলাবগী থবক কয়া পাঙথোকহল্লম্মী। ক্লাসকী কতিনদি অমত্তা কায়হল্লমদে। থাংজ খুদীংগী ক্লাস লোইববা মতুংদা দিবেত বিষয় অমা পীবগা ব্রা ঙাঙহনবা, শৈবেং থীবা অসিনচিংবা পাঙথোক্নবা তত্তনা শীনবী।

ইহান হানবা ওইনা দিবেত তৌগদৌরিবা নুমিৎনি। দিবেত অদুগী মুভ তৌগদৌরিবা ছাত্রী অদু কৌথোক্লে। থোবক্তুনা ব্রা ঙাঙফমদা লেপ্লে। মহাক ব্রা ঙাঙথোবক্লে। মরূ লূকথদুনা লৈবাক্তা খোঙবী তক্কুনা লৈথোকখ্রে। মানা ব্রাঙাঙথোক্তনা লেপ্পদু পুংখায় অমরোম ফাজীল্লক্লে। মদুদা ওজানা চঙঙো চঙঙো হায়দুনা চঙহনখ্রে। মমৈথংদদি ছাত্রীদু ব্রা ঙাঙবা যাম হৈখি মবমদি মতোমতা নত্তনা ছাত্রী অতৈবুসু প্রোম তৌবগা ওজা মধুনা ব্রা ঙাঙবা তম্বিখি। অসুম্না ওজাসিংনা নুপীমচাশিংবু লাইরিক্তা তম্বিবতা নত্তনা

মীমাঙ থোক্তুনা ব্রা ভাঙবা, মযামগী থবক্তা শকক য়াদুনা থবক তৌবা তম্বিবকই।

চহী খুদীংগী শান্ন-খোৎনবৈ থৌবম পাঙথোকই। অদুগা লোয়নন চহীগী ওইনা মনা মথুম য়েম্মোকপগী থৌবমসু পাঙথোকই। শ্রীযুৎ মহাবাজনা লেঙঙক্তুনা য়াওবিবৈ প্রাইজ য়েম্মোকপিবৈ। য়েম্মোকপিবতা নত্তনা মনা অয়াম্বা মহাবাজনা পীবিবনি। মকোক থোংবা ছাত্রীদা শামতুগী শাল ইনফি পীবি।লাইবিক, এক্স বাইজ বুক, কলম পেন্সলনচিংবসুপী। গুদ এতেন্দেন্সকী মনাদি চাওই। স্কুলনা পীজবিবা লাইবিক বোয, পেন্সলগী মথক্তা শেল ওইনা মহাবাজনা লুপা ১০/১০ হাপকৎলগা পী।মনা য়েম্মোকপগী থৌবম অদুগা কলচবেল প্রোগ্রাম কয়াসু উৎলি। কলচবেল প্রোগ্রাম অদুগী মক ওইবদি-শৈবেং থীবা ঈশৈনচিংবনি।

অঙ্ক অমগী লীলাসু উৎলি। লীলাশিং অদু ওজা মধুনা ইবনি। লীলাশিং অদুদা ওজানা উৎনীংলিবা মীয়ামদা খঙহন্নীংলিবদি নুপী লাইবিক হৈহৌদবদগী থেংনবিবা খুদোংথীবা ময়াম অদুনি। অদুনা ওজানা ইবা লীলা মচাদা মেসেজ অমা য়াওদনা থক ইদে। লীলাদু তম্বিবনা ঐখোয়গী ওজা হেদ মাস্তব ইবোতোম্বীনি। মহাক দ্রমাবু যাম্না পামজবা মীওইনী লীলা অদুদা য়াওবা খ্বাইদগী ফবা মীশক্তা মহাবাজনা মনা অমা তোঙাননা পীবি। হায়বিবা মনা অদু থংন-থংননা চহী অহুম ওইনা ফংজবকই। ঐহাক ইশামক্তা।

অসুম্না মহাবাজ অসিনা নুপীনা লাইবিক তম্নকপবু যাম্না থৌগৎপিখি। লীলা অচৌবা ফাওবা ছাত্রীসিংনা শান্নহন্নবা শীনবিখি-শান্নগদৌবিবা লীলাদু উৎননবগী থওইনা স্কুল কম্পাউন্দ মনুংদা তেম্পেববী দ্রামা হোল অচৌবা অমা শাই। হোল অদুদা অনীবক হন্না 'মীবাবাহি' লীলা উৎখি. লীলা অদু উৎপদা ফংবা শেল মখৈ স্কুলগী ফন্দা হাপচীনখি। শেনফম অদুদগী 'পুওব ফন্দ' হায়বা অমা শেমখি। লাযববা নুপীমচা ফীসতি হন্নীংঙাই লৈজদবশিংদা তেংবাং পীদুনা ফীস হনবিদুনা লাইবিক তমহল্লি।

স্ববসতী পূজানচিংবসু শ্রীযুৎ মহাবাজনা চাউনা তৌহল্লি। পূজা হেক লাকপদা ঐখোয ছাত্রী মযাম চৎতুনা মহাবাজদগী শেল নি। শেনফম চাউনা মহাবাজনা হাপ্পীবকই।

শম্না হাযববদা ইনিংথৌ চুবাচান্দ মহাবাজনা লাল মমাঙদা নুপী না লাইবিক তম্ববু য়াম্না থাগৎপিবকই।লাল মমাঙদা নুপীমচাশিংনা লাইবিক তম্নকপা অসি মহাবাজ অসিগী মপান্দগীনি হায়নীংঙি। ○

## য়াওশঙ



থাইনা মমাংঙৈদা চৎনরম্বা চৎনবী কয়া মুৎথরক্লে থরদি লৈবি। ঐনা অঙাং পিশক ওইবিঙৈদা মীবোল খঙলকঙৈদে হাকথেংননা উবকপা, থেংনবকপা, খঙলকপা, ইশামক য়াওবকপা কয়াবু পাউদমজবি-

অহানবা ওইনা য়াওশঙগী কুমহৈদা নুপামচাশিংনা খ্বাইদৌ হেন্না পামজবাঃ লমতা থাগী পূর্ণিমা নুমিৎতা যাওশং মৈ থাবগাকুমহৈ হৌই। অদুগা নুপামচাশিংগী য়াওশঙগী কুমহৈদি থা অমবোম রাৎলিঙৈ মমাঙদৈ হৌই। মহোয় মহোযগী লৈকাইদা লৈবা লম্পাক্তা মহোয ময়াম তিন্নবগা 'হবিবোল' লাউখিবা নুমিৎ অদুদগী মহোয়গী কুমহৈ হৌবে। হোবাই মচা অমমম পাযদুনা ১ / ২ হৌনবগা য়াওশঙগী ব্রা হূবানবা হৌই। খবা অমনা ই . চক শীংউৎনচিংবা হূবাল্লী। লমজাওদা চৎচবা চক পুবা শলগাডীদৈসু লোন্না চক ই, চিংথদূনা হূবাল্লী। ইংথোল নুংদা পৈবা চক ইকুদৈ, য়েনখাদা থম্বা শঙ্গোয়দা থম্বদৈসু হূবাল্লী। অসুম্না হূবাল্লকপা মযামদু মফম অদুদা পূন্না থম্মী। মখোযগী মতম খবগী ওইনা কেম্প অমা লম্পাক ময়া লমহাং অমদা য়ূম শাই। য়ুমদু পীক্লা শাবসু যাওই চাউনা শাবসু য়াওই। মনুংদা লেক চাদূনা, থোং থাক্তুনা চাবা য়ানবদি শাই।

কবিগীদমক মখোয়গী কেম্প তৌফম যুম শাবিবা? মখোয়গী কেম্প তৌফম যূম মচা অমদি শাদবা শুকয়া য়াদে। মবমদি মহোযনা হবাল্লুবিবা, ই, রা, চকনচিংবদি মপান্দা থম্বা য়াই। মসি নত্তবা চাবা য়াবা পোৎশক কয়াসু হূবাল্লী। আলু, কোবী, হরাই থবাক, থোং ক্রম, মাইবেল তোববোং, অরা থবী, চূ অসিনচিংবা হবাল্লী। আলুসু কাংখুলদৈ কোংথোক্তুনা হূবাল্লী, কোবিনা লেনবসু যাওই ফুকপসু য়াওই, হরাই থবাক্লা পাম্বী ওইনা ফোইদংলি। হৈ-বা, ইনশাং নাপী হূরাল্লুবা ময়ামদু মখোয়গী কেম্প ওইবিবা য়ুম মনুংঅদুদা পুশিল্লগা চানীংবা মওংদা থোং থাক্তুনা চায় মসিনি নুপামচাসিংনা নূংঙাইজবা।

মনা মহোয হবাল্লিঙৈদা মপূ তাদুনা তাম্নরকপসু য়াওদবা নত্তে। নুপামচাশিং অদুনা

মপুনা ফাদনবা চেনবদা খোংবান চোংবা ঙমহৌদদুনা খোংবান ময়ায়দা ঈসিংদা তাবা, লৈপল কাবা নংহৌদবা য়োংচাক চবোং হেক্কে হোৎনবদা মশা তেকথরক্কুনা উশাদা থবাক থবাক য়ানদুনা লৈবা অসিনি মখোয়গী নুংঙাইবী। মপুনা তান্নরকপদা ফাদনবা চেনজবা অদুনি নুপামচাশিংনা খ্বাইদে পামজবসি।

য়াওশঙ নোং লাউবা হায়বা অমসু তৌনবম্মী।মদুমসু নুপামচাশিংনা য়াম্না থব্রাই তানা পামজবা অমনি। য়াওশঙ মৈ থাবা হযেংনি হায়বা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা পাঙথোকপা থবক্তি। নুমিদাং অসিসু য়াওশঙ নোংলাউবা হায়না খঙনৈ।নুমিদাং অসিমদি ইমুং খুদিংগী য়ুম্নুশিং মিকুপ নাহুম শিংনা মিৎসেন খাঙদুনা লৈনৈ। য়ুমগী যেনখাদা, কোৎখাদা ফৌসূশঙদা লেবা মখৈ নুপামচাশিংনা লোন্না লোন্না পুথোক্লগা চফু-চনাই খকংগুম্বনা শোডোক মযাযদা চেগায তানা থুগাইবম্মী। শূম্বল, য়াংকোক, শুক, ফৌবানচিংবা পুখ্রী খোংবালদা থাদবম্মী, শোডোক লময়াযদা থম্মী। লৈতুম, চেক্কুম, নুংদুম মীগী য়ুমথক য়ুমথক্তা থাজিল্লী। অদুগা লৈকাইদা লৈবিবা মী মখৈবুনা মাগী মাগী মবমচৎ অফববু ওইববসু ফত্তববু ওইববসু লাউ লাউদুনা চৎলি। মসিনি যাওশঙ নোং লাউবৈ শগ্রম্পা ব্রাবী।

যাওশঙ মৈ থাবা ঃ যাওশঙ মৈ থাগদবা নুমিৎকি অয়ুক্তা লৈকাই লৈকাইগী ওইনা নুপামচাশিংনা য়ুমথোঙ যৈনা ব্রা, ই, পযা খাযবা চৎলি। য়ুম খুদিংনসু লাইঈীনি হাযদুনা হবাও হবাওনা অবৈবা পানবকই। নুপামচাশিং অদুনা এথক থোংবা ময়াম্বশিং নেক্কুনা ফজনা যাওশঙ অনু শাহল্লি। নুমিদাংব্রাইবমদা অহল লমন, মমা মন্দোল লাক্কুনা, লাইদা কৎননবা মচু মচুগী ফিবাল পুবক্কুনা থেৎপীবে, লৈতেংবীবে। শঙ মনুং অদুদা শ্রীশ্রীগৌবচন্দ্রয মহাপ্রভু লেঙশিন্দনা ব্রাহ্মননা আবাতি কৎলি। ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা হবি ম কৃতন শকই। আবাতি কৎপা লোইবদুনা মহাপ্রভু লেঙথোকখ্রবা তুংদা যাওশঙ অদু মৈ থায নুপামচাশিংগী কেম্পাকি য়ুম অদুসু যাওনা মৈ থাদোকই।

যাওশঙ মৈ থাগ্রবা মতুংদা নুমিদাং অমদি নোংঙানবগী অয়ুক্তা পীক্লিবা নুপামচা অমদি নুপীমচাশিংনা নাক থেংবা হাযদুনা য়ুমথোঙ খুদিং শেল নিবা চৎলি।

নুপামচাশিংনা যাওশঙ ব্রাৎলিঙৈদে হৌনা হূবাল্লকপা ব্রা, ই, যাওশঙ শানবৈদমক খায়নবা অদুদগী লেম্নকপা মখৈ যোম্লোকই। মদুদৈ ফংলকপা পৈশা অদুনা ইনশাং নাপী, থাও, থুম ঙানচিংবা লৈবগা চেঙ খায়নদুনা চাক চানৈ। মদুনা মখোযগী য়াওশঙ কুমহৈ অরোইবনি। ○

# থাইনা মমাংঙৈগী অঙাং নুপী মচাশিংনা শান্নরম্বা মশান্না অমসুং মওং

লাইফদিবী শান্নবা, চাকথোংবী শান্নবা, খুলোকপী, অচাইবী, সেবোতি, উবাউবী তান্নবা, বোল থোম্বী, অমাং কোইবৌ তান্নবা, কেকু লোংপী, ক্লাক মাঙজোং, হঙোই চোংবী, ক্লাক ক্লাক, মচা খোমদোন মৈবৌবী, খুৎয়াই লোংপী অসিনচিংবা কয়ানি। অসিগুম্বা মশান্নদি ইবৈবু লৈখিদবে, উখিদ্রে খবা নত্তনা, শেল চঙদবা লায়ববা মচাগী মশান্ননি। হৌজিক মতমদা শান্নবিবা অসিদি ময়াম্না উবিবিবা অদুনি।

সেবোতি কাওনবা ঃ



সেবোতি কাওনবা হায়বসি লৈপাক্তা নুপী মচা অনী মাযোক্লনা নীংগাংনা লৈপাক তাদনা ফন্নগা মখোঙনা লৈপাক্তা শিৎতুনা কাওনবনি। মসি নুপীমচা অনীতসু কাওনৈ। ময়াম তবেৎ নিপান জোবা জোবা কাওনবসু তৌনৈ। খ্বাইদৈ কুইনা কাওনদুনা লৈবা অঙাংদুনা মকোক তাই।

ক্লাক মাঙজোং-ক্লাক মাঙজোং হায়দুনা খুৎ অনীনা লৈবাক্তা নম্নগা ক্লাক মায়া মাঙলোমদা চোংদুনা শানবা তান্নববু ক্লাক মাঙজোং হায়না কৌনৈ। মসি নুপীমচানা অয়াম্বা শান্নে।

খুল্লোকপী শান্নবা ঃ



খুল্লোকপী শান্নবা হায়বসি উবিবা অসিনি। কায়গন দবা হায়বদি নুং মচা, চেক মকুপ মচা, উতোংলৈ মক, কেগে মক, অসিনচিংবা মক ওইবগা শান্নে। মকশিং অশি অহানবদা খুনমদা হুনগৎলি। হুনগৎপা মতুংদা খুৎ মথক মখা ওন্থোকপদা ঙম্রোইদবা মখৈ খৎথরগা ঙমগনি থনবা মখৈ ওক্লবা হোৎনৈ। ওকপা ঙম্বা থোক্লবদি মখা তানা অওকপশিং অদুদৈ মরু লৌদুনা মথক্তা হুনগৎলি অদুগা মবক অদুদা লৈবাক্তা তারিবা মক অমা লৌখৎলগা মথক্তা হুনগৎম্রিবা মক অদু ওক্কদবনি। অসুম্না খুৎনমদা অববা মতুংদা খুবাক্ক ওকখিবা মকদু লোইদ্রিবা ফাওবা শান্নগনি। কবিগুম্বা

থুবাক থুনম ওন্নবদা মরু তাবা য়াওখ্রবদি মহাক মখা তাথবা য়াদ্রে। অমদুনা অমুক মক অদু পায়খ্রগনি।

কাংখিন শান্নবা ঃ



কাংখিন পাম্বী হায়বসি পাম্বী অচৌবনি, মবা চাউনা শাংনা চৎলি। ব্রাতোন উতোন লোম্বফাও চৎলি মখল অমগী পাম্বীনি। যোংচাক তৌনা থবাক মহয য়ানবনি। কাংখিন মরু অদু যোংচাক মক লৌথোকপদৌনা লৌথোকপা য়াই। কাংখিন থবাক অদুনা লিদুনা কংলবা মতমদা লৌথোক্লে। অসুম্না মরু লৌথোক্লগা কাংখিন শান্নে নুপীমচাশিংনা।

কাং শান্নবদা তৌবগুম্না কাংখিনশিংদু পবেং শানা খিল্লি। অদুগা নুপী-মচা অমনা মখোঙ নামনা খবা থাঙ্গৎলগা খোঙনমদা কাংখিন অমা থল্লগা মখোঙ নামনা কাংখিনদু তাদনবা চোং চোংদুনা চৎলি। যৌববা মতমদা মখোয়গী কাংখিনদুনা খিল্লিবা কাংখিন অদুদা পানবা ঙম্নবা মখোয়না লংঙি। পানবা ঙন্নবদি পাঞ্জল চন্নবনি।

হৌজিক্কী মতমদা অঙাংশিংনা শান্নবিবা য়ুমশাবী হায়বসিগী মশান্না মওংগা হাইফেৎ মান্নে।।১

## মতম অমদা অঙাংশিং অমদি নহা পাখঙ মচাশিংনা শান্নবম্বা মওং খবা

উবোক খোঙ লমজেন, তেলঙ্গা পাইবা, নাপি পোয়োং কক্লবা, চৈতেক কোৎপী, মুক্লা, খুং উংবী, চাকা ওনবী, কাংপোৎ চিংবী, য়েংদৌগী শগোল কাঙজৈ শান্নবা, কাংখোং মী অমনা তোংলগা অমনা ইনবা, মকম কোনবী, মায়খুম উপ্পী, নুংশিৎ মপী, নুংশিৎ পূবী, কোক ফাইত্তিং, ব্রাইনবা, (কোক ফাইতিংহায়বিসিনা য়েনগুম কাওনবনি, ব্রাইনবা হায়বা অসিনা শলগুম ব্রাইনবনি।) লমজেল চেনজোং, মাঙজোং, খোঙযায় চোংবা, শুক ইন্নবী চেগপ চোংবী, হজীং চোংবী, নুং হূন্নবী, লফু কার্বি, পাসকাপ্পী (মাববোল মক খূৎ চুম্বা তান্নবনি) কৈ-য়েন শান্নবা অসিনচিংবা কয়ানি। থাদুনা লোইবা ঙম্বা নত্তে। খুদম ওইনা থবা লোখৎচবগা পাউদমজগে।

উবোকখোঙ লমজেনঃ

উবোকখোঙ তোংদুনা চৎপা উবোকখোঙ লমজেন তান্নবা হায়বা মশান্না অসে নুপামচা খবদি চাউববা পাখঙ মপুংমক্তি ফাগৎত্রিবা পুংকক চাউবক্লবা মতমদুনা যান্না পামনা শান্নে। ব্রা অপীকপসু নত্তবা অপৌবসু নত্তবা খুদম ওইনা পায়শিনবা যাবা যাইমবপ চাউবা ব্রানা উবোকখোঙ শাবা শেম্বদা খ্বাইদে হেন্না খুদোংচাই। অদুনা উবোকখোঙ শেম্ন শা, বা যানবা মতমদা অবিবা ব্রাগী নখোঙব্রাইদা ব্রাশা অচৌবা পানবা থম্লগা যানগনি। বা অনী যানগদবনি। বাশা অচৌবদু হিদোক্রোই থাক্কদবনি। থাক্রিবা ব্রা মচি অদু লৈমায়দা খুদুপ ব্রাংনা থাক্কদবনি। ব্রা অদুগী বাংবনা কাদুনা উবোকখোঙ তোংগদৌবিবা মী অদুগী মনেপ্পুগী খবা হেনহনগনি মীদু মখুৎনা পাযবা যানবা থাক্কনি। মদুদগী অহেনবা শকক অদু ককথৎকনি। অদুগা থাকলিবা বা মচি অদুদা খোঙনা নেৎপদা নাদনবা চক, ফি মচেৎনচিংবা থাগনি যেৎশিনগনি। অসুম্না উবোকখোঙ শেমগনি।

যেংদৌ মতেক শীজিন্নদুনা শগোল কাঙজৈ শান্নবাঃ

পাউদমজগদৌবিবা অসি ঐখোযনা অঙাং ওইবিবৈদা উখিবা অদুনি। শগোল কাঙজৈ শান্নগদৌবিবা নুপামচাশিং অদুনা য়েংদৌ মতেক অনী অনী পায়গনি।মতেক অমনা কবাঙদা লোনশিল্লগা য়েংদৌ মতেক অমনা মদু মখুৎ ওইনা পায়দুনা শগোল শাগনি। অদুগা মতেক অমদুনা মখুৎ যেৎনা পায়দুনা কাঙজৈ ওইগনি। অসুম্না শান্নববু ঐখোয়না য়েংদৌগী শগোল কাঙজৈ শান্নবা হায়না খঙনৈ।

### তেলঙ্গা পাইবা ঃ



তেলঙ্গা পাইবা হায়বা মশান্নসি থাইনা মমাংঙৈদৈ শান্নরকই হৌজিকসু শান্নরি। রাজস্থানগুম্বা অচৌবা লৈবাক্তদি মসি ছুটি থাদোক্তুনা রাজ্যগী ওইবা থাক্তা পাইহল্লি। অচৌবা কুমহৈ অমনি। অতিয়া থুংনা মচু মচুগী তেলঙ্গা পাইবদি ওঙ্গোক্লা ফজে। ঐখোয়গী মণিপুরদদি মদুগী থাক য়ৌনদি পাইনদে অঙাং নুপামচাশিংনা খরা পাইদুনা শান্নজবতনি।

### চৈতেক কোংপী ঃ



মসিগী মশান্না অসি কৈমতা চঙদে য়াম্না চন্না শান্নবা মওংনি। ব্রাশা মতেক অমা খরনা শাংনা কক্লগা ব্রাশা মতেক অমনা তেন্না কক্লগা কোম মচা অমদগী কোংতুনা শান্না লংবনি। কবিগুম্বা লেপলিবা মবক অদুদগী কনাগুম্বনা ওক্লবদি চৈতেক কোংলিবা থোন্নিবা মী অদু শিরবনি। শিববদি অতোপ্পা নুপামচা অমনমুক চৈতেক অদু কোংতুনা থোমগনি। অসুম্না শান্নবা অসিবু চৈতেক কোংপী শান্নবা হায়না খঙনৈ।

### পোবোং কাওনবী ঃ

মসি কবম্না শান্নবগে হায়বদা ঐখোয়গী নাপী হায়না লৈবিবসি মখল মখা য়াম্না হৌই। মমিং অমা অনী পল্লবদা তিংথৌ, পুংফাই, চুমথাঙ নমথিবী, তিংগোই, অসিনচিংবা কয়ানি হৌরিবা। তিংথৌ হায়বিবা মখল অসি লাই তিনগী থবক পাঙথোকপদা, তর্পন শোনবদা, ঘোৎ চফুদা হাপনৈ। নুপামচাশিংনা তিংথৌ হৌবা মফম থিদুনা চৎলগা তিংথৌ নাপীগী মতোন্দা পোবোং কাবা মখৈ ফোই। তিংথৌদি মবা শাংনা চৎলি মখোঙ খুদিংগী মরা তায়। মতাঙদু তৎতনবা তপ্পা ফজনা ফোইগদবনি মতোন্দা পোরোং কাবা খন্দুনা। অসুম্না চেকশিন্না ফোইরবা তিংথৌ পোবোংদু খুদাপ খুদাপ পায়দুনা হন্নরকই। হন্নরক্লগা মফম অমদা লেপ্তুনা অমমম পায়নরগা শিন্না শিন্না ককনৈ।

ককনবা অদুদা হান্না পোরোং কেনবা অঙাং অদু পোববনি। কেন্দবা অদুনা থোইরে।মশান্না অসিবু পোরোং কক্লবী কাওনবী হায়না খঙনৈ।

চহী ৪৭/৪৮ শুববী ইনাও নুপী অমনা ঐঙোন্দা হংঙি ইচে পোবোং কক্রবী হায়বসি করম্বা মশান্নবো? ঐদি অমুক্তা উদ্রি। কম হায়না শান্নবগে? পোরোং কক্রবগী মশান্না অসি তোকখিবনা চহী ৪০/৫০ শুববা মীওই ফাওবনা খঙনদ্রিবনি।

খুং থানবী ঃ



খুং হায়রিবা অসি ঐখোয়না মশক খঙলে। নুপামচা অসিনা পায়বিবা দোবি হায়বদি লংগী থৌবি মচাসিনা যেৎলগা মতোনদু পায়হৌবগা হুনগদবনি। লৈবাক্তা তারবা কান্দা মথন্নতা উরু উরু লৈদুনা উংজবনি। অমনা খুং থানবা হায়দুনা মখল অমসু খুং উংবগী লৈবি। থাবগা পান্দবা, পাল্লগা উংদবা, পাল্লগা উংবা। অঙাংশিংনা তান্নবিবসি পাল্লগা উংবা অদুনি।

কাংপোৎ চিংবী ঃ

কাংপোৎ হায়বসি শল গাডী মওংদা ব্রানা শাবা কাংখোং পান্দবা পোৎচৈ চিংবা য়াবা মখল অমনি। খুঙ্গংদদি গাডী অসিনা ব্রা, ই, চকনচিংবা হাপতুনা চিংবদা শীজিন্নে। গাডীশি মীনসু চিংনৈ শলনসু চিংনৈ।

অঙাং নুপামচাশিংনা কাংপোৎ মচা শাদুনা মখোয মশেল অমগা অমগা চিংনবিবনি। অমনা তোংলগা অনীনা চিংলি। অসুম্না অমনা অমুক তোং অমনা অমুক চিং ওন্না ওন্না চিংনদুনা শান্নবনি।

ফিবুল হাবী শন্নবা ঃ



মসি নুপামচা নুপীমচা অনীমক্তা শান্নে। অমনা শগোল শাবগা অমনা মথক্তংা তোংগনি। তোংলিবা অদুনা ফিবুল হন্দুনা শান্নগনি অমনা ওক্লনি অমদমুক হুনগনি। মীচঙ মীচঙ খায়দোক্লদুনা শান্নগদবনি। শান্নবিবসি জোবা তরক্রি। জোবা অহুম অহুম্না মীচঙ অমমম্লি। শগোল শারিবা অমদি তোংলিবসি ওন্না ওন্না শাগদবনি ওন্না ওন্না তোংনগদবনি। মখোয়না শান্নরিদু মমান্নবা শান্নবা য়াওদবা অতৈনা ফমদুনা য়েংনৈ। মাগী মাগী মীচঙশিং অদুনা লাউনৈ থৌগৎনৈ। মাগী মীচঙনা থোইবগা লাউদুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লে। মসিনি মমাংঙেদা শান্নবম্বা হৌজিক্তি মশান্নসি উখিদ্রে।

## নুংশিৎ মপী



নুংশিৎ মপী হায়বসি পয়া মতেক অমনা মতোন মতোন্দা চেনপ্লগা খরা শাংনা ব্রাশা অমদা নৎত্রগা ব্রাচৈ মচা অমগী মতোন্দা য়োৎপী অমা য়ৈবগা নৎত্রগনা ব্রা অদুগী মতোনদা খবা খাক্লগা পয়া অদু লৈবা য়ানবা শেমগনি। অসুম্না শেন্নবা অদু পায়দুনা চেনগনি। চেনবা মতমদা মশা মথন্নতা উক উক লৈজরক্কনি। মসিগী মশান্না অসিবু ঐখোয়না নুংশিৎ মপী শান্নবা কৌই।

### মুক্রা শান্নগদৈ কোন্নবা ঃ

কোন্নবিবা অসি মুক্রা শান্নরমদাইগী অহানবা হৌবকপদা কোন্নবনি। মসিদগীদি মখোয অনী অমনা অমবু ঙম্নবা কন্না শান্নগদৌবিবনি। লৌ কয়া পুথোক্না শান্নগনি। মশান্না অসি হৌজিকসু কন্না চৎনবিবা অমনি। হৌখ্রবা মতমদগী শাগোন্নবক্রবা ইপা ইপুশিংনা থনম্বা মশান্না মখল অমনি।

### ষণ ব্রাইনবা ঃ

নুপামচা অনী মকোক্রা ইন্নবিবা অসি ষণ ব্রাইনবা তঙ্কগী মওংনি। মখোয় মখোযগী লৈজবী পাঙ্গল পুথোক্তুনা ইন্নবি ব্রাইনবি। মসিসু ওম্বোক্রা নুঙাইববা কুমহৈ অমা ওইনা ময়াম্না যেংনবম্বনি।

### কাংখোং পানবা গাডী ইনবী ঃ

মসিমসু মশান্না মখল অমনি। কাংখোং পানবা গাডী মচা অমা শাবগা অমনা তোংলগা অমনা ইনবনি। অমনা তোং অমনা অমুক ইন অমনা অমুক তোং শিন্নদুনা শান্নবনি।

### মকুম কোনবী শান্নবা ঃ



উবিবা অসি অঙাংশিংনা মকুম কোনবী শান্নবগী মওংনি। কোম মচা মচা খবা শেন্নগা মতুম তাবা পোৎ মচা হাযবদি মাববল, ভিনশিবী মক, নুং মচা, কেগে মকনচিংবা মকম শাদুনা কোঙ্গুৎ মচাশিং অদুদা থন্নগা শান্নবনি। শাইবোং মক তাবগুম লৈবাক্লা তাবগা তৌনৈ। ইশামক য়াওবগা শান্নবকপা নত্তবনিনা নিয়ম অচুম্বদি থঙদ্রে। ঐনা খঙবা হায়বমক্তা কোঙ্গুৎ ১২ লৈ ৬/৬ যেৎলোম মায়বোম অনীমক্তনি। কোঙ্গুৎশিং অদু মক হান্নী অমদি হাংনা থম্মী। কোঙ্গুৎশিংদুগী মরুমদু লৌখৎ য়েনখি লোইখিবা মফমদু কাংনৈ।

যেন কাওনবা ঃ



ইংরেজীদা অসিগী মশাপ্পা অসিবু কোক ফাইতিঙ হায়না খঙনৈ। নুপা মচা অনীশিনা মখুৎ তিংথোক্তনা মরেংনা চোংশিন চোংশিন ইন্নগদবনি। খোঙ নামমা নামমা থাঙগৎতুনা চোং চোংদুনা লৈরগা তানজা লৌরগা চোংশিন দুনা ইন্নগনি। মখোঙ অনীমক লৈবাক তাবা য়াদে। নামতা তাগদবনি।

শগোল থৌবী শান্নবা ঃ

মসি অঙাং মাঙ থারিবা অসিনা শগোল শারিবনি। ফি অমা মঙক অমদি মশাম্বোম শেগ্যাজা য়েংলিবা অসিনা শগোল চুপলি শাবিবনি। চুপলি পায়দুনা তুংদা চংলিবা অসিনা শগোল তোংদুনা শগোল থৌরিবনি।

লুক্রাক্কী মায়খুম ঃ



ব্রাগী লুক্রাক্কা মায়খুম শারগা মায়দা উপশিন্দুনা শান্নববু লুক্রাক্কী মায়খুম উপ্পী শান্নবা হায়না কৌনৈ। মসিসু মশাপ্পা মখল অমনি। মমাংঙৈদা শান্নবম্বনি।

পেচকারি কাপ্পদুনা শান্নবা ঃ

নুপামচাশিংনা পেচকারি অমমম পায়নদুনা মখোয় মশেল অমগা অমগা কাপশিন্নদুনা পেচকাবি কাপ্পা শানবি।

পোক লাউবী ঃ

পোক লাউবী হায়বসি ব্রানা শাবনি। ব্রা মখুল অদু ফদি মচেৎ অচোৎপা নৎত্রগা চে অচোৎপা য়ৈশিন্দুনা ফুলহল্লগা পেচকারি মচৈঙম্বা অমনা থিংজিন্দুনা মখোল থোক্লা নমশিনখিবা চে অদু থোকহনবনি। মসিগী মশাপ্পা অসিবুনা পোকলাউবী কাপ্পবা হায়না খঙনৈ। ○

# অঙাংশিংগী ঙামোক

তল শামু, চিনি চফু, তলজা, খোংনাং মনাদা হয়বা লৈবাক হৱাই হৈঙাল, হৈঙান্দা মখল কয়ামকম লৈ, মখোয় অদুদি অৱাথবী, হৈতুপ, বোবোই, থম্বৌ অসিনচিংবা, লেমফু, কৌবাক, কাউক্ৰম, হা, মন্ত্ৰা, উমন্ত্ৰা, লৈবাক হৱাই, কবোক্তা-কবোক অখিংবা, অফাবা, লালু, কাংশুবী, চমু কবোক, চেঙ কবোক, খোইবাক, খোইদুম অসিনচিংবা, বোবাদা- বোবা, পকৌবা, খজীং বোবা, বুনা, পাকনম, হৈদা-হৈয়েন, কফোইনচিংবা মরুদু খীত্তোক্লগা য়েন্দেম মনাদা থুম মোবোক হাপ্লগসু চান্নবম্মী। হৈতুপসু পানগা শুবগা চান্নবম্মী মসি নত্তবা হৈজামপেৎ, হৈত্ৰোই, উ থাংজীং, হৈবোং, হৈক্ৰুকোকথোং, হৈবাংগোই, মালহৈ, হৈখা অসিনচিংবা মখল কয়ানি অঙাংশিংগী ঙামোক্তি থাবগী লোইবা নাইরোই।

মখল কয়াগী ঙামোক লৈরম্মী চাবম্মী। হৌজিকসু চারি লৈবসু য়াওবি লৈতবসু যাওবি। মতাং অসিদা ঙামোক অনীদংগী মবমদা পনজগে। লোইনা পনজবদি ওইথোক্লে। লৌখৎচবি ঃ-

তলশামু ঃ

তলশামু হায়বসি চেঙ কুপ্না শুদুনা য়াম ওইহল্লগা য়ামদু ঈশিং হাপ্তুনা ভোৎলগা মদুনা শামু মওং মান্না শাবে হায়বগা খাঙদা মৈ থাদুনা ভৌদুনা চাবা যানবা মুলহল্লগা কৈথেলদা ঙামোক ওইনা য়োনবনি।

ঐখোয় অঙাং ওইরিবঁদো ইমানা কৈথেল কাবমদাইদা তল শামু লৈবিবক্কনি হায়বঙ্গদু ঐখোয় খক কাউদে। থোক থোক চিংনা উইদুনা ফুঙ্গামনাক্তা ফম ইমানা কৈথেল কুম্মকপগা তল শামু লৈবকপা ঙাইবদো মিৎতা শং শংনা উবি। তল শামু মতম অদুগী অঙাংশিংনা খ্বাইদৈ থৱাই তানা পামজবা ঙামোক মখল অমনি।

চীনি চফু ঃ

চীনি চফু হায়বিবসি লৈপাক্লা শাবা মৈ ইকপা পীক্লবা চফু মচা অমনি। মসিদা মখুল মচা অমা লৈহল্লি।মখুল অদুদা চীনি মহী হৈজিন্দুনা ভোংতক ভৌহল্লগা কংহনবনি। কংলবা মতুংদা পোৎয়োনবী কৈথেল ফম্বীনা কৈথেলদা যোল্লি। চীনি চফু অসি পোৎফম ফম্বী খোংনাংখোং ফম্বীনসু য়োম্লে। চীনি চফু নুপীমচাশিংতনা লৈগল্লি। মখোযনা য়াম্না পামজবা ঙামোক্লি।

খোংনাং মনাদা নপ্পী হৈঙান ঃ

মতম অমদা লৈবাক হুরাই হৈঙান অসি খোনাং মনাদা হাপ্লগা য়োম্নরম্মী। খোংনাং মনাদু লেক লেক্তুনা অঙাংশিংনা চায়।

অঙাং অনী চাকথোংবী শান্নবা ঃ

অঙাং অনী চাকথোংবী শান্নবিবা অসিদা নুপীমচানা খোংলগা নুপামচানা য়েংলি। মসিনা তাক্লি মদুদি থোং থাকপা হায়বসি পীক্লিঙৈদে হৌনা নুপীনা নম্না তৌনরকই হায়বা অমা তাক্লি। অমনা মনাক্তা লৈবিবা তল শামু অমদি লাই ফদিবী তাবিবা অসি মখোয়গী শান্নপোৎনি ঙামোক্লি হাযবা তাক্লি। খোংনবা পাত্র, চাননবা পুখম তেঙ্গোৎসুনা লৈবি থমলি।

কম্বোং ঃ

কম্বোং মখল অনী শুই। অমনা ঈশিং-কম্বোং অমনা ই-কম্বোং। ঈশিং কম্বোংদি অতেনবা অনোয়বা উসবতা কাংঊৌ ঊৌনৈ। চুহী চীনিনচিংবা থাক্তুনা অথূম্বা ওইনসু খোংনৈ। ইনাগী কম্বোংদি পিশক পীকই খুদুপমুক শাংই। ইগী কম্বোংদি মচৈ ১০/২০ পুল্লপ পুল্লপ মতোন্দা পুনশিল্লগা মপুল ওইনা কৈথেলদা য়োল্লি। মচৈদু শিক্লাইদুনা কম্বোং য়াওবিবদু চাক্তা খিকথবগা মথক্তা চুহী অনৌবা হৈজিল্লগা চাবদি হাউবদা মপা লৈতে। পল্লুবদা তীলবু কুৎ কুৎ যোৎলি।

হৌজিক্তি থাযনা লৈবম্বা ঙামোক লৈখিদ্রে। মেগী, মো মো, মিকচব, বৃজিয়া, ডালমুখ, চনাচ্ব, পোতেতো চিফ অসিনচিংবা মম্নিং মথা হাযবা খোক্তবা কয়ানা অঙাংগী ঙামোক ওইখ্রে।○

# মেবা থাউমৈ



মেবা থাগী পূর্নিমাদা য়ুংলগা হিযাঙ্গেগী পূর্নিমা নুমিৎতা ফুক্রে। মসি মেবা ব্রাখিনবসু হায়নৈ ব্রাফুকপসু হায়নৈ। শূমাঙ তুলসীবোং লৈবা খুদিংমক্তা য়ুমথোং খুদিংনা পাঙথোক্লবা থবক্নি। শেল চঙবা নত্তে।

ঐখোয় ঐখোয়গী ইংখোলনুংদা হৌবা ব্রাপলদৈ খ্বাইদৈ শাংবা, খ্বাইদৈ চুম্বা ব্রা খল্লগা মেবা ব্রা য়ুংনবা য়াম্নৈ। য়াম্লবা তুংদা মশানচিংবা নাম্না, ফজনা, নীংথিনা হিদোকই। মতোন্দা ব্রানা পানবা ব্রাশা খবা খাক্লবসু য়াওই। নৎত্রগনা শেংনা শ্রিৎ নাম্না হিদোক্লগা ফিবান্নচিংবা থেৎনৈ। সনাবৈ পবেং লেংলগসু য়াম্নৈ। ব্রাদুগী মতোলব্রাইদা দোবী অমা হাপ্পী। দোবী হাপলিবৈ মবমদি মেবা থৌবী অদু চিংখৎ চিংথা তৌদুনা মৈ থানবা যানবনি। মতম অমদদি মেবা চফু হাযদুনা লৈবাক্লা শাবা কৈথেলদা যোন্নবম্মী। মদু লৈবগা থাউমৈ থান্নবম্মী। মেবা চফুগী মখা থংগদৌবিবা অদুগী মপাল অকোযবদা হুত্তোক্লগা চৈ মচা থিংজিন্দুনা পোদোন মৈ থম্না য়ানবা শেমগদবনি। শাবা মতমদা অদুম হুত্তোক্লবা জাৎনি। অদুদা নত্তনা চফুগী মশা অপুম্বা মহুৎ মহুৎ লৈহনগনি নুংশিৎ খবা খবা চঙনবা অমদি মৈখু থোকখিনবনি। খবা হোহন্দ্রবদি তেঙ্গালিনা মৈ থানবা যাবোই। পোদোন মচা হাপতোক হাপচিন, লৌথোক লৌশিন যানবা মথোঙ মচা অমসু ফাৎলি। দোবী থৌবীদু লৌশিল্লগা থৌবীগী মতোল অমা মেবা চফুগী মতোন্দা থৌবী লেংফম অমা হৎলিবা অদুদা লেংশিল্লগা চেৎনা কিদুনা পুনগনি। মতোল মচিন অমনা মেবা চফুগী মনীং অকোয়বদা পুনগনি চেৎনা। অদুদৈদি মেবা থাউমৈ অদু চিংখৎপা য়াবে।

অমনা মেরা ব্রা মতোন্দা হাপলিবা দোবী অদুগী মহুৎতা য়াইবীনা কোন্দুনসু হাপ্পবা যাওই। যাইরী অদু কোয়বোক কোয়না কোনশিল্লগা মেবা ব্রা অদুদা চেৎনা পুনশিনগনি। মেবা থৌবীদু চিংখৎ চিংথা য়ানবা শেমগনি।

মেবা ব্রা য়ুংলিবা অদুগী মথোঙদা ব্রাই ফজনা তৈথোক্লগা হৈকক তাঙ্গা, পানা তাঙ্গা, লৈ শূ, ধুপ থাউমৈনচিংবা কৎলি। মসি নোঙ্গাত্রবা ঐখোয়গী ইপা ইপুদা কৎলিবনি

হায়নৈ। মেরা থাউমৈ চিংখৎপা মতমদা অভাং নুপামচা নুপীমচাশিংনা কোয়না লেপতুনা দমুদরায়ও, তুলসী দরায়ও হায়দুনা ঈশৈশুম শকই। ঐখোয়গী নোঙ্গাগ্রবা অহল লমনশিং অদুগী পেনবিনবা হায়দুনা লৈহৌরিবা মচা মশুশিংনা কৎচবনি হায়নৈ।

চৎনরব্বা চৎনবী অসে হৌজিক্তি মুৎশিল্লক্রে চৎনদ্রে হায়বা ফাওবা য়াবে। ইম্ফাল সহর মনুংদা মেরা থাউমৈ থান্নবা উখিদ্রে। খুঙ্গং অবাপ্পদদি থান্নরমখিদ্রা খঙদ্রে। অমা অনীদি থান্নরম্বসু য়ারি। মতম থরদি ব্রাশা নৎত্রগা য়োৎকি হায়বদি পাইপ মচা অশাংবনা য়ুংখৎতুনা ইলেক্ট্রিক বলবনা থান্নবম্মী চহী ৩/৪ অদুগী মতুংদগীদি মদুসু উখিদ্রে। ○

# ক্লাক্কী লানপাউ



ক্লাক হায়বসি মশা পান্দুনা পাইবা উচেক মখল অমনি। থায়না মমাংঙৈদা ঐখোযনা অঙাং ওইবিঙৈ মতমদদি ক্লাক য়াম লৈবমই। চাউবদি থুনুমুক্তা মচাউই। ব্রাংবদি ক্লাক্লা খবা হেল্লি। মখোঙ চাউই তোঙ্গানৈ। মচু মুই। মতুদু ইরং লংঙি।

ঐখোয়গী মপী লাইবিক্তা য়াওবি ঃ-

"ক্লাক্কী লানপাউ চেল্লক্রে

চবোই তে-তু খোংলক্রে"

ক্লাক ক্লাক ক্লাক হাযনা খোংদুনা মাযকৈ থুংনা পাই লানগী পাউ চেল্লি। ক্লাক্লা খোংবদু তাবগা ঐখোযনা নোংঙাল্লে হাযনা খঙনদুনা হৌগৎনৈ। ক্লাক্লা খোংববু কবিগী লানপাউ হায়বিবনো উচেক অতৈনা খোংববুদি হাযদনা। ব্রাফমসি অহল লমন্দা হংবদা তাকপীবমই অসুম্না ঃ– উচেক অতৈনা খোংববুদি হায়দ্রগনা ক্লাক্লা খোংবতবু লানপাউ হায়বিবগী মরম অঙানবগা অমমম্বগা অনী অসি নোংমদা অনীবক অনীবক লাল্লেংনৈ। অয়ুক্তা অমুক নুমিদাংব্রাইবমদা অমুক। অযুক্তনা অঙানবনা অমম্ববু ঙমগ্রে ঙাল্লোবক্রে হায়বসি ক্লাক্লা খোং খোংদুনা পাউ চেনবনি। নুমিদাংব্রাইবমদা অমুক অঙানববু অমম্বনা ঙমগ্রে হায়দুনা খোং খোংদুনা তাকই পাউ চেল্লি। মসিদগী ক্লাক্লা খোংবতবু লানপাউ হায়নরম্বনি। অয়ুক্কী লানপাউনা নোংঙাল্লে য়াকাইবো হৌগৎলো হাযবিবনি। নুমিদাংব্রাইবমগীনা মগ্রে নযুমদা নকোন্দা চঙলো হাযবিবনি। অদুনা অযুক অঙনবদা অমদি নুমিদাংব্রাইবমদা খোংবতবু ঐখোয়না লানপাউ হাযবম্বনি। অতৈ মতমদা খোংববু নত্তে।

ক্লাকপু লৈববদি চবোই হেক্তা পাইবকই। চবোইসু উচেক মখল অমনি। ক্লাক্তি ব্রাতোন্দা তোংগল্লি। ব্রাতোন্দা ক্লাকপু তোংলবদি চবোই হেক্তা পাইবকই। চবোইনা পাইরকপৈ মবমদি ক্লাক্কী মকোক্তা তুদুনা শাম্নবনি। ক্লাক্কী মকোক্তা হেক তুবগা তে-তু হায়না খোংঙি চবোই। খোংদনা থক তুদে। চবোইনা ক্লাক্কী মশম ফোইনবা হোংনৈ ক্লাক্লা চবোইবু লাক্লদৌগী হোংনৈ। ক্লাক্লা চবোইগা খৎনবৈ কুমহৈসে মাঙ্গোলদা লেপ্পুনা

ঐখোয়না নুংঙাইনা যেংঙি। মসিগী নুংঙাইববা কুমহে অসে হৌজিক মতমদা পোক্লকপা অঙাংশিংনদি উবা ফংলবোই।

মমাংঙৈদা মণিপুরসি ক্লাক্লা পীক থল্লমই। উসব মেলা, চাকচা হৈজানবা, শোরাৎ, ফীবোই, অসিনচিংবা তৌবক্লবদি ক্লাক শঙ্গু শঙ্গু পাইবক্তুনা লাঙলৈ খোং খোংদুনা মরূপ মপিজা কৌশিন্নৈ। উসবকি চাক থোংফমদা মী অমনা চৈ পায়দুনা ক্লাক ঙাক্লে। নৎত্রগদি ক্লাক্লা বোবা, পাফোবনচিংবা হেক্তা লাকখি।

উসব, শোবাৎ, চাকচানবা লোইববা তুং চাবগী অবেম অপা লুখাক্লা হন্দোকফমদা ক্লাক্লা পুমমু মুই। লুখাকশিংদু মখোয় মশেল চীক্লা চীক্লা লাক্লা লাক্লা চায়।

ক্লাক্তি লমচৎ কয়া ফজদে। কা হেন্না কবাম চাউই। ফংবু ফংলবদি হেক্তা চেন্দুনা পাইখি। চাবা যাদবা সাবোন, শম্বানদোং, অতৈ-অতৈ কয়াসু চেন্দুনা পুখি। মসি ক্লাক্কী হৈনবী মনাৎনি। ক্লাকপু কনানসু নুংশিদে ক্লাক্তগী ঐখোয়না কান্নবা ফংবা হায়ববু— ক্লাক্কী লানবাউ চেল্লক্তুনা নোংঙাল্লে হাযবা খঙহল্লকপা, মখোয়না অপুম অশা চাথোকপা অসিতনি।



ক্লাক্লা অপুম অশা, মীওইবগী অমাংবা অসিনচিংবা চাখিবৈ মবম অমা থাযনা অঙাং ওইবিঙৈদা লাইবিক অমদা য়াওখিবা থেংনখি। লৈবাক অমদা ক্লাকসি পুবকপা মতমদা ক্লাক্কী মচু মুনা অবংবা অমা কাবা, খোংবদা মশাগী মমিং হায়জবা অসিনচিংবা অসি উক তাকবদৈ ক্লাকপু য়াম্না পাম্লনা যোকখি। মতম থবা লৈবগা ব্রাহোং, তেনব্রানচিংবা ফজ ফজববা উচেক কয়া থোবকপা থেংনবকপদৈ ক্লাকপু পাম্লবমবদু মাঙখিবস্মী। ক্লাকপু থওইবক্তে। অথুম অহাও পীজবম্না ভোকখি। মমৈথংদা ক্লাক্লা চানীংঙাই লৈবক্তদুনা অমাং অশোই চাখিবনি হায়না। ব্রাফম অসে চুম্লম্বসু য়াই লাল্লম্বসু য়াই। থাঙ্গশেংনা খঙদে।

হৌজিক ক্লাক পাইবকখিদ্রে। ক্লাক লৈখিদ্রে। ক্লাক্লা মণিপুরদে মাঙখিবৈ মরম খবদি লৈ হাযনৈ। মনা মশীং থাবদা, লৌউবদা ভীলহাৎ হিদাকশীজিন্নবদে ক্লাক শিখিবা। অমনা হোটেল ফম্বা কাঙবুনা ক্লাক হাৎলগা তাউবগা য়েন শাদুনা মারিহনবা।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইববসু হৌজিক মণিপুরদা ক্লাক লৈখিদ্রে। উচেক মচা মচানা চিরিক চাবাক হায়না খোংদুনা অয়ুক অমসুং নুমিদাংব্রাইবমদা ক্লাক্কী মহৎ শিল্লি।○

# মহাবলি উমংগী শেকপী



শেকপী উচেক্কী কাঙলুপ্তা চিংঙি। উচেক ওইবসু মচা খোম পীথক্তুনা য়োকই হাযনৈ। ইমিৎমক্কা উকবা নত্তবনিনা অশেংবা থঙদে। পাউথাংদগী তাবদি অচুম্বসু য়াওবম্মী। অবানবসু য়াওই। খুৎথাংগী পাউনিনা।

ঐখোয়না পীক্রিঙৈদা শেকপী পাইবা উবসি নুমিদাংব্রাইবম মন্নি-মন্নি তৌবা মতমদা অমা নোংঙাল্লমদাই মন্নি মন্নি তৌবা মতমদা অমা। অনীবক অসিদা উই। ঐখোয়না হংঙি শেকপীনা নুমিদাংব্রাইরমদা মকোলদা চঙদদুনা পাইথোবক্লিসি কবিগীনো? অহল লমন্না তাকপী—শেকপীদি নুমিদাংদা চাক্তাই। মহোয়গী মকোন্দি মহাবল্লী উমংনি নুমিদাংব্রাইবমদা মহাবল্লীদে পাইথোবক্লগা মচিঙ্গাক লৈ লৈবা মফমদা পাইদুনা চাক্তাকই। নোংঙাল্লমদাইদা চাক্তাকবদে হল্লক্লগা মখোয়গী মযুম মহাবল্লীদা অমুক হন্না পাইবকই। নোংমা নুংথিলদুমা উগী উশাদা থবাক থবাক কবোংচাক য়ুংদুনা মখোঙ উশাদা নপ মশানা মখা ওম্বগা পোৎথাদুনা লৈ। মদু তাবদে শেকপীদু ঐখোযনা য়েংনীংখি।

তম্ফাসনা স্কুলদা তন্ত্রেঙৈ মতমনি। থাংজ নুমিত্তি ছুতি হাফ থায়। নুমিৎ অসিদা ঐখোয় ইমান্নবী খবা হৌনদুনা মহাবল্লীদা শেকপী য়েংবা হেক হেক চৎলি। উমংগী মমাঙ থংবদা হনুমান ঠাকুব লৈবিবা অদুগী লম্বীদা চৎতে। লম্বী অদুদা চৎতবৈ মবমদি য়োং কিবদৈনি।

তম্ফাসনা স্কুলদে লাক্লগা শঞ্জেনখোং লান্দুনা চৎলগা তুবেল অচৌবৈ তোর্ব্বান্দা মহাবল্লী মপা য়ৌফাও চৎলি। মোংবা হনবা হিদেন মপা য়ৌবদৈদি মহাবল্লীগী দৃশ্যদো শেংনা উবা ফংলে। তোর্ব্বানি মতুং ইন অসুম য়েং য়েং চৎপনা জমস্থান মপাগী তোর্ব্বান য়ৌবে। অসুম্না তোর্ব্বান থুংনা চঙ থবাক থবাক য়ান চিঁবিক চাবাক খোং লৈবা শেকপী ময়ামদু তোর্ব্বানিগী তিংথৌ হৌবা মফম অমদা ফম য়েংদুনা শেকপীগী মবমদা নৈনবি। অমনা হায়- মখোয়না উশাদা য়াল্লগা মনীং মমাঙ ওন্ননা মখাদা য়াম্বিবিবসি ঐদী

য়েংনীংঙিবো। অসিনচিংবা কয়া অমা অমদি মহাবল্লী উমংদা হৌবা উপাল খুদিংমক উশা, উনা অমতা উরমদবনি শেকপীনা মুণ্ডক মু মতুম মতুম য়াম্থ খুবক হাংদা লৈবম্বনি।

ঙসিনা করি ওইহৌরিবা মহাবল্লী উমং ? পামেল উজাওগী উশাদা শেকপী অমফাও য়াল্লমদ্রে। শেকপী লৈত্রবা উমং ইকোক কোক্কা উরে। মথল্লাই পান্দগুদ্রে।মসি মতমগী চাউখৎলকপৈ খুদম্নি। নহারোল পাখঙমচানা মারিনবা শা, উচেক তক্কুনা লোইশিল্লক্রে। লৈবক্কুবদা শেকপীদা তাইনখিবনি। নাওরীনা কাপ কাপতুনা হাংলগা মৈদা লৌদুনা মাবিনৈ। খরা লৈহৌরিবা শেকপীশিং অদুসু নাওবিগী চৈথেঙ খাঙব ঙমলক্তে। অনৌবা কাযদোং থিবা তাবকই হিংবা তাববদি মালেম অসিদা।



নোংমা অয়ুক্কী য়েনদা অঙনবদনি। উখি শেকপী শঙ্গু শঙ্গু পাইখিবা নোংচুপ হাবম পাং পাংখি কাংচুপ চীং, কৌব্রু চীংশাং। শঙ্গু অদো পাইখিবা মতমদা মোংবা হনবা উনুং মহাবল্লী উমং, হনুমান ঠাকুবগী মন্দিববু হয়া হন্না, য়েং য়েংদুনা থাদোকনিংদা থাদোকনীংদা পাইখিবদো।

অতৈ অতৈ উচেক্তি নাইতোম নাইতোম মহুম শাই শেকপীদি শঙ্গু শঙ্গু পুল্লপ লৈমিম্নৈ। চাক্তাবা মতমদা খাইনববসু।

নোংচুপ পাংনা পাইখিবা শেকপীশিং অদো অনৌবা কায়দোং থিবা ওইবমতাই। মতম খবগী মমাঙদা তাখি- কাংচুপ চীংগী চীংমাইদা, লোইবী মাগী নাপোমদা হৌবা উজাও পামেল অমদা কাইদোং ওই য়ালহৌই শেকপী ময়াম অমা।

শেকপী ময়াম্মা মোংবা হনবা উনুং, হনুমান ঠাকুবগী মহাবল্লী উমং ওম্বোক্লা থাদোক্লীংখিদে। চহী চা কয়া নুংশি চান্নলা, কল্লক য়েংথীনবা লৈতা লৈজবক্রবা লমদম ওইবনা শেকপী অমতনসু মহাবল্লী থাদোক চৎনীংখিদে। অদুবু মতম্মা নমদুনা থাদোকহনখি।

উপায় লৈখিদে। বিদায় পীবা তাখি।  
পাইথ্রোকো! হাদ চেক্কা নুংশিবী  
লমদম তাম্না পাইথ্রোকো  
লোইবী চীংগী নাপোমদা হৌরিবা  
পামেল উজাওদা তোং  
অনৌবা নকোল শেমলুরোকো। ○

# ইথৌগী যুম ইথৌগী মাঙ্গোল

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা উখিবা অদু নীংশিংলুবদা ময়ামদা পাউদমজনীং ইজবনি। লৈকায় অদুদা খ্বাইদৈ ইনাক খুনবা ইথৌ চাউভলগী ইমুংনি। ইথৌগী য়ুমগী মনীং থংবদা ফৌকৈ অশাংবা অচৌবা অমা লৈ। মখোঙ চেক্লা হৌবগা দুই মুলাগী মওংদা শাবা ফৌকৈনি। মথক থংবদা ফৌ থল্লা খিল্লি হায়নৈ। অদুগা কোংখাদনা শীং য়েন পৈফম ওইনা তৌই। ইথৌগী যুম অদু লাইখলতাবা কা মঙাগী উনা শাবগা মথক্লা তুম্লৌ নাকুপ্পীনা কুপ্পী। উরা হুমদাং ফজনা য়াল্লি। ইখা নীংথিনা থাবগা কুপ্পা য়ুম্লি। শাইজিন অদু খুদুপ মথাইদগী খবা হেনবগুম থায় মাঙ্গোলগী শন্দংখা ফজরগা ময়েক থেক্লা শাবা খবাই অমনা মেল্লি। থাঙেন, শনাযুম্বী য়ুংলিবা উখোং মশা নাল্লি। য়েংবদা ফজে চঙখোল্লি। অঙাং ওইরিঙৈ মতম অদুদদি খোইনা খল্লুদে। নীংশিংলুবদা হৌজিক্তদা হেন্না ফজবকপৈ ব্রাফম্লি। য়ুমশা কৈশা, ময়েক থোকপা শন্দংখাগী মমাই উবগা মতম অমা লৈরম্বা খুৎশা হৈবগী থবকতা কংলৈচাশিং অসি কয়াম চাওখৎলম্বগে হাযবদু খঙলকই। ইথৌগী মমাঙ শঙ্গোয় চাউনা শাই। শূমাঙদা তুলশীবোং লৈ। চপুতোবা মথক্তা হৌবিবা তুসলী পাম্বী খোংনা শানা মনা পুংঙী।

মাঙ্গোল অচৌবা অদুগী ফমেনদা ফক অরোনবা অমা থাই। মদু ইথৌগী ফমফম ফক্নী। ফক অদুগী মমাঙদা হিদাকফু পোবোবী অমা খিন্দুনা লৈ। হিদাকফু মখোঙ অমদি তোংজৈ য়াওনা হিদাকফু মচৈ অদু ফুন্দ্রে থেৎপা মখোক্লি। ঙাস্থক্লা অউম্বনি। ইথৌদি মতম অয়াম্বা হিদাক থক্কুনা ফক অদুদা ফমদুনা লৈরা?

লৈতে মবক মবক্তা হিদাক থকপা মতমদতা ফম্বনি। অতে মতমদি ফিদা মচা অমা ফম্মেনগী নাকলদা থাদুনা নুংশা য়াইবগা পয়া শিদুনা, থৌবী তাদুনা, থুমোক পোল্লাং শাদুনা লৈ।

ইথৌগী মগুনুপী অহল লৈমহননা উখোকতেন ময়াদা পিগ্লাই শামুক মাঙদা থা তেবা অঙাঙবৈ মোন্দুম্লা য়াইদা চন লোনগদৌবিবা ফনেক্লা থক্ত থোং কবোগী য়েৎতুম অপিখক খুৎ য়েৎনা পায় মুগাগী লংলা চিংচিংদুন ফনেক মপান নাইবা লোল্লি। লৈমহন শমলাং কোয়কক্লবিবী চনু নিঙোলনি। নাপ্লগী শাইনোল খাদ লৈ নাচোম অমসু থেৎলি। য়েংবা য়াবা শকফম্লি চনুবা অদুগী শকফমদো।

লৈমহনবীগী মমা ইবেম্মা লৈবাকলৈনা কবি শিনফম শুবিবা? মহাক খ্বাংগী ফি

শাবি। তেমথেং খুদিংগী দং দং লাউবা মখোলনা মাঙ্গোল অদু ঙহাক তুমিন্না লৈবা শংজদে।

মাঙ্গোল অচৌবা মথক্তা হায়জন্ত্রিবা অসি মখল অহুমগী শিনফম অমদি থবকথুংগু অসিনা লৈতেংলি। মসি অয়ুক নুংখিলদত্তা উবা ফংবা ফজবা শক্তমনি। অদুগা নুমিদাংদনা অতোপ্পা শক্তম অমা উবা ফংঙি। উরিবা শক্তম অদুমসু মাঙ্গোল অদুগী লৈতেংনি। লৈতেং অদু হবাও কুম্মেগী ওইনা তৌই ঈশে নোংমাই শান্নবা খোংনবনা মরু ওইবা থৌরম ওইনা পাঙথোকই।

লিক্কোন শান্নবা হায়বসি মতম অমদা চংনবম্বা লৈশা পাখঙনা য়াম্না পামজনা শানজরম্বা মশান্না অমনি। পাখঙ লৈশা পূন্না কোয়না ফম্মিন্নরগা শান্নবনি। ফমফম অদু গালিচা পাক্রা ফজনা থায়। মমাঙদা সত্রংগী বোর্ড মানবা অমা থায়। অদুবু লিক্কোন শান্নবগী লাইয়ুম হায়না খঙনৈ। হৌজিক শান্নবিবা লুদো হায়বদুগা মান্নে। লিকোন ৬ না হুন্দুনা চৌববগুম্না শান্নবনি। লিকোন ৬ অদু খুবাক মনুংদা হাপ্পগা কোবোক কোয়োক ওল্লগা হুনগদবনি। মদুদা লিকোনশিং অদুগা উপ্পা লোংবগী মতুং ইন্না পো চংকনি লুদোগা চপ মান্নে। ১ উপলা ৫ লোংলবদি পনশা হায়নৈ। পনশা খোক্রবদি পো কাঙবা য়াবে। পো কাঙলবদি লিকোন হৌবা য়ারে পো চংলে। ১ লোংলগা ৫ উপ্পবদি মদুসু দসু হায়না খঙনৈ। দসু খোক্রবসু পো কাঙনৈ। হায়বিবা পনশা অমদি দসু খোক্রিমখৈ পো কাঙনদে পো চংপা য়াদে।

লিকোন শান্নবসি ইথৌগী মাঙ্গোলদা অয়াম্বা পাঙথোকই লৈকাইগী ওইনা শান্নবা অসি য়াওনবৈদমক পাখঙ লৈশা ঙম্না মাগী মাগী লৈজবী থা কেনৈ। মতম অদুদা বিজুলী থাউমৈ লৈরমদে। অয়াম্বনা পেত্রোমেক্স অচৌবা থাঙেন্দা য়ানবীদুনা ঙান্না থাল্লগা শান্নে। থাউমৈ মখল অদু ২/৩ থান্দুনা য়াম্না ঙান্না শান্নববদি লিকোল শান্নবদু য়াম্না চাউনা শান্নরে হায়দুনা চন্নু নিঙোল লৈশাশিংদু হয়াওজে। থাউমৈশিংদু ব্রাই খোংতুনা থাননবা লাঙবদি পাখঙশিংনা শীল্লি।

লিকোন শান্নবৈ কুম্মে অসি অহল লমন, মমা মপানা য়াবা কুম্মে মওংনি। নিঙোল পোকপী মমানা হিদাক হাল্ল থক্ল থক্ল হৈদোক্লগা অমুক হাল তৌদুনা হিদাকফুদা খুদুম থাদুনা প্রোক প্রোক চিং মমোম লাংলেন মচা লিকোন শান্নবা য়াওরিবী অদুদা চেপথ চেপথ য়েংজে ফন্নিবনি উখোক তেন্দা ঙা নোং ঙান্দ্রিফাও লিকোল শান্নবা লোইদ্রিফাও।

নুমিদাংগী মতম অসি ঈথৌগী মাঙ্গোল অসিদা পাঙথোকপা থৌরম কয়ামরুম অমসু লৈরি। মক ওইনা ঈশে নোংমাইগী ঙাক্তা ওইনা তৌই। পেনা খোংজোম পর্বগী থৌবম্না নম্না পাঙথোকই। ○

# ইথৌগী মমাঙ শঙ্গোই



ইথৌগী মমাঙ শঙ্গোই চাউই শাংঙি। উনা শাবনি ইনা কুপ্পনি। ইথৌগী মাঙ্গোলদা থবক মখল মখা কয়া পাঙথোকপা উবগুম মমাঙ শঙ্গোই অদুদসু পাঙথোকই। মমাঙ শঙ্গোইনসু হেন্দে মাঙ্গোলনসু তাবা নত্তে।

লাইগী উসোব কৎফম চাফম, লৈকাই অদুগী চাকচা হৈজানবগী মফম ইথৌগী মমাঙ শঙ্গোইদা ওাক্তা পাঙথোকই। থোইদোক্লা লাই তিলগী উসব মেলাদা থব্রাই য়াওবা ইথৌনি। লৈকাইগী নুপী অঙাংশিংগী চাকচা হৈজানবদসু থব্রাই য়াওবা হনবা লৈতে। নহারোলশিংগী কুম্মৈ ফিয়োংদসু অদুম থব্রাই য়াওই।

নোংমা ইথৌগী য়ুমদা লৈশা পাখঙ ময়াম অমা হৌনদুনা লাকই। মখোয়বু উবদা ইথৌনা তবাম তবাম ওক্লদুনা হংঙি-

ইথৌ - ইগুশা নখোয় ময়াম হৌনদুনা লাকপবু নথৌদা কবি হায়নীংবা লৈবগে? ইথৌগী ব্রাহং অদু তাবদা মযাম লাক্লিবা অদুগী মবক্তগী পাখঙ অমনা হায়বকই-

পাখঙ- ইথৌ! ইথৌদা ব্রাফম অমতা হঙ্গৎচগে হায়দুনা।

ইথৌ- কৈরানোনে? হেক্তা হায়রগা লোইবদুবো।

লৈশা -অদুবুবাও ইথৌ। ঐখোয়গী লৈকাইসিগীকো অব্রাং লৈকাইগা মখা লৈকাইগা কাং শীংনবিয়ে অদো ইথৌগী মমাঙ শঙ্গোইসি নওনা অতৈ শান্নবা য়াবা শঙ্গোই অমতা লৈতেয়ে অদুদা ইথৌগী শঙ্গোইসিদা শানজগে হায়জবা লাকপা।



ইথৌ- নখোয় ময়াম হৌনদুনা লাকপে মরম ঐ ভাব তাবে। ঐগী শঙ্গোইসিদা নখোয়গী শীংনবিবা কাংদু

শান্নগে সিনিনে। নত্রাও?

ময়াম অমতা ওইনা-মান্নি মান্নি মদুমক্কি। অতৈ ব্রাফমগী নত্তে।

ইথৌ- ঐগী শঙ্গোই অচৌবা অসিদা শান্নদনা কদায়দা শান্নকনি হায়গে। কাং শান্নবা য়ানবা হায়দুনা ইথৌনা শাংনা শাবনিনে। শঙ্গোইসে নথৌতগী নত্তেকো নখোয়গীসু য়াওরিবনি। কবি নুমিত্তা শান্নগদৌবিবা?

নোংমা অমনা নুপামচা ১৪ / ১৫ রোম য়া য়া লাওদুনা ইথৌগী থোঙ্গাল মনুংদা চওশিল্লকই। ইথৌসু অঙাংশিংনা লাওবা তাদুনা মপান থোরকই অদুগা শুমাঙ মতোন্দা লেপতুনা অঙাং নুপামচাশিং অদুনা চঙশিল্লকপদু য়েংদুনা লৈ। মতমদো মেবা থাগী দুর্গা পূজা ময়াদনি।

অঙাংশিং অদুনা ইথৌবু উবদা মখোয মশেন অমগা অমগা হায়নৈ লৈবে লৈরে লেপতুনা লৈয়ে। নঙ হায়উ, নঙ হেক হাযউ, খঙব্রা ঐদি কিজেয়ে।

মখোয় অমগা অমগা ইন্নবিবদু ইথৌনা তায়। অঙাং ময়ামদু খবা খবা চঙশিল্লকুনা ইথৌগী মনাক্তা ইকোয় কোয়না লেপ্লবে। ইথৌনা ইশুশা নখোয়বু ঐভোন্দা কবি হাযনীংবা লৈ?

ইথৌগী পাউহংদু তাবদা অঙাং নুপামচাশিং অদুগী মবক্তগী অমনা—ইথৌগী শঙ্গোই অসিদা দেবী পূজা তৌজগে দুর্গা দেবী লাৎচগে অদুগা দুর্গা দেবীবু খুকমজগে হাযদুনা ইথৌদা হাযজগে হায় লাকপনি।

ইথৌ-পূজা অদু নখোয ময়াম্না তৌগদৌবিনিনে।

অঙাং ঃ তৌদৌবিবনি ইথৌ। অদো হন্দাক্তি মহৌশা তৌখিবগা খবা খেন্নগনি ' মহৌশাদি অমা অনী পুল্লগা নৎত্রগা মশা মতোমতনা দেবীবু লাৎচবগ পূজা তৌনৈ। খুকম্মী। তোঙান তোঙান্না তৌবগী মহুৎতা লৈকাই অসিদা লৈবিবা ঐখোয নুপা মচা ২০ মুক লৈবিবসে পুল্লপ পুল্লগা দুর্গ দেবীবু লাৎমিন্নসি পুন্না। অপূনবা পূজা অসি খবদি চাউববা য়াই। ইথৌগী শঙ্গোই অসি চাউবনিনা কোম্না চনগনি খন্দুনা হাযবনি ইথৌ য়াববেকো।

ইথৌ - কবি যাদনি। ইশুশিংনা হায়বদা। য়াবে। যাবে।

অঙাং ময়ামদুনা বেস বেস হায়না লাউনবকই। খুবাক খুনবকই। ইথৌনা মখা তাথরকই অঙাংশিংনা হবাওবদু উবদা।

-নখোয়গী দেবী পূজা অদো ঐগী শঙ্গোইদা তৌদনা কনাগীদা তৌরুনি হায়গে? লাই নীংবা অজা পূজা তৌবদো ইথৌদি য়াম্না শামজবনি। নখোয় অঙাং ময়ামনা পূজা তৌগনি লাই খুকমগনি হায়বসি তাবদা ইথৌ নুংঙাইরে ইথৌ পেল্লে। অদুগী মথক্তা নখোয মশেল মচোই মচোই তৌবরোই পুন্না পূজা তৌমিন্নগনি হায়বসি তাবদা অমুক্তা

হেন্না নুংঙাইবে।

অদুগা ইথৌ ব্রা অমত্তদি হায়হৌগেকো। লম তু ইচাই চাইবদি নথৌ য়াদে। অদুনা ব্রাইকাদি চাইহনগনুকো ইগুশা।

ইথৌগী ব্রা তাবদা নুপামচা মযামদুনা অমত্তা ওইন চাইহল্লোই চাইহল্লোই হায়না খুন্নকই। অদুগা মখোয়না হায়রকই-চাইহনবদি লায়রদনা ঐখোয়দি পূজা মনুংদা ইথৌগী শুমাঙ অপাকপসে থুংনবা ব্রাই তয়দৌবিনি। শুমাঙদা নত্তনা কোম্লোং য়ৌফাও তয়দৌরিনি।



দুর্গা পূজাগী বল্লি নুমিৎনি ইথৌ ঙল্লানা হৌগৎতুনা শুমাঙদা হঙ্গৎ হন্দা ঙাইহাক চৎলম্নগা দেবী পূজাগী লাইমাঙদা য়ারেক্তুনা তৃন্নিবা অঙাংশিং অদু হৌদোকই-ইগুশা নুমিৎসি থেঙঙেনহে। হৌগৎলো হৌগৎলো ঙসিসিবু বল্লি নত্রাও? বল্লি তৌনবা পোৎ চৈ লাঙোইদ্রা? অব্রাৎ অপা লৈববদি ঙল্লিঙেদা থিহৌনবা হৌগৎলো হৌগৎলো।

ইথৌনা হৌদোকপা তাবদে অঙাংশিং অদু তৃন্নম্বদে ফৃক ফৃক হৌগৎখ্রে। মচীন ময়া শেংবা মশা শেংদোকপা লোইখ্রে। অদুদগী অঙাং ময়াম অদুনা ইথৌগী মনাক্তা চঙখিদুনা ইকোয় কোয়না লেপ্লবে অদুগা অমনা হায-

ইথৌ বল্লি লোইবগা ঐখোয় চাক চানগে।

ইথৌ -নখোয় চাক চানগে হায়বা।

অঙাং - অং ঐখোয় চাক চান্নবীংবা

ইথৌ-কবম্না চানগদৌরিবনো? চেঙ চাক থোংনবা মপোৎ চৈ শুনা লৈবববাও?

মদু তাবদা অঙাং ময়াম অদুনা খুম্মকই- চেঙ খাযনবগা চানগদৌনে। যুম যুমদৈ লৌরুদৌনে। বল্লিগী ঙাক্রাসু য়ুম যুমদা যোক্তুনা থল্লি অদুসু পুবক্কদৌবিনে।

ইথৌ- অদুদি ঐ ব্রা অমা হায়বগেকো- নখোয ব্রাদনবা চাকসু হাওনা চাননবা নখোয়গী চাক চান্নবা ওক্লবা চেঙ ঐ পুথোকপীবগে? নযুম নয়ুমদৈ লৌকবনু। অদুগা বল্লি তৌনবা ঙাক্রাদি লৌক। ঐনা পুথোক্কদৌবিসে চেঙদা নত্তে কনাই শীংয়েন ইনশাং নাপী অব্রাৎপা মখৈ পুথোকপীরগে।

মরক থৎনা অঙাংসিং অদুনা হায়বকই- ইথৌসু ঐখোয়গী চাক চানবা অসিদা য়াওবীয়ুক্কো। অমনা কৈনো? ইথৌনা মকোক থংনা ফম চাবা য়াওদৌবিসিবো। ময়ামদুনা

ইথৌ য়াওদবা য়াদে। য়াওবিযুকো কো ইথৌ।

নখোয়না চাক চানববু নথৌনা কৈদৌবগী য়াওরোইদৌরিবনো? য়াওনি, য়াওনি। ঐনা ফজনা শিনবিগনিদা। নখোয়গী বল্লি তৌগদৌবিবা তোর্ব্বোৎ কয়ানো?

-অচৌবসু অপীকপসু থাবগা ৭ শুই।

-ইনশাং মথেল অসে ৫, ঙাক্রা অমা, কোবীগা হব্রাই থরাক্লা ঙৌথোং অমা। মথেল ৫ শুরেদনা। উসব মেলাদা, চাকচা হৈজানবদা চমফুৎ, ইরোনবা, উতি মথেল ৩ দি তঙাই ফদনা য়াওদবা যাদবনিকো। নহাশা মসি খঙজিল্লুকো।

বল্লিগী তোর্ব্বোৎতো খবনা চমফুৎ ফুৎসি খবনা অমনা উতি থোংলসি পুজা তৌফমদা লফূ ১/২ য়ুংলিসে মসিদগী হাওগদবা অমা খল্লগা ইবোল্লসি অদুগা বল্লি তৌদুনা কৎকদৌবিবা ঙাক্রা অদু কৎলবা মতুংদা থোংলসি। ঙা থোংবা মথেল অমা য়াওবেদনা। কোবীগা হব্রাই থাবাক্লা ঙৌথোং তৌগদৌবিবা অদু ইংখোলদগী ননে লৈবাকলৈবু কোবী ফূল ৪/৫ লেলহল্লু। লফূ মক পানা পানা শোয়দুনা কংহল্লগা মৈ থাদুনা উ ৎলৌবগা থম্বা মনীংগী কোৎথক্তা লৈবনা মদুবু ননেদা উতি চুমহল্লু উতি থোংনবা।

হব্রাই থবাক্লা নখোয় অমগা নচে লৈমহনগা চৎমিন্নবগা হেকলুগদবনি ইংখোলদৈ হেকপা মহেক্তিকো নখূৎ অমতনা থক হেক্রোইদবনি। অনী চঙনা খূৎ অমনা পাম্বী পায়রগা খূৎ নামনা থৎকদৌনি। নত্রবদি নখূৎ নামনা চিংদুনা হেক্রবদি পাম্বী য়াওবক্কনি ভাব তাবেকো।

অদুদি ইশুসা নখোয় লোইনা চৎলো নয়ুম নয়ুমদগী বল্লিগী ঙাক্লা লৌকবো' ঙন্তানা বল্লি কৎননবা। ↄ

# ঐগী চান্নববী মরূপ মধু

মধুনা ক্লাস ফাইব -সিস্ক তন্রিঙৈ, ঐনা ক্লাস নাইন -তেন্দা তন্রিঙৈ মতমদা *থেংনখিবনি মা ঐ তম্ফাসনা স্কুলদা । মতমদো জাপান লান মমাঙদনি ইং ১৯৩৯-৪৪* গী অদুব্রাইদা । নীংশিংলি হৌজিকসু তক-তক ময়েক শেংনা মতমদুদা থোকখিবা থৌদোকশিংদো। মধুগা ঐগা ক্লাস মান্নদে থৈন্নে। মদু ওইদুনসু ঐখোয় অনী য়াম্না চান্না তিন্নবম্মী। ঐখোয় অনী চান্নবা তিন্না লোয়নবদু উরগা ইমান্নবী অতৈনা নোক্লখি। চিবোন চিবোন ঙাঙনবসু তাখি- মখোয় অনী অসুক লুনা তিন্নবিসিবু কবিগীনোমি। ক্লাস হাযবা মান্নবা নত্তে। মাগী মাগী ক্লাসকী মমান্নবীদি তিন্নগে হায়দ্রদনা কবি চাগে হায়দুনা তৌবিবনো ? ঙক্লা হাযমি সিবো? অসুম্না ইমান্নবীশিংনা লঙনজববসু, নোক্লববসু কবেম্ন রবসু ঐখোয় অনীদি মদু থওইনা তাবিকদে। অদুম তিন্নে। ঐখোয় অনীনা কনাবুসু নাচুংলুবা লৈতে। ঐখোয় অনীগী মবক্তা মান্নবা কযামকম লৈ লমচৎতা, শাজৎতা, ব্রাঙাং-ব্রাতাদা মান্নে। মাসু ঐসু ঙাঙনীংবা ব্রা ঙাঙবদা বন্দ লৈতে। ঙাঙবু ঙাঙনীংলবদি, হায়বু হায়নীংলবদি দোঙ-দোঙ হেক্তা হায়বীনি। মীনা শাউনি শাউবোই খনবিবা মীতা অমত্তা নত্তে। অনীংবা ফোঙদোকপদা ঐখোয় অকিবা লৈতে অচুম্বনিবু খল্লদি। অদুনা ইমান্নবীশিংনা ঐখোয় অনীবু কি-তুক্কৎচবা অমগা লোয়ননা তিন্নে।

ইমান্নবী অতৈনা হায়নবা ঐখোয় তাদবা নত্তে তাবকই। মহোয় অনীসি হিংচাবিনিহৈ নুপাদৌনা হেক তৌরদনা নুপা মরায় অমা হেল্লি জাৎনিনে কৈনো? য়েংঙুনে শাজৎকাসে নুপা হেক মান্নদনা, হেরা ইবেমশা শামরক ঙামবক হায়দুনি। অমনা হোযনে হায়বগা মখোয় ময়াম ব্রা ব্রা নোকই শাহৌ মান্নবা, ব্রাঙাঙ -ব্রাতা মান্নবা অখাকপা লৈতনা হায়নীংবদি দোঙ-দোঙ ময়েক শেংনা শেংনা হায়দোক্লবা। মান্নবা ময়ামসিনা ওইবা তাই ঐখোয় অনী তিন্নরকখিবশি।

অদুবু অঙকপনি লাইগী নোংদম, ঐগী চান্নবী মরূপতু স্কুল কাবকখিদ্রে। ঐনা মা কারক্তবদা তিন্ননীংঙাই মরূপ লৈতদুনা কয়াম ব্রাখি। নুমিৎ খুদিংগী মাগী ক্লাস মপাদা চৎতুনা য়েংঙৈ মহাক কারকপ্রা হায়দুনা। অদুবু অবেম্বা তাখি মহাক্লা কাবকপা মরৈখিদ্রবদা। অসুমনা থা ৩/৪ হৌজিনখ্রে।

থা ৩/৪ রোম হৌখ্রবগী মতুংদা ছাত্রী ময়াম্না ঙাঙনবা তাবকই-মধু লাইবিক তম্বা অমুক কারক্লে। করি তৌরবনো খঙদে মহাক হাফক্তসু মপান থোক্তে। ক্লাস মনুংদা মাগী

ফমফমদা ফমদুনা তৃমিন লৈ। মধু য়াম্না ঙাঙঙিদনা নোক-খেদুনা তৌদ্রাও? অদো হন্দক্তি তৌদে হায়বা। ঙাঙনরিদু তাবদে অচুম্বরা য়েংলগে হায়দুনা মাগী ক্লাস রুম তাম্না চৎলে। মহাক তৃমিন মতোমতমক ফমদুনা লৈরম্মী। মনাক্তা চঙশিল্লা ফমদুনা ঐনা মঙোন্দা হংঙি নহালমখৈ স্কুল কারক্তিবদি নহাক নাকরব্রা? নঙ কারক্তবদা ঐ কয়াম নুংঙাইতে ইবেম্মা ভিম্ননীংঙাই মরূপ লৈতদুনা। হয়েংদগীদি নঙ লেপ্পনুকো। মহাক কৈগুম্মী অমত্তা খুম্নক্তে অদুদৈ মপি মতুম মতুমদি মাগী লাইরিক পুল্লিবা মথক্তা তাবি।

ঙহাক তৃমিন তৃমিন লৈনরে মাসু ঐসু অদুদগীদি মানা হীক হীক কপ্পা মতেক মতেক ওইনা হায়রকই, ঐদি লাইরিক মখা তমথিনি হায়বা থাজদ্রে। ইমাগা বাজীগনা লাইরিক তম্বা তোক্রো, নুপীনা লাইরিক হৈবগা কৈ কান্ননি। নয়ুম-নকৈ পান্নবা তৌবশি নুপা অফবা অমা যেংলগা লুহোংনবা তৌরসি হায়রে। ঐনা ফরে নখোয়না হায়বদো ঐ ইনগনি। অদুগা ঐ অমুক্তদি স্কুল কাকখিগে ইমান্নবী ময়ামদো অবোইবা ওইনা অমুক্তং উনকগে হায়না নিঙাই তৌবদে লাক্লিবনি ইবেম্মা হায়রগা কপ্পী। মাগী মতৌদুদা ঐসু কপ্লে।

জাপান লানগী মমাঙদা উনখিবা অদুগী মতুংদা মধুগী পাউ অমত্তা তাকদ্রবনি। নৌবিঙৈ মতমদসু ঐদি নবদ্বীপতা সনখ্যা ভাঙবী মহারানীগী থৌগল ইনদুনা লান চেল্লি। মহাবানীগী অখডা যাম্না চাউই। মখল কয়াগী মীথুংশঙ লৈ। মীথুংশঙ অচৌবা অমদা ইমুং অমগী মী থুংলদুনা লৈ। মখোয়সু মণিপুবদগী লাঞ্জেল্লকপনি। ইমুং অদুদা মশা নানবী মৌ থোইবী কৌবী অমা য়াওই। নবদ্বীপকী নুংথিলগী নুংশা মৈচাক খাঙবা ওইনা ঐখোয় ময়াম ফমদুনা ব্রাবী-ব্রাতায় কয়া শান্নে। ঐনা ইচে থোইবীদা হংঙি- মণিপুবদা ইচেগী নক্লবা মী কনা কনা লৈহৌরিবগে? কনা অমত্তা লৈহৌদ্রবা? ঐগী ব্রাহং অদু তাবদে ইচেনা মথং মথং অসুমনা লীথবকই।

ইচে থোইবীনা হায়বকই- ঐখোয় ইচীন-ইনাও অহুম পোকই। ঐগা নুপী অমগা পিবাদি অমখক্তনি। পিবাদি মতোমতনি। নিঙোলদি ঐখোয় অনী গুবিদো, অদুগী মথক্তা অতোন-অতাংনি হায়দুনা পাজিগা ইমাগনা লুনা তৌই। তোন্নানহল্লি ইপ্বাদো। থবক- থানা ব্রাইশিৎ লমশেং কৈমতা হৈতে অদুগা পঙসু পঙজবা জাৎনি। ইপ্বাসিবু কবম থোক্লগবনো হায়না ঐখোয় লোইনা মাগীদমক নুংশা থীবনি। নুপা মতোমতনিনা ধাবা ফঙনবনি হায়দুনা ঙস্তানা ময়ুম পাম্লোকহল্লে।

নুপীদো ইচননুপী অদো য়াম্না ইনাক খুনবা ইবেংবমগী ইঞ্জিনিয়াব কোল্লুপ হায়না খঙনবা অদুগী নুপীনিনে। গুলামজাৎ ইঞ্জিনিয়ার হায়বদুগী মচানুপীনে। ইনাক খুনবৈ মচাদুনা লায়রবা ঐখোয়গী ইমুংদা কবম্না লৈগনি হায়না নুংশা য়াম থীরম্মী। অদুগদি মৌ অঙাং অদুনা ইবেম্মা পুল্লপ পুররে। তোন্নানবা অপঙবা ইপ্বাদুদি তোন্নানদুনা অদুম

লৈহৌরেদনা। কনাই নুপা মরায় অমা হেনবা জাৎনি। য়াহৌনা ঙল্লিবা ঐখোয়না হৌগৎলকপদা শুমাঙ থেলোং পূম্বা পূন্নং। হায়দুনা কান্নদে। মথৌনা লৈরিবা। মশানা পীক্তক তৌরদুনা মরু খীংলিবা ঐগী ইপ্পা কন্তদো মী ওইবনি খল্লে ইচেমদি। ইং ১৯৪২ দগী ১৯৪৫ ফাওবগী মনুংদা ইচে থোইবীদগী খঙলকপদো মধুগী ব্রারীনি।

লান লোইশ্রবা মতুংদা নবদ্বীপতগী মণিপুরদা ঐ অমুক হল্লক্রে। মতম খরা লৈরগা ঐ তম্ফাসনা গার্ল স্কুলগী ওজা অমা ওইরে। ওজা ওইরবা মতুংদা মধুগী মনাওনুপী কপবতী ঐনা ময়ুমদা মাবু প্রাইবেত তম্বিখি। মতম অদুদা খুবাইবুংঙো গুলামজাৎ অহল ওইরে পেন্সন ফংদুনা লৈরে। ইমুং-মনুংগী ভাব পূম্বা মচানুপা তাইবুংঙো গোকুলচন্দ্রনা লোইনা পুবে। মধুনা লাইবিক তন্নকপা মতম অদুদদি নুপীনা স্কুল কাদুনা লাইবিক তম্বসি য়াম্না পাম্নরমদে। হায়বিবসি লান মমাঙগী ব্রানি। অদুনা মধুসি ক্লাস সিক্স ফাওবা তন্নগা সেবেন কাগদবা নুমিৎ হুমনিতা ঙায়রবা মতমদা বোম তাদুনা লান কায়নখি। হিংননবা মানা মানা থোকপা চেন্নখি। মদুদা মধু লাইবিক তম্বা তোকখি। চিরাংদা মধুগী ইমুং লাঞ্জেনখি হায়। লান মনুং অদুদা মহাক্না চহী ১৫ শুবকপদা অহল-লমন্না থাজদুনা ইচে থোইবিগী মৌপ্পানুপা খুম্বোংময়ুম গৌবহরিদা লুহোংখি । অওঙ-অউন্না লান হঞ্জিল্লক্রগা তম্বিখি হায়না তাই।

লান লোইশ্রবা মতুংদগীদি মণিপুরদা অওনবা খবা লাকখ্রে। নুপীনা লাইবিক তমবসি খবা খরা পাম্নরক্রে। মধুনা লাইবিক তন্নকপা মতমদদি শাথিনা য়ানরমদে। নুপীমচাশিংবু খুদাঙ ঘড়ী শিহন্দে। নুপীনবু ঘড়ী শি হায়ব্রা হায়দুনা মধুবু ঘড়ী শিহল্লক্তে। মদুদা মহাক মথায় য়ৌনা নুংঙাইখিদে। মদুগী মৈচাক অদু শিবা ফাওবা চাকখি। মহাক ঘড়ী সুকসি শিখিদে। মসিদগী মহাকপু মনুং কনবী, মবীন খাবী নুপী অমনি হায়না লৌদবা ঙমদে। অদুগা মাগী পেন্দবা অদুগী মরমদা কনাদসু ফোঙদোক্লম্বা তোখিদে। নুপাগা নুপীগা য়োক্লকপদা খেন্নহনবসু মহাক পান্নমদে। অদুবু মাদি মমা-মপা অহন-লমন্না হায়বা ইনবী আ ওইখি। নৌনা লুহোংখি মমা-মপানা থাজবা নুপাদা।

মহাক্না মতম অদুদা ব্রাশকখি- ঐনা ইহৈ তম্বদা নীংবা থুংলক্তবনিনা ঐনা পোকপা ইচামখৈ নুপা নুপী থিদনা চপ মান্নবা মহৈ তমহন্দুনা মী অমমম ওইহল্লবা হোৎনগনি হায়না। ব্রাশক অদুমক মহাক্কী পুন্সিনা ঙাক্লা চৎলম্মী ।

মধু মচা ৯ পোক্লম্মী। মহাক্না পোকপা মচা ৯ মক মী অমমম ওইনবা মহৈ তমহন্দুনা য়োক্লকই।মচাশিংগী মরক্তা ইঞ্জিনিয়াব ওইবা, বেঙ্ক ওফিসার ওইবা, ডাক্তর ওইবা, ওজা ওইবা কয়ামরুম য়াওই। মধু ব্রাশক চেৎপী মমানি। মাগী ব্রাশক্কী পুন্সিং য়ৌখি । মপুবোইবদি ১৯৯৬ তা লৈখিদ্রে।

করম্না মচা ৯ অদু য়োক্লকই? মহাক্কী মপুরোইবদি সরকাবগী থবক মচা অমা

তৌকবনা মবম ওইদুনা অয়াম্বা মতমদা ময়ুমদা লৈবা ফংজদে। চীং-মান অথাপ্পা মফমদা পোস্তিং তায়। মচা ময়ামদু মধু মতোমতনা হোৎনদুনা য়োক্লকই মবমদি মানা য়ূম পুদুনা লৈহৌবনা। মধু মী কয়া চাউদে পীকই। পীক্লবসু মশা তাশীল্লি খীং খীং লাউই মপাঙ্গল কল্লি মথৌনা লৈ। মা শিন শুনা হৈবী নূপীনি। নূপাগী শিন নূপীগী শিন খায়দে মঙোন্দা উ শুবসু হৈ। মানা চল্লম্বা ফাল মচাশিংনা ইমানা চনবা ফাম্নি নুংশি হায়দুনা থল্লি। ফবিৎ তুবা হৈ। অদুগা লৈনবিবা য়ুমসি শাবদা মহাক্না কবি কবি তৌথি- লৈঙোই চান্মী, জোগালী মবক্তা য়াওদুনা লৈঙোই হোল্লি চেক হোল্লি। শম্না হায়রবদা মানা হৈতবা, তৌনীংদবা থবক লৈতে। শুবা নোম্বা হায়বসে মাগী হৈনবীনি অপাম্বনি।

মধু মশানা মপূং ফানা মহৈ তম্বা ফংলক্তবনিনা মচাশিংবু মপুং ফানা মহৈ তমহন্নবা হোৎনবা হায়বা অসিনা মানা তাঞ্জবিবা অদুগী পম্মুংনি। মচাশিংনা লাইরিকপু তৌববদী মখোয়না তৌগদবা থবক পূম্নমক মানা লোইনা তৌথোকপী। অহীং চূপ্পা মচাশিংগী মনাক্তা ফমদুনা মানা খঙবা মখৈসু তাকপী। ক্লাস সিক্স ফাওবা তমহৌবী মধুনা লাইবিক ময়াম লৈবগা পা পাদুনা জ্ঞান তানশিল্লগা মচাশিংবু হিন্দী ইংবাজী অঙ্ক ফাওবা তম্বীবা ঙম্মী। অঙকপা গুণনি মধুনা চেল্লম্বা। অদুনা ঐগী মকপ অসি লাইপোক্নি হায়বা ফাওবা হায়নীংঙি ঐদি।

করম্না ইবেংবমগী ইমুংগা ঐগা শম্নবকখিবা?

মধুগা ঐগা তিন্নবকপা মতমদদি ইবেংবমগী ইমুংগী মী অমত্তা মশক খঙনবক্তে। মধুগী মনাওনুপী রূপবতীগী হাক্তক্তদি নুপীনা লাইবিক তম্বসি ফৈ হায়বা খঙনবক্তুনা থরা য়ানবক্লে। হায়বিবা অসি ইং ১৯৫০ গী মতুংদনি। ইং ১৯৫৭-৫৮ অদুব্রাই ওইরমগদ্রা খল্লি। থাঙ্গেশেংবা চহীদি নীংশিংবা থোক্লে, মতম অদুব্রাইদা মধুগী মনাওনুপী রূপবতীশি ঐনা ময়ুমদা প্রাইবেত তম্বিবম্মী। মাগী মবুং তাইবুংঙো গোকুলচন্দ্রনা মচন্দা মচনদৌনা ঐবু য়াম্না লুনা তৌবিখি। মতম অদুদা খুবাইবুংঙো শুলামজাৎতি অহল মতম ওইরে। মতমদুদা তাইবুংঙো গোকুলচন্দ্রনা ইমুংদুগী য়ুম্বুবেল ওইবে। ইবেংবমগী উসব-মেলা, চকচা-হৈজানবা থোক্লকপা খূদিংদা ঐবু হেক হেক য়াওহল্লি। তাইবুংঙোনা হায় ওঝা ইবেম্মদি ঐখোযগী থবক থোকপা খূদিংদা য়াওগদবনিকো হায়বা হায়দবা থিবা য়াদে অসুম্না।

মী অমগা অমগগী মবক্তা খেন্নবা লৈতে, নূপাসু নুপীসু হীবম খূদিংদা মাম্নৈ মাম্নফম থোকই হায়বসি মধুগী ব্রাথল্লোননি। মদুগী খূদমদি -নোংমা ইরেংবমগী ইমুংদা অচৌবা উসব অমা তৌই। ইনাক খুনবা ইমুংনিনা উসব খূনবা মী য়াম্না লাক্লে। ঐসু চৎলি য়াওকই। ঐ মাঙ্গোন্দা শোফা অমদা ফমদুনা লৈ। মধু চংলকই অদুগা ঐবু হেক উবমক্তদা - হায় হিংচাবী নঙসু উসব চাবা লাকইবোবে? কদোমদগীনো তৌম্নকইসিদে। ঐনা

খুম্মী-ঐ নঙগী ননাও নুপী প্রাইবেত তম্বিবিয়ে অদুগা তাইবুংঙোনসু থবক থোকপা থুদিং নঙ য়াওদবা য়াদে হায়বা অদুনা লাক্লিবনিদা।

ঐসু অঙাংশিংনা হায়য়ে নঙ লাকই মাঙ্গোলদা ফম লৈহৌই হায় অদুনা নঙগা উনগে ব্রাবী-ব্রাতায় খবা শাম্নগে হায়দুনা লাকপনে। ঙসাই হেক তাবগা লাকপা য়াবনি। ইনশাং শেম্না য়াওকবনি হৌজিক্তা ইনশাং শেম্না লোইবদুনা লাক্লিবনি। লোইরমদনা মচিৎ-মখাক থন্নম্বা পামদদুনা ভৌবনি। ঐগী ইনাও কপোসে নঙ থব্রায় য়াওনা তম্বিয়ুকো। ঐগী হাক্তক্তদি ইহৈ তম্বদা নীং থুংলক্তুবনিনা তুংদা হৌবক্লিবা ইচা-ইনাও ময়ামসিদিনে মপুং ফানা মহৈ তমহন্নীংঙিদো। অদুবু ঈশ্বর মানা কবি তন্নমগদবনো অদুমদি খঙদ্রে।

অসুম্না ব্রাবী মখল-মখা কয়া শানববৈ তুংদা শিনবা লাঙবসে য়াওকখিগে হাযদুনা নহাক ফমহৌখোকো হাযবন্নগা মহাক ঐগী ইনাক্তগী থোকখি। মাগী ব্রাঙাঙ-শঙাঙ অদো মহৌশাগীদুদৈ কৈমতা হোংলমদ্রি।

অমনা চাবা- থকপদা খেন্নবা থম্বা অসিমসু মহাক্লা য়াবমদে। উসবতুগী চাক্লক থাবে। মমাঙ শঙ্গোয অচৌবদু থম্না থাবে। অদুগা মখাদা লৈবিবা শুমাঙ অপাকপা অদুসু থুংনা চাক্লকলা থাবে। বামোন পূজাবীশিংনা চাক-ইনশাং হাপ্পা লোইবে। চাক তাক্লে। উসব চাবা ফম্নরমদাই ঐনা মখুদা হায় ঐখোয় অনী থংননা ফম্মিন্নদুনা চাশি হাযনা। ঐগী ব্রাফমদু তাবদা মানা কবি খুন্নকপগে হাযববু-মাই মাই ঐদি নহোযগুম্বা লাইবিকলাইশু হৈবা, অচৌ-অশা", তোলোব চঙনা চাবা মীগা ফম্মিন্নদুনা চাজনীংদেযে ইবেম্মা। নঙদি নমান্নবা ময়ামগা শঙ্গোযদা ফমদুনা চাজকচো। ঐদিনে ঐগা লেঙ্গা মান্নবা ইমান্নবীশিং অসিগা লোয়ননা ফমদুনা চামিন্নজরগে হায়দুনা শুমাঙদা ফমখি।

চাক চাবা তম্লায় চন্নকপৈ অদুব্রাইদা মখুনা মখোল হৌনা ঐঙ্গা পূজাবী অদু কৌবদুনা লাওবকই-ঐঙ্গা ঐহাক ইনশাং মথেল কয়ানো হাযবদো ঐ মুন্না খঙঙি। ঐ ইনশাং শেম্না য়াওবনি। য়েল্লকইবসি মথেল শুদ্রি অমত্তা চীংথবা যাবোইকো। শুনা হাপ্নক্তদবনি নুপী অঙাং ঙাকনি চাবা হৈবন্নোই হায়নকা খনগনু। ঐখোযসু মীনি চাবা হৈ, চাসু চানীংঙি। শঙ্গোম ক্ষীব, পকৌবা য়েল্লকপদা ঐখোয শুমাঙদা ফম্লিবশিং অসি থুংদবা য়াবোইকো লোইনা থুংদ্রবদি উসব মাংথোকচগনি। লোইনা থুংগদবনি। শঙ্গোয়দা ফম্লীবা মীতমক মী নত্তে ঐখোয়সু মীনি চাবা হৈ । অসিনচিংবা।

মাগী ব্রাহৈসিং অসি তাবগা মখু অসি নুপা-নুপী অঙাং-অহল খায়দনা চপ মান্ননা পীজ পীথকপা পাম্বা মীশক অমনি হায়জনীংঙি। অমগা অমগা খেন্নহল্লিবা সমাজ অসিদা লৈরিবা চংনবীবু য়ানীংদে হায়বদু মাগী থৌদৌ অমদি ব্রাঙাঙদা ফোঙদোক্লি।

মখু নুপী অতৈগুম কেবা-মৌবা ফিজেৎ-লৈতেংদা কযা থব্রায় য়াওদবগী মমি তাই। ঐনা মাবু উবা মতম খুদিংমক্তা অচম্বা ফিজ্রমগী পুঙৌ ফনেক্তমক শেৎপা, ফিজমগী

ইনফিতমক ইনবা থেংনৈ। নোংমতা ফনেক মপান নাইবা সেৎপা উখিদে। মী অতোম্বদা হংলুবদসু মাগী ফিজেৎতি শেৎলি চারিবসিনা লোইজরবনি হায়রকই।

শম্না হায়রবদা মধু মপা-মমা, অহন-লমননা হায়বা ইনবী মচা নিঙোলনি। মরীল খাবী মরীংজেল লৈবী, নোম্বা কনবী, শূনীং-নোম্নীংবী, নুপা-নুপী খায়দনা শিন শুনা হৈবী, ব্রাশক চেৎপী অমনি। গুণ ময়ামসিনা লৈতেংলবী ফিদমফম ওইবী মমা অমা ওইখিবী মধুনি।

মধুনা হোস্পিতালদা লৈব্রবা মতুংদা ঐনা মাগী মবমদা ব্রারেং অমা ইগদৌবি হায়বা অদু তাবদা মানা হরাওখিবদু ঐ কয়াম নুংঙাইখি। অদুবু ঈশিং ঈচাউনা মবম ওইদুনা ঐনা মাগী মরমদা ইবা ব্রাবেং মহাক পাখিদ্রে। পাবা নংদনা তাং ১।৪।০৪ ইং নোংমাইজিং নুমিৎতা মশাগী চহী ৭৭ লোম শুরক্রবী মধুনা খঙহৌদনা ময়ূমদা নোঙ্গাখ্রে তাবদা কয়াম নুংঙাইখিদে। মসিগী নীংঙমখিদবা অসিমদি মুৎলবোইদো।

মধুগী পুন্সিদা ঐগী নীংঙমখিদবা অনীখক্তনি। অমনা ঐনা ইবা ব্রাবেং মানা হিংলিঙৈদা পাবা নংখিদবা। অনীশুবদা মাবু ফিদমনফম ওইবী মমা অমা ওইখি হায়বসি মানা হিংলিঙৈদা খ্বাই মীয়াম্না খঙবির্খিদবা অসিতনি। ○

পোক্লকম পব্লিকেসন্সনা ফোঙখ্রবা লাইবিকশিং ঃ

১। কনানা হায়জিল্লিবনো (১বা অমসুং ২ শুবা শকক, ১৯৮৩-৮৪)

২। তাম্না (১৯৮৯)

৩। নরসিংহ (১৯৯৩)

৪। ডা. কমলগী খোমজিনবা লাইবিক (১৯৯৩)

৫। হাজীল্লকপা ঈশিংগী মনাক্তা (১৯৯৪)

৬। দ ৱেভস্ (১৯৯৫)

৭। খোংজোমনুপী নোংকাবোল (১৯৯৫)

৮। পোইবৈতোন খুম্লোক (১৯৯৫)

৯। গম্ভীরসিংহ নোংগাব (১৯৯৬)

১০। জুলিয়স সিজব (১৯৯৮)

১১। নুমিত্তি অসুম থেঙজীল্লক্লি (২শুবা খূৎনম, ১৯৯৯)
(সাহিত্য একাদমী এৱার্দ ফংখ্রবা)

১২। মণিপুরী কলচবদা মীৎয়েং অমা (২০০০)

১৩। মণিপুবগী শেন-থুম অমসুং চাওখৎ থৌবাংগী ৱাখল্লোন খবা
(২০০০, বেষ্ট বুক এৱার্দ ফংখ্রবা)

১৪। য়ুমলিংদবশিংগী য়ুম (২০০১)
(যামিনী সুন্দব গুহ গোল্ড মেদল ফংখ্রবা)

১৫। নুংশিবী গ্রীস (২০০২, বেষ্ট বুক এৱার্দ ফংখ্রবা)

১৬। তুবোই ঙাম্লোইবা ৱাগী লানবন (২০০২)

১৭। নুমিৎনা তবং ঙঁবং থোবকপদা (২০০৩)

১৮। আইনগী মীৎয়েংদগী (২০০৪)

১৯। ও লবলী গ্রীস (২০০৫)

২০। ঐ লালহৌবনি (২০০৫)

২১। হৌয়্র মতম নীংশিংলুবদা (২০০৬)